# ꯇꯦꯝꯄꯦꯁ꯭ꯠ

ꯁꯦꯛꯁꯄꯤꯌꯔ



ꯃꯅꯤꯄꯨꯔ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌ ꯄꯔꯤꯁꯗ, ꯏꯝꯐꯥꯜ ॥

LEIKANGLA, *a Novel by M. Borkanya*

রাইটর্স ফোরম ইম্ফালগীদমক
শ্রীকোনসম কুল্লধজনা ফোংবা ।

মখুম য়েকপা ঃ বীরেন্দ্রজীৎ নাউরেম



অহানবা ফোংবা : নবেম্বর, ২০০৬




কোপী মশীং : ১০০০

মমল : লুপা ১০০/-

---

*Printed at : Wizard Offset Printing*
*Sagolband Thangapat Mapal, Imphal.*

*ISBN 81-89101-09-9*

# রাহে খরদং

ইং ১৯৮০দা ইখিবা, চহী অসিমক্তদা ইবা লোইখিবা নোডেল অসি ঐনা নৌনা অমুক পুখোক্তুনা য়েংজরুবদা ঐগোন্দা ইপেন পেলহনবা ঙমখিদে। মতমদুদদি ঐগোন্দা য়াম্না পামজনা থোকখিবা উপন্যাস অমনি। অদুবু মতমসিদা মদুবু ইকোক কোক্না পুখোকপা তারগদি মীয়ামদা ঐনা চীরোল তৌবা ওইনা থোক্লগনি হায়না থম্মোয়দা কন্না ফাওরকই। অদুনা থৌদোক রাথোক মচা মচা খরা হাপচিন্দুনা নোডেলসিগী ঈচেলসি চুমদ্রিং চৎলহন্দগী থেক খোয়বা তুরেলগী ঈচেল অমগী শক্তমদা শাগৎচরে। ১৯৮০ অসিমক্তি লালহৌবগী য়াম্না কনবা শাফু য়াওবা মতম্নি হায়জনীংই। মখোয়গী থবক থৌওং কয়ানা মীয়ামগী থম্মোয়বু হুমদুনা পুখিবা মতম্নি। অদুবু চহী খরসিদা লালহৌবগী থৌওংদা মীয়াম্না মেদিয়াগী খুথাংদা, লৈপুং ফম্বদা নক্তগা করিগুম্বা মফম অমদা অনীদবু তিল্লবসু, অহুমদবু তিল্লবসু য়াম্না কন্না ক্রিতিসাইজ তৌবা কয়া থেংনরক্লে। ফোংনা লাউনা হায়জবা ঙমদ্রবসু পেন্দবা কয়া মুরুম মুরুম শোন্নরক্লে। মসিবু ঐহাক্না পুখত্তুনা লাইরিকসিগী মতাং মতাংদা নৈনজে। ঐনা লৌখৎচরিবা থিম অসিমক্তি খাইদগী হেন্না লুবা থিম্নি। কবি ইবোপিশক্কী শৈরেং অমখক ঐনা মতংসিদা নীংশিংলকই -

'মতমসিদদি ঐখোয় লৈগী রাখল খনগদবনি।
ঐগী ইচাগী, ঐগী নুপীগী
ঐ ইশাগী শোয়দনবা য়েংদুনা।'

অদুবু ঐখোয়দি মীওইবনি, অরা নুংঙাই, অপাম পামদা, য়ানীংবা য়ানীংদবা ফাওরিবা। নীংখা তম্না, মী অমা ওইনা হিংবদা সংবিধান্না পীরিবা ফ্রিদম ওফ স্পীচ, ফ্রিদম ওফ এক্সপ্রেসন অদু ঐখোয়না কদায় ফাওবা, কয়াম য়াম্না ফংলবগে ? ঐখোয় মীচমশিংদি ইন্দিয়ান আর্মি অমসুং লালহৌবা অনীগী মরক্তা কাংদ্রুম ওইনা রানা হিংলে। মসিবু কনানা মীৎকুপ অমত্তা খন্থবীরবগে ? ঐনা ময়ামদা লাত্তোকচরিবা নোডেল অসি কনাগুম্বা অমত্তগা মরী লৈনবা রারী নত্তে, ভাবনা শাবা ঙাক্তনি। মসিদা য়াওরিবা কেরেক্তরশিং, থৌদোক রাথোকশিংসু ভাবনা শাবা মক্তনি। ঐখোয়না হৌজিক তারিবা, হকথেংনরিবা থৌদোক রাথোকশিংগী মমি ঙাক্তনি। খাইদগী লুরবা থিম অসিবু ঐনা ইতিক ইপা নত্তনা লৌখৎচরুরিবা অসি অঙাঙনা মৈ কিদে হায়বদুগুম্বনি।

লাইরিকসিদা য়াওরিবা বংলাদেশকী লম্মীং তুমিংকী মতাঙদা ইকায়খুম্নজরবা য়াম্বুং আরঃ কেঃ ভুবোনস্নানা মেপ উৎপীরকই, মরুপ শরতচান্দ থীয়াম্না বাংলাদেশকী জিওগ্রাফি পীবীরকখি অদুগা ইকায়খুম্নজরবা তামো ডাঃ খোকচোম ইবোহনবীগী লমকোয় রারী ``বঙ্গবন্ধুগী লৈবাক্তা''সু নৈনজখি। অদুগা লাইরিকসিগী মরমদা খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা ইকায়খুম্নজরবা তামো কেঃ হেমচন্দ্রনা মতম চঙনা পাবীদুনা মত খরা পীবীরকখি। মশাগী প্রোব্লেম কয়া নাথৈদুনা থম্বীরগা ঐগী মরুপ বীরেন্দ্রজীৎ নাউরেমনা মখুমগী লাই য়েকপীরকখি, অদুগা রাইটর্স ফোরম ইম্ফালনা শেন্থঙ পীবিদুনা মরু ওইবা প্রোব্লেম অমা সোল্ভ তৌবীখি। মসিগী মথক্তা ইকায়খুম্নজরবা দাঃ কবিচন্দ্র (টি.বি. হোসপিটাল, চীংমৈরোং) না লুপা ৫০০০/- মতেং পাংবীদুনা লাইরিকসি পুখোকপগী পোৎলুম য়াংহনবীখি। খুদিংমক অসিগীদমক পুম্নমক্কী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অদুগা লাইরিক অসিবু ওইনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা রিজার্দ ওফসেট প্রিন্টিংগী প্রোপ্রাইটর শ্রীনিংথৌজম কমান্দেন সিংহ, কম্প্যুটর তাইপ শেত্তিং তৌবিবা শ্রীমাইবম সঞ্জোই সিংহ অমদি ইচিন ইনাওশিংবু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

বরকন্যা

তাং ০৭-১০-০৬

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

ঙসিদি মণিপুরদা অইবগী মশীং য়ামলে লোয়ননা লাইরিক ফোঙবসু হান্নগুম অদুক হাক্লা অৱাবা থবক অমা নত্তে হায়বা ফাওবা য়ারে। অদুবু ঙসিদগী চহী ১৭ মুক্কী মমাঙদদি মসি অদুম্মক অৱাবা থবক অমা ওইরম্মী। অইবশিংনা মতম অদুদা খ্বাইদগী অৱাবা মায়োক্লখিবসি ফোঙবগী মতাঙ অসিদনি। মসিনা থৌইনসিন ওইদুনা ৱাখল মান্নবা অইবশিংনা পুনশিন্দুনা ইং ১৯৮৮দা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল লিংখৎখি - কলচরেল ফোরম মণিপুর, ইম্ফালগী ওফিসতা। মথং মথং থোরকখি অৱাবগী পলবু নমখায়দুনা শক্লাইরবা অইবা কয়াগী লাইরিকশিং, ফংনখি মনা-মথুম কয়া। ইং ২০০৫ য়ৌরক্লবা মতম অসিদসু ফোঙবগী থবক অসুম লেপ্তুনা চৎথরি, মায়পাক্লা। অনৌবা শক্তম কয়া, অনৌবা মথেল কয়া, অনৌবা অইবা কয়া চৎখি, লাকই লাকখিগনি।

ফোঙবগী থবক্কা ঈরোইননা ফোরম অসিনা চেফোঙ অমসু লেপ্তুনা পুথোরকলি। ঙসি রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী সাহিত্যগী পাউ মীয়াম্না খঙনরবা অমসুং চাং নাইরবা চেফোঙ অমা ওইদুনা, মণিপুরগী মনুংদতা নত্তনা ভারত অমসুং অতৈ লৈবাকশিং ফাওবা য়ৌখ্রে। মসিদসু নত্তে-সেমিনার, সিম্পোজিয়ম, ৱার্কশোপ কয়া লেপ্তুনা পায়খৎলক্লি । মতমগী ৱাফম পুবা লাইরিকশিংসু সাহিত্য নৈনবদা মতেং ওইনবা থৌরাং তৌরি। অইবশিংগী দিরেক্তরী লোইশিল্লক্লে। য়াম্না থুনা পুথোক্লবগী পান্দম থমজরি।

অসুম্না চথরকপা খোঙচৎ অসিদা মোইরাংথেম বরকন্যাগী **'লৈকংলা'** কৌবা উপন্যাস অসি ফোরম অসিগী ৮৪শুবা লাইরিকনি। অইবী অসি সাহিত্য নুংশীবিবশিংগী মফমদা নৌহৌনা শক্তাকলুবগী মথৌ তাদ্রবনি। লাইরিক অসিবু মীয়ামদা নৈনবিনবা অমদি মহাও লৌবিনবা নোল্লুক্লা লাম্থোকচরি।

ইম্ফাল
২০ সেপ্তেম্বর, ২০০৫

বি. এস. রাজকুমার
সেক্রেটরী

# ১

অশংবী,

মতম অমগী পুন্সিগী খোঙবুরোই, ঙসিসু নঙবু কাউবা ঙমদনা নীংশিংলি। শজিবু থাগী য়েন্নৌদা লৈশাৎ তম্বী, কুমওন নাইবী শীঙেল নত্তে নঙদি, ঐগী থম্মোয় ঈপাক্তা তোমশাৎনবী কুম্মাইদবী লৈরাংনি। অসুক কুইবা মতমসে ঐ ইশাবু ফাওবা কাউথোক্লুবে। পুন্সিসিগী, খোঙচৎসিগী অমাং অতোং থিরুবনা ঐবু তাইয়োন্নহল্লে। ঙসিদি ঐগী নীংশিং নীংশিং ইবা হৌখ্রবা পুন্সিগী দাইরীগী চেনাশিংসে অমুকসু হাইদোক্লগেকো। নঙনা মতম অমা তত্তনা ৱাকৎখি "চিঠি তোয়না থারকউ, নঙ ঐ উন্নদ্রবসু করম হিংলি তন্নকউ।" ৱারী অদুমক লীরগেকো। ঐনা লৈরিবসে মণিপুর সেন্ট্রেল জেলদনি। ঙসিদি ঐহাক পুন্সিদা মায়থীরবা ফাদোক অমা ওইরে। হৌজিক নোংজুথানি। অহীংগী পৃং ১১ য়ৈখ্রে। নোং হাংখিবদা ঙায়রি। কুন্নি পানবা থাজগী মচেৎ তারবী মাইথোঙনা মনীংথংবা থোঙনাউদগী লীৎশিল্লক্কুনা নপাউ তন্নরি। নঙদি খঙলিরোই মফমসিদা ঐহাক করম্না লেল্লিবগে হায়বসে। নঙবু নীংশিংবগী পীক্লবা মৈরীসিনা মৈশা পীর পীরদুনা ঐবু চৎহল্লি চোকথরবা অদূগা উন্না কূপ্লবা ঐগী খোঙলম্বীসিদা। ঐগী নাক্তা সুপ্নগী শামতুগী কম্বল অনী, এনামেলগী পুখম অমা, এলুমিনিয়মগী গ্লাস অমা। খূত্তা ঘরী ফাওবা শিবা য়াদে। ঐগী ৱারীসে তাবদা নহাক কপ্লব্রা ? কপকনু। পিগী মমলবু অদুক লায়নদি লৌগনু। নঙ নুপী নৎত্রা ? লৈনাগুম থোৎলবসু লৈতংগায় ফাওদোক্কুনা শাৎপী লৈপাক্লেনি হায়না ঐনা নঙগীদমক চাউথোকচখিবদো অরেম্বা তাহল্লগেরা ? করি হায়বা ? ঐবু করিগী কপ্পী

হায়না হংলিবরা ? নঙগী ব্রাখলদু ওন্নরে। ঐদি কপ্পা হৈতে, কৈদৌঙৈদসু পিবু অরেম্বদা মাঙহনখিদে। নঙসু খঙবা নৎত্রনে ? থৌদোক কয়া থোকখি। থম্মোয় শোকপা থৌদোক অমখকতি কাউঙমদনা লৈরি। কাউথোকখ্রবরা ? তাং ২৯-৯-'৭৫ সুপ্পগী পেন্দবা খোল্লাউ অমখক্কীদমক মমা মপানি খন্দুনা ব্রাকৎ অমখক ঐখোয়না থাংগৎচখি। মদুগী পাউখুমদি চৈতৃপ, খৃত্তুম অদুগা খোঙগাও। তৌববুদি ঐখোয়সু অশাউবগী মৈরীনা লুতোন কাখিদুনা খূৎ য়াওনখি। মশা ফবা, নাতোন শূমাংদা কোই দারী অমা পীক্লা খাকপা পুলিসতুনা চৈতৃপ্পা ঐগী নময়াঙদা কন্থখি। ঐসু লেম্না তোকখিদে হাইজিন্দুনা খৃত্তুম্না থাবদা মহাক্কী মথক থংবা য়ামাঙ অমা কেনখি। অদুদগী মখোয় ময়াম হোৎচিল্লক্তুনা ঐবু কাওবা থিনবা তৌখি। লাইবক্তা শাংনা কায়খি। ষ্টিটচ অহুম ফোৎখি।

— "হিংচাবশা ! করিগী অদুক থীনা ফৃরিবা ? ঐখোয় ছাত্রনি। ঐখোয়বু হূরানবা মীহাৎপরা ?" নঙনা কপ্তুনা লাউখিবদো ঙসিসু হৌজিক্তা থোক্লিবগুম তারি। নখোয় খরসু নুপী পুলিসকা অঙকপা ফংনা ফূনখি। নঙগীদি খূরাইদা অনী অহুম লাইবক্তা মফম অমা তৎপা অদু নত্তনা দাগপুদি থোইনা লৈখিদে। নঙ ঐ দি. এম. কলেজদা পি. য়ু. সাইন্সতা সেকসন অমত্তদা তম্মিন্নখিবনি। মতমদুদা তৌখিবা ষ্ট্রাইক্কুগী মরুওইবা ঐখোয়গী দাবীনা লেবোরেটরী মতীক চাবা অমা শাগদবনি, কেম্পস ফজনা ফেন্সিং তৌগদবনি, শান্নখোৎনবগী মপোৎ মচৈ মতীক চানা অপতুদেট ওইবা মওঙদা পীগদবনি, ছাত্রশিংনা পামদবা ওজা থম্বা য়ারোই অসিনচিংবনি। ঐনা ষ্ট্রাইক অদুগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইখি। ছাত্র কুন্তরেৎ ফাজিনখি নুপী তরা নুপা তরাতরেৎ। জেলদা লৈবা মতমদা ঐখোয় থংননা লৈখি। ঐনা ঙসি লৈরিবা কাসিদগী য়েংবদা থোঙনাও উরিবা কা অসিদা নখোয় নুপী তরা লৈখি। থোঙনাউ অসিমকতদনি অথেঙবা অহীংদা নঙনা পি শিন্থখিবদো। ঙসিসু কোলহীং কারবা থোঙনাউগী য়োৎচৈশিংদা ইরং লংনা য়াম্থবগুম খল্লী নঙগী অদুঙৈগী পিরিকশিংদো। ঐনা লৈরিবা কাগী থোঙনাউ মপামক্তদা শাৎলিবা নোংলীক্লা চামথোকপীথ্রবা গুলাবলৈগী নৌরবী মাইথোঙসিনা নঙবু হেন্না নীংশিংহল্লে।

— অদুক য়াম্না থম্মোয় শোন্থগদবা নত্তে । মসিদি কৈসু লৈতবা চৈনানি । মসিদগী হেনবা কয়া কয়ানি ঐখোয়না থেংনরিবসে ।

— মখোয়গী মতৌদু হেনমল্লি, ঐ তশেংনা নুংঙাইতে ।

— তৌববুদি ঐখোয়সু খরা হেনখি । ও:সি:দুনা হায়খিবদু তাহৌদ্রা 'অসুক য়াম্না ঐখোয়না থেংনরিবা ষ্ট্রাইকশিংদা নখোয়না হন্দক তৌরিবা অসিগুম তৌবা য়াওখিদে, পুলিসনা ফারবদি তুমিন তুমিন গারীদা কাখৎনবমক্তনি নখোয়দি য়াম্না ভাইওলেন্ট ওইমল্লি' হায়বদো ।

— ঐখোয়না তাল্লিবা দাবীদু করম্বা হেঞ্জিনবা য়াওবগে ? ঐখোয়না হোৎনরিবদু ঐখোয়তগী শরূক নত্তে তুংদা লাক্কদৌরিবা মহৈরোয়শিংগীসু শরূক্কি । লৈবাক অসিগী মমিং লৈরবা কলেজ অমবু, মসিদা তম্লিবা মহৈরোয়শিংবু মীরাইবা হায়বসে মপী মপা ওইরিবা মখোয়গী অশোয়বনি ।

— অদুবুদি চুম্মী । লুচিংবশিংগী থৌশিন্দা পেন্দ্রবা মীয়াম্না নোংমত্তা কাংদনা ষ্ট্রাইক বন্দ কয়া থোকহন্দুনসু কনানা তাবীরিবগে ? লায়রবা মীয়ামতনা মহাম তাদুনা তোকই । লৈবাক্কী মপী মপাশিংনা নোংমতা হন্না য়েংবীদে অদুনবু চাওখৎপা থীল্লিবনি । ঐগী ঐগী শোয়দ্রগা লোইরে, লৈবাক মীয়ামগী ব্রা খঙদে হায়না খনবা মীসিদি মকোকশিংসি থুগায়রগা পেনগদবনি ।

— 'অমগী মকোক থুগাইগনি চপ মান্নবা মকোক অমা অমুক চোংখৎলক্কনি হামু হামু তাগনি । লুদি লুরবনি ঐখোয়না হৌজিক তৌগদবসি, হীরম খূদিংমক্তা নীংবা কায়নীংঙাই মক্তা ওইশিল্লক্কে !' নঙনা নথন্তা মুরুম মুরুম শোন্না লোইশিনখি । ঐখোয় জেলদা নুমিৎ মঙানি লৈখি । ঐখোয়না খল্লম্বগী ওন্নতৈনবদা য়াম্না থাজদনা ঐখোয়না তাল্লিবা দাবী অদো পীরকখি । তৌববুদি এমসুনসু খোঙজং চঙশিল্লগনি হায়না অকনবা ফিরেপ লৌরকপদুগা ঐখোয়গী দাবীনগা অচুম্বা মরম চাবা ওইবগা ঐখোয়বু য়ৈথৎপা ঙমখিদবনি । জেলদগী থাদোকপা নুমিত্তা ঐখোয়গী ওজা খরগা ফাবা ঙমহৌদবা মরূপ খরগনা ওকপা লাকপদা নমান্নবীশিংনা কপ্লখি অদুবু নঙদি কপখিদে, মাইথোঙ মকা লাম্না নোক নোক্কুনা মরূপশিংগা কোন্নখি । নঙগুম থৌনা ফবী ওইয়ু হায়না

ঐখোয়গী ওজাশিংনা নমান্নবীশিংদুদা হায়খি । তশেংনা নঙদি থৌনাফবীনি অৱাবা খাঙবা হায়বসে হৈনরবীনি ।

নঙ ঐদি হিংনবগী লানফমদা নাইতোম তারবা লানমী ওইনা হৌরকখিবনি । নঙগীনা পীক্লিবী ননাও অদুগা অপোকপী ইমা । ঐগীসু অদুমক্লি, নঙগুম নাইতোম তাবগী নোংলৈ নুংশিৎ নংলবা লাইরবী পলেমগী নাইতোম পোকচবা মপারি ।

নঙগা কায়নখ্রবা চহী তরামুক্কী মনুংসিদা ঐহাকসু শকফম ওন্না লেপ্লি শকফম হোংলবা মালেমসিদা । মাইয়োক য়াহৌরি পুন্সিগী নোংলৈ নুংশিৎ কয়া । নঙগী মাইথোঙ শোয়দনা মকশিনগনি, খাঙঙমদবগী নুংশা মপী হোনগনি, মতম অমদা নঙনা শান্নরম্বা, থবক শূরম্বা, অমদি হিংনবগী দাবী তানফম ওইরম্লিবা পৃথিবীসিগী, নঙ ঐগুম্বা থম্মোয় পানবা মী হায়বসিগী ৱারী তারবদি । লৈহেদ্রে ঙসিগী তাইবংপালসে, মসিদা মীওইনা হিংবসিগী মমলবু করিনো ? ঙসিদি মাইথীরবা পুন্সি অসিদা হিংবগী মহাওসু মাঙশিল্লক্লে । চৈনা কয়ানা য়োমশিল্লক্লে । নহাক্কীসু চৈনাখোলতনা য়োমখিবা পুন্সি নৎখিদরা ? নঙনসু ঐগী নোংদম থীবা মপোকপু খঙবীখি, ঐগীদমক ৱাজখি । নঙ ঐদি খুঙ্গংগী চীংয়াদা, লবুক লম্ফাংদা পুন্সিগী খোঙফম কয়া লেনমিন্নরক্লবনি । চীংয়াগী মোংশোংলক্তা কেকুলোৎপী শান্নবা, পাৎয়াইদা হি তোংদুনা থমচেৎ, থরো, থম্বাল হেকমিন্নখিবা । পোইনু থাগী লৌরীদা সগাই মথক্তা তোংদুনা লৌরক উচেক ঙাকমিন্নখিবা, লৈখোম মরক্তা থম্বৌ তানবী, খূৎনা লৈখোমদা ঙা হূম্বী শান্নমিন্নখিবা, অসিদা নত্তনা অঙাং ওইরিঙৈগী মশান্না কয়া কয়া শান্নমিন্নখিবা - পুম্নমক হৌখ্রবসু লোইহন্নীংখিদবা ঐখোয় অনীগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিনি । মতম অদো কয়াদা নুংঙাইখ্রবা, কয়াদা খঙনীংবনা লাঙতক্লখিবা ! পাউখুম ফংদ্রবা ৱাহং কযা হংনখিবা; মঙ হাগুম লোইশিনখ্রবা পুন্সিগী অঙনবা অয়ুক .......।

— "ঈরৈ।" ঐনা নঙোন্দগী হল্লবসু নঙনা ঐবু মিং অদুম কৌখি

— হূম ।

— আদা উরোক ময়াম পাইরিসি কদায়দা পাইবা ওইরম্লি ?

অশংবা চীংয়াদা পাইরিবা উরোকশিংদুদা খূদোম্বী থিন্দুনা নঙনা হংলকখিবনি ।

— মচীঙ্গাক থিবা ওইরম্মি ।

— মখোয়বু করি করি চাবগে ?

— ঙা, থ রোই, তীন, কাঙ অফং অফংবা চা'সি ঙায়দনা ।

— চাদ্রদি মখোয়সু শিনিকো ?

— শিদদি । চরা হেনবদগীনি হায় হৈখামগী হনুবীনা হন্দক শিখিবদো ।

— মঙোন্দা কনানসু চাক পীজদ্রব্রা ?

— কনানা পীজরুনি, মাদি নুংতিগী নিরগতা চায় হায় । মী লোইনমক্লা মাবু থীনা থীনা চৈবী ।

— অদুনরা মানা ঙাওরিদো ?

— ওইরম্মি ।

— মীশিংশিনা মবুক অসুক ফজ্রিবসি করিগীনো ?

— অদুদি ঐসু খঙদে ।

হন্না য়েংবদা কনাসু লৈত্রবী থবক শূবা ঙমদ্রবী হনুবী অঙাওবী অমখক্কী ব্রারীনি নুমিত্তুদা ইবান্নিনা শান্নখিবদো । নঙগী মাইথোঙদা ব্রাহং মখা হংথনীংবগী মমি তাখি অদুবু হংলকখিদ্রে । হংলক্লবসু ঐনা পাউখুম মতীক চানা পীবা ঙমগদবা লৈতে । অদুবু থম্মোয়দদি ফাওখি তমথীরবা পুন্সি অমগী শক্তম মমি শামিনা । মমি অদুমক নঙোন্দসু ফাওখিদ্রা ? শোয়দনা ফাওরমগনি অদুনবু ব্রাহং কয়া হংখিবদুনি ।

— 'হৈমা, শান্নসি হায়রগা নঙদি হীপ্তুনা লৈরব্রো ?' নোংমা নঙনা শাউনীংনা হায়রখি ।

— ঐ ঙসিদি য়াওররোই, মেমিখোয় গোপালখোয়গা শান্নরো ।

— করিগীনো ? নশা ঙমদ্রবরো ?

— ঐ চাক য়াম্না লাম্মে ।

— চাক লাম্ববু হীপ্লগা ফব্রো ? শান্নরগা চাক লাম্বা কাউদোইনে ।

— হুম, ইমা লাক্লগা চৈনি ।

— নখোয় ইমাবু কদায়’চৎখিগে ?
— কৈথেলদা চেঙ ৱানবা ।
— নঙবু চরা হেল্লব্রো ?
— হেল্লে ঙরাং নুংদাংদগী ।
— অদুদি ঐখোয়গী তন লৈরমগনি, ঐগী চরা ৱান্নবা ইমানা খাকখিবনি লৌরুখিগে ।
— লৌরুনুদা নখোয় ইমানা চৈনি ।
— চৈরোই কৈসু, মাদি মবুক য়াম্না ফবনি, নঙবুসু লুনা তৌরিদুদি ?

মীৎসিনা শংশংনা উরি নঙনা নশা ইপা পারদুনা ফনেক অঙাঙবদুমা কৌতক শেৎলগা নশম ননা ফেরে ফেরে হাইনা চেনখিবদো অদুগা তনগং খর চেনা চ্যেকশিন্না য়োম্লগা নুংশাশ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা ইনাক্তা চেল্লক্তুনা পীরবদো । নুমিত্তু ঐ তন্দু চারগা নঙগা লোয়ননা লুহোংবী শান্নখি । নঙনা নখ্বাঙদা ঊরী অমা পুন্সিল্লগা চাদর অমনা কোয়না য়েপসিন্দুনা নকোক্তা লমশম্পকপী থেৎচিন্দুনা লুহোংগদৌরিবী কন্যা শাখি । ঐনা ইমাগী ফি মতেক অমা কোক্তা য়েৎশিন্দুনা ফিজাউ অমা ইল্লগা ৱা-লান ঙাঙদনা বরগী ফম্ফমদা ফমখি । শম্বল্লে মপালনা লৈ শাদুনা নঙনা ঐগী কোকথক্তা চাইথখি । লৈ কোয়বা হৌরকপদা নখোয়গী ইমানা ৱাশা অমা পায়দুনা ঐখোয়বু তানখাইরখি । নঙগী ননমগন্দা ৱাশাদুনা অমুক অনীরক কনখি । নীংশিংলিব্রা নুমিত্তুদা নঙনা কপখিবদো ? ঙসিসু ঐদি কাউবা ঙমদ্রি ।

অঙাং ওইরিবৈঙেগী পুন্সি মতেক্তু হৌখি নোংমনা অৱা অনা খাঙমিন্নদুনা, নোংমনা খৎনচৈনদুনা । থৌদোক অমসু থোকখি মদুনা অমুক্কা হেন্না ঐগী থম্মোয়দা নঙগী শক্তম ময়েক লানা হকচিনখি । নুমিত্তুদা ঐনা নঙগী থোৎনৌরবী খজাইদা য়াখুন তাবমখৈ চীকখি । নঙনা নশিংখা ফুদোক্তুনা ঐগী শম ফোয়খি । অহল খরনা খামদোক্লবা মতুংদতা নহাক কপ্লকখি । নুমিত্তু ইবান্নি উচেক অনীগীদমক খৎনখিবনি । নঙনা হায়খি - ‘উচেক অনীসি মহুম অমত্তদা লৈমিন্নবনি ।’ ঐনা হায়খি, ‘তোঙান তোঙান লৈনবনি ।’ “মান্নি” “নত্তে” কয়ারক য়েৎনখি মমৈথঙদা ঐখোয় অনী ফুনরকখি । ঙসিফাওবদসু ঐনা নঙবু লায়না খন্দোকপা ঙমদে নঙগী অঙাং ওইরিবৈঙেগী

লিংজেন্দুবু নীংশিংলুরগা । নুপা ওইরবসু নুপী ওইরবসু নঙগী লোনগাগী অঙাং অমত্তনা নঙবু লাকচবা ঙমখিদে । নঙোন্দগী চহী অনী হনবা ঐগা ফাওবা ফূনখিবদুনি ।

নোংমনা পোয়নু থাদনি। ফৌ চরোংশিং খাওদোকখ্রবা লৌবুক্তা চরূখোক্লা তুরোই ঙাম্লোই কায়না মৈচাক খাঙহৌরি। অয়ুক্কী লৈচীল খোঙলোয়নরবা কোরৌহনবনা মূনা মূনা পূমতাক তাক্লবা লৌবুক্কী ফীজোল থোংদ্রবা কোগোক্লবা হকচাংবু য়েংলক্লি। লুম্বু লুম্বু শাবা নুংশারক্তা ঐখোয় অনীনা লৌবুক্কী মচী অমদা কৌখা তানখি। মতমদু ঐখোয় অনীমক ঐখোয়' খুনগী জুনিয়র হাইস্কুলদা ক্লাস ফাইভ তম্লিঙৈনি। অরোয়বা চহীগী পরিক্ষা লোইখিবগী ছুটিদা লৈবা মতম্নি। নঙগী নখূৎনা য়োৎপাক অমা পায়দুনা লৈবাক তৌখি। নাকন্দা সাইরুক অতৎপা মচা অমা তাদুনা লৈখি। ঐসু য়োৎ পায়দুনা তৌখি। কৌখাশিংদু থুমোক্তা হাপচিল্লস্মী।

— "খর চখোকও নঙগী য়োত্তুগা ঐগীগা য়ান্থৎনরনি।" ঐনা নঙগী ননাক নক্লা য়োৎ তৌশিল্লকপদুদা নঙনা হায়রকখিবনি।

— স্বায়দনা হেল্লি কৌখা য়াম্না তাবা অতৈদদি কয়া তাদে।

— কদায় কদায়দনো থিরুচোদনা ঐগী নাক্তদা য়েৎলগা নুংঙাইবরা ?

— "নুংঙাই।" ঐনা লক্লবগুম খুমখিবা ব্রাহৈদুনা নঙবু খোয়দৌ শীকহনখিমাল্লে। হুমাংনা লূপ্লবী মায়থোংদু ফনেক মচি থাংগত্তুনা তৈথোক্লগা নমীৎ অনীনা অরৈবমখৈ লাওথোক্লুনা ঐবু য়েংলকখি।

— "অদু ওইরবদি নথন্তা তাঞ্জহৌরো পুকফত্তবা। ঐদি চৎখ্রগে।" অদুগা থুমোক তায়রুক পুদুনা য়োৎপাক লেংথোং নাখৎলকখি। নঙদি য়াম্না শাউগনবগী মতিক ফবসু থুই। ঐনা নঙগী নতৌ য়েংবা নুংঙাইদুনা থওইনা হেক শাউনবা শীনখিবনি।

— পুক ফৎত্রিববু কনানো ? নথন্তা চানীংবা নথন্তা ফংনীংবা..।

— কদায়দা ইথন্তা চানীংইবা ? নঙনি নথন্তা চানীংইদি। নহানসু চীংথক্তগী পুংতোল হেক্লুরগা ঐনা নিরক্কনি কিদুনা ফীরৈদা লোন্না য়েপ্তুনা পুখিবদো।

— চানীংঙগা কোক চানীংই হায়বা য়াদ্রো ? নবুক্তি নঙনতা ফৎচদ্রগা ।

— তানীংদে তানীংদে ঐখোয় ফত্তি ফত্তনা অফবা শাবা।

নঙনা ননা মেন্দুনা খোঙকাপ লাওনা কান্দুনা চৎখি। ইরান মখল মখল শীরকপদুদা ঐসু শাউনীংদুনা নুমিত্তুদি নঙগী ননাক্তা অদুম চৎখিদ্রে। লাপ্না অমনা ঙাঙবা অমনা তানদবা মফমদা ঐখোয় অনী কৌখা তান্নখি। পূক্লীংদদি খনখি নঙোন্দগী ঐনা হেন্না কৌখা তানগে। নুমিৎনা কোক্তোন লোম্মক্লবা মতমদা নঙনা সাইরুক্তু থনকোক তৌনা কৌখা হাপ্তুনা নকোক্তা থোনগৎলগা নখূৎ নাম্মনা য়োৎপাক পায়দুনা কাখৎলকখি। মতম অদু ফাওবা ঐদি থুমোকমচাদু খাংঙে ফাওবা য়ৌরমদে। করম্না তৌরিবনো খনবদা ইথন্তা নুংঙাইতবা ফাওখি। অদুবু নঙদি শাউরিনেনা মীৎচিনফাওবা ঐবু য়েংলমদবমখৈ খুনয়াগী লম্বী তান্না চৎখৎখি। ঐনা কয়াদা ব্বারৌজখিবা ! নঙবু য়েংবা ফাওবা য়েংলরোই, কৌবসু কৌররোই খনখি। নঙসু তশেংনা শাউখি। পীক্লিঙৈদগী নঙদি ওইদবা ঙাঙবা হায়বসি হৈরক্ত্রবনি। নঙগী লীচৎ ঐতনি খঙখিবা। ঐগীসু নঙতনা খঙলমগনি হায়না খল্লী। মরমদি ঐখোয় অনীদি মশাগা মমিগগুম মীৎকুপ অমত্তসু থাদোক্লদনা হৌমিন্নরকখিবনি। নুমিত্তু ঐ য়াম্না হৈনীংখিদে, পূক্লিং লৈতাখিদে। মদু করিগীনো ? ঙসিসু ঐনা হংজরি ‘করিগীনো?’ নঙ য়াওদবা নঙগা লোয়ননা শান্নখিদবা মতমশিং অদো ঐগী লোইবা খম্বা নাইদ্রবা হৈনীংদ্রবা শাংলবা অয়ুক নুংথিলশিংনি। মতমদুদা ঐনা খনখি, নঙদি , নঙদি করম লেল্লমগনি ? ঐঙোন্দা ফাওখিবা ঈথিল অদুমক ফাওরমগদ্রা ? ব্বাহং অসিগী পাউখুম ঐনা ফংখি হুম্লি সুবগী অয়ুক্তা।

— “হোরেন্দি লাইবুংদা লিলা য়েংবা লাকউ।” হান্নগী হান্নগুম লৈচীল থাংদ্রবী আতিয়াগুল্লবী মাইথোঙদু মকা লাম্না তরু তরুবী নমীৎ অনীদা করিগুম্বা চিংনবগী লীক্লা অমত্তসু চোত্তনা নঙনা চেল্লক্তুনা হায়রখি। মীৎকুপ্তুদা খঙহৌদনা ঐগী থম্মোয়গী অমঙবা নোংদুমশিংদুসু কদায়দা চেম্হোকখ্রবনো খঙহৌরমদে। মমি অমত্তসু থনমখিদে।

— করি লিলানো ?

— দেবদাস।

— নঙদি করি অচাপোৎ পুরক্কনি ?

— লৈবাক হৱাই হৈঙাল ইমাগী পোৎফমদগী লৌরক্কে। ঐখোয় ইমা লিলাদা পোৎ য়োনগনি। অচাপোৎ য়াম্না লৈহৌরে। ঙরাং ইম্ফালদগী লৈরক্লিবনি। নঙদি করি পুরক্কনি ?

— ঐদি য়েরুম অফৎপা পুরক্কে। ঐখোয়গী য়েনবীদু মরূম কোক্লে।

— য়েরুমদি তৌহৈদে হায় লাইবুংদদি।

— কনানা হায়রিবা ?

— গোপালনা।

— অদুদি পুরক্লবা অমত্তা লৈত্রে।

— লৈত্রগনা ঐনা পুরকপদু চামিন্নরগা লোইরেদনা। লাকও ঐখোয়দা চৎলুসি ইমানা অচাপোৎ শীলহৌরি, য়েংলুসি।

অদুগা নঙনা ঐগী খুৎ পায়দুনা চিংলকখি। অদুদগীদি ঐখোয় অনীমক শারূং খীংলবা উচেক মচাগুম মকা লাম্না চেনমিন্নরকখি। নখোয়গী য়ূম য়ৌরফাওবদা খুৎ থাদোক্লখিদে। নখোয়গী ইমানা ঐখোয় অনীগী ইত্তৌ উবদা থবক লেপ্পুনা নোক্কুনা য়েংলকখি।

— "কদায়দগীনো অনীসিনা তৌরক্লিসে। ৱাংনরিদি য়েংগাইদু মঙায়রে।" করি হায়রিনো ঐখোয় অনীমক অমত্তা খঙলমদে।

— "ইমা, হোরেন লিলা য়েংবদা ঐখোয় অনীনা চানবা লৈবাক হৱাই হৈঙাল পীয়ুকো ।" নঙনা হৈঙাল লীক্লিদুদা খূদোম্বী থিন্দুনা হায়খি।

— "পীদদিকো।" ঐখোয় অনীমক হরাওজরম্মী।

— হোরেন নখোয় অনীনা ইমাগী থুমোক তাইরুক, ফিদা থাংবা য়াওগদবনিকো।

— "হোয়।" ঐখোয় অনীমক চপ মান্ননা খুমখি।

## ২

যুখল অমগী মথং যুখল অমা তপ্না তপ্না হাইদোকখি নঙ ঐগী পুন্সিদা খূজীল থৌরাং হৈরবী মহৌশানা । মথংগী মীৎকুপ্তদি লৈখোক অমত্তগী অপোম্বী অনীদু লৈকা হাইদোরকখি। হেন্না ঈথৌ লাংবা মীৎয়েংনা য়েংনখি ফজখ্রবা অশংবা মালেম অমদি অতিয়াগী কুম্মৈশিং । অহানবদা অমেঙবা থাবলগী ঈথক ঈপোম, পোমশাৎনবী লৈরাংগী তঙাংবী খজাই নাপোম, লীরি হুম্বা মালংবগী অমোনবা খূৎশোক, খোইমু খোইনীংগী নাউসুম ঈশৈ ফজবগী ফজবমক্তা । মরক্তুদা নঙ ঐ তুফাং খপ্না পাইমিন্নখি শাইরোংগী চৈনা খঙদ্রিবা লমখুনু মচাশিংগুম । কুইহৌদে, মথংদা য়ৌরকখি য়োৎকী থোঙ পানবা চোকপলনা কোয়শিনবা ইংখোল অমদা । য়ৌবতা নত্তে মনূংদুদা নঙ ঐবু লাক্কুনা ইন্সিল্লকখি শকউদবা খূৎ অমনা । অদুদগীদি খঙহৌদে শরেপ ফারকখি । হাকচাং কয়াৎকী অঙকপা কুম্মৈনা ইশা ইথন্তবু ঙকহল্লকখি । মতমদো নঙদি নঙগী হোংলকপা শওং শাদা অদুগীদমক চাউথোকচখিদ্রা অমদি মদুনা অরুবা ব্রাখল অমা পোকহনখিদ্রা ? শোয়দনা পোকহল্লমগনি নত্রবদবু নঙ ঐনা করম্না উনীংবা কোঙগাই উনিংদবা শা, ঙাঙনীংবা কয়া ঙাঙঙমদনা লেন্নগনি । করম্না শেন্নহৌদবা মীৎকুপ্তা মীৎ মরি মীৎচান্নবদা খোয়থুম্নরবা মীনোক নোক্নখিবা, মীনোক্তুদবু নীংশিংজরগা পুন্সিগী অরুবা অংকগী খোঙচৎ থুগাইখিবা - মদুমক্না লেঙদ্রবা খূদম্নি । চান্নবী, নঙসু অমুক্তদি নীংশিংউ ঋতু কয়াদা শকমিন্নখিবা পুন্সিগী ঈশৈ, মথোৎ কারকপা খূথেক্কী অনৌবা জগোয় - মতমদুদনি নঙগী মাইথোঙ থম্বালনা ফূগাইনা শাৎলকপা লৈহীনা নীক নীক, লৈনম্না মাইকৈ লাং থাক্লকপা মতমদুদনি থম্মোয়গী অহানবা থোঙবা কাঙলকপা নঙগী তনৌরবী খূৎশাদুননি ।

— নুংশিবা হায়বসিবু করিনো ?

— থম্মোয়গী অতোপ্পা শক্তম্নি ।

— থুংনবা হায়বসিদি ?

— শক্তমদুগী মাইখূমফি হাংদোকপনি ।
— মাইখুমফিদু হাংদোকপা তারবদি ।
— লম্বীদু উগনি ।
— করম্বা লম্বীনো উগদবা ?
— পুন্সিবু মাইয়োক্লবগী, ঐখোয় অনীমক্কী ।

অসুম্না মথোৎ কারকপগী ঈশৈ ঙংলকখি মেঙনা ঈচং থৌনা ঐখোয় অনীগী নাপ্পদা । মথঙদদি থেক খোয়রবা নূংগাই চেগায়গী লম্বী, নুংশিগী লম্বী, হিংবগী অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমদি নম্বো । ঐহাক লাইরিক তম্বা তোকখি সুপ্নগী বি. এস. সি পাস তৌরগা । ঐগীদমক ব্রাজরক্লবী ইমাগী মতেং পাংবা পাম্লম্মী । ঐ লৈনা লৈনা পাংগল শরেপ ফারক্লবসিফাওবদা ইমাবু লৈত লায়রগী মৈখু লাংহনখিগদ্রা ? মতমদুদনি নঙনা নোংমা হায়খিবদো

— ঐখোয়গী হাইস্কুলসিগী ওজা খর কৌরি তাদ্রিবরা ?
মতমদু নঙদি ঐখোয়গী খুনগী হাইস্কুলদুদা ওজা ওইরবনি ।
— তাদে ।
— তারোই, কা মনুংদা কুফা চনবা, লম্বী কূৎনবা চৎপতনি নঙনা থৌনা ফরিবা ।
— ঐখোয়গীবু করি হোৎননিংঙাই লৈরিবগে ?
— হোৎনদুনদি য়েংবা ফৈদনা । কনানা খঙনি দাউ য়ারমদুনা কোক খল্লকপসু ।

অসুম্না নঙনা অকনবা শীংচেপ থাজিনবদগী ঐহাক ইন্টরবিউ য়াওখি সুপ্নগী মমিংতগী ওইনা পাঙথোকখিবা ইন্টরবিউ অদো ।

— "নঙবু ঙাওরব্রা ? দি. পি. সি. য়াওবনেনা চৎখ্রগা ইন্টরবিউ বোর্দকী মেম্বরশিংগা কিশি তাখৎনরগা থোরকই হায়রিসিবু । কনানা নঙবু খনবীরক্তোইনো ?" নঙনা খোয়শাউননা হায়খি ।
— কিশি তাখৎনবতা নত্তে মকোক কায়রমদ্রিদু মরাইবক ফদুনা তৌরিবনি । মফমদুদা মখোয়বু ঙাক শেল্লিবা সিফাইশিংদু লৈরমদ্রবদি মখোয় ঐগী ইতিক খঙলমগদবনি । দি পি সিগী অর্থ খঙলবসু খঙশিন্নদবা,

পৈশাগীদমক মশাবু মমল লৈহন্দবা মীওইশিংনা ঐখোয়গী খুন্নাইসিবু লৈখা তাহল্লিবনি।

— অদুবু করিগীনো হায়বা ?

— "হংগদবা মরী লৈনবা ৱাহংদি হংদে। অঙাংমচা শান্নবগুম ঈশৈ ময়েক খর হং, ঈশৈ শকউ খর হায়, মখোয়না ঐখোয়বু করি ওইনা উবা জাৎনো ?" নহাক অদুতদা থৱায় তানা নোকখোরক্লে ।

— ঈশৈ শকপবু করি ৱাবগে কোক শক্তোক্লম্বা য়াদ্রা ? নহাক্কী পার্সোনোলিতি য়েংগদবগী তৌরিবনি ।

— করিগী পার্সোনোলিতি ? তাৎ তৌরিবনি মখোয়না তৌরিবদো । মমল পীবা ঙম্বা মী নত্তে, পীনীংবা মীসু নত্তে খঙদুনা অঙাওবা শেম্মগা থাদোরক্কে তৌবনি । মদুবু ঐনা হেক্তা য়াগদ্রা ?

— মীবু অদুক য়াম্না থাজদবসু অফবা নত্তে । মখোয়গী মরক্তা অফবা মীসু য়াওরমগনি ।

— অফবা অমা অনী য়াওরম্বা য়াই অদুবু মখোয়না কৈদৌননি । অফবা তৌরুবগী থম্মোয় শেংলুবগী মমৈদা অঙাওবা তাদুনা তোক্লরিবনি । কনানা মখোয়গী ৱা লৌবীগনি ?

— মশীং য়ামদ্রবসু অমা অনীতা ওইরবসু অচূম্বগী পাংগলদি য়াম্না কল্লি । ফিরেপ্পু হোংদ্রবদি অচূম্বা হায়বসিনা নোংমদি মায় পাক্কনি । লুরিবসি মী মীদুগী উইন অদুনি । করপসন হায়বসি লৌরিবা মীদুগা পীবিগ মীদুগা অনীমক্লা থোকহনবনি ।

— মশাগী ওইজবা খনবা হায়বসে মীওইবগী হৌনশানি । ওইজবা অদু ফংনবা হোৎনবদা অতোপ্পগী অফ ফত্ত খল্লুবা ঙমদে । মীওইবনা হেক লৈরিবমখৈ করপসন হায়বসি মুখৎপা ঙম্লরোইদবনি ।

— মতাং অসিদনি ঐনা মী অমা ওইবগী উইন কনবা হায়রিবসে । অচূম্বা হায়বসে অচূম্বনি । লাইপোক ওইরবা মীওইশিংনা পোকপদগী শিবা ফাওবা অচূম্বতবু কোন্দুনা চৎনখি । অরানবা কয়া চৎলুরবসু মখোয়না লায়না মরাল য়াজবা ঙম্মী । মদুনা মখোয়গী মরালশিংদু কোকহল্লি ।

— অদুবু অদুগুম্বা মীশিংদু কয়া য়াম্বগে ? মখোয়দি অতিয়াদা তাঙনা থোকপা ধুমকেতুগুম্বনি ।

— অদুগুম্বা ধুমকেতু অদো ঐখোয় খূদিংমক ওইবা য়াদ্রা ? ওইনবা হোৎনবা য়াদ্রা ? হোৎনরবদা মীওইবনা ওইদবা করি লৈবগে ?

নঙগী ব্রাফমদুগী ঐনা পাউখুম পীখিদে অদুবু ঙসিফাওবসু হেক হেক খন্দুনা লৈরি নহাক্না হায়খিবশিংদো। ব্রাহে ওইনা হায়দোকপদি লায়বা থবক ওইনা পাঙথোকপদি লুবা ব্রাফম্নি। পীক্লবা মরূ অমদগী মতোন চোংলকপা, পাম্বী মচা ওইরকপা, চাউখৎলকপা, মপান শাৎপা অদুদগী মহৈ য়ানবা ফাওবদা মচাক কয়ামুক চঙই। অকোয়বগী ঈশিং নুংশিৎকী ফীভম, হৌরিবা মফমদুগী লৈবাক লৈহাওগী মওং, ঈশিং চাইগদৌরিবা হার হাপকদৌরিবা শম্না হায়রবদা শেন্নগদৌরিবা খূৎ অমসু চঙই । পূম্নমকসিগী মথক্তা তীঞ্জং লাইচংদবা অচঙবা মরূ ওইবা তাই অদুবু ঐখোয়গীদি কদায় য়েংলু য়েংলুবদা অব্রাৎপগী অব্রাৎপমক্তা । অদুনা অচঙবা মরূ কয়া অরেম্বদা কেমদুনা মাঙহল্লি । মসিদগী কন্নবা পাম্বৈ ইরৈমক লৈত্রবরা ? ঐখোয়না আশা অমত্তসু তৌররোইদ্রা ? করিগী লৈতনি ? মদুগুম্বা আশা অদুদি ঐখোয় হৌগৎলক্লিবা নহারোলগী খূত্তা লৈ । নহা ওইরিঙৈ ইনখৎলকপা মতম হায়বসি মীওইবগী খ্বাইদগী হেন্না মমল য়াম্লবা মীৎকুপ্নি থৌনা অমদি লৌশিংদা । অসিগুম্বা মতাং অসিদা ঐখোয়না ঐখোয়গী লেপচনবা যুম্ফম থোলহৌদনা করম্বা মতমদা থোনগনি ? অদুনা ঐখোয় পূন্সিন্নবা তাই । চূংশিন্নবা হায়বসিনা অরুবা থবক কয়া পাঙথোক্লবগী অমত্তা ঙায়রবা ব্রাফম্নি । পান্দম অসিদনি ব্রাখল মান্নবা ঐখোয় মশেন পূন্সিন্নদুনা অনৌবা পুন্সিগী যুম্ফম অমা থোন্নবা হোৎনখিবদু।

নঙগী ব্রা লৌদুনা ঐনা চাংয়েং পরিক্ষা মথং মথং য়াওখি । ফল লাউথোকপা মতমদদি ইমিং থিব্রা ফংলমদে নোটিস বোর্দকী চেনাশিংদা । মরাইবক ফবশিংগী মমিং পার পারগা হল্লকখি । নীংবা কায়না ফদি ফরাগী ফমুংদা তুমিন হীপ্লখি । ঐনা ফংলকখিবা সরটিফিকেটশিং, ঐগী হোৎনজমলশিং অরেম্বা তাখি । লৈকাইগী মীনা মচা ব্রারকপদা হায়নরকখি - "তম্বীবনু নখোয়গী লাইরিক্তু । মদুনা করি কান্ননি । লৌ উবা সন য়েন

লোইবা তম্মু । নখোয়গুম্বদি হায়রুনু ময়াদা মৈ হৌবা নবুংঙো অসি ফাওবা কাঙখ থাঙ তাদুনা লৈরিবসিনি ।”

ফনা ইকাইবা ৱানি । ঐহাক মখোয়না হায়রিবা কাঙখ থাঙ হায়বদুমক তাদুনা তৌফম খঙদনা মতম লেনখি । মতুংদদি অমুক হোৎনরমদে । পুন্সিসিগী, হেন্না লুশিল্লক্লবা হিংবসিগী মাইয়োক য়াবগী নঙ ঐতমক মরৈ য়েৎনখিরম্মী ।

— হিংনবা পাম্বে থিবসি ৱাদৌরি ।

— করিগী ৱারুনি । হুমাংমলগী ৱাদি নীংশিংদ্রবরা ? ৱাদনা হিংবা য়াব্রা ?

— তশেংনমক গারী সনগী ফীভমদা তারে ।

মতুংদুদা লৌবুক কূমদুনা লৌ-উবা হৌরকখি । সনপোৎ মাঙদা থাদুনা লংগোল য়োৎলম ফাৎলকখি । অদুবু মদুনসু ওইবা য়ারক্তে । ইহৈ তম্মীনি তোনাল্লিঙৈ শিনফমদুসু খূৎলোইহৌদে । মসিরা মীওইনা পোকপগী নুংঙাইবা হায়বদু ? ইশা ইথন্থবু নিন্দা তৌজরকখি । মনীংতম্বা চেক্লাগী মপোক্লা মীওইববু করেম্নরি । পুক্কী লান্দা মীনা শা ওল্লি । চাক চখোম অমগী মিকানবনা মমানা মচাবু নুংশি খঙদনা য়োম্হোকপগী ৱারীসু লৈ । চীংজিলনি লৱায় লমগী চংফংনা ৱানবা মতম্লি । করিনো অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা ইমাগী মতেং পাংদবা য়াদে । কুইরে মহাক্লা ৱাজরক্লিবা । ইমাদগী য়াথং লৌরগা ঐহাক ইম্ফালদা নূং শূবা চৎলম্মী ।

## ৩

ঙসিদি ঐ-ঐগী পোক্লফমশিদা নাইতোম তারবশিংগী মনুঙদা অমা ওইনা লেপ্লরে । ঐগুম্বশিংগী মীৎয়েংদদি ঙসিগী মালেমসে মশাগী শক্তি মরায় চায়থখ্রবা লম্মৈ চাকখ্রবা চীংমায়নি । অসিমক্তদা মহাক্কী মথাগী মচাশিংনদি তুজুংবা লৈতনা মুন্নরি মরেক মহাউ থাংদ্রবী য়াংগংলবী মমাগী মতম্পাকসিবু । মমাবু নুংশিবগীরা নত্রগা মশাগী খোঙফমগীদমক্লা ? ঐগী লম্মাংনরবা খোঙচত্তা নঙগী খোয়রুম মীনোক্কী উরুম পীদুনা শারবা মৈশাদগী ঐবু কনগে তেমশিংখি । মীৎকুপ্তুদগী ঐগী মীৎমাংগী পর্দাশিংসে অমমমতা ওইনা হাইগৎচদুনা শাগৎচরুই, নীংথিরবা মালেম অমগী শক্তম । নাকেন্থাগী অহীং কয়া ঐনা তুরি পায়খত্তুনা মশীং লাকঙমদ্রবা শক্তম কয়া য়েকশ্রবনি অদুগা অমুক মদুতবু য়েংজরগা ঐনা খোঙশাল্লকখিবনি মঙাল মশেক থাংদ্রবা অমম্বা লম্বীসে নুংঙাইবা শাদুনা । অদুবুনে চান্নবী, তামখ্রে ঙসিগীদি শক্তমদো। অমুক হন্না লাকখিনি করম হায়সিগে ? কুমগী নোংলেন নঙদি চৎখ্রে ইনাক্তগী । লৈকংলা ওইহৌরে পুন্সিসে মৈশাতনা য়োল্লবা । নোংমদি শোয়দনা তাংগোই তারনি । ঙসিগী থাবলসে চন্নফম লৈত্রে ঐঙোন্দা । ঈখৌলাংবতমক মঙায়রে ঐগী তুরি অমদি কেনভাসসু । ঐগী মৈচাক নঙতনা খঙবীবদাই ? ব্রাহৌগনি হায়বদি খনখিদরা চৎলমদাইদুদা ? নঙদি নিঙাইদনা তুমখুন তানখ্রেদো । ঐগীদিনে অহীং নোংশোয়বা মীৎ কক্লা অমত্তা উইশিন্দনা নঙ ঐগী হৌখ্রবা নুংশি ব্রারীশিংসে পাদুনা লেঞ্জবা অসিতনা পোখাবা ওইরগেকো ।

ঐনা নঙোন্দা হায়খ্রে ঐনা লৈরিবসে মণিপুর সেন্ট্রেল জেলদনি । মফমসিদা ঐগী লৈরিবা হায়ববু নুংতিগী শীজিন্নরিবা শেৎলি লীৎলিবা খোঙগ্রাও ফূরিৎ, দাইরী অরীবা, অনৌবা, চে খর, খবর, কলম অনী অহুম, মুকফু অমা, তুরি, কেনভাস, অদুগা মচু খর মসিদগী হেনবা করিসু লৈতে । মপূং ফানা মায়থীবগী অওৎ অনৈ অদুমক ঐহাক খাঙলি । মখোয়না ঐবু ফূবা চৈবা পূম্নমক্তি মফমসিদদি লেপ্লে । ফাদোক অতৈদগী ঐঙোন্দনা হেন্না

খুদোংচাবা পীরি চাবা থকপা অপাম্বা অতৈদা। মফমসিগী জেলরসি পুকচেল চম্মী। মশা মউ ফবা, হৈশিংবা চহী য়াংখৈমুক সুরবা নুপানি। মহাক্লা ঐগী খ্বাইদগী ফরবা মরূপ ওইরি মফমসিদা। ফন নুংঙাইনা থম্বী হায়দুনসু পূং কুনমরি কা মনুঙদা শো লোন্সিন্দুনা থম্বা পুন্সিসিবু ঐনা তুক্কচৈ। উখা ৱাখাদা লৈতংগায় চীক্তুনা, উহৈ চাদুনা, লফূ মহী চূপ্তুনা অহীং মিৎসেল খাঙনা লেনবা লাঙতক্লবনা থল্লবা নীংখা তম্বা পুন্সিদুবু ঙসিসু মিহৌরি।

শোক ১৯৯৩ হিয়াংগৈ থাগী থাশি নুমিত্তা আর্মিগী কম্বাইণ্ড ফোর্স অমনা ঐখোয়গী কেম্পতা লান্দারকখি। মতম অদু ঐখোয়না ঐখোয়গী কেম্প মপূং ফানা শেমগৎ শাগৎলবা আশা কয়া থম্লরবা মতম্নি। নহারোলশিংগী ট্রেনীং সেন্টর অমসু মফমদুদা হাংদোক্তুনা ট্রেনীং পীবা হৌরবনি। অদুবু খূরক্কী ঈনা লাই শাবা হায়বদুমক থোকখ্রে। ঐখোয়গী লম্বীদা তিংখং ওইদনবা ৱার্নীং পীরগা মথ্বায় কনবীদুনা থাদোকখ্রবা অচৌনা মাঙ তাকপা অসি পুরকখি। মহাকপু ফাবা মতমদুদা মতীক চাবা চৈরাক পীনবা ঐনা কন্না হায়খি অদুবু মরূপ থোইবনা য়াখিদে। মতমদু থোইবনা ঐখোয়গী কেপ্টেন মেজরনি। মতমদুদা মহাক্লা হায়খি 'মীওইবা হায়বসে লান্দবা ঙমদে। মহাক্কী মরালবু ঙাকপীদুনা মাগী থম্মোয়বু খূদুম চনবনা অফবা ওইগনি। মীওইবনা মথ্বায় কনবীবা মীগী মাইয়োক্তা অমুক হন্না লেপ্পা হৌনদে।' মহাক্কী ৱাফমদু ঐহাক্তি য়ানীংখিদে। ঐখোয় অনী মোত খেন্নখি। ঐগী ৱাখলদি য়েক্লবদি অদুম্মক য়েক্লবা ওইদুনা লৈগনি। য়েক্লববু থাজবা হায়বসে ঐখোয়গী খুদোংথীনিংঙাইনি। মহাকপু কনবা নত্রগা লোইশিনবা হায়বদুদা নাকপাক তান্নদুনা ফনা কুইনা উংখৎনদুনা লৈখি। মতুংদা মরূপ থোইবনা "অহানবগীসিমদি মরাল ঙাকপীরসি মতূংদা লাকপা মরালগী মতুং ইন্না চৈরাক পীরসি" হায়বা ৱাফমসিনা লংদাই ওইদুনা ঈংথনখি। মহাকপু থাদোকপীখি। অদুবু মহাক্তি তৌবীমল খঙদবা শাদ শা ওইরম্লে। ইমা লৈবাক্কী মাইথোং থাজগী মাইহীং ওইরম্লে। মহাক্লা খূজিন থৌরাং তৌদুনা কম্বাইন্দ ফোর্স অদুবু ঐখোয়গী কেম্প তান্না পুরক্লম্মি। য়েক্লবনা নোংথক্তগীসু লৈমায়দগীসু কাগুপ চপ্তুনা ঐখোয়বু এটেক তৌরম্মী। মখোয়না ঐখোয়গী কেম্পকা থংননা লৈরিবা চীংদুম মচাদুদা মখোয়গী পোজিসন লৌফম ওইরম্মী। পূং অনী চূপ্না কাপ্নরবা মতুঙদা মশীং হেল্লবা য়েক্লবগী লান্মীনা ঐখোয়গী কেম্প






সর্ব্বনাস শানা থুগাইরম্মী । ব্রানা লাঙখৎচবা খূজু খূৎলাই পুম্নমক মখোয়গী মখূৎ চল্লম্মী । মফমদুদা লৈরিবা নীংতম লাম্মী অমদি আর্মিশিংগী ঈখেংতনা নোংপোক শেকমাইগী চীংমাই অমদি লৌবুকশিংবু অঙাঙবা ঈথক হৌইল্লম্মী । লানফম অদুদা ঐগী মরূপ, মতমদুগী ঐখোয়গী কেপ্তেন মেজর থোইবসু অরোইবা য়াহিপ তানখিরম্মী । মাঙ তাকহনবা অদো কনাগী খূজিন্ননো খঙলবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইরমদে । মহাক্কী অরোইবা মীৎকুপ্তা মহাক্কী অশোয়বশিংদু ঐঙোন্দা ফোঙদোক্লম্মী । য়েক্লববু ঙাকপীখিবা অদো মহাক্কী চাউরবা অশোয়বনি হায়না ঐগী খূৎ পায়দুনা মহাক্না মরাল য়াজরম্মী । মহাক্কী অরোইবা মীৎকুপ্তা ঐখোয়গী ইথক্তা নোংচুবগুম হৈথরিবা নোংমৈ গুলিশিংগী মরক্তা ঊপ্না লোংনা ওন ওন্দুনা মখূৎনা পায়খিবা এন্টি টেঙ্ক রোকেট লোনচর অদুনা য়েক্লবগী হেলিকোপ্তরশিংবু কাপখায়বা য়াবা কাপখায়দুনা মাঙহল্লম্মী । ঐখোয়গী মতমদুগী ব্রাশক হায়ববু মাঙতাকপমখৈ হকথেংনরবসু নৌনা অমুক শেমগৎপা য়াই, ঐখোয় ঈশাতবুদি হিংনা ফংহনগনুসি হায়বসিনি । লানফমদুদা মথক্তগী হৈথরক্লিবা বোমশিং অমদি শ্লোলেম্পশিং অদুনা পূমতোই তোইনা মাঙহনখ্রবা কেম্প অদুদা ঐ ইথন্তমক ঙায়হৌরম্মী । লানফমদা থব্রায় কৎখ্রবা অথৌবা মরূপ থোইবা অমদি নীংতম লাম্মীশিংগী মফমদা অরোইবা ঈকাইখুম্নবা ঊৎলম্লগা ঐখোয়গী নানথোকফম তনেল অদুদা কুমথরক্কুনা ঙারিয়ান চীংজীন্দা ঐহাক থুংলম্মী। অদুবু হান্নদগী লম্বী পূম্নমক খঙলম্লবা য়েক্লবশিংনা মফমদুদা ঐবু লাংগোই চন্সিল্লম্মী । মফমদুদা মখোয়গা ঐগা কাপ্লরম্মী । ঐহাক শিরগনি হায়না খল্লম্মী অদুমকসু ঐগী অপাম্বা ওইরম্মী। য়েক্লবশিংগী মখুত্তগী নাম্থোকফমদি লৈরমদে । ঐবু হিংনা ফাখিবগী মহুৎ শিখিবনা ঐগী লাইনীং ওইরম্মী । ঐগী খূত্তা পায়রিবা লাইট মেচিনগন অদু মরূলোইখিদুনা মেগজিন অমা হাপ্লা হোৎনরিঙৈদা ঐগী মাইকৈদা নোংচুবগুম হৈথরক্লিবা নোংমৈশিংদগী মরূ অমা হাইজিল্লক্কুনা ওয়থংবা পাম্বোমদা পাল্লম্মী । মতম অদু ঐহাক ঙারিয়ান চীংজিনগী খূনিংথেক শাবা চীংখোঙ অমদা পোজিসন লৌদুনা লৈরিবনি । মরূশিং মথং মথং হাইজিল্লক্কুনা ঐগী য়েথংবা ফৈগনদা, খুবোমদা মথং মথং পাল্লম্মী অদুদগী ঐহাক জ্ঞান তাদনা মফমদুদা হাইথরম্মী । ঐনা জ্ঞান তারকপা মতমদা মখোয়গী কষ্টদিদা লৈরম্মী। আর্মিগী ডোক্তরনা ঐবু

ট্রিটমেন্ট পীরম্মী । খোঙ অমদি খৃত্তা পাল্লিবা নোংমৈ মরূশিংদু ওপরেসন তৌদুনা লৌথোক্লম্মী । ঐগী ফীভম খর ফগত্রিবা ফাওবা মখোয়না ঐবু চ্যেকশিন্না হোৎনরম্মী । মতমদুদা ঐহাক ঐখোয়গী লালহৌলুপকী কেপতেন ওইখি ।

— 'নঙ হৌজিক করি খল্লী ?' আর্মি ওফিসারদুনা ঐঙোন্দা হংলকখি । মতমদু ঐগী ফীভম খর ফগৎলবা মতুংদনি । ঐবু মখোয়না ইন্টোরোগেসন সেলদা পুশিল্লম্মী ।

ঐনা পাউখুম অমত্তা খুমদনা মঙোন্দা মীৎ খানা য়েংলম্মী ।

— নঙোন্দনি হংলিবসি ননা তাদ্রা ?

— নহাক কয়াম চাউবা মীনো ?

— নঙগীদমক্তদি মতীক চানা চাউরবা মীনি ।

মহাক্না থওইদনা হায়রক্লম্মী । মহাক্কী উশিত্তবা থওইদবা খোন্দা অদুনা ঐগী থনুংদা ওমদুনা লৈরিবা অশাউবগী মৈরীদু মকা লাম্না চাকহনখি ।

— ফরবসু ফত্তবসু ঐহাক লৈবাকসিগী লালহৌলুপ অমগী লুচিংবনি । করিগুম্বা ওরগনাইজেসন অমগী লুচিংবা অমদা করম্না ব্রাহং পাউহংগনি, করম্বা লোন শীজিন্নগনি হায়বা নখোয়গী দিসিপ্লিন্দা য়াওদবরা ?

— লুচিংবা ওইরবসু হৌজিক্তি নহাক ঐখোয়গী খৃৎ চল্লবনি ।

— অদু ওইরবদি নখোয়না পীনিংবা চৈরাক্তু পীয়ু । ঐ খঙলে নখোয়গা মিলিটরী দিসিপ্লিনগী ব্রারী শান্নবা য়ারোই মরমদি নখোয়গী আইনসিদি জঙ্গলদা তৌগদবনি ।

খঙহৌদনা মহাক্না মখ্বাঙদা ফারিবা বেলটতুনা ঐগী কোক, মায় মীৎ খঙদনা কন্সিল্লক্লম্মী । মখূৎপেন্না ফূরবা মতুঙদা মহাক্না ঙংলদুনা হায়রকই

— হৌজিক অমুক করি পাল্লি ? ঐখোয়দা চঙজগেরা নৎত্রগা....... ?

— কান্নদবদা ব্রাহং পঙহং হংবগী মথৌ তাদে । নখোয়না চত্থনীংবা অদুম চথৌ ।

শাউবনা মহাক কবোকৈগুম ময়া খিগৎলক্লম্মী ।

— 'ফৈ । কয়া য়াম্না নরিল ফবগে য়েংবা তাই ।' অদুগা ঐগী খোঙ অনীমক পুন্সিল্লগা ঈশিং ঙীক থন্না য়াওবা দরম অমদা আর্মি অনী অহুম চঙদুনা থাংগৎহল্লগা মায় লূপশিন্দুনা সেকেণ্ড খরা থল্লম্মী । ঐনা শ্বর থিংদুনা চোংখৎলকপদা য়োৎচৈগুম্বা অরীংবা চৈ অমনা খূয়ারোমদগী কন্থৎলক্লম্মী । ঐহাক মখোয়গী অওৎ অনৈদু খাঙবা ৱারম্মী । অদুবু থম্মোয়দা লৈরিবা অরোনবশিংসিদি ফোঙদোকখ্রোই শিরবসু অদুমঙায়রে খল্লম্মী ।

— 'নখোয়গী লুচিংবা কনানো ? কদায়দা লৈ ?' ঐগী মায় ঈশিংদগী লৌথোক্লগা লৈবাক্তা মখোয় ময়াম চঙদুনা উতূপ থাদবগুম থাদরবা মতুঙদা লুচিংবদুনা হংলকই । ঐগী নাক নক্লা চঙলক্লিবা মাগী মমায় তম্না ঐনা তিন খবোম অমা শীৎচিল্লম্মী । শাউমন্দুনা মহাক্তি হূই অঙাওবা ওল্লম্মী । মখূৎনা পিষ্টোল শত্তুনা ঐগী কোক্তা কাপকদবগী তৌরম্মী । খূদক্তুদা আর্মিগী লেফটনেন্ট চঙলক্লম্মী । মহাকপু পুকচেল ঈংথনবা হায়রম্মী । চৈবসু চৈরম্মী । মদু ঐগী মাঙদা ঐগী থম্মোয় খূদুম চন্নবা উৎপা তাৎ ওইরম্বা য়াই হায়না ঐনা খনখি । ঐবু মফমদুদা ইথন্তা থনম্লগা মখোয়না মপান্দা থোঙ লোক তৌদুনা চৎখিরম্মী । সন্ত্রি খরদি থোঙগী ৱাংমদা লৈবা মাল্লি । চৈনাখোলনা ঐদি মীৎ পাঙনীংলমদে । মখোয়গী অওৎ অনৈ করি চত্থরকখিদগে হায়না খন্না খন্না ঐহাক তপ্না তপ্না উররোন তৌরম্মী ।

মথংগী অয়ুক্তা মখোয়না ঐগী চান থক্লবা পুশিল্লক্লম্মী অদুবু ঐনা য়াতোন তংলমদে । চৈনাখোন্না চানীং থক্লীংবসু পোকলমদে । ঙাইহাক লৈরগা অতোপ্পা ওফিসার অমা অমুক চঙলক্লম্মী ।

— 'করিমতা চা থক্রুবদি কৈদৌরবগে ? ঐখোয়গী চান থক্লবশিংসি য়াম্না হাউত্রবরা ?' মহাক্লা য়াম্না মরূপ ওইবা চীংলেম্বা খোম্থোক্তা হায়রক্লম্মী অদুবু ঐনা পাউখুম পীখিদে । হিংচাবগী মায়ানি হায়না খনখি ।

— ঐখোয় আর্মিশিংসু মীওইবনি । শিনফমনা য়াদবগী নখোয়গী নথক্তা লান্দারিবনি । নখোয়গুম্বা থৌনা ফবা মীওই কয়া ঐখোয়না থেংনখ্রে, অরেম্বদা পুন্সি মাঙখিবসু য়াওখ্রে । মদুগীদমক ঐখোয়সু নীংঙমদে ।

— করিনো হায়নীংলিবদো, ব্রাকোই শূবগী কান্নদে। থাগৎপসু পামদে। নখোয়দি ঐখোয়গী য়েক্লবনি।

— য়েক্লবগী মমলগা মরূপকী মমলগা কনানা খল লূপ্বগে ? য়েক্লবগী মহুৎ মরূপ ওইবনা ফৎত্রা ? ঐখোয়গা মরূপ ওইসি।

— "তানীংদে, ওইরোইদবা ব্রা ঙাঙলিদু চোকথদ্রা ? য়েক্লবদি য়েক্লবা ওইদুনা অদুম লৈগদবনি। হায়য়ু ঐখোয়না নখোয়দা করি লানখ্রে। ঐখোয়গী ফংফম থোকপা স্বর্ত্ত তানজবনি । নখোয়না ঐখোয়বু অসুক উশিত্তবা তীন কাঙগুম উরিবা ..... ?" খঙহৌদনা ঐহাক হকচাং থক থক নীক্লম্মী অশাউবগা পূক্লিং নুংশিবগনা ঐগী থম্মোয়দা মতম অমত্তদা লান্দারক্লম্মী। ঐগী মতৌদু খঙলবগুম মহাক্লা পূকচেল নেমথনা হায়রকখি ।

— নহাক্কী অপাম্বদুসু ঐখোয় তাগে অদুবু হান্না করিগুম্বা খরদি চখিসি। অদুগা মহাক্লা ঐগী চাক শরূক্তু মখূৎমক্লা ঐগী নাক্তা পুশিল্লক্লম্মী।

— 'ঐখোয়গী অপাম্বা নখোয়না তারগা করি তৌনদোইবা ?' অদুগা ঐনা চাক্তু খোঙপাক্লা তিংখত্তুনা কাওবদা কাদু পূমচাই চাইরম্মী অদুগা ওফিসারদুগী মমায় মমিৎ হব্রাই থোংবা চোংখত্তুনা ইতৈ তৈরম্মী। অদুদগীদি অতপ্পা ঈশিং ঈরেলদু খঙহৌদনা সমুদ্রগী জ্বার ওম্থোরক্লম্মী। মহাক্লা রিভোলভর শত্তুনা মনীংনা ঐগী মায় মীৎ, কোক্তা মশীং লাকঙমদনা সুরম্মী। ঈতনা লৎপা লৈতনা চেন্থরক্লম্মী। নুমিত্তুদা মহাক্লা মহাক্কী খোঙবুশিংগা লোয়ননা ঐগী খোঙশা অমদি খূৎশাশিং ফদি শেৎপগুম শেৎলম্মী। খোঙশা খূৎশা পূম্নমক পদ্রাক পদ্রাক তারম্মী । অমগা অমগা শম্নরমদে । চৈনাখোলনা ঐহাক জ্ঞান মাঙলম্মী। ঐগী মঙওই হাওই তৌবা মীৎকুপ্তা ইমাবু উরম্মী । মহাক্লা থম্মোয়শোক্লা তেংথানা কপ্লগুম তৌরম্মী। মীপকখোল অদুনা ঐবু মীকপ থোকহল্লম্মী । মখোয়না ঐবু ওৎপা য়াবা ওৎলবা মতুঙদা হুন্দোক্তুনা থনম্বা মীৎকুপ্তুদা ঐ তূম্নুরমাল্লে। নোংঙাল্লমদাই ওইরম্লে। নোংঙাল্লমদাই অঈংবা নুংশিৎনা ইমাগী খূৎশা ওইদুনা ঐবু নানবীবা ওইরম্লে । ঐগী নাক্তা মখোয় কনাসু লৈরমদ্রে । খঙহৌদনা ইমাবু নীংশিংলকপা মীৎকুপ্তা ঐগী মিৎকী পি শিন্থরক্লম্মী। ইমাগী মশক উবা

ফংদনা মফমদুদা, য়েক্লবগী শারংনুংদা থব্রায় মাঙবসু য়াই হায়না ঐনা খল্লম্মী ।

মখোয়না ঐবু মখূৎ চল্লবনি মতাগুম তমথীনা ওৎনৈখি । হিংনা হিংনা ইউন খোক্তে হায়বতমক খাকখি । মখোয়না ওৎনৈবা অদুদা ঐগী খূৎ ওয়থংবা অসি শোইনাইখি, মথৌ তৌবা ঙমহনখিদে । অশংবী, নহাক ঐগী ব্রারীসি তাবা ঙল্লিব্রা ? অসিনি মীখা পোল্লুবগী চৈরাক হায়বদো। অসুম্না হিংগদবগী শরুক লানফম অদুদা ঐহাক শিরম্বনা হেন্না ফবনি । হৌজিক ঐহাক করি তৌগনি ? শিবগীদমক্তি হৌজিক্তি য়াম্না লায়রে । চোক্কী ফক্লাংসিদা ইকোক থেংজিল্লগতসু শিবা য়াই । নত্রগা টাব্রেলসিনা ঙক্তা কিশিল্লগা থোংনাউগী বারসিদা টাব্রেলগী অতোপ্পা মতোলশি কিশিল্লগা লৈমায়তম্না শাফু কন্না চোংথরক্লবসু শোয়দনা শিগনি । অদুবু শিগে হায়নদি খল্লুবা লৈতে। লোইবা নাইদ্রবা আশানা ঐবু খাল্লি । খূদাং পিফম তৈরবী ইমানা ঐবু ঙসিসু খূৎলাম তোয়না কৌরি, লমথুংফমগী ব্রাখলনা ঐবু লাঙতক্লহল্লি । সুদৎনৈথৎপীরবা ঈরৈবাকচাশিংনা ঐবু খূৎলাম তোয়না কৌরি । অশংবী, মীকৌ ময়াম অসিনি ঐনা খ্বাইদগী হেন্না খাঙবদা ব্রারিবদি । হকচাংগী শোইনাইবদি খরবু লায়রি পূক্লিংগী শোইনাইবা লাক্লদ্রা হায়না ঐঙোন্দা অকিবা অমা লৈরক্লে ।

ইশা ইশাগী ওইজ তানবগী হূনা মীৎ তাঙহল্লবা ঙসিগী তাইবংপাল অসিগী থামম্বা নোংলৈ নুংশিৎ তৌরবা অহিংগী ঈপাক অসিদা পলেপফম খণ্ডদনা তাউরিবা নৌ মাঙখ্রবা, পাল তেকখ্রবা হিরোই ঐগী হায়ববু সুপ্নগী খূৎ অনীসিদা মঙায়রে। মসিনা কদায় ফাওবনো ঐবু খোঙচৎশিদা পুবীগদৌরিবসে ? পুন্সিগী লমায় খূদিং লাঙতক্লবা অদুগা মৈচাক্তনা থন্না য়েক্তুনা লাক্লবনি। য়েক্লিবা ময়েকশিং অসিদা ঐখোয়না থিরিবদি মায়থীবগী ব্রাহন্থোক্রা মাঙহনবা ঙমদ্রবা পুন্সি অমখক্লি। হিংবা নৎত্রগা শিবা অনীমক্কী মমল চপ মান্নে। তাল্লিবা পান্দমদি হিংলবসু মমল লৈনা হিংবা অদুগা শিরবসু মমল লৈনা শিবা হায়বসিনি। মদুবু ফংলোইদবা লৈরবদি ঐখোয়না করিগী খূত্তা খূৎলাই পায়দুনা ঈখেংলক্তা খোঙ থাংজিল্লুগনি। অয়ম্বা মীতম্বাল ওইনা

শিবা ঙাইদুনা লৈরম্বসু য়াই। ঐখোয়না পায়রিবা খূৎলাই অসে শক্তি লৈবশিংনা চপখায়বীরবা মশক মচু থোক্ত্রবা মীচমশিংগীদমক্তনি, খুনাইসিগী মরাইবক্কীদমক্তনি। খূৎলাইসিগী শক্তিশিংবু শীজিন্নদুনা মীচমশিংবু ওৎ নৈনবা মখোয়বু মরূ ফংনা মূখৎনবা হৌবা লালহৌ অমদি নত্তে। মসিদি ঐখোয় খূদিংমক্না চনীংতানা খন্থবা অমদি মীচমশিংবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা চঙই। মীওইবগী অশোনবা লমচৎ অমা লৈ, থিঙেল তাইনগা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনবা হায়বদো। মালেমগী লালহৌ কয়াদা মসিমক থোক্তুনা নীংতম লালহৌগী মায়ওন লান্না চৎখিবসু কোঙগাইনি। ঙসি ঐনা ৱারিবসি মসিমক ঐখোয়গী লৈবাক্তসু থোক্লক্কদ্রা হায়বসিনি।

মফমসিদা ঐনা লৈরিবসি ঐনা ফংলিবা চৈরাকসি লাইফ ইমপ্রিজনমেণ্টনি। মীওইবা অমা ওইবগী ইশাগী হক তাল্লুবা ফৃরূপসিগী খোঙফমগীদমক, তুংগী মীরোলগীদমক লম্বী শেন্নুবগীদমক্কি ঙসি ঐনা তারিবা মিয়াৎসে। মতম অমদা বৃটিশনা শীজিন্নরম্বা এক্ট ময়াম নৌনা অমুক শীজিন্নদুনা মখোয়না ঐখোয়বু ইকোক হাইগৎপা ঙমদনবা হোৎনৈ। মখোয়না খঙলবসু খঙশিন্নদে মপান্থোংগী হকচাংসি মখোয়না লায়না খূদুম চনবা য়াই অদুবু মীওইবগী নুংগী ওইবা ইহুল নীংখা তম্ববু পামজবা ঈথিল অদুদি করিগুম্বা শক্তি অমত্তনা লাকশিনবা ঙম্লোই। মালেমগী মচি মচিদা লানফম কয়া থোকখ্রে। ফ্রান্স, আমেরিকা, রসিয়া, চাইনা, ভিয়েৎনামনচিংবা মফমশিংদা, শক্তি পায়বশিংনা মীওইবগী মমলবু লৈবা য়াবা, লোইবা য়াবা শা-ঙাগী থাক্তা থমদুনা অওৎ অনৈ কয়া চথদুনা অমুক মকোক হাইগৎলকপা ঙমদনবা কন্না হোৎনদুনসু কয়াম কুইনা নমথবা ঙমখ্রবগে ? নমথবগী মহুৎ মালেমগী লৈমায়থক অসিদা লালহৌলুপ কয়ানা নোংমা নোংমগী চেংগুম শৌবগুম শৌগৎলক্কি। মীওইববু মায়থীবা পীবা হায়বসিমক ওইথোক্তবা অমনি। খুনাই অমবু অতোপ্পা খুনাই অমনা চহী কয়া নমথদুনা থম্লম্বা য়াই। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি চৈফূ কয়ানা নোন্থহনখ্রিবা মকোকশিং অদুনা অতিয়া পক্পা হাইগৎলক্তুনা 'মীওইবা হায়বদো অসিনি' হায়না তাক্লখিনি। অশংবী, নঙনা হেক হেক হায়খিবা

ৱাহৈনি, "মীওইবগী থম্মোয়দি নুংশিবতনা খুদুম চনগদবনি। নুংশিবা হায়বসিনা শক্তি পূম্বদগীসু হেল্লবা শক্তিনি।" ঙসিদি নঙগী ৱাহৈশিংসে ঐগী নাকোংদা ঙংদুনা লৈরি। মালেমগী লৈমায়থকসিদা মীপূম তিংনা শান্তি হায়না লাউনরক্লি। অঙৌবা খুনুগী অশংবা উনাগী মঙ মঙনরক্লি। অদুবু ঐনা খল্লীবদি মখোয়সে, মীশিংসে কয়াম থম্মোয় শেংলবগে ? মীওইবা হায়বসিগী লীচত্তি শক্তিবু তান্নবনি, অতোপ্পবু নমথবনি। অতোপ্পগী মকোকথক্তা নেত্তুনা মরায় লোংনা পানবনি। তোমথিন ঙাল্লবা লাইপোক্কুল্লবা মীওই খরতনি অতোপ্পগী য়াইফনবা খল্লীবা, মশাগী ওইজবা থাদোক্লিবা। ঐনা নুংনাঙলিবা, খন্দবা ইঙম ঙমদ্রিবা, ঐবু ৱাহল্লিবা ৱাফম অমখক্তি ঐখোয়গী লালহৌবগী মায়ওন অসিনি। নঙনা মরৈ কয়া তৌখি ঐখোয়গী খোঙচৎসে মায় পাক্লোই, মোংফমগী লম্বীনি হায়না । কয়ারক ঐবু লম্বীসিদগী থিংনবসু হোৎনখি। ঐনা জেলদা লৈরবা মতুং নোংমনি । ভাইরেল ফিভরনা নুমিৎ তরানিমুক মওংথীনা নৈহৎলবা মতুংদনি। মতম কুইনা চাবা থকপা য়ারক্তবনা মীৎফাওবা পাঙনীংলমদে। জেলগী ডোক্তর অমগা ষ্টাফ নর্স অমগা চঙলক্কুনা ঐবু য়েংলম্লগা ড্রিপ য়াল্লম্লগা থোকখিবা পূং অমরোম ফারম্লনি। মতম কুইনা নুংশিৎ নুংশা ফংদবা, লৈনিন কাবা মফম ওইবনা ভাইরেল ফিভরগুম্বা, ফ্লু গুম্বা তোয়না তৌবনা হকচাং ফন য়াম্না শোম্হরম্মী মফমসিদা ঐনা লৈবা কুইদ্রিঙৈদু। হৌজিকপুদি অদুক য়াম্না তোয়না তৌখিদ্রে মফমসিগা চাশিন চুশিন্নবা অমা ঙল্লমাল্লে। ঐনা হান্নসু হায়খ্রে জেলরসিনা ঐবু ওম্হোক্লা নুংশিনা লুনা তৌবী, মহাক ঐঙোন্দগী চহী তরামুক হনবা মীওইনি, পেন্সিল মতম নকশিল্লক্লবনি। মহাক্কী মচা মরিনি। মচাশিংদু মতীক চাবা মী অমমম ওইনরবমক্তনি। অতোম্বী অদুতংদি কলেজ তম্লি হায়। ঐগী নাক্তা ঐবু য়েংবা চঙলম্লিবা ডোক্তর অদুসু মহাক্কী মচানুপা অনীসুবনি। জেলগী ডোক্তর ওইনা থবক তৌরি। অহন্দুনা অর্মি ওফিসর ওইরি । অহুমসুবীদুনা কলেজগী ওজানি হায়। মহাক মচাশিংবু হিমাই চুম্না হোনবীবা ঙম্বা মপা হায়বদু ওইরবনি। মতম শাংনা লোয়নরকপনা ঐখোয় অনীগী মরক্তা লৈরম্বা শকখঙনদবগী অহাঙবা অদো করম্না লৌথোকখিবনো ঙসিদি ঐগী অফবা মরূপ অমা হায়বদো মহাক্লা ওইরে। মহাক্কী হৌরকপগী ৱারী

কয়াসু ঐঙোন্দ লীদুনা তাহল্লি। মহাক মমা লুখ্রাবীনা য়োক্লকপা মচানি হায়। ঐগী পুন্সিগী হৌরকপা ব্রারীগবু হাইফেৎ মান্নে। মীওইবা হায়বসে মান্নবা মশেন অমত্তা ওইশিন্নখিবা খঙহৌদে হায়বদু চুম্বা তাই। অব্রা-অনা লায়রবগী চৈনা চৈথেং মরক্তা কয়া ব্রানা মহাক্লা মী ওইনবা হোৎনরকপগে হায়বদু তাবদা নুংশিবা পোকই। থৌদোক কয়া ব্রারী ওইনা লীরকপদা মহাক অচুম্ববু ঈরাৎচবা থম্মোয় শেংবা মীশক্তি হায়বা খঙই। ঐনা নারবা মতম মতমদা মহাক্লা ঐগী ইয়াম্বগুম লুনা নুংশিনা হোৎনবীখি। নুমিত্তুসু মহাক লাক্লন্নগা চৎখিবতা মঙায়রি। ঐহাক মতম কুইনা লাইহৌনা ওৎ নৈখিবগী চাবা থকপা য়াদবগী হকচাং চোকথবগা, খর হন্দোরকপদুদা তূমথরুরমাল্লে। কয়াম কুইনা তূমথরুবনো খঙদে। য়াল্লিবা দ্রিপতু তংখায় চন্সিল্লম্লে। ঐনা মীৎকপ থোক্লকপদা ঐনা লৈরিবা কাসিগী অসোম থংবদা নুপীগী খোঞ্জেল খরনা ব্রারী শান্নরকপা তারম্মী।

— "তলব ফংলনি হায়দুনা হরাওবসু পোক্লে। ঙাইহাক লৈরদি অশাবনি খঙদে, অশেংবনি খঙদে পাইশিন্নরক্লনি। অমা অনীদা ওইরদি খরসু ফৈ। মখোয় অসুক য়াম্বসিগী চাকথাক হুনবদা খর লৈরদি ঐখোয় ইচা য়োকপা ঙল্লরোই।" মতমদুদা ঐহাক্লা মীৎ-না খংশিং শিংনা ব্রারীদু তারম্মী।

— "হৌজিক্কী মতমদা থবক মচা তৌবা ঐখোয়দি মীগী শেন্দোয় পুবা মক্তনি। মদুসু চাম্মদা তরেৎ কাবী, নিপান কাবী, তরা কাবীনা অনম্বনি। পৈশা শাল্লিবা কাঙবুসু মীদা য়েংনা মমল কাওখৎলি। কনা কনাগুম্বদি শেন্দোই হুন্নবা পূবসু য়াওনরিবনি অদুনা তলব ফংবা নুমিত্তা চরা হেনবসু কোঙগাইনি। ঐখোয়দগীবু লৌনি হায়দুনা লৌরিবা মখোয়সু ঙমদ্রো ? লৌগে হায়রবসু শেন্দোই চাউনা চাবশিংদগী লৌবা য়াই।" ব্রারী শান্নখিবশিংদু জেলগী ষ্টাফ ঙাক্তনি।

— "লাক্কদৌরিবশিংদুসু চহি নৌরিবা ঙাক্তা। মমাগুম্বা মবেনগুম্বা ঐখোয়দা মখোয়না থাররিবা খোনশিংদুদি পুন্সিগী কাউবা ঙল্লোইদবা ঙাক্তা।" অমনা অমুক হায়রকখি।

— খুৎলাই পায়বা ঐখোয়দগী ফাওবা নম হাদুনা লৌরে মীচমদদি করি ওইরমগনি ?

— মীচম হায়বা লৈতে, অমা হায়বা লৈতে, মখোয়না ঙমদবসু লৈতে। লৈবাকসিগী চাওখৎ থৌরাঙ খূদিংমকসু মখোয়না পায়শিনখ্রে হায়রিসিনি। মখোয়গী মথক্তা ৱা অমত্তা ঙাঙলুবসু য়ারোই । য়ূমদা হেক্তা লাক্কদৌরিবনি। গোবর্নমেন্টকী মফমদদি মীয়াম্না হায়নীংবা হায়বা লাউনীংবা লাউবা ঙম্মী। মখোয়গী মথক্তদি কনানা অপাম-পামদা ফোঙদোকপা ঙমখ্রবগে ? খাঙবা ঙমদবা কনানা হায়রুগনি। নোংঙাল্লগা খবরদা শেংদোকহল্লক্কনি।

মখোয়গী ৱারীদু ঐ তাবা ঙল্লমদে। নাকোং মেন্সিন্দুনা খাঙলম্মী। অসুক চোপ্পা, অসুক ঈকাইবা ৱাফম লালহৌবগী মফমদা থল্লবা! মখোয়না ঙাঙনদ্রিব, বাফমশিংদু থওইনা ঐ তানবা ঙাঙনরব্রা হায়না চিংনবা পোল্লম্মী। অশাউবা অমদি ঈকাইবগী নৈরীনা লুতোন য়ৌনা চাল্লম্মী। খাঙবা ঙমদদুনা হৌগত্তুনা ফল্লম্মী। নুং-পালগী চৈনানা ঐবু কোক ঙাওহল্লর্ম্মী অদুনা তপ্না তপ্না ফম্মুংদা হীপথরম্মী। মসিনি মীখা পোল্লুবগী চৈরাক হায়বসে। ঐনা ইপান ফরিঙৈ ওইরবদি অচুম্বনা করিনো অরানবনা কদায়নো থিজিনবা ঙল্লম্মী। ঙসিদি শারুং ককখ্রবা উচেক্কুম মীনোক কয়া নাকোঙ শীংজা য়ৈবমখৈ তারবসু পাংগল থোকপা ঙমখিদে। মতম অমদদি লালহৌলুপশিংবু মখোয়গী লন্থী তাকপা লমজীংবা মৈরোনি খন্দুনা ইকাই খুম্নরম্মী। নুংশিনা লুনা খল্লম্মী। ঙসিদি মমা নীংবা মচা কয়াগী মোংফমতনা থল্লবা লৈমায়সিদা তাহৈদবা কয়া তারক্লে। ফোংনা লাউনা হায়জবা ঙমদ্রবসু থরুম অমদি লৈনরক্লে। লালহৌলুপ খরদা রাজনিতিগী ঈথিল চঙলব্রা হায়না ফাওবা চিংনরক্লে। মসিনা পীগদৌরিবা পোলোইদু করিনো ? "খৃত্তা খৃৎলাই পায়দুনা অতোপ্পদগী লংলা অমত্তা ইশাগী য়েংদুনা লৌরুগনু। মীয়ামগীদমক কথোকউ মদুনা মীয়ামগী থম্মোয়বু খূদুম চনগনি।" হাযবা নীংতম লান্মীশিংগী পুন্সিবু হিমাই চুন্নিবা ঈশৈ অদো কদোমদা থৈখ্রবগে ? মসিমক্তি মমাবু ললোনবনি নীংতম লালহৌবু লৈখা তানবা শীনবা অৱাংবা থাক্কী রাজনিতিগী লৌতুনবা অমনি। নৎত্রবদি অসুক চাউবা অহাঙবা অমা, লিঙ্ক তৎপা অমা মীয়াম অমদি লালহৌবশিংগী মরক্তা করিগীদমক লৈরুগনি ? অশংবী, নহাক হিংদুনা লৈরমদবা অসিমক ওন্থোক্লা ফখ্রে নৎত্রবদি নঙসু ঐগুম মৈচাক কয়াসিনা হিংনা হিংনা কন্থী মথক্তা ঙৌবা হায়বদো থোক্লমগনি। ঙসিদি ইথন্তা হেক হেক হংজরি, নোংমা মমাবু

থম্মোয় শেংনা নুংশিজখিবা অথৌবা মরূপ চীংলেন্না ব্রাজখিবদো মসিগীদমক্কা ? সমিন অসে মহাক্না হান্না ফংখ্রব্রা ? মমৈ মকোক শম্নদবা ব্রাফম কয়া মহাক্না নুমিত্তুদা হায়খিবদো ঙসিদি কয়াদা মরৌ লৈরক্কবা। অদুবু অশংবী, ঙসিফাওবদা ঐগী থাজবা মাঙদ্রি, মমাবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবা মচাশিংদি ঙসিসু হিংলি। খুনাইসিগী ইজ্জৎকা মখোয়গী থব্রায়গা ওন্নগে হায়না শেম শারি। মসি ঐগী থাজবনি। ঐনা লৈরিবা কাশিদগী, চোকপলসিদগী হেক নাম্থোকপা ঙম্বা মীৎকুপ্তুদা মখোয়গা লোয়নদুনা পাক চাউরবা লম্বীগী লীক্লম শেমখিগনি।

অহীংসে ফনা থেঙখ্রে । ঙাক শেল্লিবা শিফাইশিংগী শিন্নবগী হুইসেল মখোল তাখিদ্রে । তাইবং পূম্বা ঈচিক হুনখ্রে । ঐতা মঙায়রে তূম্বা য়াদ্রিবা । ফনা কুইরে ঐনা মফমসিদা লৈরক্লিবা চহী তরা হায়জিল্লক্লে। ঙসিসি মেরাগী তরানি পানবনি । মপূং ফাগৎলক্লিবা থাজগী মাইথোং অসিমক্না নীংশিংবগী ঈথক পুদুনা লাক্লি । অহোংবা লৈতবগুম মহৌশাগী শক্তমশিংনা মূৎখিবা লৈত্রে লকানুংগী ময়েকসিসু । নীংশিংবা অসিতনা থম্মোয়বু শিংকুপ শানা থুগায়রবসু খোয়থুম্নরবা মহাও অদুদি পীরি ঙসিসু মঙগুম্লবা পুন্সিসিদা । নহাক্তি কাউথোকখ্রবরা অদুঙৈগী অহীংদো ? ফুগাইনা শাংপী মালিকাশিংগী তঙৌ তঙৌবী মাইথোংশিংদা থাবলগী শংবান্নবা ঈথক চাইথখিবা অদুঙৈগী অহীংদো ঙসিসু লাক্লে । মপা লৈতনা ঈংলবী, সুম্নাৎলবী মাইথোং অমদি মীৎস্নাদো নৌহৌননা উরক্লে । থাবল অমদি মালিকাশিংগী অপূনবা ঈথকমকপু নম্নাৎখ্রবী নঙগী মীৎয়েংদুমক্না ঙসিসু য়েংলক্লি নীংশিংবগী ফীজং মরুমদগী । মৈচাক মূথৎকে তেমশীংলরি মৈশা লাংলবা পুন্সিসিগী । পূংজা অদো - মরোল লোল্লবী নহাক্কী মীৎস্নাগী ঈথক ঈপোম্লক্তা শাগৎচখিবা ফুরা দলান, মীৎকূপ মীৎকুপকী ওইনা মচু ওনখ্রবা লৈচীল মপৈরক্তা তিনখ্রবা মঙলান, নীংশিংদ্রব্রনে ? নীংশিংদ্রবসু অমুক য়েংউ, লাক্লে, উরিগনি । কাউ'ঙমগনি হায়বদি থাজদে ।

— করিগীনো অদুক মুন্না য়েংলিদুবু ?
  মাইথোং লৈথোক্তুনা ঈকাইরপ হায়খিবনি ।
— য়েংবগী পেনবা লৈতে ।
— উম, ঙাওদুনকাদি চৎখিনুকো ।
  য়াতোন্দং উৎলী মীনোক্তুনা হেন্না খোয়রাংহনখি ।
— ঙাওবদি কুইরেদা, হৌজিক ফাওবা খঙদ্রিবোইরে ?

— কিজরেদা মতুংদা অমুক লাকপীরনু ।
— অঙাওবনবু হায়না তানবা য়াব্রনে ?
— অদু ওইরগা ইশানা খঙনা লোৎচখিবা তারেদনা ।
— কয়াম কুইনবু লোৎপা ঙমগদগে ?
— পুন্সি চূপ্পগী ওইনা ।
— হায়দোরকপদা মতীক চায় ।
— 'লোৎখিবা অদুমক নহাক্কী অপাম্বা নত্ত্রনে ?' ঐসু খঙখি ব্রাহংসিগী মরৌ লৈখিবনি হায়বা । খঙনা খঙনা হংখি মীৎকুপ মীৎকুপকী শক্লোন হোংলবা ফাইরেন্থাগী অঙাওবা নোংলৈনা মনীংতম্না শান্নরিবা অতিয়াগুন্নবী নঙগী পূক্লিং মমিবু খৌরাংজবনা ।
— ঐগুম্বা মীশক অমগীবু অপাম পামদা অমুক লৈখিগদ্রা ? লৈদুনবু কনানদি থৌশাবীগনি ।
— অদুনা মবুক ফত্তবা মীগী ব্রানিদনা ।
— মবুক ফত্তবা হায়গনু মতীক চাদবা মী হায়য় ।
— তাইবংসিদা মতীক চাবা মীবু কনা লৈরিবগে ?

নঙনা উইন কন্না ঐগী চীন্থত্তা খুমখিবা পাউখুমশিংদুগীদমক চাউথোকচখি । ঐগী চাংযেং নঙসু খঙখি নৎত্রবদি মমল য়াম্লবা নমিৎকী পি অয়েম্বদা মাঙহল্লমগনি । অদুগা ঐনা অঙাংমচা থেম্বগুম নঙবু থেম্লমগনি ।

— "কৈদৌরে পাউখুম পীদ্রবদি ?" নঙনা হংখিবনি ।
— ওজাদগী থগায অমদি হাইগৎলক্লে খল্লীবনি ।
— মদুনি মতম্না পীবা মনা হায়রিবসে ।
— অদুগুম্বা মতমদুনা নঙবু ইনাক্তগী শেত্তুনা পুখ্রবদি ঐদি করম খাঙহৌনি ?
— কনাগুম্বা অমত্তনসু ঐবু ননাক্তগী শেত্তুনা পুখিবা ঙম্লোই হায়য় ।
— মদু হায়নবা থৌনাদুদি পুন্সিচূপ্পগী ওইনা পীগদৌরিবরা ?
— শোয়দনা পীগনি ।

নঙনা পীখিবা থৌনাদুমক্কা ওইরম্বা তাই মতমগী কল্লবা শাফূনা নঙবু নীংশিংবগী মমি মূথৎপা ঙমদ্রিবসি । নঙগী ঈ, শদোং, তোংশানা শাবা হকচাং অদু ঐগী ওইজদুনা ইনাক্তা লেঙদনা থমজবা ঙমখিদ্রবসু লকানুংগী শক্তমসিদি ঐতগীনি, কনানসু মুনখিবা ঙম্লোই । মসিবু নঙনা পীখিবা থৌনাদুননি হায়বদা হায়মনবা থোক্তদ্রনে ?

# ৪

নঙগী মপূং ফাবা মিং ' থরোশংবী ।' ঐনা নুংশিনা কৌজবনি 'অশংবী।' ঐনা ইরিবসে ঐগী পুন্সিগী ৱারীনি, ডাইরীগী চেনাদগী খরা, নীংশিং লামায়দগী খরা, খোমজিন্দুনা ইরিবনি । মীখা পোল্লবা মশাগী হক পূম্নমক মৎপীখ্রবশিংগী ৱারীনি । ৱারী অসিদা নঙগী নুংশিগী ঈথক হৌরবা, নুংশিবা লৈনম চাইথোক্লবা মঙলানগী অতিয়াদা নঙ ঐ কুরাক্লুম তুফাং খপ্না- পাইমিন্নখিবগী ৱারীতনা অমুক 'মুক মল্লবা লন্বী ঙাম্লোকহন্দুনা চৎলি ঐনা ইথন্তা নহাক য়াওদ্রবা পুন্সি লন্বীসিদা নীংশিংবনা মথৌ শঙল শঙলদুনা, নীংহন্নরক্লবা, মরু কোক্লবা, ঐগী পুন্সি উপালবু অনৌবা য়েন্নীং হুলহল্লদুনা। অদুননি ঐনা ঙসি হিংবা ঙম্লিবা, অৱাবশিংসে খাঙবা ঙম্লিবা । নহাক্কা থেংনজবা নহাক্কা নক্লজবা ফংলিবা অসে ঐহাক্কী কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো ? নুংশিবা হায়বসিমুক মতিক লৈবা মসিগা চাংদম্নবা য়াবা পোৎ অমা তাইবংপালসিদা লৈরিবরা ?

— কসকুতা পান্বীদু মপালসু ফজনা শাৎচরে । সনামচুগী উরিদুনা হৈনৌ পান্বীদা য়েৎপদু ফনবু পকচৈ। করিগীনো অদুবু ককথৎপীরিদো ?

হৈনৌপান্বীদা য়েত্তুনা শাৎপা কসকুতা পান্বী চবুন অমা ঐনা ককথৎলিঙৈ নঙনা লাক্কুনা হায়রখিবনি।

নঙদি ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী থাদোক্লদনা লুনা তিন্নরকপা মরূপ অমসুনি । ইমানসু নঙবু ওম্লোক্লা লুনা তৌজখি । নঙগী মুদং তৌনা রাশি লৈবী মাইথোঙ, চুংফীরাল চাবী, মপালনা য়োল্লবী লৈপালগুম্লবী শাবান্দুবু- উবদা ইমানা কল্লকচরমগনি । থম্মোয়দা অরোনবা আশা অমা শাগৎচরমগনি । ইমানা নঙ লাকপদা য়াম্না হরাওজখি, লোয়ননা মচিং মশোন নাইবা মঙাওথীবা ঐবু নফমদা শিন্নবগী ৱাহৈ কয়াসু হেক হেক হায়খি । তশেংনা নঙদি ঈচেল নাইবা ঈরৈরক্তসু তোমথিন লৈশাৎ তমজবী থরোনি । শক্কা মিংগা ওম্লোক্লা চান্নে। ঈংজ তপচবা, অরুবা ৱাখলগী মমি তাবী, চীং লেন্বী মাইথোংদুবু মিহৌরোইদবা কনাসু লৈতে ।

— "কসকুতা পাম্বীসিনা শাইদাংবদগী হৈনৌপাম্বীসি মপুংফানা হৌবা ঙমদ্রে। মপাল শাৎপা মহৈ য়ানবসু থীল্লে।" ঐনা খুমখি।

— মপাল ফজনা শাৎলকান্দা য়ান্থৎপীরিদু তৌহৈরমদৌ মান্দে। অদুম য়েৎচসনু কৈদৌবগে? ঊরীদি উপালদা য়েৎনবা হৌরকপনি।

— "মদুনা নাম্মতা য়েংবা, অঙাওবা কবিগী ৱানিদনা। নঙসু কবি চঙলব্রা? মখোয়না হার চূপথোকপদগী মহী মচুম চূপথোকপদগী মপূং ফানা হিংবা ঙমজদ্রবা উপালশিংগী ৱাদি খল্লরোইদ্রা?" ঐনা খোয়শাউননা হায়খি, 'নখোয়গুম্বা নাম্মতা য়েংবা মীওই কয়া লৈবদগী ঐখোয়গী লৈবাকসি চাওখৎপা ঙমদ্রবনি। কস্কুতা পাম্বীনা মহী মচুম থক্কুনা পাম্বী কয়া মাঙহনখিবা অসিগুম ঐখোয়গী পুন্সিদসু থোক্লোই হায়নীংঙাই লৈতে।

ঐগী ইতৌদা নঙনা ইঙক ঙক্লা ঐবু য়েংদুনা লৈখি। খোঙথাং খূদিং, মীৎকুপ খূদিং, পুক্নীংগী অপাম পামদা ৱাকৎমক্তনি, ৱাহংমক্তনি ঐনা নঙগী নফমদা থাংগৎখিবা। খূদিংমক্তু হৈশিংনা অমমমতা ওইনা মচা খায়না নৈনাখিবনা নঙগী হৈনবীনি।

— "হৈনৌ পাম্বীসু অদুম হৌসনু, মপাল শাক্তুনা মহৈসু য়াঙ্সনু। কসকুতা পাম্বীসু অদুম শাৎসনু। খূদিংমক অসে শোয়দনবা হোৎনবদি শেন্নবা মীগী মখূত্তা লৈরে। মতীক চানা হার হাপ্তুনা, ঈশিং চাইবীদুনা, তীন কাঙ তাহন্দ্রবদি শোয়দনা মপূং ফাবা উজাউ ওইরক্কনি। উতাংবী কয়ানা মখোয়বু মাঙহনবা ঙম্লরোই। অদু ওইরবদি লৈসু ফজনা শাৎলে, উহৈসু ফজনা পাল্লে। অনীমক হিংলে, অনীমক শিদ্রে।" অদুগা নঙনা থৱায় তানা নোক্লকই। মীনোক্তুনা ঐগী খোয়দৌ শীকপগুম থোকখি।

পুন্সিগী অশেংবা মহাওদি ঐহাকসু ফংলে নঙনা তাকপীরল্লে। তোর্বান ৱাংমা ৱাংমা নৎত্রগা চৈখৈগী ৱাংমা ৱাংমা। নঙগীনা লোইশিনবা ঐগীনা হৌগৎপা, মৈরীক মৈখূগী পুন্সি। শিবা হায়বসিদি কৈসু লৈতবনি। তাইবংপানবগী পোৎ পূম্নমক মনবা নাইবা হায়বসে মহৌশাগী পথাপ্নি। নীংশিংবা হায়বসিদি হিংলৈঙে মতমদা মনবা নাইররোইদবনি। ঐগী থম্মোয় লকানুংদা হাজিন্না মমি তাপ্লবা শক্তমসিমদি কৈদৌঙেদা মাঙখিবা লৈররোই। মসিগী অতোপ্পা মরম অমসু লৈ। নীংশিংজরগতা নুংঙাইবা ঐগী কোক ঙসিসু

লৈরি । নুংশিববু মশক মুন্না খঙলবা থম্মোয় ঙসিসু হিংলি । পূম্নমকসিগী মথক্তা নঙগী শক্তমবু শাগৎনবা ঐগী খূৎ য়েথ্খংবসিসু শোইনাইদ্রি । ঐনা হান্নসু হায়খ্রে ঐগী নাক্তা লাই য়েক্লবা মচাক ৱাত্তনা লৈ । জেলরসিনা ঐগী অপাম্বা খূদিংমক ফংহল্লি, সুপ্নগী কা মনুংদা শো লোন্সিন্দুনা থম্বসি নত্তনা । অচীকপা কানুং অসিদা ঐ ইথন্তমক নঙগী শক্তম শাগৎলি টুরি নত্রগা কলম্না । পুন্সিগী অহানবা মীৎপাঙমক্তদা নঙনা ঐগী মাঙদা লেপ্লখি । য়াম্না ঈংজ তপচবী, লৌথুপ লৌকোয় লৈতবী মাইথোঙ অদুমক ঐগী খ্বাইদগী হেন্না নকশিন্নবা কাউঙমদবা ওইরকখি । মথোৎ কারকপা লম্বীগী লমজীন্দসু থম্মোয়বু অনৌবা মচু শঙজিলহল্লকখি নঙগী চীংলেম্বী, মতীক লৈবী মীৎয়েংদুনা । অসুক্কী মতীক থম্মোয়দা কাউঙমদনা য়েকখ্রবসু ঐ নঙগী শক্কী মরমদা মসিমক ওইরে হায়না ফোঙদোকপদি কৈদৌনুংদসু ঙম্লোই । মরমদি ফজবা খূদিংমক্কী ঙমখৈ লৈ অদুবু নঙগী ফজবদি ঙমখৈ লৈতবা ফজবনি । মালেমসিদা লৈরিবা ফজবা পূম্নমক্লা নাকল অমদা লেপখ্রবসু ঐগী ইফমদদি নঙতনা মহেল্লী । কায়নবা অসিমক ওন্থোক্লা ফখ্রে নৎলমদ্রবদি ঐগী লকানুংগী শক্তম অসে অসুক য়াম্না মযেক লারমদবা য়াই । অমরোমদদি কায়নবনিমকসু হায়নীংদে : তামখ্রবসু নঙগী অহীংবা শক্তম্না মমি কয়াদি লৈহৌরে । ঐবু তশেংনা নীংবীখিবগী খূদম্লা ? পোমশাৎনবী লৈরাংবু য়েকপদা ঐনা নঙগী মাইথোঙবু নীংশিংই । অনৌবা ঊনাবু য়েকপদা নঙগী চীনবান্নি খন্না ঙাওজরি । তনিকপী থৱানবু য়েকপদা নঙগী মীৎস্নাবু নীংশিংই । অমংবা লৈচীলবু য়েকপদা নঙগী শম্লাংবু কাউবা ঙমহন্দে । উহৈনা থল্লবা হৈপাল অমদি লোইরোই হাইগৎখ্রিবা চীংশাং নাপোম্বু য়েকপদা নঙগী মীনোক অমদি ঈপোম নাইরবী শাবান্দুমক্নি খন্না ঙাওজরি । নঙ ঐগী মপান্নোংগী মরীতমক খঙবা মীওই পূম্বনা ঐনা হিংদুনা লৈরিবসিবু পেন্দ্রবসু ঐতদি অপেনবা ফংলি ঙসিসু । মসিবু অঙাওবনি হায়রদ্রা ? নীংশিংউ, নঙ ঐগী পুন্সি ইতিহাসকী লামায়দু মরাং তুবাংবা মচুতনা থন্না ইখিবদাই । অঙাঙবা, অশঙবা, অমুবা, অৱাওবা মচুশিংনা শাগৎখি ওইবা য়াবা য়াদবা শক্তম কয়া । শক্তমশিংদু য়েংলগা নঙ ঐনা অঙাওবগুম মতম লেনখি অমুক নোক, অমুক কপ তৌদুনা । হোংবা লৈত্রবা মতমগী খোঙচৎ অসিনি ঐনা খ্বাইদগী হেন্না কিজরিবা । য়েংউ তু, দাইরীগী অহানবা লামায়সিদা য়েক্তুনা লৈরম্লে ফাইরেনগী তরানি পানবা থাঙজ নুমিৎ, হৈনৌ মপালগী মনম্না অমত্তা ওইনা কুপশিনখিবা নঙ ঐগী ময়ায় কারবা থম্মোয় ।

— অশংবী ।

— হুম ।

নুমিত্তু নঙনা স্নাবুল খ্বাঙদা য়েপ্তুনা খুলগী পুখ্রী অচৌবদগী ঈশিং শোক্লুবা কারকপনি । ফনেক জলেম্বু অমা শেৎখি । মোইরাং ফিজন চনবা হংগাম্পান মচুগী ইন্নফি অমা ইনখি । তারমদাইগী অঙাঙবা নুমিৎকী মশেক্লা রাশি লৈবী নঙগী কুচুদা ফূদোংবদু মপা লৈতনা নুংশিখি । হুমাং ঈরিক কাখিবা নাতোন নাকচীদুনা মিপাইজখিবদু ফোঙদোকখি ।

— "করিনো ?" চপ লেপ্তুনা লৈয়েং খৎপা থোক্রুবা ঐঙোন্দা থৌনা পীবকখিবনি ।

— নঙোন্দগী ঐনা পাম্বা পোৎ অমখক লৈবে পীবা ঙম্লোইদ্রা ?

— "কবম্বা পোৎ ?" খোঞ্জেলদু তনিকখিবগুম তৌখি ।

— নঙগী শেংলবা থম্মোয় ।

— কুইরেদা পীখিবা, হৌজিকফাওবা লৌশিনবীদ্রিবোইরে ।

— ইখূৎমক্তদি হাপ্লীদে করম্না খঙগখি ।

— খঙগন্দবা হায়দুনি ।

— কুইরেদা ঐদি তূম্বা ফংলক্তবা ?

— করিগী তূমদ্রিবা ? য়েক্লুনতা লৈরব্রা ?

— উম, হঞ্জিল হঞ্জিল য়েকপগী পেনবা লৈত্রবা শক্তম অমা য়েক্লি । পুন্সিসে ঙক্ত্রা ? অঙাং ওইরিঙৈদগী নঙঐ থানরকখিদে ।

— ঙসিসু অদুম লোয়নরি । মতুংগী ব্রাদি খঙবা ঙমদে ।

— ওইহন্নীংবদুমক ওইহনবা য়ারবদি পুন্সিসে নুংঙাইগনিদা ।

— অদুবু পুন্সি কৌবদি য়াররোই ।

অহানবা খোঙজংদুমক্তদা নঙ ঐ থম্মোয়শেংনা তেংথোক্লখি । মদুমক নঙ ঐগী নকশিন্নখিবা য়েলহৌঙৈগী মরীদুনা ওইরম্বা য়াই ।

৫

দাইরীগী অনীসুবা লমায়দা ইরল্লিবসিনা জানুৱারী তাং ১, ১৯৭৮, নঙ ঐতা কাংচূপকী চীংদোলদা ফমদুনা ঊচাল মনা য়েংমিন্নখিবা নুমিৎনি। নুমিত্তুদা লৌতাংশঙ অমদা ফমদুনা শান্নখিবা ৱারী অমদি ঐনা য়েকখিবা লাই অদুমক নীংশিংউ। অদুগা চাংদম্নদুনা য়েংউ ঙসি ওইরিবা নঙ ঐগী পুন্সিসিগা। ঙাঙনখিবা শেন্নহৌদবা ৱাহৈ অমনা মতম অমদা অকিবা শক্লোন লৌরকপসু ওইথোক্তবা নত্তে।

— করি খল্লিনো?

অচীকপা থুগাইদুনা নঙনা হংলকখি।

— করিনো অমত্তংদি য়েক্কে খল্লি। অশংবী, পুল্লিবা নশমদু থাদোকউ চোইজাইনহল্লু।

— ঐবুরা য়েক্তৌরিবসে।

— মান্নি।

— চীংদোলসিদা ড্রামা শান্নসি হায়রিব্রা?

— নত্তে, পুন্সিগী কাউদা খূদম অমত্তং থম্বনি। মাঙগী সঙ্গী পান্বীসিগী সোম থংবদা লোঙথোরক্লিবা মশা অসিদা তোংলিবা লমখুনু জূরা অসি উব্রা?

— উই

— মীৎকূপ খরদং অসিদা য়েংউ।

হায়বা ইনবা অঙাংগুম নঙসু ঐনা হায়বিবা খ্দিংমক তৌখি। ঐনা নঙবু হেন্না নুংশিজখি।

— উচেক অনীসিবু অসুক মিহৌনা য়েংলুরিবদি করিগীনো?

লাই য়েকপা লোইরবদা ঐনা হায়খিবনি নতৌ য়েংনীংদুনা।

— চুম্না য়েংবতনি ঐদি কৈসু খনখিদেনা।

— মদু য়াদে, নঙগী পূক্লিংগী মমিদি মীৎয়েংসিদা তারে তু।

ঐনা অয়েকপদু নঙোন্দা উত্তুনা হায়খি।

— অসুক নীংবা কায়বা শকফমদা য়েক্লিবদি করিগীনো ?

— পুন্সি হায়বসে ওইহন্নীংবা ঙাক্তা ওইথোকপদি নত্তেদনা ।

— মদু হায়নু, অয়েকপগা অহীংবা পুন্সিগা খক চাংদম্নবা য়ারোই ।

— অদুবু মমি অসিদি অরেম্বা নত্তে ।

— 'লাই অসে হৌজিকমক শেগায়খ্রো।' নঙনা খোইশাওননা হায়রকখিবনি।

— শেগায়বা য়াদে ।

— 'য়াদ্রগা নশরূক ওইজহৌরো ঐদি চৎলনি ।' ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎখিরম্মী। মংববু হৌখ্রবদা কুমগী নোংনা চুদনা খক তোকখিবরা ?

— চৎলোদনা কৈদৌরে লেপ্তুনা লৈরবদি ।

ঐগী খোঙনা লম্বী ফৈনা থত্তুনা থল্লগা হায়খিবনি ।

সে, করিসু ঙাঙলরোইদ্রা ? ঐবু ব্রারৌরব্রা ? য়েংওই, থুংনবা হায়বসে নোংদম্বগী নোংদম্মি করিগী অদুক থম্মোয় শোন্থগনি ? নঙ ঐগী লাইবক্তা তম্লমদ্রবদি কায়নখিসনু, থম্মোয় অসিমদি নঙতগী ওইরগদবনি । অদুবু নঙসু খল্লু ঐগী পুন্সিদি মাঙদা লৈরিবা টুবি, কেনভাস অমদি মচুশিং অসিগতা শাগোন্নখিগদবা নত্তে । তিংখং তুম্বৌগী লম্বীদা চৎলুদৌরিবনি । করম্না.....?

— তোক্লো মখা তারনু ।

নঙগী খুৎনা ঐগী চীন মেনখি । মরাল লৈত্রবী মীৎম্না অনী পিরাংনা ঈমাই চোনখি । ঙসিদি নঙগী শক্তম উখিদ্রবা ইমিৎসিনা নৌহৌননা ঈথৌ লাংলক্লি অদুঙৈগী অয়েকপা লাইদো । যূমদা, ঐগী অলমিরা মনুংদা লৈহৌরে। মদু থেৎকে হায়বা নঙনা য়াখিদে ইমাগী মাঙদা ইকাইঙে হায়দুনা । মতাঙসিদা অমুক নীংশিংলক্লে ঐগী মরাইবক থীরবী ইমাদো । মাবু নীংশিংলকপদা মিৎকী পিসে খাম্বা ঙমদ্রে । করম্না লেল্লমগনি কায়নবগী নোংলৈ নুংশিৎ নংলবী মহাক্তি ? মচাবু মীওইনবা হোৎনবদা কয়াদা ব্রাজখিবা ! কয়াদা মীখা থাখিবা ! মহাক অমদি ঐতনা খঙই । ঐনা পীক্লিঙৈ তূম্বা য়াম্না পাল্লম্মী । নুমিৎচূপ্পা তূমগদবগীতা হোৎনরম্মী । মতমদুদা ইমানা

হায়খি - 'তূমগনু ইবুংঙো হৌগৎলু, চেন চোংদুনা শান্নৌ । পুন্সি হায়বসি শিরগা লোইরবনি ।' লাইরিক হৈতবী ইপঙ পঙজবী ঐগী ইমানা ঐনা পীক্লিঙৈদা হায়খিবা ৱাহৈশিংদুগী ৱাহন্থোক্তি ঙসি ফাওবদা ঐনা হন্দোকপগী লোইবা নাইদরি । মহাকসুনি অরেম্বদা হীপচিন্দুনা তূমশিন্দুনা মতম খক মাঙহল্লমদে । থবক কন্না শূরম্মী । ৱাকচীং থাগী অয়ুক্তা পাত্তা কূমদুনা লোংখোল্লি । চীংজিন্দা চীং কাদুনা শীং চল্লি । মতম মতমগী লৌবুক্তা কূমদুনা লৌরাং শূবা য়াওই । ইংখোল কোইদুনা অহাঙবা মতমদা মনা মশীং পুথোক্তুনা কাংচুপ কৈথেলদা য়োল্লি । ঐগী ইমাদি মতীক মগুন লৈবতা নত্তনা শক ফজবী অমসুনি । ইমানা লৌখোঙদা ঈন চিংলিঙৈ ঐনা থেক্কোই থেক্কোইবা লৌরীদা চেন্দুনা শান্নরম্মী । অহানবদদি তুশিন্দুনা খুকউ তৎলম্মী, খুরাই হুবাৎলম্মী অদুবু নুমিৎ খূদিং তৌরক্লবদুদদি ঐহাক লৌরীদা চেনবদা মপা লৈতনা য়াঙবা অমা ওইরক্লম্মী । খোঙ শিংবা অমসু ওইরম্মী । ইমানা ঐগী ইতৌ উরগা নোকচরম্মী । ঐনা ঙসি ওইরিবা শক্তম অসে ইমানা পামজনা শাগৎচখিবরা ? "পুন্সিগী লম্বীসে লৌরীগুম থেক খোয়বনি, মঙম শান্না চেনবা ঙমদবনি ।" মহাক্লা হেক হেক হায়গনবা ৱাহৈনি । ঐগী অহানবা মীৎ হেক পাঙথোরকপা মীৎকুপ্তা মহাক্তনি ইনাক্তা লৈরল্লিবা । মহাক্কী মিনুংশিতনা পাথোক্লবা ঈচেল্লক্তা ঐনা থম্বাল ওইনা শাৎচরকখি । ঐনা ৱাখল খনবা ঙল্লবা মতমদা খঙলকখি ঐগী পুন্সিদা চাউরবা অহাঙবা অমা থেংনখি, মদু করিনো ? ঐনা ইমাদা তক্তনা হংখি, 'বোবিখোয় সোমেনখোয়গী, ইমান্নবা অতৈগীদি ববা লোইনা লৈ । ঐগী ববাদি কদায়দা চৎখ্রে ?'

মীকুপ্তুদা ইমাগী মাইথোঙদা তাখিবা মমিদু করিনো হায়বা ঐহাক খঙখিদে । ঐনা নীংশিংবা হায়ববু মহাক্কী মীত্তগী পি শিন্থখিবা অদুনি । অদুগা ঐবু চেৎনা কোনসিন্দুনা পেন্না কপখিবা অদুনি । ইমানা কপ্পদু ঐহাক খাঙবা ঙমখিদে । মতুঙদা খঙলকখি ঐনা হংলিবা ৱাহংদো মহাক্লা খ্বাইদগী হেন্না খাঙবদা ৱারবা ৱাহংনি । অদুনা মতুঙদদি ঐহাক্লা ৱাহং অদো অমুক হন্না হংবা ঙল্লমদে ।

মতম অসুম হৌখি । অপোম্বীনা পোমশাৎনরকই, পোমশাৎনবীনা ফুগাইনা শাৎলকই । মচুগী ঈথক হৌরকই । মথোৎ কারকপা লমদাং য়ৌরকই । হকচাংগী কয়াৎ খূদিং মকা লাম্না শাৎকাইবা হৌরকই । খঙনীং উনীংবনা

লাঙতক্লরম্বা ঐগী ব্রাখলদা মমি শামি তারম্বা পোৎ খূদিংমক্কী মমি তশেং তশেংলকই । মীকুপ অদুদা খঙহৌদনা মমি তারকখি মহাক্কী পিরাং ঈচেলনা থত্তুনা লৈখ্রবা ব্রাহংদো । অপনবা খূদিং নম্মাত্তুনা থিংবা ঙমদনা হৌগৎলকই ব্রাহংদুনা শকপান্নবা মূর্ত্তী ওইদুনা । পীক্লিঙৈদা ইমান্নবা খৎনবদা হায়রকখিবা ঐগী থম্মোয়না খাঙঙমদবা অমা ওইখিবা ব্রাফমদো - "মপা মশক খঙদবা মচা ।" খূদিংমক লোৎশিন্দুনা ফুমজিন্দুনা থম্বা ঙমগনি । মীওইবগী চীন হায়বসিদি কনানসু মেনবা ঙন্নরোইদবনি । ব্রাফমসিবু খুমজিন্দুনা থল্লিবা ফীজংদু হাইদোক্তুনা অশেংবদু খঙনবা পূংফমদু য়ৌশিল্লক্লে । অদুনা নোংমা ইমাদা উইন কন্না তকশিনখি "ঐগী ইপা কনানো ?" মহাক্কী মাইথোঙদা থম্মোয়নুংদা ওমদুনা থল্লিবা ব্রামৈগী মৈরীনা মৈচাক ফনা চাকখৎলকপগী মমি তারকখি অদুবু ব্রানা ফাথরগা ব্রারীদু লীরকখি, মতম চারে খল্লমাল্লে ।

— "ইমাগী ইবুংঙো, নঙদি অচম্বা মচা নত্তে । লৈবাকসিগী ঙাকশেনবগী অচৌবা থৌদাং লৌরিবা দি আই জি সোনাগী মচানি । ঐনা মপূং ফারকপা মতমদা মহাক ঐখোয়গী খুলদা ইন্সপেক্টর ওইনা থবক তাবম্মী ।" ইমানা ব্রারী লীবা হৌরম্মী । "নোংমা খুলগী লাই হরাওবদা মহাক্না ঐবু অহানবা ওইনা উখি । মথঙগী নুমিত্তা মহাক ঐখোয়গী য়ূমদা লাকখি । ঐগী ইবুং অতোনবা নঙগী মামতোনগা নকশিন্নবা হৌরকখি । মদু মানা ঐগী নাক নক্লা চঙশিনবা য়ানবা শীনবা থৌরাং ওইরমখি ।"

— ইবেম্মা ঈশিং গ্লাস অমত্তা থকচগে ?

নুমিত্তুদা মহাক্না য়াম্না চীং লেম্না থৌগল্লোন য়াওনা ঙাঙলকখি । ঐনা পীবা ঈশিংদু থকপা লোইরগা মানা মরৌ লৈনা ঐবু য়েংলদুনা হায়রকখি

— কাংচূপকী ঈশিং অসুক যাম্না হাউই হায়বদি ঐদি ঙসিতমক খঙলি ।

— নহানমখৈদি খঙদবা ?

ঐনা ঙক্তুনা হংখি । মতমদু ঐহাক ইচম চম্না ইঙাও ঙাওনা অঙাং মচাগুম লৈজবা মতম্নি ।

— নহানমখৈ অসুক য়াম্না থক্লকপসি খঙলমদে ঙসিদি তশেংনা হাউই হায়বা খঙলে, ইচলনা পীথকপসিনা ওইরমাল্লে ।

অদুগা মহাক মোমোন নোকখি । নুমিত্তুদা ঐসু তশেংনা খঙখি, মহাক মশক ফজবা চুংফীরাল চাবা নুপানি । করিনো হায়বা শেংনা খঙদবা ঈথক অমা ঐগী থম্মোয়দা হৌরকপগুম তৌখি ।

নোংমসু মহাক্না শারেং অমা য়ান্দুনা পুরকখি । নুমিত্তু ইমাগা ঐগদমক লৈবা নুমিৎনি । তাতোন্দি ইম্ফালদা চৎখি । ঐবু পোকপা নখোয়গী নপুবোক্তুদি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ লৈখিদ্রে হায় । ঐনা খঙবা হায়ববু ইমাগা তাতোনগদমক ঐগীনি হায়না লেপ্পল্বা অসিনি । লৈকায়গী মীশিংনা মহাকপু তাতোন কৌরম্মী মদু ঐনা পীক্লিঙৈদা কৌবা মিংগৌনি হায় ।

— ইমা, শারেংসি মৈতৈ শারেংনি, কাংচুপ কৈথেলদা য়োল্লম্বনি । শারেং চাদবা কুইরে ইচলগা ইমাগা লোয়ননা চামিন্নরুরগে হায়দুনা লৈরকপনি ।

— করিগী লৈরক্লিবনো ? অরেম্বদা পৈশা পঙতিং তিংহনগনু ! লংফৈদা লৈবা হায়বসি পৈশাগী মথৌমক্তনি ।

ইমানা হায়খি । অদুবু মহাক্না তাশিন্নদনা ইমুংদগী ঙাশেমথাঙ কোইথী থিরগা ঙাদু শেম্বা হৌগৎখি । নুমিত্তুসু ঐনা থোংবা ঙাদু য়াম্না হাউই অসুক হাউবা শারেং থোংবদি পুন্সিদা অমুক্তসু চাদ্রি হায়না ঐবু থাগৎলম্লগা চৎখি । 'মসিগী নুপাসি মওং অমনি পঙনক নকশিন্নরুনু' হায়না ইমানা ঐঙোন্দা হায়খি ।

— কদায়দা নকশিন্নরিনো, মানা লাকচরগা। তাতোন্না পুশিল্লকই নৎত্রা ?

ঐনা ইমাদা শাউনিংনা হায়খি । ইমানা তুমিন ব্রাখল অমা খন্দুনা লৈখি ।

ঐগী ইমা নখোয়গী নবোক্তুদি য়াম্না শিংবা নুপীনি । মীগী মীতেক মীরৌ খঙবীনি ।

— ইবুংঙো নহাকপু নুপী অঙাঙকা লৈরব্রা ?

নোংমা ইমানা হংখি ।

— লৈরে ইমা, অঙাঙ অনী সুরে ।

— নুপাদি য়াওরব্রা ?

— য়াওদ্রি নুপী ঙাক্তনি ।

মতমদু নিংথমথানি । ফুংগাদা ইমাগা তাতোনগা মখোয় অহুম মৈ তীকমিন্নখি । ঐনা চাকখুমদা চাক থোংখি । করি করিনো মানা ৱারী য়াম্না তমখি মানা থেংনরকপা থৌদোক কয়া ৱারী কয়া । হূরানবা ফাবগী, মীহাৎপা ফাবগী । ঐঙোন্দদি নুংঙাইরবা অকি তুজুং য়ান্নরবা সিনেমা অমা য়েংবগুম তৌখি । মহাক মথৌনা ফবা মী অমনি হায়না ঐনা খনখি । নুমিত্তুসু মহাক ঐখোয়দা চাক চাখি । তাতোন্দি পাখং ওইরি । মানা ইমাদা হেক হেক হায়, তাতোনগী নুপীদি ইম্ফালদগী ওইনা লৌহনগনি । মখোয়গী লৈকাইদা নুপী অফবা য়াম্না লৈ হায়না। মহাক উরিপোক্তগীনি । তাতোনগা মহাক্না নোংমা নোংমগী চান্নবা হেনগৎলক্লম্মী । ইমানদি হায়, 'নুপী অঙাং লৈরবা মীগা তিন্ননু, নমান নমান্নবা তিন্নৌ ।'

করি হায়রিবনো হায়বা ঐহাক শেংনা খঙলমদে ।

নোংমসু, নুমিদাং অমা ঐনা ফৌ সুরিঙৈদা মহাক লাকখি । তাতোনগী কাদা ফমখৈ ফম্লুরগা ঐগী নাক্তা চঙলকখি । নুমিত্তু থাবল য়াম্না ফবা নুমিৎনি । মহাক্না তাতোনগী মনাক্তা ফম্লিঙৈ ঐগী থম্মোয়না মহাক্কী মতুং ইন্নবগুম তৌরম্মী । তাম্না শল্লিবা থাবলগী ঈথক ঈপোম্না ঐগী থম্মোয়বুসু থুম্মাৎপগুম তৌরম্মী । ফৌসুবগী অৱাবা কাউরম্মী ।

— মেম্মা, ঐসু ফৌসুবা পাংবীগে ।

অদুগা ঐনা হায়বা তাবোই তাদবোই সুক অমা পায়খত্তুনা সুবা হৌরম্মী । ঐখোয় অনী ফৌসু লক্লরম্মী ।

— লোইনা চোংথোক্লে, ঐ ইথন্তা সুজরগে ।

— সুম সুয় সুরগা হৈজরক্কনি । নখোয়গী খুলগী পাখংশিংসি ফৌ সুবা য়াম্না হৈনে । নহান ঐনা লাকপদা নঙগা ফৌ সুমিন্নহৌবা পাখংদু কনানো ?

— ঐখোয়গী লৈকায়গী পাখংনি ।

— মানা নঙবু খঞ্জবা মাল্লিদা ।

ঐহাক মাগী মচীন্দগী অদুগুম্বা ৱাহৈদু তাবা হৈনরমদে । করিগীনো খঙদনা ঐনা মাবু লুনা খনবগুম তৌরম্মী । ইবুংগা লুনা তিন্নবনি হায়দুনা

তৌরিবরা ? মদুসু নত্তে । ইবুংগা লুনা তিন্নবা কয়া লোয়নখ্রে মহাক্কুম্না তৌদে। ইম্ফাল মচানি হায়বদুদা তৌরিবরা ? মদুসু খঙদে ।

— ফৌগা লোইনা চাইখাইরে । সুবীরনু হায়সু য়াদে । ঐ তোক্লগে ।

ঐনা ফৌসুবা লেপ্তুনা ফমথরম্মী ।

— ইচন্না ৱাবদু ঐহাক য়েংবা ঙমদে । নহাক্কী ঙসিগী ফৌশিংসে ঐনা লোইনমক সুবীরনি ।

তাতোনসু থোরক্তুনা মাবু খান্নম্মী অদুবু মানা য়াদ্রবদা মখোয় অনী চঙদুনা ফৌশিংদু লোইনা সুদোকপীরম্মী ।

মথঙগী নুমিত্তসু লাকখি নুমিদাংৱাইরমদা । মখূৎ অনীমক বেন্দেজনা লোইনা পুন্সিল্লম্মী ।

— 'খূত্তুদি কৈদৌরে ?' ঐনা হংখি ।

— ঙরাঙ নঙগী ফৌ সুবীবদা লোইনা পোকথোকখ্রে অদুগা হন্নসু য়েংবীদেনে ।

— হৈমা, অদুদি কনানা খঙগনি, ঐঙোন্দা হায়বীরকপা য়াদ্রা ? খূৎ অনীমক শোক্লমাল্লে, চাক্তি করম্না চায় ?

— 'খূৎনা চাবা য়াদদুনা চামচনা চায় ।' ঐগী থম্মোয়দা নুংঙাইতবা অমা ফাওরম্মী । মহাকপু নুংশিবা পোক্লম্মী । থৌদোকসিগী মতুং নুমিৎ তরানিমুক মহাক ঐখোয়দা লাকখিদে । ঐহাক লৈফম চাফম খঙলমদে । মাবু উনীংবনা লাঙতক্লরম্মী । মাগী মখোল তানীংবনা ঙাওরম্মী । ঐগী পুন্সিদা অসুক য়াম্না লাঙতক্লবা অমুক্তা থোকখিদ্রি । নুমিদাং ওইরকপা খূদিং মহাক লাক্কদবোইতা খল্লম্মী । থোঙ্গালদা চেন্থোক্তুনা লম্বীদা তাম্না য়েংদুনা লৈরম্মী । ঐনা তৌরিবশিংদু খঙলদুনা ইমানা ঐবু চৈরম্মী । নুপী অঙাং লৈবা নুপানিসু তোয়না হায়রম্মী অদুবু ঐনা থোইনা নাচুংলমদে । নুমিৎ তরানিমুক্কী মতুঙদা মহাক লাকখি । নুমিত্তু মী কনাসু য়ূমদা লৈরমদে ইথন্তমক লৈরম্মী । ঐনা ৱাই শীৎলিঙৈ মহাক্না তুমিন্না ঐগী তুংদা চঙলক্লগা হাউফী অমা ইনশিনবীরক্লম্মী । হাওফীদুনা ঐখোয় অনীমকপু অমত্তা ওইনা কূপশিল্লম্মী । নুমিত্তুদগী মাগী শক্তম ঐগী থম্মোয়দা কনানসু মুল্লবা

ঙম্মরোইদবা মওংদা মমি তাখি । মথং মথং ঐখোয় অনীমক অপাম নুংশিগী অয়ৌবী খোঙচত্তা চঙশিনমিন্নরম্মী । কৈরোই লৈকায়গী মীনোক মৈশা, ইমাগী মীচৈ পূম্নমক তাইওন্নবগী নাচুংদবগী ঐহাক চৈরাক ফংলম্মী । নহাক মীরোনবা থা অহুম সুরকপা মতম্গী । ঐনা নোংমা মঙোন্দা কপ্পুনা হায়খি, 'ঐদি নঙনা হুনদোকপীরম্লবদি খূদক্তা শিগনি ।'

— করিগী অদুক য়াম্না থম্মোয় পীকশিল্লিবনো, লেপকদবা ঐনা লেপ্লিবসিদি ?

মানা ঐবু থেমজিল্লম্মী । মতমদুদা ঐগী চম্লবা শেংলবা থম্মোয়না মাগী লৌনমশিংদু খঙলমদে। মহাক্কী মীৎকুপকী ওইবা কলকমিহৌবগী মৈরীনুংদা ঐদি মৈরানবীগুম কেম্বা তারম্মী । অদুগা মহাক্না নোংমা মপোৎ মচৈ য়োমদুনা কনাদসু তাক্লমদনা ইম্ফালদা চৎখিরম্মী । মহাক্কী থবক মফম হোংখিরম্মী । ঐগী ব্রাবগী পন্দোল লৈরমদে । তুহৎপগী, লাকচথীবগী মরক্তা খোঙগাওনবীরম্লবা থম্মোয়সিগী মৈশাসু ফংলম্মী । ঐহাক চৈনাদু খাঙবা শুম্লক্তবা মীৎকুপ্তা শিরসিরা হায়না খল্লম্মী অদুবু মরাল লৈজদ্রবা নঙবু কাঙখুলদা মাঙহনবদি পাম্লমদে । নুপী হায়বা কাঙলুপসিবু ইন্তুনবতা হোংনরিবা মীওইবা শুনাইসিবু শীংনদুনা ঐহাক হিংগে হায়না খনখি । অদুনা মীনোক মৈশা পূম্নমক খাঙদুনা তাইওন্নবী ওইদুনা নঙনা তাইবংদা খোঙদারকপা ঙাইখি । অসুম্না নহাক পোক্লকখি । নঙ পোকপা নুমিত্তা ব্রাথোক অমসু থোকখি । মৈহৌনা শাউরবা তাতোন্না ইমাগা চত্তুনা মহাক্কী পোষ্টিং মফমদা ঐনা অঙাং উন্নবগী পাউদু হায়রম্মী লোয়ননা ঐহাকপু লৌশিন্নবসু হায়রম্মী । মহাক্নদি ব্রাফমদুদগী নাম্থোকপা ওইনা 'নোংমা লাক্কে ঙসিদি নাম্থোকপা য়াদবা থবক অমা লৈরে' হায়না খুম্লক্লম্মী । শাউরবা তাতোন্না মনাক্তা তারম্বা নূং অমা খূন্দুনা "হৌজিকমক চৎকেরা চৎলোইরা" হায়দুনা মহাক্কী মকোক থুগাইরম্মী । পুলিসনা মহাকপু মরাল শীদুনা ফারম্মী অদুগা যীনা ফূবীরম্মী । থম্মোয় শোক্লবী তৌফম খঙদ্রবী ইমানা মফমদুদা ব্রান্থরম্মী ।

ঐহাক ইমাগী ব্রারীদু তাবা ঙম্লমদে । অশাউবগী ঈথক ঈপোম্না ইশা শূম্নমক লাকহৎলম্মী । তমথীরবা শা কৈদগী চিংলদুনা পীক্লবা উচেক ব্রায়া

ফাওবা পীক্লিবা মচাগী নুংঙাইনবা মহুম শেম্বীরি । পীক্লিবা মচাশিংগী মচীঞ্জাক হুন্নবা পোত্থাবা লৈতনা হোৎনরি অদুগা মহাক্তি মদুগী ওন্নতৈনবদা ইমা ইচাগী খোঙফম মুখৎকে হায়না হোৎনরি কয়াদা তোনগ্নবা মীশক্লো ! মসিগী লমন খুমদনা খক তোক্লোই । মহাক্লা কান্নদবা অমোৎপা অমাংবা ময়োম অমনি খন্দুনা, থৌশাদনা লংথোক্লন্নবা ঐসে ইমানদি মমল য়াম্বা হীরা অমনি খন্দুনা, পাম্মুনা লৌখত্তুনা, চ্যেকশিন্না য়োকচরকখিবনি । মসিগী মমল লৈহনখিগনি । ঐহাক অমোৎপা ময়োম অমা নত্তে হায়বসে ময়েক শেংনা তাক্লমখিগনি । লাঞ্জদ্রবী, চমজরবী ইমাগী মিৎলুদগী শিন্থখিবা পিরিক খূদিংমক্কী চাং তমদুনা মহাক্কী মশাদগী ঈখেং শিন্থহনখিনি । ঐগী থম্মোয়না অচেৎপা ৱারেপ লৌরম্মী । ইমানা ঐগী থনুংগী ওইবা ৱাফমশিংদু খঙলবগুম মিপাইনা হায়রম্মী - "নপাগী মফমদা লমন খুমগে খনগনুকো ইমাগী ইবুংঙো । ইমা ইচাগী লাইবক্তা তমলম্বা হায়দু তারে । ঙাকপীবা হাযবসিনা মীওইবগী অথোইবা লমচৎনি ।" মহাক্লা হায়রিবা ৱাফমশিংদুগী মরুমদা লোত্তুনা লৈরিবা কিশিদু ঐনা লায়না খঙবা ঙম্লম্মী । পীক্লিঙৈদগী হৌনা ঐদি লিংজেন য়াম্না খারম্মী । মীনা লাকচবা য়ারক্তে । ইমান্নবগা খৎনবা ওইববসু ঐনবু লান্দ্রবদি মায় খক লৈরমদে অদুনা মহাকনা ঐগীদমক ৱাজরম্মী । ইমাগী মফমদগী ঐগী ওইরিবা ৱারী পূন্নমক তারুরবা মতুংদগীদি অহীং নুংথিল নাইদনা লমন খুম্নীংবগী মৈরীনা ঐগী থম্মোয়দা লাউ খোংনা চাকপা হৌরক্লম্মী । মতমদুদা ঐনা খনখি মহাক্কী মমাঙদা ইশকসি ঊৎলুরসিরা ? হৌখ্রবা ৱারী শীংবুলশিংদু পুথোক্লুরসিরা ? অদুবু মদুনা করিসু কান্নবা ফংলোই । মহাককী মফমদগী মপা অমা ওইবগী মিনুংশি ঈখৌলাংলম্বা অদুসু কোকখ্রে । অদুনা মতম ঙাইখি, মরালগী মতীক চাবা চৈরাক পীনবগী পূংজা অদো ।

অশংবী, নঙবু ৱারীসি তাবা ঙল্লিব্রা ? য়েংও তো, ঐগী থম্মোয়গী মিংশেলদা মমি তারক্লে নঙগী খোয়রাং খোয়শাউবা শক্তমদো । নঙদি ঐগী নাক্তা লেঙদনা লৈরি ঙসিসু, শম্লাং চোইজাইননা, থোৎনৌরবী খূৎচাশিংনা তনৌবী খজাই নাপোম্বু চ্যেকশিন্না ঙাক্লদুনা, লুরুকননা ঐগী ৱারী খূদিং, ৱাকৎ খূদিং থৱায় তানা তারি । করিগুম্বদনা পূক্লিং সুস্কৎনা চীনবান নাকচীদা খোইরুম মোমোন মীনোক্কী মমি তারি । করিগুম্বদা মিপাইনা শ্বর চনীং তাদনা

থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা, করিগুম্বদা লৈতাদনা ফুক ফুক হৌগৎলদুনা অদুগা শাউনা চীনবান থকখা চীক্লদুনা, করিগুম্বদা পি শীম্থরদুনা। নঙগী শক্তমসে ঐগী থম্মোয়গী চেবাংসিদগী মৃৎখিবগী মহুৎ থোইনা হেন্না ময়েক লাখৎলক্লে অদুনা ঐবু তাইওন্নবা ওইহল্লে কঙাওনহল্লে । অদুবু নঙগী শক্তম নীংশিংবা অসিনা, নীংশিংবগী নুংঙাইবা ময়াই অসিনা ঐগী মাইথীরবা চোকথরবা খোঙচৎ অসিবু মথৌ শঙলিবনি। তশেংনা নঙদি ঐগী পুন্সি লম্বীগী চৈশূনি। থৌদোক খূদিং মীৎকুপ খূদিং নঙনা ঐগী পল্লেপফম খঙদ্রবা লম্বীবু তাকপিখি।

নোংমা ঐখোয় অনীমক্কী বি: এস: সি অরোইবা চহীগী পরিক্ষা পীখ্রবা মতুংনি।

— নারব্রা কৈনো নশক উখিদবা কুইরে। ঐবু লাক্লরিবা হায়দুরা ?

নুমিত্তু ঐহাক ঐগী লাইয়েকফম কাদা ফমদুনা লাই অমা কন্না য়েকপা হোৎনখি।

— য়েংও তো, মসি য়েকপা হোৎনবদা ঐহাক অনাবগুম্লে। ঐগী হৈনীংবা লোইনা মাঙখ্রে।

ঐনা য়েক্লিবা লাইদু নঙোন্দা উৎলদুনা ঐনা হায়রম্মী। নঙনা লাইদু লৌখত্তুনা য়েংলম্মী।

— করিনোসিদি, পাক্লবা অমুবা ফীজং অমগী মখাদা পীক্লবা মীগী শক্তম অমা মমায় লোংখত্তুনা য়েংলিবসে ? নখোয়গী আর্ট পেন্টিং হায়বসিদি ঐখোয়না য়েংজবা হৈপোৎনত্তেদা।

— অমুবা ফীজং অসিনা অতিয়ানি। অদুগা মী অসিগী মীৎয়েংসু অতিয়াসিদনি।

— করি মচু খূত্থানো শিবু ? ময়েক লৌফম খঙদবা মুক খব হৈদোক্লগা অঙাংনা খোরি খোৎপগুম তৌরিবসিবু ? নহাকপু ষ্টেট কালা একাদমী এৱার্দকা ফংখিবদাইনে ? সিগুম্বা লাইসি য়েকপগীরা ? সিদা য়েক্লিবা মখূৎ তুংবুন্নরবা মীসে অসুক্কী মতিক পীকখ্রে মাঙোন্দগীদি লৈমায়দা হৌরিবা লৈপালশিং অমদি নাপীশিংসিনফাওবা হেন্না ৱাংখ্রে। অদুগা অমুক মাইকৈ খূদিং অমুবা অমম্বা ৱাউথাংনবা মচুতনা চাইখাইরি। পোৎ অমত্তসু মশক মচু শেংনা উবা ফংদ্রি। নাপীগী মচু, লৈগী মচু,

অদুগা অতিয়াগী মচু, করম্না সেট থাগনি হায়বা খঙদবরা ? লাইসিদা ফোঙদোক্লিবা নহাক্কী ব্রাখলসি করিনো ?

— পীক্লবা মখূৎ তুংবুন্নরবা মীগী শক্তম অসে মতমসিদা হিংলিবা মীখা পোন্না লেল্লিবা মীওইশিংগী শক্তম্নি । মহাক্না সুক সুনা মল্লবা অতিয়াদা মীৎয়েৎ থল্লি, করিগুম্বদা শংবান্নবা অতিয়াগী মচেৎ অমত্তং উব্রা হায়না অদুবু অমত্তসু উবা ফংদে । অসিনি ঐখোয়গী পুন্সি, ঐখোয়গী শক্তম । মীনাই মপোক্তা পোক্লবা মীওইবগী মফমদা কদায়দগী মচুগী কুম্মেনো করম্বা সুক্ষ্মৎপা মহৌশাগী শক্লোন্নো উবা ফংগদবা ?

নহাক্না নমিৎ অনীমক লাওথোক্তুনা ঐনা হায়রিবশিংদু লোইনা তারগা খঙহৌদনা নোংলৈ অমা ফ্রং হৌরকপগুম ঐখোয় অনীগী মাঙদা তাদুনা লৈরিবা লাইদু তাপ লৌখৎলম্মী অদুগা নখুৎনা শূব্র শূব্র নৈখায়রম্মী ।

— নুমিৎচূপ্পা অদুগুম্বা ব্রা ঙাক্তা, অফ নুংঙাই অমত্তসু খনবা হৈতবা । নহাক শোয়দনা ঙাওবা তারে ।

নহাক্না অদুম্না তৌরক্কনি হায়বসি খঙদবনিনা ঐহাক মীৎকুপ খর ঙকচান্ননা লৈখি ।

— কবিনো নঙনা তৌরিদো ? মতম চঙনা শাগৎচবা ঐগী পোখোক অমা মীৎনা কুপ্পদা লোইশিল্লিবা অদুদি চুম্লা ?

ঐহাক শাউরে হায়বা খঙলদুনা নঙনা ঐবু থেমজিনবা ওইনা হায়খি -

"নহাক্কী নতৌসিদি ঐনা নঙোন্দা য়েকপীয়ু হায়গে খনবা শিন অমখক লৈ মদুসু ফজনা য়েকপীরক্কনি হায়বা উদ্রে । মতম খূদিংমক্তা পোজিটিব সুকওই ওইদবা নঙগী ব্রাখলসি ঐহাক খন্দবা ঙমদে ।"

— করি শিন্নো নঙনা পাম্লিববো ?

— "নোংমা হায়গে নঙনা পূক্লিং লৈতানা লৈরবা মতমদা । নুমিত্তু নঙনা হায়দোকখিদে ।

# ৬

চাউরাক্লা খৃষ্টগী মতুং চহী লীশিং অনীরোমসি ইশাগী নাৎ, ধর্ম্ম, কলা সংস্কৃতি, লোন ময়েক লৈজরক্লবা, শেল থুম অমদি লৈবাক ব্রায়েল পথাপ পূম্নমক ইশাগী খূবাম্মুংদা পায়জদুনা লাক্লবা ফূরূপ অসিনা ইশাগী নীংতম্ববু খূৎপায় চেৎনা পায়দুনা লাকচখি। মী পীক্তক পীক্তক তৌবা, নাতোন নম্বা, চাইরূং চাউবা, মীৎখূবা, চীনবান অমদি য়ারি চাউবা, মোংগোলোইদ কাঙলূপ্তা চল্লিবা ফূরূপ অসিগী তোপ তোপ্পা লিংজেল থৌনা মতীক মগুন লৈবা, মীখা পোনবা হৈনদবা কাঙলুপ্নি হায়বসি হৌজ থেঙখাঙ কয়া শোক্লখিবা লানফমশিংনা, ইতিহাসনা খূদম পীদুনা লাক্লি। পীক্লবা চীংলৈবাক অসিগী মীশিংগী মতিক ময়ায় পাক চাউরবা মতম অমদা নুমিৎ তাবা লৈতে হায়নখিবা বৃটিশ সমরাজ্যনা ময়েক শেংনা খঙখি। লান্মী খূজোক খরনা মায়থীরনি হায়বা খঙনা খঙনা থাঙ-চূঙ্গোয়তগা মশীং য়াম্লবা বৃটিশ লান্মীগী বোম-তোপকা মাইয়োক য়ানগনি হায়না চোংথোরকখিবা অসিমক ঐখোয়গী ইতিক ইথৌনা অমদি মীখা পোনবা য়াজনীংদবা লমচৎ অদুগী ময়েক লারবা খূদম্নি। মতীক লৈরবা চীংলৈবাক অসিগী লান্মীশিংগী মথৌনা ঙক্তবা, থাগত্তবা ঙমখিদে বৃটিশনা। চীংলোন মাপন্না কোয়শিনবী, ঈংনা চীক্লা মহূ ময়াই কন্না ঙাল্লিবী ইরৈবাক অসিনা লানফম কয়া মাইয়োক্লখি। কল্লক মিহৌচাউবা কয়াগী মিশৌ চঙখি। ইতিহাসকী লমায়দা য়েক্তুনা লৈরি চহী তরেৎ খুন্তাকপা, অওৎ অনৈ, অদুবু হনবা লৈতবা ফূরূপ্নি হায়বা তাকখি। মসিগী মতূংদসু এংলো মণিপুরীগী লানফমদা মায়থীরবা মতুংদা থৌনা ফরবা টিকেন্দ্রজীৎ, কাজাউ, থাংগাল জেনেরেলবু ফার্সি তৌদুনা হাৎখি অদুগা লোয়ননা বৃটিশ সমরাজ্যগী রাহুনা ইরৈবাক্কী নীংতম্ববু উমশিনখি। ইং ১৯৪৭, আগষ্টকী তাং ১৫দা ভারতনা মতম শাংনা বৃটিশকী মীখা পোল্লুরবা মতুং নীংখা তম্বা ফংখি। বৃটিশনা ভারতপু থাদোক্লম্বগা লোয়ন লোয়ননা চীংলৈবাক অসিবুসু থাদোক্লমখি। ইমাগী খূদাংদা কিরিবা য়োৎহলীংসু তত্তুনা তাখি। অদুবু ইকুই কুইদনা অমুবা নোংদুম্না অমুক হন্না ইমাগী মাইথোঙবু খুমজিনখি। ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫দা ঐখোয়গী

লৈবাকসিগী লুচিংপুরেলসু তৌফম খঙদবা থৌনা থোক্তবা ওইখি। মহাক্কী থম্মোয়গী অপাম্বগী ৱাংমদা ফীভম্না মাবু লেপহনখি। মীৎকুপতুদগী হৌনা পিরোইনরবী ইমাগী মীৎস্নানা মচাশিংগী মাইকৈ য়েংলকপগুম ঐখোয়গী থম্মোয়দা ফাওখ্রবনি। অসুম্না মতম কুইনা ওমদুনা লাকপা থরুমশিং অসিনা পোকখায়হল্লকপা মৈগী চীং অমগী শক্তম ওইনা ১৯৬০দা খূৎলাইপায়বা য়াওল্লোইশিংগী লূপ খরা ইরমদমসিদগী চোংথোরকখি। মসি অচৌবা পোলিটিকেল ক্রাইসিস অমনা ওইহল্লকপনি। থেংখাঙ কয়াদা মখোয়না লমদমসিগী মীশিংগী সেন্তিমেন্ট খঙনা থবক তৌরকখিদবা, ঐখোয়গী লমখৈগী মেপ থুগাইবকপা, মর্জর এগ্রিমেন্টকী ৱাফমশিং থবক্তা ওন্থোক্তুনা মীয়ামগী পূক্নিং চিংশিন্নবা হোৎনখিদবা অসিগী মথক্তা ১৯৫০গী ফিজোগী লালহৌবু নমথনবা শেমখিবা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিএল পৱার্স এক্টনা মীচমশিংদা ওনশিল্লকখি। আমেরিকানশিংগী নীংতম লালগী মতমদা ইং ১৭৭০দা ব্রিটিশ সিফাইশিংনা বোস্তোন্দা মীচম মরি কাপ্পুনা হাৎখিবদু ইতিহাসতা [illegible]ইদনা 'বোস্তোন মেসাকর' হায়না ঙসিসু হক্তুনা লৈরি। অদুবু ঐখোয়গী লমদমসিদা মসিগুম্বা থৌদোকসি মশীং লাকঙমদনা থোক্লক্লবনি। মীচম কয়া পরেং লেংহল্লগা মফম কয়াদা কাপ্পুনা শা হাৎপগুম হাৎখ্রবনি। তুংগী খুনাইগী যুম্বী ওইরক্কদবা মহৈরোই কয়া, শান্নরোই কয়া, ময়ূমদগী ফাদুনা পুখ্রগা মাঙহনখ্রবনি। নুপীশিংগী ইজ্জৎ তেমশীংনরক্লবনি । য়োৎকী ময়া পানবা এক্ট অসিনা ফুৰূপশিবু অমুক মকোক হাইগৎলকপা ঙমদনবা মওংদা চপখায়রক্লবনি। অদুবু ঙসিফাওবদা কনানা ঐখোয়গীদমক নুংশাশ্বর হোন্থনা ৱাখল খনবীবা য়াওরবগে ? খূদিংমক অসিদগী লেপ্পা লৈতনা য়াওল্লোইশিংগী ওর্গনাইজেসনশিং মথং মথং চোংথোক্লরকখিবনি । মরকসিদ মমাগী শক্তম লাংলিবী মহাক্কী অমগী লৌরী যূম্ফম মৎলগা অমদা হেন্না পীথোক্লীংবা, অমগী চাকলুক মুল্লবা অমদা পীজবা, মীচঙ মীখায় নাইবা থৌওং অসিমক মতম কুইনা বৃটিশনা তম্বীরক্লবা দিভাইদ এন্দ রুল পোলিসি শান্নদুনা লমদমসিগী ফুরূপশিংবু নমথরগা মখোয়গী খূবাম্লুংদা নাম্থোকপা ঙমহন্দনা পায়শিন্দুনা লৈনবা থৌরাং তৌরক্লিবনি। মসি ৱাজনীতিগী লালোঙ অমনি হায়বসি ঐখোয় খুদিংনা খঙফম থোকই। নৎত্রবদি কদায়দনো ঐখোয়গী ইতিহাস, নুংশি চান্নবা, মচীন মনাও ওইবগী মরী ? কদোমদনো খুনাইসিগী অশেংবা শক্তম, তুংগী মীরোলশিংগী লাইবক অমদি খোঙফম ? ঐখোয়গী

অপূনবগী শক্তম, পাঙ্গল শাগৎকদবা চিরবা তানফম অসিদা লৈবাক্কী চূপ্লি পায়রিবা লৈঙাকলোয়শিংসু মশাগী যূম্ফম থোলহৌবদা খল লূম্না থমদুনা লৈনখ্রে। অথাপ্পদা, চীংনুং-মান্নুংদা তারিবা ইচিন ইনাওশিংগী লম্বী থোং, চাওখৎ থৌরাং তুংওইনরগা মখোয় মশাগী, নক্কবা মরী মতাশিংগী য়াইফনবা অঙ্ক হোৎতুনা লৈনখ্রে । মসিনা শোকহল্লক্লিবসি কাঙলুপ অমগা কাঙলুপ অমগগী মরক্তা লৈনরিবা থম্মোয়গী মরী কোমথহল্লকপনি, মীতোপ ওইনা ঊনহল্লকপনি। ঈংনা চীক্লা হিংমিন্নবা পুন্সিদা অকায়বা লাকহনবনি। অদুগা অমরোমদনা ঐখোয়গী নীংতম্বা ঙাক্লবা অমদি ফূরূপসিগী ইশাগী ওইবা শক্তম শাগৎনবা শরি পান্দোল্লোম্নদুনা চোংথোরক্লিবা ঐখোয়গী ইরক্তা মত খেন্নবদগী চিংখায়নরক্তুনা মচেৎ তারকপা অসিনা লালহৌবশিংগী তাল্লিবা পান্দমদা অকায়বা ওইহল্লকলিবা অসিসু অকবা রাফম অমা ওইরক্লি। ফেকসনশিংসি অমগা অমগা পূন্সিন্দুনা অচৌবা অপূনবা শক্তি অমা শাগৎনবা হোংনবা হায়বসি যাম্নমক মরু ওইরবনি।

## ৭

কাংচূপ চীংথক্তা নঙনা ঐগী চীন মেনখি । ঙসিসুনি অসিগুম্বা চৈফ্ কয়া নংলবা পুন্সিসিদা নঙগী অদুগুম্বা নুংশিবতনা হারবা খৃৎশাগী মমিদো ঐগী চীনবান্দা তারিবগুম খল্লী । মীৎকুপ খৃদিং ফংজনীংলবা পেঞ্জবা অদুমক্লা থম্মোয়বু মথুম মরাংহল্লি, নঙদি খঙলমদবসু য়াই । নঙ ঐগী ব্বারীনবু লোইবা খম্বা অমুক নাইখিগদ্রা ? ঋতু কয়াদা থাজৎ কয়াদা নঙ ঐতগী ওইবা নুংশি ব্বারীশিংসে মৃৎঙমদনা লৈহৌরগনি । নুংশি ব্বারী, থম্মোয় থম্মোয়গী মক্রুবা মচুগী জগোয়, মসিদসু নত্তে লোই খম্বা নাইদ্রবা খন্নবগী চোকথবা লৈত্রবা পূংজাশিং অদো করম্বা মীৎকুপ্তবু তুমিন লোৎখিগদগে ? পুন্সিগী শোন্থরবা পূংজা কয়াদা থাদোকঙমদ্রবা নুংশিববু নিন্দা তৌখিদবা নত্তে । খৃদিংমক অসিবু কনানা ওইহল্লিবনো ? "হে ! মহৃময়াই চাউববা নুংশিবা, নঙতনা ঐবু লৈখা তাহন্দৌরে । নঙতবু খৃৎলাম তোয়না কৌজবা শাবী শানৌগী থম্মোয়নুংদা লেঙদনা য়াতাগেদি লৈত্রদুনা করিগীনো নফমদগী নাথৈজবা পান্নবা ঐঙোন্দা হঞ্জিল হঞ্জিল অব্বাবা পীরিবদি ? চৎখ্রো লমদম তাম্না চৎখ্রো । ঙসিদি ঐগী লৈকংলাগী পুন্সিসিদা নঙনা চূপথোকখিনবা হার অমুক লৈত্রে । শীগংনরবা লমদম্লি নঙনা কৈদৌঙৈদসু খক মরা তাশিনবা ঙম্লোই । ঐদি নঙবু কৈদৌঙৈদসু কৌখিদে । নঙতনা শাইনপ শাইদাংজরবনি । ঐগী পুন্সিগী মঙলান্দি নঙগী মোল্লবা নতম্পাক্তা পোত্থাবা নত্তে, তিংখং তুম্বৌতগী অমম্বা লোইখম্লাইদ্রবা লম্বীদা লমথুংফমগীদমক খোঙশানবদুনি । ঐদি মীনাইনি । অঙম্বশিংনা ইমাংদগী চাক্লুক শৎ, ইশুং ইমান্নবশিংগী মমাঙদা খুদোল লৈতাদনা ইঙক লাক্তুনা ঈল্লিবা তংখায় শিরবা মীনি । মায়কৈ খৃদিংমক্তা মচি খৃদিংমক্তা অমগা অমগা চোপ চোপ য়ান্থৎনবগী নাহেখোল্লক্তা খোন্থাং অমত্তংবু ব্বানা তাল্লিবা ঐবু করিগীনো নঙনা লৈরাং পরেং পায়দুনা ঙাইরল্লিবা ? নঙগী অদুগুম্বা পরেংদু হুকচিনবীরগা ঐবু মীনাই নাইথাঙগী মপোকসিদা অমুক হৌগৎপা ঙম্লরোইদবা মওংদা ইন্থগে খনবদুদি ঐহাক য়াবা ঙম্লোই । ঐ চেন্থোক্লনি ননাক্তগী, লাপ্না চেন্থোক্লনি ।" ব্বারেপ অসিমক লৌখিবা নুমিত্তুদা -

— কদায় ফাওবনো ঐবু নঙগী লীপুন অসিনা পুন্দুনা থমগদবসে ? ঐদি খাঙবদা ব্লারক্লে ।

— নশা নথন্তদা হংউ করম্বা মতমদা পুন্সিসে লৈকংলা ওইগদগে হায়না । মদুদা ফংলকপা পাউখুমদো ব্রাহংদুমক্কী ওইগনি ।

— লৈকংলা হায়বা ? খোঙচৎসিগী করম্বা মচি অমদা লৈকংলাগী ঈনিল লাংদববু য়াওবগে ? নঙসু খল্লু ঐদি ইশা থাখ্রবা উচেক্লি অদুগা অমুকসু নঙগী নুংশি লীপুন্না খোঙ অনীশিবু পুন্সিন্দুনা থমখ্রবনি ।

— অদু নত্রবদি করি তৌনি ? লীপুন অসি খিত্তং কোম্লকপদা নাম্থোক্লুনা হেকমক পাইখিনি, অদুদগী মীৎকুপ খরগী মনূংদা মরুভূমীগী লৈঙোই মরক্তা নঙবু হিংনা ফুমজিনখিনি ।

— মদুনবু হেন্না ফত্রিবরা ?

— ওইজবা তানবা নঙগীতা খনবগী ব্রানিদনা ।

— ওইজবা তানবা হায়বা ? ইথন্তগীনিদি হায়গনু ঐগুম্বা কয়াগীদমকসুনি ।

— নঙগী ননাক নক্লা লেপ্লিবী ঐগীদমক্তি নঙনা মীৎকুপ অমত্তসু খন্থবা ঙমদে, মসিরা নঙনা ঐবু নুংশি হায়বদো ?

— ঐ ইথন্তগী অদুগা ঐগী নক্লবা মী অমখক্কী অমাং অতোং হীসাবতা হোত্তুনা লৈরবদি কনানা তুংগী লম্বী শেম্বীগনি ? ঐখোয়গী খূত্তা তুংগী মীরোলগী লাইবক লৈরিবনি হায়বসি ঐখোয়না কাউফম থোক্তে । মতম অসি লৈত্রে অশংবী । ঐখোয়না মীৎ উইশিন্দুনা খূৎ তুংবুন্নদুনা মতম মাঙহনবা য়াদ্রে ।

হেক হেক খল্লী মহাক্লা ঐখোয়দা য়েংলিবা মীৎয়েংসি করিনো। পোক্তবী মমানা লোন্নবী মচাদা য়েংবা মীৎয়েংদুনি, কল্লক মিহৌবমক্তনি। করম্বা মতমদা মহাক্লা ঐখোয়বু শেমগৎ শাগৎনীংবা য়াওখ্রবগে ? মহাক্কী থৌওং খূদিংনা থম্মোয়দা কাউদ খূদম থমহল্লি, ঐখোয়গী লমখৈ কায়নবা হোৎনবা, ঐখোয়গী নাৎ, ধর্ম্ম, ব্রায়েল চূপ্পী অমদি শেল থুমগী ফীভম পুন্নমক মহাক্কী খূবাম্নুংদা থমদুনা ঐখোয়গী শক্তম মাঙহন্নবা, মালেমসিদগী মরূ ফংনা মূখৎনবা হোৎনবসিবু ঐখোয়না করম্না কাউফম থোকপগে ? ইরাই লায়না ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা লমখৈগী মেপ থুগাইখ্রবনি মতুংদসু ঐখোয়গী

লমখৈ কায়নবা থৌরাং কয়া লৌখৎলকপা য়ারি । অসিগুম্না য়োংনা তন য়েনবগী ফীভমদা খাই খাইদুনা য়োৎশিনখ্রবদি ঐখোয়গী করি লৈহৌখিনি। মসিদি চাকখুম পূনবগী মিংদা ঐখোয়গী শক্তিবু লাকশিনবনি।

নঙনা নোংমা হায়খি "ঐখোয়না মীৎয়েং খর পাকথোক্লা য়েংবনা ফগনি। চায়াম পোকপা লায়রবা মমা মপানা মচাশিংগী মনীং থুংহনবা ঙমদে অদুনা মচাশিংনা ৱারৌই, মীচং মীখাই নাইবগুম্নসু খল্লী মদুমক লৈবাকসিনা মাইয়োক্নরিবসিনি । অপূনবা শক্তমদা পুল্লপ পূন্সিল্লগা করম্না প্রোব্লেমশিংসে শোলব তৌগদগে খনবগী মহুৎ নীংবা থুংদ্রে হায়দুনা ষ্টেট খূদিংমক তোঙান চানখ্রবদি ঐখোয় জাৎ, কুচু, লোন, ধর্ম্ম তিন্নদবশিংগী অপূনবা লৈবাক অসি ওইরমগদ্রা ?"

— লৈত্রগা তোকসনু কৈনো, মানা মানা তৌবনা মানা মানা ফংজবা নৎত্রা ?

— ৱাখলদু খরা ফাথরগা মমৃৎতানা অমুক্তং খন্থহন্নীংই। ঐখোয় লম খূদিংমক্তা ইশ্না ইৎচবা ঙস্বা ইরোমদোম লেপচবা ঙস্বা কাঙলুপ ওইনবা হান্না হোৎনখিসি । পেবেৎকী ৱারী, লাইখূৎশাংবীগী ৱারীনচিংবা ইপা ইপুনা ঐখোয়গীদমক থস্বীরল্লিবশিংসি নৈনবা চুল্লে।

— পেবেৎকী ৱারী, লাইখূৎশাংবীগী ৱারীনচিংবা নৈনরিঙৈদা ঐখোয়দি চফূদা য়োকপা ঙা ওইবা শোয়দ্রবনি। ঐখোয় ইরোমদোম লেপচরম্মী । লাক্ল ফানা ঙমদবা মীগী মতেং পামদবা থৌনা ফবা ফূরূপ অমসু ওইরম্মী । হৌজিক্তি ঐখোয়গী ইতিক ইগুন পূম্নমক মাঙশিল্লক্লে । ঐখোয় কনানো হায়বা ফাওবা কাউরক্কদৌরে । তমথীবা লৈঙাকলোন কয়াগী মখাদা ঐখোয়বু মহাক্কী মখোঙ চূপ্তুনা হিংবা মীনাই ওইহনগদৌরে মসিবু হেক্তা য়াব্রা ? মীওইবগী হকপু খোঙগাওনরিবা অসিগী মাইয়োক্তনি ঐখোয়না লাল হৌরিবা ।

— অদুবু হৌরিবা লালহৌ অদুদি হিংশানি, থৱায়না পোন্থা ওইবনি, মরাল লৈজদ্রবা লান্মী কয়াবুসু থৱায় মাঙহনবনি । শেম্বীবা মহাক্কী খূৎশেম্বু মহাক্কী খুৎশেম ওইরিবা ঐখোয়না মাঙহনবা হায়বসে পাপনি । অদুগী মহুৎ মখোয়বু ভাব তাহনবনা ফগনি । অফবনা লমন খুম্বনা ফগনি ? নহাকসু অমুক্তং মুন্না খল্লু হাৎন সুনবা লালহৌনা মখোয়বু খূদুম চনবা

ঙল্লোই, ঐখোয়গী মী খূজোক খরসিদি মশিংখাতনা লেপচবনি কয়াম কুইনা লেপ্পা ঙমগনি ? ঐখোয়গী অহিংসাদি মখোয় লেপ্পা ঙল্লোইদৌরিবনি। য়েংউ হৌজিক্তি মখোয় ইকাইজরক্লনি হীরম খূদিংমক্তা মীরাইবীরবা ঐখোয়না মমান্নবা মরক্তা মখোয়গী মমায় ওইবীরক্লি শান্নখোৎনবদা, জগোই ঈশৈনচিংবা কলা অমদি হীরম কয়াদা। মখোয়না ঐখোয়বু কয়াম কুইনা মীরাইবা ঙমগনি ?

— "অদুনরা মখোয়না ঐখোয়বু তুম্না মাঙহন্নবা শীল্লিবসে ? ঐখোয়গী লালহৌ অসি করিদগী হৌরক্লিবনো হায়না খন্তবগী মহুৎ ঐখোয়বু নমথবগী মিংদা খুদোংচাবা লৌদুনা মীচমশিংবু ওৎনৈরিবসে ? মখোয়না লমদমসিগী চনুশিংদা চৎখিবা শাজৎ অদুদসু নত্তনা মীচমশিংবু পরেং শানা লেপহল্লগা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখিবশিংদু ইতিহাসতগী নাথৈদুনা থমখিবা য়াগদ্রা ? মরাল লৈ লৈতে খঙদনা চিংনৈ হায়দুনা মীবু ফারগা ৱায়েল চৎথদনা শা হাৎপগুম হাৎপা, হিংনা মউন ফাওবা খোকপা করম্বা খুনাইদা থোকখ্রবগে ? ঐখোয়বুদি অমরোমদা মখোয়গী য়েক্লবনি খল্লো, কংলৈ চনুরাশিংগী ইজৎপু খোঙগোইনবদি য়ানীংদে। মখোয়গী লমচৎসি তুক্কচৈ। কান্নরোই অশংবী, মসিগী মরমদা ঐঙোন্দা অমুক হন্না হায়গনু। মখোয়দগী ঐখোয়না থৌজাল নিগদবা নত্তে। তাৎ তৌদুনা লৌনম লাংথাক শীজিন্নদুনা ইরৈপাকপু মখোয়গী খূবাম্লুংদা চনাশিনখিবগী মৈফম্নি নীংতম লানমীগী থম্মোয়দা হৌরিবদি। নীংখা তম্বা ফংদ্রবসু তোকসনু ঐখোয় মীখা পোনবা হৈনবা খুনাই নত্তে হায়বসিদি মালেমসিদা তাক্লমগদৌরিবনি।"

নঙনা ঐবু ওইজবা তাল্লি হায়খিবদো চুম্মী। মীওইনা পোকপা তারবদি ইশাগী খোঙফম ইশাগী ইজৎ য়েংনা হিংবা তাই। মরূওইনা মৈতৈ হায়বা ঐখোয়দি ইজৎকীদমক হিংবনি ইজৎকীদমক শিবনি। মসিগী মীৎযেংদা য়েংলগরা নঙনা ঐবু ওইজবা তাল্লি হায়বদো ? অদু ওইরবদি ঐগী ওইজবা খূত্তান অসিগীদমক ঐনা চাউথোকচবা ঙম্মী। নীংতম লানমী অমা ওইবগী থম্মোয়দা নাপল কারি। নাপল হায়বসে খুনাই অমবু হিংহন্নবগী পাম্বৈনি। ঐগী ওইজবা খূত্তান অসিদি অনেম্বা থাক্কীদি নত্তে অদুননি নঙনা ঙসি লেপ্লিবা খোঙফমদুদা নহাক্লা লেপখ্রিবা। ঐগী থম্মোয় ঈপাক্তা তোমথিন লৈশাৎ

তমজবী পোমশাৎনবী নঙবু তমথীরবদুগী খূজিন্না শিক্কাইদুনা মাঙহনখ্রিবা। মদুগী চৈনাখোন্দুনা ঐবু মীৎ পান্না পান্না তাঙলবা, না পঙলবা মীশক ওইহনগে হায়না হোৎনরিবা। অমরোমদা ঐদি নুংঙাইবা হায়বদু হৈনদ্রবা মীনি নৎত্রবদবু নঙবু মীৎকৃপ খূদিং নীংশিংদুনা ইথন্তগী অৱাবা লম্বী ইথন্তনা করিগী শেমজরুনি ? ঙসিসু নঙ ঐগী ইফমদা অদুঙৈ ইবান্নি পূন্না শকমিন্নখিবা থম্মোয়গী ময়াই কারবা শৈরোলশিংগী খোঞ্জেলতমক মঙায়রবা মতমসিদসু ঐগী থম্মোয়সিদদি চাক্লি মৈরী অসে, নুংশিগী মৈচাকসে।

— থাবল হৌখ্রে।

ননাক্তা চঙশিন্দুনা ঐনা হায়খি। য়াউশং মনুংনি। ঐনা থবক শূবা লেপ্তুনা যূমদা লৈবা মতাংনি।

— হৌজখিসনু।

— চৎখিরোইদ্রা ?

— ঐ চৎলরোই।

— করিগীনো ?

— থাবল চোংলগা করি কান্নদৌরিবা ?

— চৎনবীবু অদুক হাক্লদি নিন্দা তৌগনু।

— কান্নবা পীদবা চৎনবীদি হোংদোকপনা ফৈ।

— করম্না কান্নবা পীদবা চৎনবী হায়রিবনো ? মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লবা ঐখোয়বু শক তাক্লিবা চৎনবীনি।

— চুম্মী, লাই ওইখ্রবা কয়াগী হাক্তক্তগী চৎনদুনা লাক্লিবনি থাবল চোংবা হায়বসি। ঙসিদি অনৌবা ফেসন অমদা ওন্থোরক্লে মসিবু ঐখোয়না য়োক্লুনা থম্বা হৈতবগুম তৌরে।

— মসি মতমগী খোঙথাং হায়বদুনি। মীদি ৱানা ঙাইরম্লনিদো। মী ওৎপদি অফবা নত্তে।

— উম ৱাচোই অমুক হৌরক্লেদনা।

— নহান নোংমা নঙনা স্কুলদগী হল্লকপদা লাকমিন্নবদুরা নখোয়গী স্কুলদা অনৌবা ওজা অমা লাক্লে হায়বদো ?

— মঙদা পঙউ উবগী ব্বারা ?

— করেম্নু অশংবী, ঐ নঙোন্দগী অশেংবা খঙবা লাকপনি । ঐসু খঙই ঐগুম্বা নূং শুগাইবা, অয়ুক চারগা নুমিদাং হেনবা অমগীদমক নঙবু কঙ্গিন্দুনা থম্বা চুমদে । অদুবু খঙনা খঙনা থাদোকপা ঙমদ্রিবা অসিমক ঐগী ইরান্নি ।

— মদুনা ইরাল শীবগী ব্বানিদনা । ঐসু খঙই নঙ ঐ করিসু খেন্নদে ঐসু লায়রবীনি, কনাগীসু মফমদা মীনম্বা পামজদবীনি । নঙনা পান্নগা লৈথোকখো, ঐঙোন্দগী লাপথোকখো, অদুগা ইরালদি শীরমগনু ।

তশেংনমক নুমিত্তু লাঞ্জাও অমা থোকখি । ঙসিসু ঙক্লি সুপ্নগী ফাগি মচা অমত্তং তৌগে হোৎনবদা করিগী অদুক কা হেঞ্জিন্নখিবা । নঙদি তশেংনমক ব্বারৌখি । লৌথুপ লৌকোই থাংদ্রবী নথম্মোয়দুবু ঐতগী ওইজনীংবনা কঙাওনরবা মীশক্লি হায়বসে নুমিত্তুদা নঙনা খঙবীখিদে ।

## ৮

নৃং শূফমদা, কোইরেংগে রোদতা, শরক্তা নূং থারৈঙে মরূপ থোইবগা থেংনখি । মতমদু মহাক্তি নহারোল লালহৌবগী অচঙবা মীশক অমা ওইরবা মতম্নি । মেচিন্না তকখায়রবা নূংশিংদু ঐনা পোল্লাংদা হাপ্পুনা হোল্লগা শরক্তা চাইথোক্লম্মী । কালেনগী য়াক্লবা নুংশানা থবক সূরিবা ঐখোয়বু চাকথেল্লগে মতাগুম মরৈ তমথোক্তুনা লেপ্লম্মী । থবক শূমিন্নরিবা ঐখোয় অমগা অমগা য়েংনবা শংলমদে । ঐখোয়না শূরিবদু খূৎশুমলগীদমক্নি। অদুক্কী মতীক থুনা কোইলাস থারগা ঐখোয়গী শূৎশুমলসু ফংগদৌরিবনি ।

— মরূপ, আর্মিনা ঐবু তান্নরক্লে । মরূপখোয়গী মরক্তা ঐবুসু শ্বর য়াওহনবীয়ু ।

শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা ঐগী নাক্তা মহাক্লা লেপ্লম্বদু উবদা ঐসু থম্মোয়গী মিহুন চোংলম্মী । অথাপ্পদা আর্মিগী গারী লাকপদু উদুনা মহাকপু থুনা খোলাদা পুশিল্লম্মী । মহাকপু থবক শূবা মী অমগী ফীজোল শেংহল্লম্মী । মহাক্লা পায়রক্লিবা চাইনিজ মেদ পিষ্টোলদুনা মেচীন্না তকখায়খ্রবা, পৈদুনা লৈরিবা নূংশিংদুগী মনুংদা ফুমজিল্লম্মী । অদুগা ঈশিং বোটলদু হৈনদুনা ঐখোয় অনী থক্তুনা থবক সূবদগী পোত্থাবা শাদুনা লৈরম্মী । মফমদুদা আর্মিশিংদু চঙলক্তুনা থিবা হূম্বা তৌদুনসু মহাকপু মশক খঙখিদে অদুনা থুনা মফমদু থাদোক্তুনা চৎখি । নুমিৎসিদগী মাগা ঐগা নক্লবগী খুদোংচাবদু ফংখি । মতম অদু ঐগী থম্মোয়দা দি আই জি সোনাগী মথক্তা লমন খুম্লীংবগী মৈনা চাক্তুনা লৈবা, য়েংলু য়েংলুবদা পেন্দবগী ঈৱাই ঈনিলতনা কাহৎলবা মতম্নি । মরক মরক্তা থোইবনা ঐগী নাক্তা লাকখি । ঐগী পূক্লিংগী অপাম্বা খঙলবা, চাংয়েং কয়া তৌরবা মতুংদা ঐহাকসু মহাক্কী মতুং ইন্দুনা নীংতম লানমীগী ৱাশক লৌখি ।

— করিগীদমক্তা ঐখোয়গী ইরক্তা তিনবা পাল্লিবনো ?

মরূপ থোইবনা অহানবদা ঐঙোন্দা হংখি ।

— মাইকৈ খুদিংমক মফম খুদিংমক পেন্দবগী পেন্দবমক্তা ঙাইরে। ঐখোয়গী খুনাইসিদা অওনবা অমা তঙাইফদ্রে।

— ঐখোয়গী লম্বী অসিদি খুদোংথীবা লম্বীনি।

— খুদোংথীবনি হায়বা খঙনা চৎলগে খন্দুনা লাকচরিবনি।

— লম্বীসিদা চৎলবদি ইশাগী ওইবা ওইজবা পূন্নমক থাদোকপা তাই। ইমালৈবাক্কীদমক থরায়না পোন্থা ওইবা তাই। লৈবাক মীয়ামগী নত্তবা লনাইগী ওইবা য়েক্লবা অমবু লমন খুন্নবগীদমক নৎত্রগা চন্লবা ব্রাফম অমগীদমক ঐখোয়গী লক্তা খোঙ থাংজিল্লকপা ওইরগদি ঐখোয়না তরান্না ওকপা ঙম্লোই।

ব্রাহং পাউখুম কয়া তৌনরবা মতূংদা নোংমা ঐবু মখোয়গী মরক্তা তিলহল্লম্মী। মতমদুদা মথং মথং খঙলকখি নীংতম লানমীগী মাইয়োক্তা লেপ্পুনা মাঙনবা শীনখিবা, ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা তাঙলবা মীওই কয়া হাৎখিবা কেম্প কয়া থুগাইখ্রবা মরাল চাউনা লৈরবা মীশক অমা দি. আই. জি. সোনানা ওইরম্মী। ইমা ইচাগী মফমদসু মরালনা মপোৎ ফারবা য়েক্লবা ওইবতা নত্তনা নীংতম লানমীগীসু য়েক্লবনি। মহাকপু লৈরোন চন্সিনবনা ঐখোয়গী আশানি।

ঐখোয়গী পাউমীদগী পাউ লাকখি - আগষ্ট তাং তরা, ১৯৮২ আই. জিগী যূমদা পুলিস দিপার্টমেন্টকী অচৌ অশাংশিং পার্টি তৌগদৌরি। ওফিস মতম লোইরগা নুমিদাংব্রাইরম পূং মঙাদগী হৌগদবা পার্টিনি। আই জিগী ময়ূমদি কোংবদনি। পাউ অসি ফংবদগী মরূপ থোইবগা ঐগা খ্বাইরম্বন্দ বাজারদা চারম্মী। মতমদু থোইবনা লেফটনেন্ট ওইরিঙৈদনি ঐহাক্লা সেকেন্দ লেফটনেন্ট ওইরে।

খঙহৌদনা নুমিদাং পূং নিপান তাশিল্লক্লে সিনেমা লোইরকপা মতম্নি। ইম্ফাল টৌকিজদা আইয়ন ফ্লেমিংগী জেমস বোন জিরো জিরো সেভেনগী "য়্যু ওনলি লিব ত্বাইস" তৌরি। থোইবগা ইবান্নি ইম্ফাল টৌকিজ হাইজিনফমগী ওয়থংবা পানদুকান মনাক্তা লেপখি। ঐখোয় অনীমক হোপ হোপ লাউবা ফীজোল শেৎখি। খোঙদনা ফি খোঙউপ মোরেগী অমমম তোংখি। মদুনা চেন চোংবদা নুংঙাইনবনি। ঐখোয় অনীনা তোংলকপা বাইক্তু পান দুকান্দুগী মনাক্তা নক্লা থল্লম্মী। লেফটনেন্ট থোইবা মীওই মীতৌ

ফবা মশক ফজবা নহানি । চহী ২৬কী পাখংনি । শাংতক তৌবা মমায়দুদা খ্বাইদগী হেন্না পূক্লিং চিংশিন্নিংঙাই ওইরিবদি লাউতক তৌবা অচেৎপা ব্রাখলগী মমি তাবা শোঙলবা পীসুম অনীগী মখাদা লৈরিবা মমীৎ অনীদুনি । ফুট মঙা ইঞ্চি তরা ব্রাংবা, কেজি হুম্ফুতরা লূম্বা মহাক্কী শাবান্দু হেক য়েংবদা খুৎহৈবনা শাবা ষ্টিলগী মূর্ত্তী অমগুম নীংথিজৈ । খদাং অমদি নাতোন শূমাংদা হৌরিবা মকোয়দুনা মহাক্কী চীং লেম্বা শকফমদুগী মগুন হাপ্লি । ঐসু অপীকপা মীদি নত্তে মহাক্কা ইঞ্চি অনীখক্তনি ঐঙোন্দগী ব্রাংবা হেল্লিবা । ঐখোয় অনীবু উবা মী অমত্তনা হন্না য়েংলমদনা তোকখিদে । ঐ খঙই কল্লকপা অমা য়াওনা য়েংবা মীৎয়েংনি ।

— কয়াম কুইনা তৌগদৌরিবা পার্টিনো থোইবনা মথবাক মপাদা হাইফেৎ মারদুনা হায়রকখি ।

— লোইরকপা য়ারে পূং অনী অহুমগুম্বদং তৌগদবনি হায় ।

ঐগী খূত্তা এস.এল.আর অমা পায়খি , ওয়থংবা পূকনোপ্তসু মরূ থন্না হাল্লবা ওটোমেতিক রিবোলবর অমা য়েপখি । লেফটনেন্ট থোইবসু খুৎলাই মতীকচানা পায়খি। খূৎলাইশিং হাপ্পা খাউ অমা মনমগন্দা পোখি। ঐনা খূদাং থাংগত্তুনা ঘরী য়েংলিঙৈ থোইবনা নাশোন্ননা - 'রেদি' ঐ ফন ফজনা কোকচাউবী কাখি । য়েংখিবদা কংলা পার্ক মচীনগী পুলিস ষ্টেন্দগী গোলাইদুদা অমুবা দি.আই.জিগী জীপ্তু উখি । দি.আই.জিনা মমাঙদা দ্রাইভরগা থংননা ফম্লম্মী মহাক্কী গনমেনশিংনা মনীংদা নোংমৈ মতোন থিন্দোক্লদুনা চঙশিল্লক্লম্মী । মমাং অমসুং মতুংদা ইস্কোর্ট গারী অহুম মরিসু ইন্নরক্লম্মী । ঐগী কোক্কী লৈরোল চিংখায়দুনা লমন খুম্নীংবগী অশাবা ঈচেল কন্না কন্না চেল্লক্লম্মী । মিহুন ফাথবা ঙমদনা চোংখি । হান্ননা ব্রারেপ্পদুনা লাক্ল খিবনি দি.আই.জিনা ঐগী শরূক অদুগা মহাক্কী গনমেনশিংনা থোইবগী শরূক । ঐখোয়গী নাক্তা নকশিন্ননা লৈরিবা পানদুকান অনীদুগী মরুম অমমমদা ইবান্নিমক শেম শাদুনা ঙাইখি । গারীদু ঐখোয়গী মাঙমক্তদা য়ৌশিল্লক্লম্মী । 'মিনুংশি খঙদ্রবা, নশাগীতা য়েংলবা, হিংবগী মমল য়াওদ্রবা শাগুম্লবা নঙগী ঙসিসিনা অরোইবা নুমিৎনি ।' থোইবনা মমীৎ খৎলকখি লোয়ননা মথবাক্কী মনুঙ থংবা জেকেৎ কা তাইনবদা য়েপ্লিবা কার্বাইন্দ পুথোক্তুনা গনমেন অনীদু কাপখায়খি । ইখঙ খঙহৌদনা নোংমৈ মখোন তাবদুদা ইপা পাখৎনা দি আই জিদু মখ্বাঙদগী নোংমৈ শত্তোরকখি তাঞ্জাদুদ

সিনেমা লোইবগী মীয়াম অমা ক্রক ক্রক ইন্ননা ইম্ফাল টোকিজদগী হাদোরক্লম্মী। খূদক্তুদা থোইবগী গুলিশিংনা হাইজিনখিদুনা ড্রাইভরদুগী ষ্টারীং পায়রিবা মখূত্তু কাপথেকখি । মমায় চুম্বীনবা লৈত্রবা গারীদু ফৈনা থৌবাল বস পার্কিং ওইরিবা কাংজৈবুং মমাংগী লম্বীদুদা থোমজিনখি। দি. আই. জিদুদি জীপ্তুগী চোংথোরকহৌরে অদুবু মহাক্কী টারগেত্তি কনাদনো ? হাদোরক্লিবা মরাল লৈজদ্রবা মীয়ামদুদরা ? মীৎকুপ্তুদা খঙলকখিমাল্লে পানদুকান মরুমদগী থোইবনা এটেক তৌরিবদু । হৈশিংদবা দি. আই. জি মক্তি মহাকসু নৎখিদে। লানফম কয়া হকথেংনরকখ্রবা মীশক্লি খূৎলৈ থুনা থোইবা তম্না গুলি অমা কাপথোকখি অদুবু মহাক্কী গুলীদু চন্নফম খঙখিদ্রে, থোইবনা লৈথোকখিবনা হানখ্রে। তাঞ্জাদুদা ইস্কোর্টশিংনা ঐখোয় তম্না নোংমৈ কাপশিল্লক্লম্মী। ঐখোয় অনীনসু কাপশিল্লম্মী। দি.আই.জিগী অনীসুবা খূৎকাপকা ঐগী খূৎকাপকা মান্নখি। চোকশিনবীখিদ্রবা, থৌশাবীখিদ্রবা মচানি হায়নীংখিদ্রবা ঐগী গুলিনা মহাক্কী ওয়থংবা থবাক হুত্তোকখি । ঐগী অনীসুবা গুলীনা মহাক্কী মীওইবগী ব্রাখল য়াওদ্রবা মকোকপু কাপখায়খি । ঈনা লৌখোং চেনখি । খঙহৌদনা নোংমৈ কাপ্পরকপদুদা হোলদগী চাইথোরক্লিবা মীয়ামদু খোইরেন মশা পাইবগুম মাইকৈ শলাই খঙদনা চেন্নরক্লম্মী । ঐখোয়না পোজিসন লৌরিবা পানদুকান্দুগী মনাক ওইরপ্পা খামদুনা লৈরিবা বুল্লেত্তুদা থোইবনা খূৎচোং অমুক্ত চোংখৎতুনা ফমখিরম্মী ঐনা মনীংদা তোংলম্মী । নুংশিৎকী মমাং থানা গারীদু থৌরকখিবম্মী। দিষ্ট্রিক্ট হোসপিটালগী মমাং থংবা গেত্তা লৈবা হাও কৈথেল লাম্হোক্তুনা গান্ধি এভেন্যু ফাওরগা খোয়াথোং তারগা লম্ফেললোমদা থৌরকখি । ঐখোয়না মফমদুদগী হেক থৌদোরকপগা গারী মথং মথং থোমজীল্লক্লম্মী অদুবু মীয়ামদুনা গারী থৌবদা অপনবা ওইরম্মী। মখোয়না ঐখোয়বু ফংখিদে । অসুম্না মতম কুইনদগী ঐখোয়না শাগৎলকপা অনীংবা অদু পাঙথোকখি ।

— "সিনেমা লোইবা মতম্মক নৎলমদ্রবদি অসুক য়াম্না লায়বা ওইরম্লোই।" থোইবনা ৱা হৌরকখি । তাকয়েন তাবা মতমদুদা নুমিদাংগী পূং নিপান মখায় তারে ।

— হৌজিক্তি গারী মপোৎ মঙা তরুক থারম্লনি হূরানবা মতুং মৈরীংবা হায়বদুমক তৌরম্লনি ।

থোইবনা খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লকখি ঐসু নোকখি ।

— থিঙেলদা তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনবা হায়দু তৌরম্লনি ।

ঐনা হায়খি - 'মরাল লৈজদ্রবা মীয়ামদুদা তাইনবীরম্লনি।

— মখোয় ঐখোয় খরা ৱামিন্নবা তারেদনা, মতাংননি । মরূপকী এটেক্তু খর তপখিমাল্লে ।

থোইবনা হায়রকখি ।

— তপখি । ৱাখল অমখক্লা ঐবু পন্থহনখি ।

— থবক অমা পাঙথোকপদা পূক্লিং চপ য়ুংনা লেপ্লা হায়বসি য়াম্না মরু ওইবনি ।

ঐ খঙলম্মী মহাক্কী ৱাঙাংদু । ঐঙোন্দা পেন্দবা লৈরিবদু ফোঙদোকলিবনি। ঐখোয় অহীংদু তাকয়েল খোঙবান্দা লৈবা মরূপ অমগী য়ূমদা লেক্লম্মী । চ্যেকপোষ্ট খূদিংমক্তা পাউ ফাওনরম্লনি, অদুনা খনবমখৈ খন্নরগা ইবান্নি মফমদুদা অহীং লেকপনা ফগনি হায়না লেপ্লরম্মী ।

নুমিৎসিগী মথংগী নুমিৎকী অহীং নোংয়াইদনি ঐনা নঙগী নাক্তা লাকখিবদো । অশংবী, নঙসু ঙসিদি তারেদনা ৱারীসে । নঙদি ঐবু মপা হাৎপা ঙল্লবা মচানি হায়দুনা তুক্কচ্চবা পোকপ্রা ? মদুসু থোইনা কায়দ্রে। ঐ খঙই তাইবঙপালদা লৈরিবা থৱায় পানবা অমত্তনসু ঐবু ঙাকপীরোই । লাল্লবসু ঙাকপীবা হায়বা মচা ওইবগী থম্মোয়দো ঐঙোন্দা চেনখিদ্রে ! তমথীবদুগী মরাল ঙাকপীখিদ্রে । পাউ অসি তাবদা ইমাগী থম্মোয় কায়রম্মী। মদু করিগীনো ? ঐনা মহাক্কী ৱা ঙাকখিদবগীরা নত্তগা মহাক্কী থম্মোয়দা করম্বা নিংঙাই অমা লৈখিবননো ? ফত্তে খঙনা খঙনা থাদোকপা ঙমদ্রবা নুংশিবা হায়বা পোৎশকসিগী চৈনা ওইরম্বা য়াই। মসিদি মীওইবগী হৌনশানি। অদুগা ঙাকপীবা হায়বসিমসু নুপীওইবীশিংগী লীচৎনি। অসিগুম্বা লীচৎ অসিদি মখোয়গী অশোনবনি। অশোনবা অসি লৈবননি ঙসি ফাওবদা নুপীশিংনা নুপী ওইদুনা অদুম্মক লৈরিবা। লৌনম চাউবা কয়ানা তাৎকী মায়খুম ঊপ্তুনা মখোয়গী থম্মোয়বু ফংনবা হোৎনৈ, ফংলগনা শান্ননীংবা মওংদা শান্নে, মমল য়াওহন্দে । মচেৎ-মচেৎ শেগায়দুনা লংথোক্লম্মী। মদুদা মখোয়না শিন্থখিবা পি অমদি মৈচাকশিংগী, থাজবা হাৎপগী মৈখূমরক্তসু মূৎলু হায়বা

য়াদনা নুংশিবা কৌবা ময়েকসিনা লোত্তুনা লৈ। মদুমক্তা মখোয়বু ঙাকপীবা ঙম্বগী শক্তম অদু লেঙদনা কোক্সিন্দুনা লৈহল্লি। ইমানা ঐবু ব্রারৌবদু পুন্সি চৃপ্পগী কোক্তবা ওইবসু য়াই, ঙাকপীদবসু য়াই। ঙসিদি ঐ মদুগীদমক থোইনা নাচুংবা পোক্লুদ্রে । ঐনা তৌখিবা থবক অদুগীদমক অপেনবা পোকচরি, চাউথোকচরি, ঙসিসু ইশা ইথন্তা শোঞ্জরি ঐসু লমদমসিগী নীংতম লাম্মী অমনি । ইমাগী অচঙবা মচাশিংগী মনুঙদা অমনি । ঐগী পুন্সি হিংবা শিবা পূম্নমক পোক্লফম লমদমগী খূবাম্লুংদা চনখ্রবনি । নঙসু অমুক্তদি হায়য়ু ঐগী মপোকসে মহে য়াল্লবা মপোক নৎত্রা ? হৌজিকমক্তি ঐহাক মীখা থানা হিংলি । ফক্লাং মরীনা কোয়শিনবা জেলগী কা অসিদা শো লোক্সিন্দুনা লৈরি । অদুবু ঐহাক মপূং ফানদি মাইথীদ্রি । ঙসিসু ঐগী থৌনা পূম্নমক মাঙখিদ্রি। মতম ঙাইরি। নীংখা তন্বা, শারুং খপ্পা পাইজবা পুন্সিদো, ঙমখৈ লৈত্রবা অহাঙবা মঙাল মশেক্কী মালংদো নীংশিংলি। হৌজিক্তি ঐগী শোইনাইরবা খূৎ অসিসু ঐনা কন্না শাজেল তৌজবদগী খর খর শীজিন্নবা য়ারক্লে মসিনা মপূং ফানা ফরকপা মতম অদুনি ঐনা ঙাইরিবা। নোংমদি শোয়দনা ঐহাক মফমসিদগী নাম্থোক্লগনি ।

৯

অমম্বা ঐগী পুন্সি খোঙচত্তা নঙনা নখূত্তা মৈরা পায়দুনা ঐগী লম্বী তাকখি, লমজীংখি । মীৎকুপ অদুদা থম্মোয়না মশীং নাইদনা নঙোন্দা তৌবীমল খঙবা উৎচনীংখি । তশেংনমক নঙগা থেংনরমদ্রবা ঐহাক্তি অকংবা উপাল ওইরমগনি । মী মশেল মুকথেক্লবা অমগা অমগা অচেংবা থিনবগী লাল্লোংলকসিদা ঐনা নঙগুম্বী অমগা থেংনজরুবা অমদি থম্মোয় অদুমক্কা নকশিন্নবা ফংজরিবা অসিমক ঐগী লাইবক ফবা নৎত্রনে ? অদুবু নঙদি ঐগী থম্মোয় লৈকোলদা নত্তনা তাইবংগী লৈকোলসিদা কুইনা লৈশাৎ তল্লমদে । ঐগী পুন্সিবু কায়নবগী ঈচাউরক্তা পল্লেপফম পন্থুংফম খঙদনা হুন্থরল্লগা লৈমন চনখি । নাইতোম তারবা লম্বীসিদা অমম্বা লম্বীসিদা হেন্না নাইতোম তানা হেন্না মমশিন্না ইথন্তমক লেপহৌখি । নোংলৈ অদু করম্না লাকখিবা ? করম্না থরায়গা হকচাংগা শেৎনবা থৌদোক অদু থোকখিবা ? য়েংউ, দাইরীগী লামায়সিদা লৈরেসে আগষ্ট ১১, ১৯৮২ ।

— ঐ ঙসি অহীংমক চৎখিবা তারে ।

— কদায়দা ?

— ঐখোয়গী হেদ কার্টর্সদা।

— অদুগা ঐদি ?

খোঞ্জেলদু তনীক তনীকখি ।

— 'নঙগী ফগদবা অমা য়েংখ্রো ।' ঐ খঙই ব্রাহ্বেসিনা মৈচাক ফবা মৈরী ওইদুনা নঙগী থম্মোয়বু চাকহনগনি ।

— ইরালদুদি করিনো ?

— নরাল হায়বা ? লাল্লিবদি ঐনি অদুবু নঙসু ঐসু পূমসিগী ফীভমদুমক্তি থোকহন্নীংদ্রে । অশংবী ! ননাক্তা লেঙদনা লৈজনবা মতমদু লৈত্রে । মখোয়না ঐবু খূদুম চন্নবা লাং থাক্লক্লনি । ঐগী তুংদা হূইথৌ ময়াম থাদোরক্লনি ।

— করিনো হায়রিবদুবু ঐ খঙবা ঙমদ্রে ।

— হয়েংগী খবরদা ফোঙলক্লগনি ঐবু হিংনা নত্রগা শিনা ফাবা ঙম্বা মীদা মনা চাউনা পীগনি হায়দুনা । ঐহাক দি. আই. জি সোনা কাপ্পুরে ।

— মী হাৎপা ঙম্বগী থৌনাদু নঙোন্দসু লৈরব্রা ?

— মাদি মী নত্তে শাহীং চাবা শানি । অদুগা অমরোমদা ঐখোয়গী খূজিন্দা চঙবা তুম্মি । মতম লৈত্রে । নোংমা শোয়দনা ব্রারীসে লীগে ।

— কৈদৌঙে অমুক লাক্কনি মদুসু খঙদ্রবা ব্রানি । ঐদি করম লৈহৌনি ।

নঙনা মাইথোং খুমজিন্দুনা থম্মোয় শোক্লা কপখি ।

— অশংবী, সে অদুম্না তৌগনু । থম্মোয় নূংগুম কলহল্লু । সে, ঙসিসিনা নঙ ঐগী উন্নবগী অরোয়বা অহীং ওইরবসু য়াই কনানা খঙনি । সে, ঐবু অমুক্তা য়েংলকউ মরূপশিংনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরে ।

ইখূৎসিমক্লা নৌরবী মাইথোংদু হাইগৎচখি । পিরাংনা চামথোক্লবী শক্তমদু পেন্না য়েংজখি ।

— ফরে চৎলো, নহাক সোয়দনা ঐগী নাক্তা অমুক হল্লকউকো । চিঠি তোয়না থারকউ । নঙগীদমক তাইবং শেম্বা মপূদা থৌনিজরমগে ।

ইথা থাজদনা ঐগী মীৎকী পল নমখায়রকখি ঈরোংনাইনা চেন্থখিবা পিরিকশিংদু নঙগীগা অমত্তা ওইনা তিন্নখি ।

— শোয়দনা লাক্কনি অদুবু লাকপা হায়ববু লৈরিব্রা থব্রায়দি ননাক্তা লৈহৌরে ।

মীৎকুপ্তুদা খনখি মাইথোঙদুবু অমুক উবা ফংলরোইদবগুম্না অদুবু চৎপদি তাখি । অরোইবা ওইনা নৌরবী মাইথোঙ থম্বালদুবু কল্লক পেন্না চূপ্পমলগা খোঙ শাল্লকখি শিবা চঙবগী লম্বীদা ।

ননাক্তগী লাপথোরকখিবা খোঙচত্তো তশেংনা খুদোং থীবা ওইখি । হাৎনসূনবা, অরাম খৌরাংবা পূম্নমক্কী খোঙচৎনি । ঐখোয়না মফমদু ফাওবা চৎপগী লম্বীদুদা কয়াম ব্রাখিবা হায়নিংঙাই ব্রাহৈ লৈত্রবমক্কি । ঐখোয়গী হেদ ক্বার্টস বংগলাদেশতনি । ঐ, থোইবা অমদি চীংলেন ঐখোয় অহুম্মি মফমদুদা চৎখিবদু । মফমদুদা ঐখোয় নৌনা চঙলকপা নহারোলশিংবু খূজু খূৎলাই তম্বীরুগদৌরিবনি ।

ঐ, লেফটনেন্ট থোইবা অমসুং সর্জেন্ট মেজর চীংলেন ঐখোয় অহুম খুদোংথীবা মরক্তা অরোনবা লম্বীদা ত্রিপুরাদগী খোয়াই তু রেল লাল্লগা বংলাদেশকী বিসগাউ য়ৌশিল্লক্লম্মী। মতম অমদা খুন কুন্না পুন্সিন্দুনা শেম্বা মওং অদুদগী বিসগাউ হায়না কৌথিবনি হায়নৈ। মসি হবিগঞ্জ দিষ্ট্রিক্টকী মনুং চন্না লৈবা খুল অমনি। বিসগাউ তম্না চঙশিনখিবা লম্বী অদুগী নাকন্দা দার্ক টেন মচুগী কোদ্রোই খোঙগ্রাউ শেৎপা স্কাই ব্লু মচুগী ফূরিৎ হাফ সার্ট লীৎপা নুপা অমখক চুরূট থক্তুনা লেপ্লা ঐখোয় অহুম্না উরম্মী। মনাক্তা জাপান মেদ কার অমসু খামদুনা লৈরম্মী। খুদক্তুদা ঐখোয়গী মীৎশিংনা অমগা অমগা য়েংনরম্মী। ঐখোয়না মাঙোন তম্না চৎলম্মী। মনাক নকশিল্লকপগা নুপা অদু মখূৎনা পায়রিবা চূরূত্তু লংথোকখিরম্মী।

— "মৈতে নৎত্রা ?" মহাক্না চঙলক্তুনা হংলম্মী।

— মান্নি।

— কদায় য়ৌবিগদবনো ?

— সিলেটকী রাজবারী য়ৌজগদবনি।

— কনাগী ইমুংদা ওইবীরবনো ?

— চোংথাম মণিগী য়ূমদা।

— ঐ মণিনি, লেঙঙসি।

অদুগা মহাক্না কারদা চঙদুনা ফমখিরম্মী। ঐখোয়বুসু ফমহল্লম্মী। সেত্তা হান্না পাউ ফাওনখ্রবনি। সিলেটকী রাজবারীদা লৈবা মহাক্কী য়ূমদা য়ূমথুংফম ওইরগা মহাক্না লমজিংদুনা ঐখোয় হেদকার্টর্স য়ৌগদৌরিবনি। মশা খীংলবা টোয়োত্তা অদু বাংলাদেশকী লবুক লম্ফাং, লম্বী শরক কয়া ফাওদুনা য়াঙনা চেল্লম্মী। ঐখোয় থোইনা ব্রারী শান্নরমদে। মণিনা লম্মীৎ তুমিৎ খরা তাক্লম্মী। সিলেট সহর য়ৌশিল্লক্লে। মতম অদুদা নুমিদাংগী মৈ থানগৎনরক্লম্মী। মৈঙালনা পূল্লং লংনা নুমিদাং অদুদা সিলেট সহরবু শক তাক্লবা হোৎনখি। অৱাংবা বিলদিংশিংনা মতোন থিনগৎ থিনগত্তুনা অহীংগী মতম্বু শীংনখি। নুংথিলগী পূং ৪দগী ঐখোয় সিলেট পাংলকখিবনি। লম্বী কয়া ফৈনা য়ুংনা লাল্লবা মতূংদা টিন্না খাবা থোঙগাল অমদা গারীদু খাল্লম্মী। মতমদুদা নুমিদাংগী পূং ১০ তাখিরম্মী। মনুংদগী লোন্সিল্লন্নিবা থোঙগালদু হান্নদগী ঙাইদুনা

লৈরম্বগুম মৌনহা অমখক্লা হাংদোক্লম্মী। গারীদু গেট মনুংদা ইঙ্খোলদুদা থৌজিল্লম্মী। শূমাংগী মমাং থংবদা লৈরিবা গেরেজদুদা থৌজিল্লম্মী। ঐখোয়সু গারীদগী কুমথরম্মী। মণিনা ঐখোয় অহুমগী লগেজশিংদু ঙসাই কারদা হাপচিনখিবদু লৌথোক্তুনা মাঙ্গোলদা খিল্লম্মী। নুংথিলগী মতমগুম ঙাল্লবা মৈঙাল্লক্তা ঐখোয়না ইঙ্খোলদু কোইয়েং য়েংলম্মী। য়ুমদু য়াইমরপ ওইনা নুংঙাইনা শাবা মথোল অনীগী বিল্ডিংনি। য়োংকী রেলিং পানবা বেলকোনীশিং য়াওরি। ইঙ্খোলদু চ্যেক্লা চ্যেকপল কোয়না খাজিল্লম্মী। য়েন্নখাদা হৌবা ক্বা পাম্বীশিংদা ক্বা চরোং চরোং জুম জুম য়াম্থদুনা অঙাংগী খুজেংদা শিবা শেংগাউ শরিক্লুম য়েংবদা মীৎ থলহল্লম্মী। করি করিনো অচৌবা উপাল খরনা য়ুমগী মনীংদা মংনা হৌরিবদু ঐখোয়না য়েন্নখাদগী থাক্তোকখিবা মঙালদা উরম্মী। চহী লিরবা থৈবোঙ পাম্বীশিংদা মমুন ফারবা থৈবোংশিংনা তেকথবমখৈ য়াম্থরিবদুনা মীৎকী লম্বী থৎলম্মী। ইঙ্খোলদুবু ঈচিক হুলহনবদা হেন্না মতেং পাংশিল্লিবা সনারৈ, কবোক্লৈ, কুন্দালৈ, অষ্টল কমল অমদি মীরৈবাক্কী লৈশিংনা নীংথিরবা লৈকোল অমগুম শন্দোকখি। য়ুমদুগী চীংলেম্বগা, অশাৎপা লৈশিংগী নীংথিবগা, মংনা শন্দোক্লিবা উজাউশিংগা চীকপক্লনা অখোই অহেন তান্নবগুম থোক্লম্মী। অশাৎপা লৈশিংগী মনমগা, অমুনবা চেকখায়রবা থৈবোংগগী তোৎশিন্নবা মনম্মা পূক্লিং হকচাংবু তেকখৎহল্লম্মী। ইঙ্খোলদুগী মমাঙথংবা শরুক্তা টিন্না কৃপ্পা মমাঙ শঙ্গোয় অমসু লৈরম্মী। য়ুমদুগী অৱাং থংবা অমসুং মনীং ময়াদা মতম মতমগী ইঙ্গুাং-নাপী কোইবগী খূদমসু ফংখি। পাক্লবা শূমাংদু অষ্টর নান্না চল্লি। তুলসি পাম্বী অচৌবা অমা শূমাং ময়ায় চপ চানা চপুতোরাদা হৌরম্মী। চহী লিরমাল্লে মখোঙদু লিংনা হৌরি, মশা মরেংনা পূংনা ফন্না শন্দোক্লম্মী। তুলসি মতোন থৎ থত্তুনা খূৎনা চাং নাইনা শেম্বগী খূৎফম মমি তারম্মী। য়ুমগী মাঙ্গোলদা, শূমাংদা অমদি শঙ্গোয় মচীন্দা থাল্লিবা বল্বশিংনা মফমদু নুংথিলগী মতমগুম ঙালহল্লম্মী। মরূপ মণিনা লগেজ অনী মখূৎ য়েৎ ওয়না পায়দুনা ইমুংদা থাংজিনখিরম্মী। মৌ নহাদুনা অমা পায়দুনা থাংজিনখিরম্মী। য়াম্না নহা ওইরিবী, তোংগাননা ঙারোয় শাবান তাবী মৌদু মরূপ মণিগী লোয়নবীনি। মহাক্না মশক তাক্লম্মী। ঐখোয় অহুম্বু মণিনা ঈরুজথোকহল্লম্মী। ইরুজবা লোইদুনা থোক্লকপদা হান্ননা শেম শাদুনা ঙাইরন্নমাল্লে চাকপাউ তাক্লক্লম্মী। ঐখোয় চাকখুমদা চঙলম্মী। মণিগী মতৌ তমদুনা ঐখোয়সু খোঙউপ

লৌথোক্লম্মী। পূজারি ওইরিবী মহাক্কী নুপীসু থোংউপ তোংলমদে। ইচু তানা শূরবা মুগাগী ফনেক অঙাওবা অমা শেৎলি। ব্লু মচুগী মুগা মতেক অমা ইল্লি। মশম মনা তনান তনান, মখোঙ মখূৎ তনান তনান য়েংবদা নুংঙাইবা পোকই। পিক্তকপা চন্দন সিরি অমা রাশি লৈরবী নাতোন্দা লৈতেংলি। কাদুদা লৈরিবা পোৎ খূদিংমক তকথোক নাম্থোকপগী তরং তরংই। শেঞ্জেংগী পুখম তেংকোৎনা নম্মা শীজিন্নে। ঈরৈবাক্তদি মতমদু ষ্টীলনা তাউরবনি। পিথ্লাই শেঞ্জেং অমত্তা উবা ফংখিদ্রবনি। ফেঙবা চাম্বা নুংঙাইবগী, মমল হোঙবগী ওইরম্বা য়াই। কনা কনাগুম্বনদি ষ্টীল শীজিন্নবা হকচাং শোকই হায়নৈ। কয়াম য়াম্না চুল্লিবনো খঙদে। ইমুংদুদা লৈরিবা শেঞ্জেংগী কোল্লীকশিংদু উবদা হৌখ্রবা মতমগী অঙাং ওইরিঙৈগী ব্রারী কয়া নীংশিংলম্মী। মণিগী নুপীনা পুজারী ওইরিবনি মতেংপাংবীনবা কনাসু লৈবা উদে। লেক লেক লাউরবা মচং ফজরবা চাক্লেন পুখম মরী পুথোক্তুনা ব্রাই নান্না তৈরবা লৈমায়দা থল্লম্মী। ইঙ্গুাংশিংদু হোন্দোকপগী লোইবা নাইরমদে। পুখমশিংদু ইঙ্গুাং তেংকোৎশিংনা জগোয় রাসকী মকোকচিংবী, মথং চৎপী, খোমদোনবীদু মঙায় ময়ায়দা রাধা-কৃষ্ণবু কোয়শিনবগুম পুখমদুগী অকোয়বদা পরেং লেংদুনা লৈরম্মী। নুমিত্তুগী ইঙ্গুাংদু ইলিসা অতেকপা থোংবা অমা, ইলিসা অয়াইবগা অশিনবা মনা খরগা আলুগা থোংবা অমা, পাঙল খামেনগা মংগলগা অলুগা করিনো মনা খরগা থোংবা সাক অমা, লফু ইরোনবা অমা, কাংঙৌ অমা, সলাদ অমা। লোইশিল্লকপদা মধুর্ঝান থোংবা, হৈ থোংবা। য়ামখ্রবা মথেল লুকোয়শিংদু মথন্তনা করম্না থোংলিবনো ? মফমদুদা লৈরিবা মখোয়গী মীওক মীচান থম্মোয়না থাগত্তবা ঙল্লমদে। ইরৈবাক্তা ঐখোয়গী ইমুংশিংদা নোংমা ফাদোক কনাগুম্বা অতিথি অমা থুংলবদা ঐখোয়না অসুম্না তৌবা ঙল্লব্রা ?

— মফমসিদসু উতোংঙা ফংইনে ?

ইঙ্গুাংশিংদু মথং মথং চারকপদা ইরোনবা মপা য়ৌরকপদা ঐনা ঙক্তকতৌনা হায়দোকখিরম্মী। তৌববুদি মথং মথং লম্বী লমশাঙ লাকপদা মৈতৈ অমত্তা উরক্তবা বাংগালী ঙাক্তা উরকপদুনা ঐঙোন্দা ঐখোয় মৈতৈগী য়াম্না মরুওইখ্রবা চীঞ্জাক থেংনবদা ঙকখিবনি।

— ঐখোয়না মফমসিদা খুন্দা লৈতারক্লিবসে কুইরে। মফমসিগী সিতিজন ওইরবনি। ঐখোয়গীতা ওইবা তাইবঙ অমা মফমসিদা লৈরবনি।

ঐখোয়তা নত্তনা মৈতৈ খুলগা নক্লবা যুমলোন্নবা কনাগুম্বা বেংগলীদি মসি চাবা হৈনবসু য়াওরবজাৎনি। হৌজিক্তি ঙারী কারবারতনা হিংনবসু লৈরবনি।

চাবা থকপা লোইরদুনা ঐখোয় ড্রোইংরুমদা ঙাইহাক ৱারী ৱাতাই তৌনরম্মী। কাদুদা খিল্লিবা লৈতেং পোৎচৈশিং, লীনা শাবা, ৱানা অমদি উনা শাবা ৱাল হেংগিং অমদি বাস্কেটশিংদা মখল মখলগী খূৎশেমগী লৈ মচু মচু য়াম্নরম্মী। উনা খুৎ চঙনা হক্তুনা শেম্বা থাউ তৈবা মুরৈনবা মচু অমদি ক্রেম মচুগী অশাবা উচেকশিং মসা ফন্দোক্লদুনা পাইবগী মওংদা ফক্লাংগী মচি মচিদা থেৎলম্মী। বংলাদেশকী কম্পেনী কয়ানা ফোঙবা কেলেন্দরশিংসু থেৎলম্মী। অয়েকপা লাই খরসু থেৎলম্মী। সুম য়েংশিনখিবদা মিংশেল চনবা শো বোক্স অমা কাগী চিথেক মনীংথংবদা খিল্লিবদুদা পোৎলোই পোম্বান লৈতেংলবা মৈতৈগী খূৎনা লোন্দুনা শেম্বা লাইধিবী অচৌবদুদা ঐগী মীৎয়েং তাকুবদা থম্মোয় মথুম মরাংহল্লম্মী। তোখাই তোখাই তানখ্রবা ঈ মরী পূনবা ইচিন ইনাওশিংগী থম্মোয়গী ঈথিল লোত্তুনা পাউখোং অমগুম লেপ্লম্মী লাইধিবী অদুনা। পীক্ল-পীক্লবা অঙাংশিংগী নিংঙাইরক্তা, কৈথেলগী চিদাইদা, মকা লাম্মা মোমোন নোক্লা পরেং পরেং লেপ্তুনা খোয়দাজবা কনাবু য়েংহৌবনি। পীক্লবা অঙাংশিংগী থম্মোয়বু মথুম মরাং হৌহনহৌবনি।

— "সিলেট বজারদসু লাইধিবী ফংব্রা ?" মরূপ থোইবনা হংলক্লম্মী। ঐগী থম্মোয়দা ফাওরিবা ঈথিল অদুমক ফাওরমাল্লে।

— "ফংই। মৈতৈ তাবা লম্নিনা কনাগুম্বনা পুখত্তুনা য়োল্লবসু য়াওই। মফমসিগী বেংগলীশিংনসু লৈতেংগীদমক য়াম্না পাম্নৈ।" মনিনা খুম্লম্মী।

— "বংলাদেশতা খবর কয়ামুক পুথোকপগে ?" মরূপ চীংলেন্না হংলম্মী। মহাক বংলাদেশ ওবজার্ভর পাদুনা লৈরম্বনি।

— ইতিফাক, ইনকিলাব অমসুং বংলারবন্না খ্বাইদগী মমিং চৎপা খবরশিংনি। ইংলিস পেপরসি অরবান এরিয়াদা অয়াম্বা চৎলি। খ্বাইদগী হেন্না পাম্নবা ইংলিস পেপরদি বংলাদেশ ওবজার্ভর, মরূপ্না হৌজিক পাবীরিবদুগা বাংলাদেশ তাইম, মোর্নীং সন, দা নিয়ু নেসন, দা দেলি ষ্টার অসিনি। ৱিক্লিগীদা খ্বাইদগী হেন্না পাম্নবদি হোলিদে ক্যারিয়রনি। মন্থলিদনা বিচিত্রা, ঔরানা, জোগজোগ বর্তানি।

— মফম অসিদা রেদিও অমদি টিভি ষ্টেসনশিং হাংদোকখিবা কয়াম কুইরবগে ?

ঐখোয়না মনিদগী খঙলম্মী - নীংতম লান মতমদা বাংলাদেশ বেতার কোন্না রেদিও বাংলাদেশ হায়না খঙনখ্রিবসি লৈবাক্নীংবগী প্রোগ্রাম শন্দোক্লবা অমদি ঈহৌ শাগৎপদা য়াম্না মরুওইখিবা অমনি। মুজিবনগর, ধাকা, চীত্তাগোংগী খুলনা, রাজসাহি, রংপুর অমদি সিলেত্তা রেদিও ষ্টেসনশিং লৈরে। ১৯৬০-৬১গী তাইফুন থোকখিবদগী বেংগলী অমসুং ইংলিস অনীমক্তা পাউ শন্দোকপা হৌখ্রবনি। সমুদ্র খোঙবালগী লমশিংদা ওইথোকপা য়াবা নোংলৈ নুংশিৎকীদমক মীয়ামদা মাঙজৌননা চোকশিন্নবা ব্বেদর কনদিসন খঙহনবসু ঙমখ্রে। ১৯৬৫গী দিসেম্বর ২৫দা ধাকাদা টিভি ষ্টেসন লিংখি। ১৯৮০দগী রামপুর ধাকাগী পালসিষ্টেমদা কলর ওন্থোকখি । বাংলাদেশ অপুম্বগী ওইনা ষ্টেসন নিপান লিংদুনা অপূনবা মীশিংগী চাদা মারিফুদি টিভিগী খুদোংচাবা ফংহল্লক্লবনি। হৌজিক্তি টিভি লৈতবা য়ুমথোং লৈত্রে। মৈঙালদা ঐখোয়না মাগী খিংখাং লাউবা হৈথোই শিংথোইবা মতৌদু উরম্মী। মহাক ওভরগ্রাউন্দা ঐখোয়গী মতেং পাংবা মীশক্নি। মশাগী চহী নিফূগী মখা ওইগনি। মশা ফূল্লেনবা কুচু কুমেন শেংবা মশম জ্বায় জ্বায় তাবা ঙাঙথোক শক্তোক্লকপদা রাশি লৈবা মীশক্নি। মীৎ হায়বসিদি থোঙনাউনি। মহাক্কী থম্মোয়গী থূপ্লবা কাচিন খূদিংমক্কী মমি মহাক্কী মমীৎ অনীদা তারি। মদুনা মহাক থম্মোয়শেংবা পুকচেল চাউবা মীশক্নি হায়রি।

অহীংগী পূং ১১.০০ য়েখ্রে। ঐখোয় পূম্নমক তূম্বা চঙনরম্মী। তূন্নমদাইদা ঐখোয়না মফমদুগী লম্মীৎ তুমিৎ খর খঙনীংবগী ব্বাফম মনিদা হৌদোক্লম্মী। মহাক্লসু নীনী-হুম্নি মহাক্কী য়ুমদা লৈনবা হায়রম্মী। মহাক্না পাউ অদো ঐখোয়গী হেদ ক্বাটর্সদা খঙহনখিরম্মী।

## ১০

অয়ুক মীৎকপ থোক্লকপদা বাংগালী মুস্লীমশিংনা মসজীদতকী মাইক পান্দুনা লাউরকপা অজান্না মায়কৈ মরিগী অচীকপা থুগায়রম্মী। মীৎকুপ খরদি থাপ্লবা সমুদ্র ঈৱাংমদা লৈবা আরব লৈবাক্তা লৈবগুম থম্মোয়দা ফাওরম্মী। 'মফম অসিদা মুস্লীম কয়াম লৈবজাৎনো ?' ঐনা ইথন্তা হংজরম্মী। ঐখোয় অহুম ফম্মুংদগী ফুক ফুক হৌগৎনরম্মী। চীন-য়া শেংদোক্লম্মী। মনিসু হৌগৎলক্লম্মী। ইমুংদুগী গৌরিয়াদু উবদা ঐখোয় অহুম খৌতক তৌরম্মী। মনুং চঙবা লোইবগা ঈরুজথোকপা, ফি তূমথোকপা, কায়বা য়াদ্রবা থবক ওইরম্মী। ফজবা লোঞ্চৎনি অদুবু ঘরীগী কাটা য়েংদুনা খোঙ থাংলিবা ঐখোয়দদি চান্নদবা থবক্নি। ইরুজবা লোইদুনা ঐখোয়না কাদা চঙখিবদা মনিগী নুপীনা অয়ুক্কী নাস্তা পুশিল্লক্লম্মী। ঐখোয়না মদু চারগা বাংলাদেশকী মৈতৈ তাবা লমশিং কোয়নবগীদমক মনিগী টোয়োতাদা খোঙশাল্লক্লম্মী। নুমিদাংগী মতমদা ইলেকট্রিক মৈঙান্না মশক শেংনা তাকপা ঙমখিদবা মফমশিংদু অঙনবা অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্লা তশেং তশেং উবা ফংহল্লম্মী। লম্বীগী নাক য়েত্তা অৱাং অৱাংবা বিলদিংশিং, দুকানশিং, রিক্সো পরেং পরেং, ৱাংলবা বিলদিংগী ৱালদা বেংগলী ফিল্ম অমসুং রাজনিতি লুচিংবশিংগী ফোটো থেৎলম্মী।

— "রিকাবী বাজারনি।" মনিনা ঐখোয়দা তাক্লম্মী। "মসিদা সিলেট ওদিটরীয়মসু লৈ।"

— মফমসিদা মুস্লিম কয়াম লৈবগে ? নোংঙানবগা মুস্লিমশিংগী অজান লাউবতমক তায়, হিন্দুগী কংশি মখোন্দি তাদে।" ঐনা হংলম্মী।

— মফমসি মুস্লিমশিংগী লৈবাক্নি হায়বা য়াই। ১৯৮১গী সেনসসকী মতুংইন্না ইস্লাম চৎপা মীশিং অসে বাংলাদেশ অপূম্বগী ওইনা চাদা ৮৬.৬নি। হিন্দুসু কাষ্ট হিন্দু অমসুং সেদুল কাষ্ট হিন্দু লৈ। অপূনবা মীশিংগী চাদা ১২.১দি হিন্দুনি। খৃষ্টানগী মশীংদি নোংমা নোংমগী

হেনগৎলক্লি। '৮১গী সেনসসকী মতুংইন্নদি চাদা ০.৩নি। চাকমা, চাক, মোঘ, ম্রু অমসুং বুধিষ্টশিংসু লৈ। নিংতম্লান মতুংদগীদি খর অমদি খৃষ্টান ওনখ্রে। চিত্তাগোংদনা বেংগলী বুধিষ্ট য়াম্না লৈ।

ঐখোয় মানা হায়রিবশিংদু মুন্না তারম্মী। চীংলেন্দি ইশিন খোৎচিনগনবা মীনি। মহাক্না নোটবুক্তা ইশিল্লম্মী।

বাংলাদেশতা খুন্দারিবা মৈতৈশিংসি অৱা লানগী মতমদগী হৌনা খুন্দারক্লবনি। লান লোইরবসু মরৈবাক্তা হঞ্জিনবা খুদোংচাদবদগী মফমসিদা খুন্দাখিবনি। ঐখোয়না লমাবাজার, মংগলপুর, ভানুগাছ, ভানুবীলনচিংবা মৈতৈতাবা লমশিং কোয়রম্মী। ঐখোয়গী চাকলেন্দি হোটেলদা চারম্মী। মৈতৈগী ইমুং অমত্তদা ঐখোয় চঙলকখিবা লৈতে মদুনা ঐখোয়দা মতম মাঙহনবা ওইনা থোক্লগনি হায়না খন্নরম্মী। মনিনা হায়বদগী ঐখোয়না খঙলম্মী কনাগুম্বা অমগী ইমুংদা ঐখোয় চঙলুরবদি ঐখোয়না লায়না থোরকপা য়ারোই। মখোযনা ফাজিন্দুনা ঐখোয়বু নুমিৎ চৃপ্পদুমা থমখ্রগনি। ইরৈবাক্কী ঈ-পাউ মচা খায়না লৌরগনি। কয়াদা নুংশিখ্রবা ! মখোয়গী থম্মোয়দা মতম পূম্বদা মরৈবাক অমদি মরৈবাক্কী মীশিংবু নুংশিবগী ঈচেল লেপ্পা নাইদনা চেল্লি। মনিনা হায়দুনা খঙলম্মী লমা বাজারদা চৌর্জিৎ মার্জিৎ নিংথৌ মচা অনীসু লাঞ্জেল্লম্মী। ভানুবিলদনা কমরেদ ইরাবোৎ তোয়না খোঙশাল্লক্লম্মী। মহাকপু শৌগৎপা মীশিং য়াম্না লৈ, অদুগা ভানুগাছতনা মৈতৈশিংগী নাৎ, চৎনবী ফজনা য়োকখৎপা মফম্নি।

— "বাংলাদেশতদি মৈতৈগী মীশিংসি কয়ামুক ওইবগে ?" চীংলেন হংলম্মী।

— চাওরাক্লা লীশিং কুনমুক্লি। বাংলাদেশ নিংতম্লানগী মমাঙদদি লীশিং নিফূমুক লৈরম্মী। কাংলুপকী ঈরাং তোয়না থোকপনা য়ূমহোং কৈহোংনখিবদগী মীশিং হন্থরকপনি। মফমসিদা ঐখোয়না মাইনোরিটি গ্রুপ ওইবগী খুদোংচাবনা কোটাদা থবক ফংবা অমসুং লাইরিক লাইশু তম্বনি। অদুবু মীওই খরনা ঐখোয়গী মিংদা খুদোংচাবা খুদিং মংলি। মহাক্না হায়রিবদু কনানো হায়বা ঐখোয়সু অদুম খঙলমই। মখোয়না তৌরিবদুগী মরমদা ঐনা ৱাখল খল্লমই॥

য়েংবা য়াবা মফম য়েংলগা ঐখোয়না হল্লকপদা পুম্মম মমখ্রে। বজারদগী মরুপ চীংলেন্না মনিগী মচা অনীগীদমক জপান মেদ টোয় পিষ্টোল অনীখক লৈবীরক্লম্মী। অনীসুবা লাঞ্জাও মতুংদগীদি জপান্দি ইলেকট্রোনিক্সকী পোৎ-চৈশিং পুথোকপদা মমিং চৎখ্রবনি। মায়থীবগী মৈচাক্লা তাংগোয় তানা মাঙহনবগী মহুৎ মশোং ফল্লম্বা নাপল পুম্নমক মীওইবগী কান্নবা হীরমদা খোঙ থাংজিনখ্রবনি। পীক্তকপা নুংশিরবা লৈগী নাচোম অমা ওস্থোকখ্রবনি জাপান।

— মনিগী য়ূম হেক য়ৌবগা সর্জেন্ট মেজর চীংলেন্দি অঙাং অদুম ওস্থোকখ্রে। মনিগী মচানুপা অনীদুগা লোয়ননা থব্রায় য়াওনা শান্নখ্রে। অঙাং অনীদুসু মঙোন্দা ঙাওজরম্মী। মখোয়গী চান্নরবা মরূপ অমা ফংজবদুদা মমা মপাগা নীংশিংখিদ্রে। নোংমৈ অনীদু মুন্ন মুন্নদুনা মখোয়না শান্নবদু ঐখোয়না কুম্মৈগুম য়েংলম্মী। মখোয় অহুমগী খোঞ্জেলনা কাদু নিল্লম্মী। মসিনি চীংলেম্বা, অরুবা ব্রাখলগী লেপ থূম্লবা ঈরোন্নুংদা লূপথদুনা লৈগনবা মরূপ চীংলেনগী অতোপ্পা শক্তম অমা।

নুমিদাংগী চাক চারবা মতুংদা ঐখোয়না মথংগী নুমিৎকী ধাকাগী খোঙচৎগীদমক লেপ্পরগা তূম্নরম্মী।

সিলেটতগী ধাকাফাওবদি ঐখোয় ট্রেন্দা চৎলম্মী। লম্বীদা ঐখোয় মরি তুমিন তুমিন মীৎয়েং তাম্না অশংবা লবুক লম্মাংশিংনা শন্দোকখ্রিবদু য়েংলম্মী। অশংবা ফনেক শেৎপী ইনখৎলকপীশিংনা খূৎশম্নুনা থাবল চোংবগুমই। মফম খূদিং ইচিক চিক্তুনা পূক্লিং ঈংলম্মী। অদুক য়াম্বা লম্বী, বাজার ফাওদুনা লাকপদা চোফোর্ন মচুগী ফীজোল শেৎপা, নোংমৈ পায়বা সিফাই অমত্তা ঐখোয়না উরকখিবা লৈতে। কয়াদা লৈতানা লৈরিবনো বাংলাদেশ নঙসে। মতম অমদদি নঙগী লাইবক্তসু হাৎন সুনবা নীংতম লালহৌগী অঙাঙবা ঈখেংনা বিন্দি ওইনা নমখিবনি। নঙগী থোৎলবী নথানুংদা লানগী মৈ চুখিবনি। অঙাঙবা ফীজংনা নঙগী মাইথোঙবু খুমজিনখিবনি অদুবু নঙগী অব্রাবদো কুইখিদে। নচাশিংগী থব্রায়গী মমলগা নঙগী নীংতম্বগা শিন্নখি। নচা কায়নবগী মৈচাক্লা চাক্লবসু নঙগী খূদাংদা কিবা য়োৎহ্লীংদি তত্তুনা তাখ্রে। খঙহৌদনা চীংলোন মাপন্না কোয়শিনবী, মিৎলু পিরাং কংদ্রবী, পোক্লফম লমদম্বু নীংশিংলক্লম্মী। মহাক্কী তুবুম অমমমগা চোফোর্ন মচুগী ফীজোল শেৎপশিংগা

শীংনহৌবদু, মহাক্কী শেংলবা ঈশিং নুংশিৎলক্তা মরিং মরাংবা ওইনা লৈহৌবা শিফাইশিংদু নিংশিংলক্লমই। কয়াদা ব্রানা খাঙহৌবা ইমা নহাক্লা। খঙহৌদনা মীত্তগী পি শিন্থরক্লম্মী। নঙবু নুংশিবগী ঈচেলশিংনা থম্মোয়দা, লেপ্তুনা চেল্লি। ইমা নঙগীদমক্লি ঐখোয়না ঙসি তাল্লবা লমদমসিদা লাক্লিবা। খঙহৌদনা ধাকা রেল ষ্টেসন য়ৌশিল্লক্লম্মী। ট্রেন হেক খাম্বগা ঐখোয় মশা খীংলবা শজি মচাগুম ট্রেন্দগী চোংথনরম্মী। মরৈবাক নীংবশিংগী সহর ধাকাদা খোঙ থাংথজবদা থম্মোয়দা মথুম মরাং হৌরম্মী। লম্বীগী নাকন নাকন্দা রিক্সো, কার ওটোরিক্সোশিং পৈদুনা পেসেঞ্জর ঙাইনরম্মী। রিক্সোশিংদু ফম্বাক্তু পাকই বোদিদা লৈরোং য়েক্লম্মী। মীশিং মিলিয়ন নিপানমুক তাবা মফম্লি ধাকা। মরূপ মনিনা লমজীংদুনা ঐখোয় জাতিয় সংসদ ভবন, ধাকা য়ুনিভর্সিটি, কর্জন হোল, সুরাব্রাদি উদায়ন য়েংলম্মী। ১৯৫৭তা নীংতম লান্দা থব্রায় কংখিবশিংবু নীংশিংদুনা শেম্বা বহাদুর সাহ পার্ক, লালবাগ ইতিহাসিক ফোর্ট, নেসনেল ম্যুজিয়ম, সোনার গাউনচিংবসু য়েংলম্মী। ভারত্তগী খাইদোকখ্রবা মতুংদা ধাকাদি য়াম্না চাওখৎখ্রে। ঙক তেক্লা ব্রাংলবা বিলদিংশিং, পার্ক, মহৈ তম্ফম শঙ, ফাইভ ষ্টার হোটেল পূম্নমকশিনা চাওখৎপগী শক্তম য়েক্লি। লোয়শঙশিংদা জাতিগী ফীরাল পাইরি। ১৯৫২দা মমালোনগী মফম তাঞ্জরুবা বেংগলীশিংবু নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি। নোংপোক পাকিস্তান ওইনা বাংলাদেশনা লৈরিঙৈ মখোয়গী লোন্দি বেংগলীনি। নোংচুপ পাকিস্তানগীনা উর্দুনি। নোংচুপ পাকিস্তান্না নোংপোক পাকিস্তানবু লোন রাজনিতি অমদি শেল থুম খুদিংমক্তা নমথবীরম্মী। শেখ মুজিবুর রহমান্না পাকিস্তান সরকারগী মীচঙ মীখায় নাইবা থৌশিল অসিগী মাইয়োক্তা লান হৌরম্মী। লানফম অদুদা বাংলা মিলিয়ন অহুম মথ্মায় কংখি। ঐখোয় লিবরেসন ব্রার মুজিয়ম য়েংলম্মী। কা অমদা নীংতম্লানগী তুজুংলবা ফোটোশিং থেংলম্মী। নোংথক্তগী নোংমৈ কাপথদুনা মীচমশিং হাৎখিবগী ফোটো, নুপীশিংবু শরাক তম্লগা মীহাৎ থীনা হাৎখিবগী ফোটোশিং থেংলম্মী। কনানসু খঙদনা কুইনা পৎ পুমদুনা লৈরুরবা অশিবশিংবু নীংতম লানমীনা লৌখৎপগী ফোটো, পীক্লিবা অঙাংশিংনা খুত্তুম শীংদুনা লমনগী খোল্লাউ লাউবগী ফোটো, ফোটোশিং অদুনা শকপান্নবা শক্তম ওইদুনা ঐগী মাঙদা মতম অমত্তদা লেপ্লখি। নীংতম লাম্মীশিংনা শীজিন্নরম্বা তুপি, মফি মরোল, নোংমৈ, খুজু খুৎলাইশিং, মখুৎনা ইরম্বা চিঠিশিং লৈরম্মী। মীওইবগী তমথীরবা তুক্কচরবা শাহিং চাবা শাগা পাঙখক

ওইরবা শক্তম অদো মথি ফোংলখি। অতোপ্পগী হক মুন্দুনা লৌনীংবা, করাম চাউরবা শাজৎ অসিনা মীওইববু কয়াদা মশক থীহল্লিবা ! লানফম কয়াগী মৈ মসিনা চুখৎলিবনি। ঐনা হন্না য়েংথোক্লুবদা মিনুংশি চাউরবা মরূপ লেফটনেন্ট থোইবগী মীৎলুদগী পিগী ঈরাশিং তরং তরং শিন্থরিবদু উরম্মী। মহাক্কী মমাঙদা পীক্লিবা অঙাঙ অমনা নীংতম লানফমদা থব্রায় থাখ্রবা মপাগী অশিবা হকচাং কোন্দুনা কপ্পগী ফোটো থেৎলম্মী। মহাক্কী পুন্সিসু হকথেঙননা লাকচথীবগী খূৎফম মমি তাখ্রবনি। মহাক্কী অপোকপবু তমথীবা হাৎপীখ্রবনি। তপ্না চঙশিন্দুনা ঐনা মাগী লেংবান শোক্লম্মী। মরূপ চীংলেনসু চঙলক্তুনা মাবু থেমজিল্লম্মী।

মথংগী কাদা মিংশেল চনবা শো বোক্সশিংদা লান্দা শিখ্রবশিংগী স্কুল, অমদি খোঙ খূৎকী শরূশিং লৈরম্মী। মফমদুদা লৈরিবা ঐখোয় খূদিংমক চোক মোক লাউনরমদে। নুংশুক নুংজান্নবা অব্রাবগী লৈচীল মপৈনা পূমকুপ কূপশিল্লম্মী। মসিগী মতুংদা ঐখোয়না বংগবন্ধু শেখ মুজিবুর রহমান মেমোরিএল ম্যুজিয়মদা চৎলম্মী। ম্যুজিয়ম অসি মহাক্না হিংলিঙৈদা লৈরম্বা য়ুম্নি। য়ূম অসিদা মহাকপু রিএক্সনরিশিংনা হাৎখিবনি। মহাক্তা নত্তনা মহাক্কী লোয়নবী বেগম ফজিলাতুনেশা, মচানুপা অহুম শেখ কমল, শেখ জমন অমসুং ইতোন তোনবা অঙাঙ ওইরিবা শেক অবুনাসরবু য়ূমসিমক্তদা মীহাৎ থীনা হাৎখি। ইং ১৯৭৫গী আগষ্ট থাদা মহাক্না নীংতম্লবা বংলাদেশকী অহানবা প্রধান মন্ত্রি ওইরিঙৈ মহাকপু উন্নবা লাকপা শাজিন্নরগা য়েক্লবশিংনা মবু নোংমৈনা কাপখিবনি। মিংশেল চন্দুনা থমলিবা ছিরি থাকশিংদা নোংমৈ মখূল মযাম লৈরম্মী লোযননা মহাক্কী মশাদগী শিন্থরকপা ঈসু লৈমায়দা মিংশেল চন্সিন্দুনা থনম্মী। মথক ঈথং থংবা কাদুনা লুহোংবা কুইদ্রিবী মমৌনুপীগী কানি। নুপীগী লীক কোল, সারি, লৈতেংশিং মফম চানা চানা লৈরম্মী। অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা লৈরাং চারা থাজগনি খন পূক্লিং মকা লাম্না কাসিদা অনৌবীদুনা খোঙ থাংজিল্লক্লমগনি। অদুবু তমথীবা নোংদম্না মখোঙনা থোংনা মমং থিবা তাহনখিবদু খল্লুবদা নুংনাংই। লেপ্পা লৈতনা উংলিবা পুন্সিগী চাকানা ঐখোয মীওইববু কদাই কদাইদা থম্বীরিবা। তশেংনমক মীওইবা হায়বসিদি নোংলৈনা পুবা উনানি, পলেপফম খঙদ্রবা । মফমদুদগী থোরক্লগা ঐখোয় ধাকাগী হোটেল অমদা চাক চাথোক্লগা সিলেত্তা অমুক হল্লক্লম্মী। লম্বীদা পদ্মা, মেঘনা অমসুং সুরমা তুরেলশিং লাল্লম্মী। পাক

চাউরবা তুরেলশিংগী ঈচেলনা ইন্দিয়াগা বাংলাদেশকগী মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লবা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরীবু পাউখোং চন্দুনা চহী চূপ্পা ৱা-ৱা চেন্থরি। ঈচেলগী খোন্থাংনা হাঙলবা মালংদা শন্দোকখ্রি।

মথংগী নুমিত্তদি ঐখোয়, ঐখোয়গী হেদ কার্টসকীদমক খোঙশানবা তারম্মী। নুমিৎ নিনি হুম্নি লৈবদুদা মনিগী য়ূমদা ফংলে ইলিশা, হোটেলদা ফংলে ইলিশা চামন্দুনা ঐখোয় ঙা চানীংলমদে। ইলিশা হায়বসি ঐখোয়গী লৈবাক্তা ফাবৌঙা ফংবগুম ফংবজাৎলা খল্লম্মী। খোঙশাল্লমদাইগী নুমিদাংদুদি ঐখোয়না হায়বা মতুংইন্না ইচম চম্বা কংশোই অমগা ইলিশা অয়াইবগা করিনো মনা অশীনবা খরা থাক্লুনা থোংবগ, ইরোনবা, চম্ফূৎ, সলাদনচিংবা মথেল ময়াম পীজবীরক্লম্মী।

মথংগী নোংঙাল্লমদাইদা ঐখোয় হৌগত্তুনা ইরু মায়থজরগা মনিগী নুপীনা পুথোরকপা নাস্তাদু লৌরম্মী। অদুগা মহাক্কী মফমদা তৌবীমল খঙবা ফোঙদোক্লম্লগা ঐখোয় য়ূমদুদগী থোরক্লম্মী। অঙাঙ অনীদুদি নুংঙাইনা তূমহৌরি। মখোয়না হেক মীৎকপ থোক্লকপগা চীংলেনবু থিরক্কদৌরিবনি। মহাক্লা পৈশা খরা অঙাঙ অনীদুগী অচাপোৎ লৈবীনবা মমাদা পীরম্মী।

সিলেত রেল ষ্টেসন্দগী ঐখোয় ধাকা ফাওবা ত্রেনদা চৎলম্মী। ধাকাদগী অমুক ত্রেন তেংদুনা ঐখোয় চীত্তাগোং য়ৌরম্মী। ধাকাদগী চীত্তাগোং ফাওবসি বস নৎত্রগা ট্রেন্দা চৎনরম্মী। কিলোমিটর ২৫০ লাপ্পা মফম্নি। ঐখোয়না চীত্তাগোং য়ৌবদা নোং ঙানগদবগী শেম শারক্লম্মী। অতিয়ানা অঙাঙবা চীংখৈ লাইরেম্বীগী কোকখুমফি শন্দোক্লুনা শান্নরম্মী। হায়নখিবা মতুংইন্না মফমদুদা হেদকার্টর্সকী মীওই অমনা ঐখোয়বু ওক্লম্মী। ঐখোয় অহুম্বু মনিনা মঙোন্দা শিন্নরম্মগা অরোইবা ওইনা মহাক্লা ঐখোয়গী খূৎ শোক্লম্মী। ঐখোয় অহুম্মক নুপাদুনা পুরকপা কারদা তোংখৎলম্মী। তপ্পা তপ্পা খূৎ হাইদুনা মহাক্কা কায়নরক্লম্মী।

বাংলাদেশনা মহাক্কী লৈশেমদা তুরেলশিং, ঈশিং ঈফূৎশিং, অমদি খোংশিংগীদমক চাউথোক্লা লেপচৈ। কিলোমিটর লীশিং কুনমুক্তি মখোয়শিংসিনা কোন্সিল্লি। বাংলাদেশতা খ্বাইদগী হেন্না ফজবা মফমদি চিত্তগোংনি। মসি ফেনি তুরেলগী খা থংবদা লৈ। মরৈ-মরৈ য়েৎশিন্নখ্রিবা অপীকপা চীংশিং, তম্পাকশিং, ঈশিং ঈফুৎশিং, ঈথৎশিং, অৱাংবা চীংজাও

পরেংশিং অমসুং উমংশিংনা লৈতেংবা তোপ তোপ্পা লম্মুংশিনি। অৱাং থংবদা সমুদ্র খোঙবালগী লৈতেম মান্নবা লমগী শরুক্না ফীবাল ওইদুনা ফেনি তুরেলগী মাতামোরি ঈথং ফাওবা শন্দোক্লি। খা থংবা শরুক্তা কর্নফুলি তুরেলগী অৱাংথংবা তোর্ব্বান্দা লৈরিবা পালংগা পেনিনসুলানা শন্দোক্লি। লমদম অসিগী লৈশাদি সেলাইন ক্লে ঙাক্তনা শেম্মী। মসি ঙাইহাক লৈতনা ঙাথু থেংথুবা তুরেলগী ঈথক ঈপোমশিংনা থোকহনবনি। তুরেলশিংগী ঈচেলনা অসুম অসুম পৈশিল্লকপা সিল্টশিংনা সমুদ্রলোমদা কংফালগী শরুক অসুম অসুম তকথোকখি। চিত্তাগোংগী কোহলিয়া চেন্নেলদা লৈবা মোইস খল বাংলাদেশকী মনুংদা চীংশিং লৈবা অচৌবা ঈথংনি। মসিগী পাকচাউবা স্কোয়ার কিমি চামা হুম্ফুমাথোইনি। ঈথংশিগী নোংপোক থংবদা অপীকপা চীংশিংনা থৌরী তাবগুম য়েৎশিন্নদুনা শন্দোক্লি। অতোপ্পা শরুক্তা উজাউশিং, জংগল অমসুং অপীকপা পাম্বীশিংনা কৃপশিল্লি। মফমসিদা সোরাদিয়া ঈথং লৈ। স্ত্রিম মরাঙ কায়না লৈ অদুনা চথোক চৎশিন তৌবদা মতেং য়াম্না ওই। মফম অসিদা ঐখোয়গী হেদ ক্বার্টর্স ওইরিবনি।

# ১১

মোইসখলদা লৈরিবা ঐখোয়গী হেদকাটর্সকী লান্মী মশীং অসুম অসুম ঈশিং ঈচাউগুম হেনগৎলক্লম্মী। ঐখোয়গী হেদ ক্বাটর্সকী অকোয়বদা লৈবাক্লা লৈরং থানা তাদুনা ব্বাংনা হাইগৎখি। মদু য়েক্লবা কনানা লান্দারকপদগী ঙাকথোক্লবনি। মফমদুগী শঙশিং উনা শাবা, তিন্না কুপ্লা ঙাক্তনি। মফমদুদা ফংবা টিক অমদি চহি লিরবা হৈনৌ পাম্বীশিংনা যুম্বী অমদি উপাক শেমদুনা শঙশিংদু শারিবনি। মসিদা খূৎলাই পৈফম শঙ, লান্মীশিংগী তূম্ফম কাশিং, লাইরিক পাফম কা, ক্লাসরুম, ময়ামগী চাফম, কিটচনরুম অসিনচিংবনি। বাথরুম অমসুং টোইলেত রুমশিংসু মতিক চানা লৈরম্মী। পিটি অমসুং শরিৎ শরাৎ তৌফমদি লমহাঙদা তৌরম্মী। হেদ ক্বাটর্সকী অকোয়বদা মচু মচুগী মীরৈবাক অমসুং লমদমদুগী লৈরাংশিংনা হাইনা হুম্না লৈশাৎ তম্লম্মী। ক্বা পাম্বী, থাঙতুপ পাম্বী, কোনা পাম্বী, যুবী পাম্বী, হৈনৌ-পাম্বী, থৈবোঙ পাম্বী অমদি মখল মখলগী উপালশিংনা মংনা হৌরম্মী। ঐখোয়গী নীংতম লান্মীশিংনা থাজবা শেমজবমক্তনি। খূৎশেমগী ফজরবা লৈকোলনা মফমদুবু লৈতেংলম্মী। অয়ুক্কী পূং মরিদা ঐখোয় তূম্বা হৌগৎনরম্মী। চীন য়া শেংবা ইরুমায়থজবা লোইরগা পূং মঙাদা ব্রেকফাষ্ট লৌনরম্মী অদুদগী পূং তরুক্তা পিটি তৌবা, মার্সিএল আর্টস তম্বা, পোলজম্প, হাইজম্প লোংজম্প অমদি সুটিংনচিংবা মখল মখলগী ট্রেনিংবু ঐখোয় অহুম্না নৌনা লাকপশিংদা তম্বীরম্মী। গুরিলাগী লালওং, খঙহৌদনা য়েক্লবনা এটেক তৌরকপদা করম্না নান্থোক্কনি, করম্না য়েক্লবদা এটেক তৌগনি হায়বনচিংবা, সিগনেল পীবা, উচেক্লা খোংবগুম খোংবা, হুইসল মরোল হাপ্তুনা খোংবনচিংবা ট্রেনীংশিংসু পীরম্মী। অকনবা লানফমদা য়েক্লবগা মাইয়োক য়ারিঙৈ, ইথক্তা নোংমৈ গুলিগী নোং চুরিঙৈ, খূৎ অনীনা খূৎলাই পায়রগা সন শাদুনা নৎত্রগা লিন্না চৎপগুম পুক অমদি খূৎকী খূনীং অনীনা শৌদুনা চৎপা মওংনচিংবগী ট্রেনীংসু পীরম্মী। অসিতা নত্তনা খুদোংথীবা মফমদা মীৎ-না শিংগদবা মওং অমম্বদা ওইরগা নানা তাবা, অঙানবদনা

মীৎ শীজিন্নবা, শোৎ পেক লাউহন্দনা শানা চৎপগুম চৎপা পূম্নমকসু ট্রেনীংদা য়াওরম্মী। অৱাংবা চোকপল ফেন্সিংনচিংবা চোংবগী মওং, ত্রেক্কিং শেমদুনা নাম্বোকপা, থৌরী শীজিন্নবা, চৈশাং শীজিন্নদুনা লাম্বোকপনচিংবসু তম্বীরম্মী। নারক মোংশোংদা, উমংদা কেমোফ্লেজ শীজিন্নবা মওংসু য়াওরম্মী। গোরিলা লালওং চথরমদাইদা ঙনা অশংবগা উনা অকংবগগী মচুশিংনা লাংদুনা শেম্বা ফীজোল অসি ঐখোয়না শীজিন্নবনা য়েক্লবগী মীৎমাঙদগী লোৎপা ঙম্মী। বাইনোকুলর থাদুনা য়েংদ্রবদি ফিজোল অসিগী মপালনা য়েক্লবনা লান্মীশিংবু উবা ফংলোই। মফমদুদা লৈদুনা ঐখোয়না ইরৈবাক্তা তৌদ্রিবা ত্রেনিং মখলশিং রিমোট বোম কাপ্পা, মাইন বোম ফুম্বা, কন্ত্রোল শীজিন্নবা, টু ইঞ্চ মোর্টার কাপ্পগী মওং অনকপদনা দিগ্রি ৱাংখৎপা, অরাপ্পদনা দিগ্রি হন্থবনচিংবসু তম্বীরম্মী। অরু অরুবা খূৎলাই শীজিন্নবদি চীংগী অমদি উমংগী শরুক্তা তৌরম্মী। মসিগীদমক্তি অখন্নবা প্রোগ্রাম শেমদুনা চথরম্মী। পূং তরা ফাওবা ত্রেনিং পীরবা মতূংদা ঐখোয় পূন্না চাক্লেন চারম্মী। অদুদগী ক্লাস তৌবা লাইরিক পাবগী মতমশিং লৈখ্রে। নুমিদাংৱাইরমদা ঐখোয় পূন্না ব্রেক ফাষ্ট লৌরগা মমশিল্লকপদা ঐখোয় পূন্না লাই খুরম্মীন্নরম্মী। নুমিদাংগী পূং তরেত্তা নুমিদাংগী চাক্লেন চারগা ঙাইহাক ঐখোয় মশেন পূন্সিন্দুনা ৱারী ৱাতাই শান্নরগা লাইরিক পারম্মী। নুমিদাংগী পূং তরাদা তূম্লম্মী। নোংমাইজীং নুমিৎসিদি ময়াম পূন্না থবক শূমিন্নবা, উপাল ৱাপাল থাবা, হেদ ক্বার্টর্স লূ নান্না থন্নবা হোৎনমিন্নবা; ফিসু ফীজাম তৌবা, লাই খূরুম্বা অমসুং লম য়েংবা চৎপনি। ঘরীগী কাটাদা য়েংদুনা থবক খূদিংমক পাঙথোক্লিবনি। তশেংনমক পুন্সি হায়বসি মীৎকুপ অমত্তা ঙাইবীখো হায়না পি তানা লাউজবদা ঙাইরমদনা চৎখিবা ঘরীগী কাটামক্লি। মফমদুদা কম্প্যুটর অমদি ৱায়ারলেসতগী হৌরদুনা টেলরিংগী মীওই, কুক্লচিংবসু থবক পীরম্মী। অপীকপা হোসপিটাল অমদা নর্স অমদি ডোক্তরশিংনা অনাবশিং লায়েংলম্মী। অচৌবা লোয়শঙ অমনি ঐখোগী মোইসলখলগী হেদক্বার্টর্স।

নোংমাইজিং নুমিৎকী লমকোয়বগী থৌরমদা ঐখোয় অহুম টিম্তা বেরেজসু য়েংলম্মী। ইং ১৯৯০দা মপূং ফানা শেম্বা লোইশিন্দুনা মথৌ পাঙথোকপা হৌখ্রে। টিম্তানা অৱাংথংবা শরুক্তা খ্বাইদগী হেন্না মতীক মগুন লৈবা তুরেলনি। মসিনা কারাতো, অত্রাই, জোবুনেশ্বরী অমসুং অতোপ্পা

তুরেলশিংদা ঈশিং ঈচেল ৱাত্তনা চেলহল্লি। চিলমারিগী খা থংবদা তুরেল অসি মতিক মগুন লৈরবী ব্রহ্মপুত্রগা শম্নখি। টিস্তা হায়বা মমিং অসিমক সংস্কৃৎ ৱাহৈ ত্রিস্রোতাদগী লাকপনি। ঈচেল অহুমগী পূনফম হায়বনি। হিন্দু লাইনীংগী মতুং ইন্না পার্ব্বতীগী থবাক্তগী হৌরকপনি হায়নৈ। ব্রহ্মপুত্র জমুনানা বাংলাদেশতা পাকচাউবদা অনীসুবা তুরেলনি। ধালেশ্বরী, বংশি, সুরমা, মেঘনা, গুমতি, দাকাতিয়া, গংগা, ভৈরব, কোবাদক, গোরাই, রূপসাপুসর পোদা (পদ্মা) নচিংবা অচৌবা তুরেলশিংনা বংলাদেশপু নাউয়োল্লি। হিমালয়দগী হৌরকপী গংগানা ব্রহ্মপুত্র জমুনাগা লোয়নননা, পুৱারীবু কাউঙমদনা নীংশিংদুনা বাংলাদেশপু নাউকোনবীরি। গংগা, ব্রহ্মপুত্র অমসুং ইরাবতি তুরেলশিংনা ইতিনফম ওইবদগী বে ওফ বেংগলগী থুমহীগী ময়াক হন্থহল্লি।

ঐখোয়গী সমুদ্র খোঙবালগী লমশিংদা চৎপগী খোঙচৎ অমদা য়ূমশিং মরেপ নেম্না নেম্না শাবা থেংনরম্মী। মদু তাইফুন তোয়না নংবননি। অকনবা নোংলৈ অসিনা বে ওফ বেংগলদা চহী অমদা তরুক্লকুম্বা লান্দাদুনা মী অমদি শা সন কয়াগী মথ্বায় মাঙখ্রে। অদুবু লৈতবা যাদবনিনা মীশিংসু অদুম্মক লৈনরি। খূৎশেমগা মহৌশাগগী অকনবা লানফমশিং বাংলাদেশতা হকথেংনরি। পেনবা লৈত্রবা মীওইবগী অসুম অসুম হাইগৎলক্লিবা মরায়বু মহৌশানা খাঙবা ঙম্বমখৈ খাঙলম্মগা ঙল্লক্তবা মীৎকুপ্তা লৈমায়দা অমুক'মুক নোন্থহনবা হায়বসি শোয়দ্রবনি। বাংলাদেশকী পাৎ অচৌবা অহুম রিংখিয়োংকিন, বোকাগিন অমসুং আহসুলাবিলসু ঐখোয়না য়েংবা চৎলম্মী। কিমি অমা মখায়মুক শাংবা মিটর চামরিরোম পাকপা রিংখিয়োংকিন পাৎ অসিদা ঙা মবাঙ কায়না লৈ। মসি রিংখিয়োং তুরেলনা নাউকোল্লিবা খা নোংপোক্কী চীংগী দিষ্ট্রিক্ট অমদনি। বোকাগিন্না কিওকাদ্রং চীংদোলগী নোংচূপ থংবা শরূক্তা লৈবা তোর্ব্বান অনীনা পেরেল্লেলগী মওং লৌবা অরুবা পাৎনি। মসিগী ঙা অমত্তা লৈবা উদে। মদু কনাগুম্বনা ঙাক্রা (কেৎ-ফিস) থাদরমগনি হায়না থাজনৈ। আহসুলা বীলনা নোংপোক থংবা বারিন্দগী অৱাংথংবা শরূক্তা লৈবা তোর্ব্বান চপ ঙম্বা য়াম্না লুবা পাৎনি। মখোয়সিদা নত্তনা নোংজুথাদা তূংবা নিংথমথাদা ঈশিং কংবা পাৎ মচাশিংসু মরাঙকায়না বাংলাদেশতা লৈ।

ঐখোয়না ঈশিংচাইবীশিংগী চীংদোল লংত্রাইস়ু য়েংবা চৎলম্মী। ব্রাংলবা চীংমায়দগী চেন্থরকপা ঈশিং চাইবীনা লৈখা তম্না হাইথরকপা ব্রা-ব্রা লাউবা ঈশিং ঈচেলনা চীংখোঙদা তাবা নূংলক্তা চহীচূপ্না ব্রাত্তনা ঈতিনফম ওইরিবা, নূং মচা মচা অমদি নূংজাউলক্তা কোয়চৎ চত্তুনা ঐখোয়না লংত্রাইগী ফজবদা পূক্নিং লূপশিনখিবদু কাউঙমদে। লম্লক্কী শা উচেকশিংগী খুদোংথীবা কাউথোক্তুনা, শীংনদুনা চহী চূপ্পা চেন্থরিবা ঈশিং চাইবীশিংগী পুন্সিবু ঐনা কয়াদা কল্লকচখিবা ! কয়াদা নীংতম্না অকিবা চিংনবা য়াওদনা মফমদুদা অহীং নুংথিল খায়দনা চেন্থরিবা ! তশেংনমক মহৌশাগী ফীজিগী লনশিংগী মনুংদা মখোয়সু অমনি। মহৌশাগা মখোয়গা মফমদুদা চীক্লা পাউখোঙ চনবী শান্নরম্লি। খুদোংথীবা মরক্তসু অচুম্বা হায়বসিসি মায়থীবা লৈতনা, অকিবা য়াওদনা মখোয়গুম লেপ্তনা চেন্থদুনা লৈ হায়রিবরা ? ঈচেলশিংসিগী হৌরকফমদুবু কমদৌবগে অমুক্তা য়েংজহৌগে মতাগুম ফোরামেন, রাম পহার, দোলাজিরি চীংশিংনা মঙক থাংগৎ থাংগত্তুনা খূনিং কাঙখত্তুনা য়েংবা হোৎনহৌরি। অসিতা নত্তনা খোং, লক, থৌপাং, লুংতিয়ান, চিপুই অমসুং লুংশি চীংশাং পরেংসু লাঙতক্লনা য়েংজরি । অদুবু মখোয়না হোৎনবা অদো অরেম্বা তারম্মী। খ্বাইদগী ব্রাংলবা লংত্রাই চীংদোলনা নাপল তৌনা হায়হৌরি

— ঈশিং চাইবীশিং অসিদি ঐতগীনি। মখোয়গী অরোনবা ব্রারীসু ঐতগীনি।

বাংলাদেশকী ফজবা মফমশিং য়েংবগী অরোইবা খোঙচত্তা ঐখোয় অহুম্না নোংমা সুন্দরবন পাংলম্মী।

সুন্দরবনগী উমংদি গংগা ব্রহ্মপুত্রগী দেলতা, হুগলি তুরেলগী রবনাবাদ ঈথৎ ফাওবা শন্দোক্তুনা লৈ। উমং অসিগী শরুক অহুম থোকপগী অনীদি বাংলাদেশতা লৈ। মতমদু শজিবু কালেনগী লোন্নবা মতম্নি। অনৌবা য়েন্নীংনা অপীক অপীকপা লৈপালদগীচিংনা ব্রাংচাউরবা কদম, সনাখোংনাং, নাগেশ্বর, হোরিনা, বন্দর হোল্লা, গুতগুটিয়ানচিংবশিংবু ফীজোল হোংহনখ্রে। নাপু মচুগী মপাল শাৎপা বায়েন পাম্বীশিংনা স্না মচুগী ঈথক সুন্দরবনগী মচি মচিদা হৈথরি। হয়িংখোই খোইমু খোইরেন্নচিংবনা বায়েনগী মপালদগী লৈহি চূপকদবগী হোৎনরি। মখোয়না গুন গুন ঙংবগী খোঞ্জেলতনা সুন্দরবনগী অতিয়াদা খোন্থাং য়ৈরি। মকে শেন্নবী, সুম্মৎলবী সুন্দরবন্না পূক্নিং ঈরাং

হৌনা ঈশৈ ঙংলিবগুম খল্লী। উশাশিংদা য়াম্থুরিবা খোইরাশিংদগী খোইহীনা লৈমায়দা তপ তপ শিন্থবদু মথোৎ কারকপী শানৌশিংগী থম্মোয়বু খোয়রাংহনবা লোইদাম থাশীংগী ঈফূৎকুম মথুম মরাং হৌহল্লি। মচু মচুগী অশাৎপা মনম নুংশিবা লৈশিংগী লৈনমগা, খোইমিৎ কারবা লফোয়গী মনমগা খোইহীশিংগী মনমগা তোৎশিন্নবা মনমশিংনা সগগী অন্থ্রাপুর লৈকোল হায়বদু অসিগুম্বরা খলহল্লি। মফম অদুদা খোঙদাজবা ফংলবা ঐখোয় পোকপগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জখি। তশেংনমক মহৌশা লাইরেম্বীগী হৈজশিংজবা কলামখৈ পুথোক্কুনা লৈতেংবীরবা অচীকপা উমংনি। মফম অদুদা লৈজবা ফংখিবা মীৎকুপ খরদু মথোৎ কারকপগী তৎপা লোইবা নাইহন্নীংদ্রবা ঈথক্লা ঐহাকপু পূমকূপ কূপশিনখি, ঙমখৈ নাইবা পুন্সিনি হায়বসি কাউথোকখি। অনৌবা য়েন্নীংনা লৈতেংলবা ঊরিশিংনা লাংশাদুনা থৎলিবদুনা ঐগী পূক্লিং হকচাং অনীমকপু লেঙবা ঙমদনা পুন্সিনখিরম্মী।

মরূপ মনিগা লোয়ননা সিলেটকী মফম খূদিং কোয়বা চৎখিবদুদা সুবিদ বজারদগী তুরিশিং, ব্রাটর কলরশিং অমদি কেনভাস খরসু লৈরক্লম্মী। ঐখোয়গী খোঙচৎ অদুদা মখোয়শিংদুবুসু লোয়নরক্লম্মী। মরূপ চীংলেনগা থোইবগসু কদাই কদাইদনো ঙাওদুনা চৎনখ্রমাল্লে। হৈনম-লৈনম, খোইশিংগী খোঞ্জেলনা সুস্কাৎলিঙৈ, নারোন্দগী ফাওজিল্লক্কুনা সমুদ্র খোঙবালদগী হুল্লকপা নুংশিৎনা ঈচেলগী ঈরাউখোন অমসু মমি শামি ঐগী নাপ্পদা খোন্থাং য়ৈরক্লম্মী। অমুক খোঙ থাংদোক্কুনা মফমদুদগী চৎপা ঙমদ্রদুনা খরা হাঙবা, মোংশোং ওইনা তৌবা মফম অমদা, মফমদুগী পাম্বী মচাশিং, নাপীশিংদু হাইদৎলগা ঐগী কেনভাসতু ষ্টেন্দা হাপচিল্লগা খিঞ্জিল্লম্মী। মচুশিংদু কোয়না শন্দোক্কুনা থল্লগা তুরিনা লূপ লূপ্তুনা সিন অদুবু য়েকপা হৌরম্মী। ঐগী থব্রায় হকচাং অনীমক সুন্দরবনগা অমত্তা ওইশিন্নখিরম্মী। মরূপ চীংলেনসু কবিগী মিহুন হুনবা মীশক্লি। মহাক্কী থম্মোয়দসু ঐগী থম্মোয়দা মমি তারিবা ঈথক অসে শোয়দনা মমি তারমগনি। কলাবু পামজবা মীশিংগী মফমদা মহৌশাগী শক্লোন খূদিংমক মতম অমত্তদা চপ মান্ননা মমি তাহল্লি। অহানবমক্তদা সুন্দরবনগী থোৎ নৌরবী খূৎশানা ঐগী থম্মোয় খোঙ্বাদা শোক্লরবদা খঙহৌদনা মীত্তগী পি শিন্থখিরম্মী। নঙবু নীংশিংলক্লম্মী। কুইরে নঙবু উবা ফংলক্তবা, অমুক্লা নোক্লা, অমুক্লা কপ্লা, অমুক্লা শাউনা ঐগী ইফমদা

থম্মোয়গী নিংঙাইশিং ফোঙদোক্লখিদবা। নঙ ঐ ফম্মিন্নদুনা মফমসিগী ফজবসি য়েংমিন্নরল্লবদি মহৌশাগী খুৎশেম অমুক হেন্না মপূং ফাগদবোই নীংই। ঐগী থম্মোয়গী মিংশেলদা তাখিবা মমিদুদা করিনো অমা ৱাৎপগুম নিংকোক নিংকোক ফাওখিবদু অনৌবা ঊরীগী চীনবান নত্তে, লৈশাৎ তন্নিবী ঊরৈশিংগী মীনোক নত্তে, সুপ্নতগী নঙগী খোয়থুম্নরবী মীনোক্নুনি, চীংলেম্বী মীৎয়েংদুনি। ঐনা য়েকপা হৌগৎলকপদা অৱাৎপশিংদু লোইনা মেনশিল্লদুনা নঙনা ইনাক্তা ফল্লিবগুম নৎত্রগা উপালশিংগী মরক্তগী ঐবু মূনা য়েংলিবগুম থম্মোয়দা ফাওখি। পূক্লিং তুজুং হরাওনহনখি। অতিয়া মালেম অনীমক চীকখিরম্মী। নুংশিৎসু শীৎখিদ্রে, ঊনাসু লেঙখিদ্রে। থম্মোয়নুংদা তারিবা নঙ অমসুং সুন্দরবনগী শক্তমতনা ঐবু পূমকূপ কূপশিল্লম্মী। অসুম্না কয়াম কুইনা লৈখিবা! লাই য়েকপা লোইরবদা মরূপ চীংলেনগা থোইবগসু ঐগী তুংদা তুমিন লেপ্তুনা ঐনা তৌরিবদু য়েংদুনা লৈরমখি।

— মরূপ, নঙসে কয়াদা লাইবক ফগ্রবনো ! সুন্দরবন্না মরূপকী নাক্তা পুন্সি চূপ্পগী ওইনা লেঙদনা লৈহৌরগনি।

মরূপ চীংলেন্না হায়রকখি।

— ঐঙোন্দগী মরূপ্পা কৈসু তাবা নত্তে। মরূপকী ইবা ঙম্বগী শক্তি অদুগীদমক ঐসু কল্লকচরিবনি। মদু ঐখোয়না ঙম্বা নত্তে।

— অদুবু মতীংলৈবদি মরূপকি তুরিনা হেল্লি। মীৎমাঙদা পোৎ খূদিংমক মিংশেলদা তাবা মমিগুম লেপহল্লরিবা অসিমক্তি খ্বাইদগী হেন্না অৱাঙবা মখলগী কলানি হায়নীংই।

— মরূপ অনীমক লাইবক ফবা ঙাক্তনি, ঐতনি লাইবক থীরিসে। ঐগুম্বা মীসিনি, মীৎ অতাঙবা না অপঙবগী মপু হায়নরিসে। সুম্হাৎপদি থম্মোয়দা ফাওই। ফোঙদোকফমদি খঙদে অদুনা কয়া কুইনা ঐবু সুন্দরবন্না তুমিন অঙাওবগুম হোইদুনা পুরুরে।

মহাক্কী ৱাতাদুদা ঐখোয় অহুম্মক থৱায় তানা নোক্লম্মী।

ঐখোয়না পুরকপা চয়োমশিংদু থোক্তুদা চামিন্নরবা মতুং ফনা কুইনা সুন্দরবনগী চিথেক কোঞ্জিল খূদিংদা চত্তুনা য়েংলম্মী। তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লা সুন্দরবনবু সনা অহীংবা মচুনা কূপশিল্লকপগুম তৌরক্লম্মী।

— "থেঙলে, ঐখোয় হন্নবা তৌরসি। রোয়েল বেংগল তাইগর হায়বা মীশা চাবা কৈ মখল অদুগী য়াথোকফম্নি হায়নৈ মফমসে! ফ্লাইয়িং ফোক্সসু লৈ হায়, ঐখোয় খুদোং থীবা নংগনি।" থোইবনা হায়রম্মী।

ঐগী থম্মোয়না সুন্দরবনগী ময়ায়দা লৈজবদু মশাদা ফীজোল থোংদ্রবী, অমংবা লৈচীল মপেগুম্লবী শম্লাংনা থাবুম অনী খুম্লিবী, মথোৎ কারকপগী ঈথক ঈপোম্না চোল্লবী কপাল কুন্দলাগী মথানুংদা চীকপক্লনা য়াতারিবগুম থম্মোয়দা ফাওরম্মী। অদুবু নুমিৎ চায়থরকপদুদা অথাপ্পদগী খোংলকপা শাহিং চাবা শা কৈশিংগী খোঞ্জেল, অমদি মহূপুবা লিনশিংগী ময়াই কাবা শাথেক্লা অহীংগী অমম্বদা মমিৎ ঈ-কানা শাউরবা কপালিক্লা মখূৎনা থাঙ পায়দুনা তানখায়রকপগুম থম্মোয়দা ফাওরম্মী। ঐখোয় অহুম্মক খোঙলৈ থুনা মফমদুদগী থোরক্লম্মী।

শাংলবা চহী তরুক্কী মতূংদা অমুক হন্না ঈরৈবাক্তা থোকখিনবা ঐখোয়গী ইথক থোংবশিংদগী য়াথং ফংলম্মী । ঐ, মরূপ থোইবা অমদি চীংলেন ঐখোয় অহুম্মক্তা তৌবা য়াবা থৌদা কয়া শিন্নবগা লোয়ননা ঐখোয়গী ঈরৈবাক্তা নাতৈ চাবা মফমদা হেদকার্টসগী মশা অমা লিংখৎনবসু তাকপীরম্মী । অদুগুম্বা খুদোং চাবদু ফংলবদি লাপ্পা মীরমদা চত্তুনা ট্রেনীং পীবগী মহুত্তা ঐখোয়না ইরৈবাক্তা পীবগী খুদোংচাবসু লৈরগনি । নীংতম লান্মীগী অচৌবা শক্তি অমা শাগৎপা ঙম্লগনি ।

মীয়োক মীচান ফরবী, পুকচেল ফজবী বাংলাদেশতগী ঐখোয় ঈরৈবাক্কীদমক খোঙশানবা তারম্মী। মতম খরা য়োকচবীগী শক্তম লৌদুনা মানা ঐখোয়বু নাউকোনবীখি। ঈরৈবাকচা কয়া অমসু মনিল নাইহন্দনা মহাক্কী মথানুংদা চেৎনা নাউকোনবীরি। নীংতম লানমী কয়াসু মহাক্ল লাংগোনবীহৌখিবনি। "অপোকপীনা করম্বনো ? য়োকচবীনা করম্বনো ? অমনা তাইবং ফাওহনবীবনি অমনা মতম খরতা ওইরবসু লাংগোনবীবনি ইমা হায়না কৌজগেকো নঙবু। নহাক্কী তৌবীমল লমন তোন্দুনা চৎপা তারে ঐখোয়সু। ঐখোয়না লাইবক ফবা মপোক ওইরবদি নোংমা নৎত্রগা নোংম নঙগী লমন শিংজগে। নহাক্কী হকচাংগী মফম খুদিং শিংলিগুম চেল্লিবা মশী য়াম্লবা তুরেলশিং, চীংশাং পরেংশিং, নহাক্কী শকয়েং মিংশেল ওইরিব বংগোপ সাগর, খোংশিং অমদি পাৎশিং, বংগোপ সাগরগী থব্বায় ওইরিব

দোলফিন, ফিন হ্বেল, স্পার্ম হ্বেলনচিংবা ঙা মখলশিং, নঙগী ফীজোল ওইরিবা উমংশিংগী লৈরোং ওইরিবা শা উচেক, তীন কাঙ অমদি লৈ শৃগা করম্বা মতমদা অমুক হন্না খূৎ শোক্লবা ফংগনি ? কায়নরসি মোইসখল, চীত্তাগোং। কায়নরসি বাংলাদেশ।" অসুম্না কায়নবগী অরোয়বা খূৎ হাইনরম্লগা ঐখোয় অহুম মফমদুদগী ঈরৈবাক্কীদমক খোঙশাল্লক্লম্মী।

বাংলাদেশতগী ঈরৈবাক পাংলকপা ঐখোয়গী খোঙচত্তু অৱা অনা খুদোং থীবনা পীক থনখি। ইথক থোংবশিংদগী য়াথং লৌরগা কেপটেন থোইবগী মখাদা ঐনা লেফটনেন্ট ওইনা অদুগা মরূপ চীংলেন্না সেকেন্দ লেফটনেন্ট ওইনা ঐখোয়গী নিংতম লালহৌগী নিয়ম মতূং ইন্না খল্লবা মতুংদা মিলিটরী এক্সরসাইজ লোইরবা মীওই চনীমুক্কা লোয়ননা ইরৈবাক্কী মফম চাবা মফম অমদা হেদ ক্বার্টর্সকী মশা অমা লিংনবা থৌদা ইকোকথক্তা হাপ্লদুনা ঐখোয় মিজোরামগী খোঙচত্তা হল্লক্লম্মী। ত্রিপুরাগী লম্বীদা আর্মিনা শিল তৌশিনখিবগী পাউ ফংদুনা খোঙচৎ অসিদা চিত্তাগোংগী জংগলগী লম্বীদা ঐখোয় লাকখিবনি। মেপকী মতেংনা লাকপা খোঙচত্তুদা উ-ৱা কক্তুনা, নারক মোংশোং হাইদত্তুনা, ঐখোয়গী লম্বী শেম্লম্মী। লম্বীদা চানবা চেঙপাক, চেং হৱাই, কিসমিস, থোংনবা অমদি চানবা কোল-লীক্কী মথক্তা মতীক চাবা খূৎলাইশিং,একে সিরিজ,তাইপ এইটিরান,রোক্কেৎ লোঞ্চর, এস.এল. আরনচিংবা খূৎলাইশিং মেগজিনশিং অমসি হেন্দ গ্রেনেদশিং পুদুনা ঐখোয়না মিজোরাম জর্নিদা লাকখিবদু থা অহুম্মুক চঙখি। খোঙচৎ অদুদা ইশাদা য়াওরিবা খূদাং ঘরী, শেৎলি লীৎলিবা ফিরোল, খোঙউপ অমদি ফূরিৎকী কুদামশিংগী অরূম্বা খঙলকখি। লম্বীদা জংগলদা শা-কৈ, লিন-কাঙ কয়াগী খুদোংথীবা মাইয়োক্লদুনা কয়া ৱানা ঈরৈবাক্কীদমক খোঙ শাল্লকখিবগে হায়বদু ফোঙদোক্লবা ৱাহে লৈত্রবনি। জংগলগী উ-ৱা, অকংবা শীংতেক শীংদা, উনা ৱানাশিংনা চাক ইঙ্খাং থোংদুনা চারম্মী। চাক থোংবা নাতৈ চাদবা মফমদা চেঙপাক অমদি বিস্কীট চারম্মী। কদম্ব পাম্বী, বন্দর হেল্লা, হোরিনা, বোকুল পাম্বী, থৈবোঙ পাম্বীনচিংবা সুক্লবা, ৱাং চাউরবা উপালশিংগী মরক্তা লম্বী শেম শেমদুনা লাকপা চীত্তাগোংগী খোঙচৎ অদুদা অমূনবা থৈবোং, খোইমীৎ কারবা লফোয়, অমুনবা উহৈশিংনা ঐখোয়গী চরা ফনা য়াম্না য়েথোকপীরম্মী। মতমদু শজিবু থানি। অদুবু জংগলদদি নুমিৎকী মঙালনা মকা ফোংনা ঐখোয়বু

মৈশা পীবা ঙমখিদে। উরিরৈ, মাধবী, লৈহাউ, বায়েন পাম্বী, তেরা পাম্বীনচিংবা মপাল শাৎপা লৈপালশিংগী, লম্লক্কী অশাৎপা লৈশিংগী লৈনম, অমদি মচু মচুগী ঈথক হৌরবা লৈশক খঙদবা লৈশিংগী, উরৈশিংগী ঈথক হৌরবা মালংদা হয়িংখোইশিংনা ঙংবগী, তিংগোং কাংগোংনা, মশক খঙদবা লমগী চেক্লাশিংগী খোংবগী মখোলনা ঐখোয়বু শক খঙদবা জংগলগী অচীকপা অকিবদগী ফন য়াম্না ঙাকথোকপীরম্মী। থাবল ফবা অহীংদা চীক্লবা চীত্তাগোংগী জংগলগী লম্বীদা থেংনখিবা শক্তমশিংদু থম্মোয়গী লাইয়ুমদা ময়েকশেংনা য়েকখিরম্মী। থাজনা কোক্তোল লোম্মকপদা থাবলনা জংগলগী উপাল ৱাপালশিংগী মরক্তা ফাওজিল্লক্তুনা মশক খঙদবা উমংগী লৈশিংগী মায়থোংবু য়েংলরি। থাবলগী নৌরবী লুপা মচুগী খুৎশানা থেংবদা হরাও মথোই কারবী, পূক্লিং মখে লাংলবী পোমশাৎনবীশিংনা মালংগী সহুমদা কেথনৌথ হাইব… য়েংবগী পেনবা নাইরমদে। ঐখোয়না উ-ৱা কক কক্তুনা লাকপদা নারক মোংশোংদা য়াইরেক্লম্বা লমঙানু, লময়েন্নচিংবশিংনা অকি অখং লোয়নন… মহুমদগী শাগল তুফাং খপ্লা অহাঙবদা, থাবলগী ঈপোম্লক্তা পাইখৎনরকপদু… মখোয়গী খোঞ্জেলনা অহাঙবদা নিনখিবদু ঙসিসু কাউবা ঙমদ্রি। অৱাৎপ… লৈত্রবা কলা অসিগীদমক শেম্বীবা ইবুংঙো মাগী মফমদা ইকোক নোঞ্জরি… উপাল অমদগী উপাল অমদা মোংশোং অমদগী মোংশোং অমদা চাউ শাংলবা মহূ পুবা লিনশিংনা ঐখোয়গী কোক্তোল লান্না , নারুম মপাদা খেত্তুনা হুইস হুইস কাপথোরকখিবদো অহানবদা অকি অখং ফাওরম্মী। অদুবু মখোয়দ… ঐখোয়না অশোক অপন নংহনখিদবনিনা ঐখোয়বু উবদা থৈ থৈদুন… চৎনখিরম্মী। মশীং য়াম্লবা মহাক্কী খূৎশেমশিংসিদা পীক্ল পীক্লবা জীবশিংদগী চিংনা চাউ শাংলবা লাকঙম ফাঙমদ্রবা ফাওবদা ঐখোয় মীওইবগা লোন… ফাওনবা ঙম্লবা মতীক ময়াই হাপ্পীরমলিবসি মহাক্কী অতাঙবা মগুন নক্তা… থৱায় পানবশিংগী মিহুনবু খঙবা মীওইবনা মহূ চাওরবা লিনশিংবু ফাদুনা নুংশিবা যন্ত্রগী খোঞ্জেলনা সুক্ষ্মৎহন্দুনা জগোয় শাহল্লি। মখোয়গী হূবু লৌদুনা… মদুনা হিদাক সুংদুনা মীওইবগী থৱাই ফাওবা কন্নরি। শাহিং চাবা কৈ… নোংশা, অমদি শামু লমশাশিংবু ফাদুনা মখোয়গী অপাম্বা মওংদা শীজিন্নরি। মহাক্কী হৈজশিংজবা মগুনমখৈ হাপ্তুনা থৱায়পানবা পূম্নমক্তগী তোমথীন… ওইনা শেল্লবা মীওইবা ঐখোয়না শেম্বীবা মহাকপু ঈরাৎচফম থোকই। মহাক্কী মফমদা তৌবীমল উৎফম থোকই। মহাক্লা পামজবা লম্বীদা চৎফম থোকই।

মহাক্কী মফমদা খূদিংমক শিন্নথোক্লগা লাকপা ঐখোয়গী খোঙচত্তুদা চিত্তাগোংগী শাহিং চাবা রোয়েল বেঙ্গল তাইগর অমদি ফ্লাইয়িং ফোক্সনচিংবা তমথীবা শা অমত্তা ঐখোয়না থেংনরমদে। অদুবু মখোয়না য়াথোক্লম্বগী খূদমদি ফংখি। উমংদা হৌবা অমুনবা অংগুর, জাম, হৈনৌ, চুম্রে, লফোয় অমদি হৈজামপেৎনচিংবা উহৈশিংবু ফ্লাইয়িং ফোক্স অমদি য়োংমুশিংনা মবুক পেন্না চারগা নীকথদুনা, মশা থুদেক্তুনা লৈমায়দা চায়খায়রম্বা কয়া ঐখোয়না ঐখোয়গী খোঙচত্তুদা হেক হেক থেংনরকখি। ঙাইহাক ঙাইহাক অহীং মতেক মতেক য়াইরেক্তুনা লাকপা চীত্তাগোংগী জংগলগী শরূক লোইশিল্লকপদা ঐখোয়গী ব্রায়ারলেসতা পাউ ফংলম্মী "ঐখোয়গী খোঙচত্তু লিক ওইরে।" ঐখোয় খুদোংথীবা শোয়দনা নংলনি হায়বা খঙলম্মী। য়েক্লবদগী করম্না লাম্থোক্কদগে হায়বদু চোকশিন্না খন্নরবা, শেম শারবা মতূংদা ঐখোয়গী লান্মীশিংনা মখোয় তরুক, তরেৎ অমসুং নিপান্না শাবা পরেং অমমম ফুট কুন কুম্থাগী অরাপ্পদা চৎনরম্মী। ঐখোয়না বর্মা বোর্দর হেক লান্সিল্লকপদা নুমিৎ য়ুংবা মতুং পূং অমা তাখিরম্মী। মতমদুদা খঙহৌদনা ঐখোয়না লম্বী শেমদুনা চৎলিবা মফমদুগী মায়কৈ অহুম্মক্তগী ঐখোয় তম্না বর্মীজ লান্মীশিংনা নোংমৈ কাপশিল্লক্লম্মী। খঙহৌদনা নোংমৈ মখোল তাবদা ঐখোয় অমগা অমগা হুইশেলনা সিগনেল পীনদুনা মোংশোং মরক্তা পাকথনরম্মী। অদুগা ফীভম শেমদুনা য়েক্লবগী মায়কৈদা হন্দুনা নোংমৈ কাপশিল্লম্মী। মতম অদুদা খঙলে মখোয়না এটেক তৌরক্লিবসি য়্যু সেপনি। বর্মীজ আর্মীশিংনা উমংদা হৈশিংলবা য়োংশিংনা তৌবগুম মোংশোং মরক্তগী উশা অমদগী উশা অমদা চোং চোংদুনা ঐখোয়রোমদা নোংমৈ মরূশীং হৈথরক্লম্মী। ঐখোয়সু পাকথ পাকথ মখোয়না হুনগৎলকপদু ওক ওক্তুনা ফন য়াম্না হাৎলম্মী। উথক্তগী কাপথরকপদা নোংমৈ মরূশিংনা ঐখোয়গী লান্মীশিংবু ফনা য়াম্না হাৎখিরম্মী। লান্মীশিংদু সিভিল দ্রেস শেৎপসু য়াওই, মথক্তা লুংগি অমমমসু শেৎলি। মদু মখোয়না দ্রেস শেৎপা নংদদুনা তৌরিব্রা নৎত্রগা মখোয়গী চৎনবীরা খঙবা ঙম্লমদে। পূং অনীমুক ঐখোয়না তুংলোমদা খরা খরা হন্দোক্তুনা কাপ্প রম্মী। মখোয়গী য়াম্লবা লান্মী মরক্তা ঐখোয়গী অকক্লবা লান্মী মশীং খরতনা লাম্বা তৌবা ঙম্লোই । অদুনা ঐখোয় তুংদা ফনা য়াম্না হন্দোক্লবা মতূংদা নোংমৈ কাপ্পা লেপ্তুনা অতোপ্পা লম্বী অমা শেম্লগা নাম্থোরক্লম্মী। নুংশাগী মৈশাগা, কান্নুক্কী মৈখু মৈশাগনা ঐখোয়গী শকফম কাহৎলম্মী। থৌরাংবনা

খনাউ খ্রক খ্রক কংলম্মী। নাকন্দা য়াল্লিবা ঈশিং বোতলদগী ঈশিং থকপদা খনাউ শেগাক শেগাক শেগায়বগুম ফাওরম্মী। অসুম্না জংগল পরিংদা লাকপা খোঙচত্তু বর্মাগী বাউন্দরী লাম্থোক্তুনা মিজোরাম য়ৌশিল্লক্লম্মী। মতমদু ইঙা থাগী পানখৎলকপা মতম্নি। নুমিদাংগী পূং তরেৎ তাখিরম্মী। কপচেৎপী নোংনা অতিয়াদগী ঙাইহাক লৈতা নিংঙাই তৌবগী খাক লাউবা মখোল্লক্তা, অকনবা নুংশিৎলক্তা ঐখোয়না রেনকোৎ অমমম লীৎশিন্নদুনা ব্রাটর গ্রুপকী খোঙগ্রাও হোপ হোপ লাউবা অমমম শেত্তুনা ঐখোয়গী মিজোরামগী খোঙচত্তুগীদমক শেম শারম্মী। মতমদুদা নোংসু অতিয়াদগী নোংখোঙ ফুইনা অঙকপা শাফুগা লোয়ননা, ওলাংথাগী মৈশানা কাহৎলবা মালেমগী মৈশা পূম্নমক মুখুৎলগে মতাগুম চুথরক্লম্মী। জংগলগা ওইবগা অতিয়া মকোয় নোংনা খুমজিনখিবগা সুকসুনা মল্লম্মী। ঐখোয় মশেন অমগা অমগা উনরমদে। অদুনা টোর্চ লাইট অমগী মতেংনা ঐখোয়গী অহীংদুনা লেন্নবা মফম থিরম্মী। ব্রা অমদি লীনা পল্লোন শানা লোন্সিন্দুনা ফম্বাক শাবগুম তৌরবা মফম খরা থেংনরম্মী। মফমদুদা ঐখোয় নোং থূপ্তুনা অহীংদু লেল্লসি হায়না লেপ্লরম্মী। মফমশিংদুদা চাইনা চাইনা ঐখোয় লৈনরম্মী। চয়োম থোক্তুনা চাবা লোইরকপা মতমদুদা ঙসাইমখৈ চুরম্বা নোংশিংদুনা অতিয়াদা খুল্লম্বা নোংদুমশিংদু পূমতাক তাকহনখ্রমাল্লে। থব্রানমিচাক চবুন চবুন মমীৎ খৎনদুনা ঐখোয়গী ইতৌ য়েংনবা হৌরক্লম্মী।

— মফমসিদা ঐখোয় ঙাইহাক্তং পোথাসি। ঐখোয়গী লম্বীসি তুংলোমদনা শাংহৌরে। পম্পুং য়ৌরক্কদৌরে।

কেপটেন থোইবনা হায়রক্লম্মী, 'ঐখোয়গী লাম্মী খরনা কোভর পীরিঙৈদা ঐখোয় খর খর পোথাহৌসি।'

ঐখোয় ইকুই কুইদনা মফমদুদা তূমথনরম্মী। লাল্লক্তা তূম্বনি কয়াম কুইনবু তূমগনি। খঙহৌদনা উচেক্লা খোংবগুম্না খোংবা সিগনেল অমা ঐখোয়না তারম্মী। মদু থোইনা লাপ্তবা মফমদগীনি, ঐখোয়না পোথারিবা মফমদুগী অব্রাং ওইরপ্নি। ঐখোয় পূম্নমক ফীভম শেমদুনা লৈনরম্মী। হায়বগা তৌবগা নোংমৈ মখোন তারম্মী। য়েক্লবনা ঐখোয়বু কোয়শিনখ্রবরা ? ঐখোয়না মখোয়না পোজিসন লৌদুনা লৈরিবা মফমদু খঙনবা নোংমৈ মরু অমখক নোংমৈগী খোঞ্জেল লাক্লিবা অদোমদা কাপশিল্লম্মী। মতমদু অহীংগী

পৃং ১১ তারম্মী। খূদক্তুদা খঙলম্মী মখোয়গী এটেক্তু এল সেপতা তৌরকপনি। ঐখোয়গী মাঙগী লম্বী অমদি ওয়থংবা নাকন্দা কাগুপ থক্তুনা লান্দারকপনি। মখোয়দু ঐখোয়দা এতেক তৌরকপা য়াই হায়না খনবা শিফাইশিংদুনি। মফমদুদা পৃং অনীরোম অমুক নোংমৈ কাপ্লবদা ঐখোয়গী লাম্মী তোরা তুনা শিরম্মী। মশীং য়াম্বা, খূৎলাই ফবা হেনবা আর্মীশিংদুগা মতম শাংনা মায়য়োক্ল বা অফবা ওইরোই, অদুনা ঐখোয়না তুং হন্না হন্না লম্বা তৌবনি। মখোয়না ঐখোয়বু তকশিল্লকখিবনি। কাইনথংদা লোকচপ অমা ঐখোয়গী তুংথংবা শরুক্তা থক্তুনা লৈরম্বদু খঙদুনা ঐখোয় নোংমৈ কাপ্পা লেপ্তুনা থৌরী লোনবগুম লোল্লবা লী অমদি ব্রাশিংগী মরক্তা পাকথ পাকথদুনা লৈরায়দা হৌবা উরীদা য়ান য়ান্দুনা লোকচপ্তুদা কুমথরম্মী। অসুম্না অমম্বা মরক্তা খোঙলৈ থুনা ঐখোয় লোকচপ্তু লাম্হোক্লম্মী। ঐখোয় কদায় য়ৌরবগে হায়বা ফাওবা খঙলমদে। মেপ পুথোক্তুনা য়েংনবা মতম ফাওবা ফংলমদে। তুংদগী শিফাইশিংনা তান্নরকপা য়াই, নৎত্রবসু মাঙলোমদা অনৌবা অমা অমুক ঐখোয়বু থক্তুনা লৈরম্বা য়াই। অসুম্না ঐখোয়না থেংখাঙ অনীরক খূদোং থীবা নংলবা মতৃংদা নোংমা ইথা থাজদনা ইঙাগী থাশি ময়াদা তুরেল অমা থেংনরম্মী। তুরেন্দগী ঈশিং শোক্তুনা মায়-মিৎ তাবা খোঙখূৎ হাম্বনচিংবা তৌরম্মী। অদুগা মফমদুদা তোর্ব্বান্দা ঙাইহাক পোত্থাবা ওইনা টোর্চ কাপ্তুনা মেপ্তু য়েংলম্মী। খঙলে চেল্লিবা তুরেলদু ককচীং তুরেলনি। ঐখোয় নুংশাশ্বর চনীং তানা হোম্বনরম্মী। হরাওমনবনা ঐখোয় অমগা অমগা চেৎনা কোন্সিন্নরম্মী। নুংশিরবী পোক্লফম লমদমগী মতম্বাক্তা খোঙ থাজবা ফংবদু নুমিৎ চূপ্পা অমা চেন-চোংদুনা শান্নরুরগ ব্রারক্লবা মতমদা অপোকপী ইমানা চেৎনা কোন্সিনবীদুনা খোম্লাং মাইয়োক্লবীবগুম ঐখোয়গী থম্মোয়দা অপেনবা লৈতাবা ফংজরম্মী। অমুক্তা উখিদ্রিবা অনৌবা সুক্ষ্মৎপা লমদম অমগুম কোয়চৎ চক্তুনা মহাক্কী শক্তমবু য়েংজনীংলম্মী অদুবু কদায় সুক সুনা মল্লবা অহীংগী ফীজংনা খঞ্জিনবীখিবনা উজবা ফংলমদে। সনা মচুগী অপীক অপীকপা তন্দনশিংনা চবুন চবুন পাইদুনা ঐখোয়গী লম্বী তাক্কে হোৎনবদুসু অরেম্বা তারম্মী। ঐখোয়গী মাঙমক্তদা ঈমাই চোন্নীং চোন্নীং অকনবা ঈরৈগা লোয়ননা ব্রা-ব্রা চেম্থরিবা তুরেলগী ঈরাওখোন্না মফমদুদা ঐখোয় পম্থরগনু হায়রিবগুম খল্লম্মী। খুদোংথীবা পুন্সিগী পাউজেল অমা পুরিবগুম তোর্ব্বান থক থক

নীকহনবমখৈ চেন্থরম্মী। মতমদু অহীং পূং ১২ চপ চানা তারম্মী। মফমদুদা ঐখোয় পন্থৱা য়ারমদে । ঐখোয়গী খোঙচৎ লিক ওইখ্রবনি। ৱায়ারলেসকা ৱায়ারলেসকা তৌদুনা মফম মফমদা থৎলম্বা য়াই। ঐখোয়গী খোঙচৎ মখা তানা চৎথরম্মী। মতমদুদা ঐখোয়না কাউবা লৈতনা নীংশিংলিবদি হৌজ থেংখাং অনীথোক্লা থেংনবা লানফমদা থৱায় কৎখ্রবা ঐখোয়গী লাম্মী য়াংখৈদুনি। লানফম অমা হকথেংনবদা মায়থীবা নৎত্রগা মায়পাকপা য়াই অদুবু লানফমদা থৱায় কৎপা হায়বসে লানমী অমগীদি মথৌ পাঙথোক্লবনি। শরি পন্দোল লোম্নদুনা, পস্থুং তান্না চৎমিন্নসি হায়না খোঙশানমিন্নরকপা মখোয়না পস্থুং য়ৌদ্রিঙৈ লমখাঙদা পুন্সি লোমখ্রবদা মখোয়বু মরূপ অমনি খোঙলোয় অমনি হায়দুনা হন্না ফাওবা য়েংলম্বা ঙমদনা সুক্লবা জংগলদুদা লংথোক্নুনা থনম্বদু, মশাগী ঈখেংলক্তা লুপফেৎ লুপফেৎ তাউহৌবশিংদু ঐগী ৱাখলগী মীৎমাঙদা ময়েক শেংনা চোংথোরকপদা ঐগী থম্মোয় শোক্লম্মী। মখোয় মখোয়গী অপোকপা মমা-মপাশিংনা, মচে মচন, মমীন মনাওশিংনা মখোয়গী লম্বী য়েংদুনা লাঙতক্লনা ঙাইজরমগনি। মমা ওইবীন মচাবু ঈ মতৃমদগী চাউনবা য়োকচরকপদা ফৌ শংবাই অমা ঙা তুঙ্গোল অমন চাউহল্লকপা নত্তে। মখোয়গী ফীজিগী লনশিংনা অসুম্না অশি ফমুংদা য়াতাংব্রে হায়বসে মখোয়দি খঙলম্লোইদো। থৱায়না পোম্থা ওইখ্রবা ঐখোয়গী মরূপশিংগী অমাঙ অতোঙগী ৱাখল খল্লিঙৈ খঙহৌদনা নঙগী ৱাফম অমখক নীংশিংলক্লম্মী। অশংবী, নোংমা নঙনা হায়খি "মালেমগী লৈমায়সে হৌজিক য়াম্না পীকশিল্লক্লবনি। অচৌবা ইমুং অমা ওইরবনি। ঐগী ঐগী হায়দুনা শম্বল খাজিন্নবগী, ওইজ তানবগী য়োৎলি তরা তিংনবগী লানফমনা মাঙহল্লিকনা চুমদ্রবনি।" ঐসু খঙই নঙনা হায়খিবদো অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোন্নি। মীওইবগী অমত্তা ওইনা নুংশিবগী লীপুন্না পুঞ্জনীংবনি। নঙ নীংশিংলিব্রা নঙনা হায়খিবদো।

— অদুবু ইশা ইশাগী শক্তমদি ঙাক্নুনা লৈফম থোকই। লৈসু লৈনরি। শংগোল অমদা ষন মখল মখল থম্বদা হরাওনা শাবলগী শজিক চামিন্নরি। মখোয় অদুবু অরাংবী, অঙৌবী, অমুবী, অঙাঙবীনচিংবা মমিংশিং থোন্দুনা মশক তাক্লিবদুগুম্বনি।

নুমিত্তুদা ঐনা হায়খিবদো পুকচেল পীকপা নাম্মতা য়েংবগী ৱাফম নত্তে। মালেমগী লৈমায়থকসিদা লৈরিবা মীওইবা কৌবা ফূরূপসিদা

চাওখৎপগী খমথেংলবা মতমসিদসু মীশিংনা মখোয়গী হৌরকফম অমদি মশাগী শক্তম্বু, চ্যেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা থম্নরি। করাম চাওবা, শক্তি লৈবশিংগী খূবাম্নুংদগী মশাবু কঞ্জনবা লানফমশিং তত্তনা থেংনরি। মসি তৌফম থোকপা থৌদাংনি। ইজ্জৎকীদমক্কি। মী অমা ওইবগী চাউথোকচবা নাপল অদুগীদমক্কি। মীখা থাবা খুনাই অমবু কনানা মী ওইনা শীংথাবীবগে ? ইকাইখুম্নবীবগে ? ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্বা পুব্রারী য়েংলগা ঐখোয়না ঙসি চাউথোকচরি, মখোয়গী খোঙগুল লীনবা হোৎনরি। মালেমদা নুমিৎ তাবা লৈতে হায়নবা বৃটিশকী মখূত্তা ভারতকুম্বা অচৌবা লৈবাক অমনা চহী চনী খরা হেন্না মীখা পোন্না লৈরকপা মতমদা পীল্লবা ঐখোয়গী ইরমদম অসিমদি চহী য়াংখৈমুক্কী মতম ওইখি। অসিগুম্বা মতমসিদা মখোয়না কাউবা ঙমখিদে পীল্লবসু মহূ ময়াই চাউরবী লমদমসিগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা মচাশিং, ইংগ্লো মণিপুরী ব্রার অমসুং নুপী লান্না খূদম ওইরি। লমদমসিগী অথৌবশিংনা মমালৈবাক্কী নীংতম্বগা মশাগী ঈগা শিন্নগে হোৎনজখিবদু সনাগী ময়েক্লা ওসিসু ইরি, ফৃরূপ অসিনা হিংলিবমখৈ ইদুনা লৈহৌখিগনি।

ককচীং তুরেলদু মরূপ থোইবনা থৌরী অমা তোর্ব্বান্দা হৌবা উপাল লমদা কাখৎতুনা উদুগী মশাদা পুন্সিল্লম্মী অদুগা থৌরীদুগী অতোপ্পা মতোন্দু মখ্বাঙদা পুন্সিল্লগা ঈরোইদুনা লান্থোকখিবদু য়েংবদা অঙকপা কুম্মৈ ওইরম্মী। মহাক্তি শান্নরোয়নি। পীল্লিঙৈদগী হৌনা ইম্ফাল তুরেল মপান্দা তাবা খুলদগী হৌরকপনিনা ঈরোইবা হায়বসে মনাৎ ওইরবনি। কল্লবা নোংজুথাগী ঈশিং ঈচেল্লক্তা মহাক্লা মফমদুদা নোংমৈ অমদি মেগজিন মনমদা পোরদুনা, ঈরোইদুনা লান্থোকখিবদু চাউ শাংলবা দোলফিন অমনা মমৈ মশাইগুপ হাইরদুনা কাইদা কাইদা ঈশিংদা শান্নবগুম্মী। উনা উনা তুরেলদু লান্থোকখিদুনা অসোম থংবা তোর্ব্বান য়ৌখিরম্মী। মখ্বাঙদা পুল্লিবা থৌরীদুগী অতোপ্পা মতোন্দু ঈশিংদগী তোর্ব্বান্দা কাখৎলগা লৌথোক্তুনা অসোম থংবা তোর্ব্বান্দা হৌবা হৈবোং পাম্বী অমদা পুন্সিল্লম্মী। অদুগা নোংমৈ শীংলদুনা য়েক্লবা কনা লাকপগে ঙাইদুনা লৈখিরম্মী। ঐনা সোমথংবা তোর্ব্বানগী কোভর পীরম্মী। ঐনা মরূপ চীংলেন অমদি লানমী অতৈদু মথং মথং থৌরীদুদা মখূৎ নাম্মা নাম্মা পায়নরগা মনমদা নম্বো থাবো পোনদুনা, মখোঙ অনীনা ঈশিংদা কাওদুনা মখূৎনা থৌরীদা পায়দুনা লান্থোকখিবা লোইরবা মতুংদা ঐহাকসু তুরেল অদু লান্থোক্লম্মী। অসুম্না তুরেল লাল্লবা মতূংদা ঐখোয় খুল্লক্তা

চঙদুনা জীপসি অমগা বাইক অমগা ইম্ফাল্লোমদা চৎকদবা ঐখোয় মী তরানিথোইগীদমক ব্বায়রম্মী। অতৈদি অনকপা ব্বাবগাই, হীয়াঙলম, কোম্লাখোং, লফূপাৎ তেরা, কুশ্বী অমদি মোইরাংদগীনি। মফমদুদগী চাইখাইনরদুনা মখোয় খোঙনা চীংয়া তময়া, লবুক লম্ফাং ফাওদুনা অশম্বা লম্বীদা ময়ূম মায়কৈ পাংনখিরম্মী। বাইক্তু ঐনা থৌরগা চীংলেন্না মনীংদা তোংলম্মী। কেপ্তেন থোইবনা জীপসিদা য়াওরম্মী। ঐখোয়না সুক্লবা অহীংগী অমম্বদা ককচীংদগী থোরকপনা কুশ্বী হাওতক য়ৌরকপদা লম্বীগী গোলায় অমদগী চ্যেকমুক লাউদনা লুমদুনা লৈরম্বা আর্মীশিংনা লাউরকই 'রুকো রুকো' খংপ্রেক খংনা লব্বাইগী শম চপ চপ য়ুংলম্মী। থম্মোয়গী মিহুন খোঙজেল য়াঙখৎলম্মী। ঐখোয়গী জীপসিদুনা ঐখোয়গী তুংদা ফুট কুনমুক্কি অরাপ্পদা ইন্নরক্লিবনি । ঐগী গারীগী খোঙজেন লকক তৌখিমাল্লে। "ইতনি দের রাতমে কহা জা রহেহো তুমলোগ" অদুগা গাড়ীগী হেন্দল পায়রিবা খূৎনাম্মগী খূদাংদা মমাঙ ইথং থংনা লেপ্লিবা আর্মীদুনা পায়খিরম্মী । করি তৌশিগে হায়না অমম্বদা সেকেন্দ খরা খল্লম্মী। মখোয়গী মখূৎ চনখ্রবদি খূদিংমক তুম্না মাঙ তাক্লে। ঐনা থোক্লগদবা খুদোংথীবা অদুদগী কনবীনবা শেম্বীবা মপুবু খুরুমজরম্মী। মরক্তুদা নোংথাঙমুক য়াঙনা ব্বাখল অমা লাক্লম্মী। ফমজিনখিগদবগুম তৌরবা হকচাংগী ঈ-শিংবু চাইখায়হল্লদুনা, শিংলী নাউরী খূদিং মথৌ তৌহল্লদুনা ঐনা ঙমজবী থাদুনা তুংদা লাক্লিবা জীপসিদু তানবা লাউরম্মী "য়েক্লবা লৈরে গারী খাম্মো।" অদুগা নোংথাঙমুক য়াঙনা ঐনা থৌরিবা বাইক্কী ষ্টার্ট মুখত্তনা ফার্ষ্ট গিয়ারদা কাওরগা গারীগী হেদ লাইত্তুনা আর্মীশিংগী মমীৎ থকহনবগা লোয়ননা মখোয়গী লৈফম তুংদা লাক্লিবা ঐখোয়গী আর্মীশিংদা তাক্লম্লগা মমায় খংলৈ লৈরক্তুনা গাড়ীদু তুংদা মতেক খর হল্লগা ইন্থুরম্মী। চীংলেন ঐখোয়নিমক চোংথোক্তুনা লম্বীগী নাকন্দা লৈরিবা লৌবুক্তুদা খোঙলৈ থুনা পাকথরম্মী। মতমদুদা মখোয়না নোংমৈ কাপ্পক্লম্মী। ঐখোয়দি নোংমৈ অমত্তা কাপ্লমদে পাকথ পাকথদুনা লৌবুক্লোমদা ঐখোয়গী লাম্নীশিং চেন্থরক্লম্মী। মতমদু থাশি ময়া ওইবনা লৌবুক লম্ফাং পূম্নমক অমম্বগী অমুবা ফীজোল শেৎলম্মী। সুক সুনা মম্লবা অমংবা নোংগী মপৈনা অতিয়া মকোয়সু খুমজিনখ্রে অদুনা থব্বানমিচাক্কী মমিসু উরমদে। নোংপুবা অঙৈংবা নুংশিৎনা তাকখি ঙাইহাক্কী তুংদা নোংসু চুথরক্লনি। মদুমক্লা ঐখোয়গী পাম্বৈ ওইখিবনি। অমম্বা মরক্তা ব্বাং চাউনা হৌরিবা উপাল

ব্রাপালশিংনা লাইমুগুম মঙক থাংগৎলদুনা ঐখোয়গী খোঙচত্তুবু য়েংখি। ঐখোয়দা লান্দারক্লিবা আমীশিংগী মায়কৈ সলাই খঙদনা কাপ্পা নোংমৈগী মখোলশিংনা মায়কৈ মরি নিল্লম্মী। পাকথদুনা লিন্না তৌবগুম পুক্লা শীৎ শীত্তুনা চৎনরিবা ঐখোয়গী কোক্তোন লান্না নোংমৈ মরুশিংনা হুইস হুইস পাইখিবসু য়াওই। ফনা লাপ্পা চৎলবা মতূংদা শীত্তুনা চৎলম্বদগী হৌগত্তুনা পাকথ-পাকথ কন্না চেনবা হৌনরম্মী। মতম অদুফাওবা মখোয়দি মায়কৈ সলাই খঙদনা নোংমৈ কাপহৌরি। ঐখোয়না মথং মথং লাম্থোরকপনা লফুপাৎ তেরা য়ৌরকপা মতমদা নোংমৈ মখোন লেপখিরম্মী। মখোয় ঐখোয়বু তান্নরকপা তৌখিদে। মম্বগী মথক্তা ঐখোয়গী অকক্লবা লান্মী মশীং খঙদবগা ঐখোয়না নাম্থোকখিবা মায়কৈ খঙহৌদবগনা মখোয়বু খৌতক চাহল্লম্বা য়াই। মীওইবা হায়বসে খুদোংথীববু মাইয়োক্লনীংবা কনাসু লৈতে। লফূপাৎ তেরাগী পাৎ য়ৌবদা পাৎয়ায়দা তাউরিবা ফুমদি মথক্তুদা ঐখোয়না খোঙ হেক থাংথজবদা অঙ্গংবা লমজাউ নুংশিৎনা ঐখোয়গী পূক্লিং হকচাংগী অৱা অনা খূদিংবু মূথৎলগে মতাগুম হু হু হুন্নক্লম্মী। কৌজেং হারৌ, হঙোই, অমদি পাৎয়াইগী উথুমশিংনা নখোয়গীদমক ঐখোয় লৈরি হায়বগুম খোম্থাং য়েনা খোংনরক্লম্মী। ঐখোয় খূদিংমক নুংশাশ্বর চনীং তানা হোম্থনজদুনা ঐখোয়গী মীশিংবু মমিং কৌ কৌদুনা মশীং সুরব্রা য়েংনরম্মী। লাইবক ফদুনা ঐখোয় কনা অমত্তা অশোয় অঙাম য়াওদনা মফমদুদা পূল্লম্মী।

— লান্মীদি লানফমদা খঙই হায়বদু অশেংবনি। ঐখোয়গী লেফটনেন্ট অমসুং সেকেন্দ লেফটনেন্ট অনীনা ঙসিগী ঐখোয়গী খুদোং থীবা অমা নাম্থোকহনবীগ্রে।

কেপটেন থোইবনা চীংলেন ঐখোয় অনীগী খূৎ শোক্লম্মী।

— "খূদিংমক মপু মানা তম্বনি।" ঐনা হায়রম্মী। ঐখোয় খূদিংমক্কী থম্মোয়না শকউদবা মাবু তৌবীমল খঙবা ফোঙদোক্তুনা খুরুমজরম্মী। অচুম্বগী মায়কৈদা মহাক্লা মতম পূম্বদা লৈ। মতমপূম্বদা অচুম্বা লম্বীদা চৎনবা শেম শাগে হায়না ঐগী পূক্লিংদা লেপ্লম্মী।

পাৎমীশিংনা ঙা ফাবদা শীজিন্নবা ফূমদি মচেৎশিংদা য়ুংদুনা লৈরিবা চৈঙাকশিংদু শীজিন্নদুনা ফুমদি অমদা ঐখোয় মী অহুম মরী, অহুম মরি তোংদুনা কংফাল্লোমদা হোঙ্জিল্লম্মী। মফমদুদা লৈতানা লৈবা য়াবা নত্তে। য়েক্লবনা তুংদা তান্নরকপসু য়াই, কনানা খঙনি। পাৎশঙশিংদা থাউমৈগী মঙালশিং

লাপ্লা লৈবদু উদুনা ঐখোয়না মখোয়বু কৌরম্মী। অদুগা ঐখোয়বু হিদা কংফাল তান্না থিলহল্লম্মী। কংফাল য়ৌরবদা ঐখোয়না ঐখোয়গী সেলটরদা লৈনবা খন্নরম্মী। মতমদুদা অয়ুক্কী পুং অহুম তাখিরম্মী। ঙসাইমখৈ মংলম্বা নোংদুমশিংদুসু নুংশিৎনা হুমদোকখ্রমাল্লে অতিয়া তশেং তশেংলম্মী। কুফেৎ কাফেৎপী থব্রানমিচাকশিংগী মরক্তা তোমথিন ঙানবী শজীক্লা লৈজবা মতীক ময়াই পুথোক্লদুনা ঐখোয়গী লম্বী তাকপা হৌরম্মী।

মতম কুইনগী তুংদা পোক্লফম লমদমদা খোঙ থাজবা ফংবদা খোঙদগী তোন ফাওবা তু চুংখি । খঙহৌদনা ইম্ফাল সহর য়ৌরক্লম্মী । ঐখোয়গী পোৎয়োম নম্বো খূদিংমক ঐখোয়গী সেলটর লৌরিবা য়ূমদুদা থনম্লগা চাইনিজমেদ নাইন এম.এম.গী পিষ্টোল অমমম শাগোন্নদুনা ঐখোয় মীচম শাদুনা লাকখিবনি। থোইবগা চীংলেনগসু মতম কুইনা থাদোক্লুরবা ময়ূম ময়ূমদা চৎনখিরম্মী। অতৈসু ময়ুমদা চৎনখ্রে। লম্বী চৎনা চৎনা ইম্ফাল সহরগী হোংলল্লিবা মওংশিংদু য়েংনা য়েংনা ঐনা ৱাখল খনখি । মতমদু ঐহাক পাউনা রোদতা ঐখোয় হোটেলগী সরকলোমদা মমায় ওন্সিন্দুনা থারিবা চৌক্রি অমদ ফমদুনা শঙ্গোম থকখি, ঐখোয়' খুন্দা চেনবা বসকী মতম ঙাইবা ওইনা ঐগী ৱাখল লীশাং থাদোকখি । মায়কৈ মরিমক্তা ফূরা দলানগী মতোলনা ইথন থল্লম্লে । লম্বী সরক পাকথোক চাউথোকলম্লে । মসিমক্লা চাওখৎপা হায়বদু ওইরব্রা । নত্তে নত্তে খূদিংমক লাং থাক্লিবনি । মীনাই নাইথাঙ চেৎশিনহনবনি । ঐখোয়গী ওইখিদ্রবা মীতোপকী ফূরিৎখাউদা চঙখ্রবা শেল থুমগী ফীভম, লৈঙাক শাসন, মীতোপকী থৌজালতবু ঐখোয়না ঙাইদুনা লৈরবা, মরাই চায়থরক্লবা লমদমসিগী মীওইশিংগী পুন্সি, অকূৎপদা লৈতৌবা অতোঙবদা লৈথোনবা, অতোন অতাশিংগী ঈরিক্তগী সুম্লগা মশীং হেনগৎহল্লিবা ফূরা দলান, ঈঞ্জিন মেচিন নৎত্রবদবু চ্যোক নূং শূবী, ফিজেং মোৎপী, পুক্কী লান্দা ইজৎপু মমল তীক্লদুনা য়োম্থোক্লবী অমদি চাবা থকপা ফংদনা খ্রে খ্রে লাউবা নুংশাশ্বরতনা হিংনবগী লম্বীদা ৱানা চিংলিবা, উকক ৱাকক নূংদুম্মা হেন্না মমল ৱাংলক্লবা কংলৈচাশিং অসি লৈরমখিগদ্রা ? অদুগা অমরোমদা লৈবাকসিগী চূপ্লি পায়রিবা শক্তি পায়রিবশিংনা তীনফা কাকফেগুম নপুনা মীচমশিংগী মশাদগী ঈখেং থক্লি । ঈখেংতনা মখোয়গী পুন্সি ওইরি । হিংনবগী লানফমদা চ্যোক নূং শূদুনা লাম্থেংনরিবী অহল ওইরক্লবীশিংবু উরুরগা খঙহৌদনা ইমাবু নীংশিংলক্লম্মী । করম্না লেল্লমগনি মচা কায়না

মৈচাক্লা চাক্লবী মহাক্তি ? লৈত লায়রগী মৈখু লাংবদা কায়না মৈচাক খাঙবদা ঙমদ্রদুনা অরোইবা শ্বর হোল্লম্লগদ্রা ? ইমাবু থুনা উনিংলম্মী । লম্বীদা চৎলিবী ইনখৎলকপী শানৌশিংবু উরুরগা নঙগী ব্রাখল লাকখি । শক্তমদুবু শাগৎনবা হোৎনজখি । ঐগী শকসে ফজনা ওনখ্রে। খদাং, নাতোনশূমাং অমদি চূবাগী কোইশিংসিনা ঐ ইশামকপুসু ইশাগী শক্তমদুবু কাউহল্লক্লে । নঙদি ঐবু শক খঙবা ঙমখিগদ্রা ? অমম্বা লম্বীদা ঐগী খূজেং পায়দুনা লম্বী তাকপীখিবী, ঐগী পুম্সিগী মথোৎ কারকপগী শৈরোল শৈখুমখিবী, থম্মোয় ঈপাক্কী লৈনুংশি নঙদি করম লেল্লিগবা চান্নবী ? ঐগী মাইকৈ য়েংনা য়েংনা চোকথরবী মীৎম্লাদগী তুমিন শিম্থুরমগনি পিগী ঈফুৎশিং । ঐগী পুম্সিনা লৈরিবমখৈ লমন শীংঙম্লরোইদবা পিরিক কয়া অহীংগী মমৈদা ঐগীদমক অরেম্বদা মাঙহনবীরমগনি । ঙসিদি ঐ অমুক লাক্লবনি ননাক্তা । নঙগী লমজিং মখাদা ঐগী আশাগী ফূরা মতোল লোম্না শাগৎচগেকো ।

মথংগী মীৎকুপ্তা থৌদোক অমা থোকখি । ফিএটকী শাংলবা হোর্ন অমনা ঐবু মঙফাওনহনখি । নীংশিংলিব্রা জুন তাং ২১, ১৯৮৯ নঙনা আর্মিগী কম্মান্দেন্ট সুরেন্দ্রগা ফিএত্তুগী মনুংদা হকচাং ঙাথু থেংথুননা ফম্মিন্নখিবদো ? ঙসিসু য়াওরি ঐগী অমনবা দাইরীদা অঙাঙবা মচুনা ইরবা জুন তাং ২১ । নুমিত্তো নঙনদি ঐবু উখিদে । ঐদি ঙকখি মঙগুম্লসু থোকখি থাজবা ঙমখিদে। কনাগুম্বী শকমান্নবীরা হায়নসু খনখি । মতমগী ঈরাং ফিজেৎ চাকচাবু শীংনখিবী নঙনা নুমিত্তুদা ওইখিবা মতৌদো । কাংচেৎ মচুগী খূনিং ব্রাংবী পেন্সিল শূ অমা তোংখি, নেভি ব্লু জিনগী খোঙগ্রাউ মতোনখূবী অমা শেৎখি মপূং ফারবী শাবান্দা ঙাঙলৈনবা মচুগী ফুরিৎ খূদাংচোনবী অমা লীৎখি। মাইথোংদুবুদি থোইনা য়েক লাকখিদে। চীনবান্দুতংদি লিপষ্টীক্কী মচু হাজিন্না তাখি । ফিএত্তু ঐগী মাঙমক্তদা খামখি অদুগা নঙনা চহী নিফুমুক্কী ময়াদা লৈরবা ব্রাং চাউনা চূংফীরাল চাবা, নাতোন শূমাংদা কোই দারী অমা খাকপা, মশক ফজবা কম্মান্দেন্টতুগা লেংমান্ননা প্রতাপ টোকিজগী বেলকোনীগী থাকলোমদা কাখৎখি । তশেংনমক ঐঙোন্দদি অকিবগী মশক লৌরবা মঙ অমনি মীৎকুপ্তো । খদাংগী শম্বু অমদি মীৎনা নোকপী মীনোক্তুমক নৎলমদ্রবদি ঐনা নঙবু খঙবা ঙম্লম্লোই ।

— 'নঙবু ঐগী অদুঙেগী অশংবীদুনিকো । তেল্লবা চহী তরুক খক্কী মনুংদা অসুক য়াম্না হোংলম্লবা । থম্মোয় ঈপাক্কী থরো অশংবীদুদি কংফালদা লৈশাৎ তম্লম্লবা, লৈকং থরো ওইরম্লবা ! মদুমক নঙগী অপাম্বরা ? ঐমক্কী মাইয়োক্তা লেপ্তুনা নীংতম লাম্মীগা শীংনদুনা তোৎশিন য়াম্নিন্নবা ঈগী লাম্থেংদা নশাগী অশেংবা শক্তম ওম্থোক্তুনা খুনাইসিগী ঈহৌ লৈখা তারক্লবা হোৎনবদা নঙসু থৌদাং য়াবী অমা ওইরবরা ? ঐ অসে কয়াদা নুপা থোকত্রবা মীশক্লো । নঙবু করিগীদমক মীৎকৃপসিদা কাপখায়হৌদ্রিবনো ? তীন চঙলবা লৈপাল অমগীদমক অপোম্বী লীশিং লীশিংনা শাৎকাইঙমদনা মাঙখিগদৌরিবসি অসুম্মক য়েংদুনা লেম্থোকপা তারব্রা ? ওইথোক্তবনি । ঐ নুপা অমনি। থম্মোয় অসিসু মৈ ঈক্লবা থৌদু নুং ওইহল্লবনি । নুংশিবগী লৈরাং পরেং ইখূৎমক্লা থদৎকনি অদুগা থম্মোয়সিদগী তীল চঙলবা লৈপাল নঙবু ফ্ক্তোক্তুনা লাপ্না লংথোকখিগনি ।' খা ক্রক ক্রক চীক্লা ইথন্ত ব্রারেপচরম্মী অশাওবগী, কল্লক খম্বনবগী মৈরীনা লুতোন য়ৌনা চাকখৎখিবনা তাইবংপানবা অসিগী পোৎ অমত্তসু ঐনা উবা ফংলমদে ।

১২

নোংজুথানি। লেপ্তুনা চুরকপা নোংগী অঙকপা কুম্মেনা ঙাইহাক্তংগী মনূংদা ইম্ফাল তুরেলগী ঈমাই চোল্লম্মী। খুদোং থীনিংঙাই ওইবা থাক্তা য়ৌখিরম্মী। অকনবা ঈচেলগী শাফূনা য়েবদা তোর্ব্বান্দা হৌবা হৈবোং পাম্বী অমসু মরূ ফূকপদা নত্তনা ঈরৈনা চেন্থদুনা ঈশিংদা মশা পূন্বা লূপ্তুনা লৈরম্মী। ব্রা ব্রা চেন্থরকপা ঈচেলদা হৈবোং পাম্বীগী মনা অমদি মশাশিংনা থংপদুদা ঈচেলদা অপনবা পীবা অদুনা জপ জপ লাউনা অহৌবা মখোল অমা থোকহল্লি। নোং হাংখিবদা ঙায়রি মৈসু লাক্তে। মাইকৈ মরিমক্তা অমম্বগী থীরবা মুরবা শক্তম্না ময়া লাওনা কাথোক্তুনা মহৌশাগী শক্লোন পূন্নমক য়োৎলগে মতাগুম ঙাইরম্মী। তোর্ব্বান্দা তাবা য়ূমশিংসু ঙম্না তূমখুন তান্নখিরম্মী। থেঙত্রে মতমদো। অথাপ্পদা হূইশিংনা তেংথা নাওইরম্মী, অমম্বা অহীংদুনা মিপাইহল্লমাল্লে। কৌজেং হারৌ খরদি মখোয় লৈরি হায়বা তাকপগুম মতীক মথৌনা পুথোক্লদুনা খোংলম্মী চীক্লবা অহীংদুদা। থৌজাল হৈরবী মহৌশানা মীওইবগীদমক ব্রারদুনা অহাঙবদা সনা মচুগী তন্দন খূবাম খূবাম চাইথোরক্লম্মী। অতিয়াদগী থব্রান লৈরাংশিংনা তগুপ তরেং চাইথরকপগুম পীক্লবা তন্দনশিংগী কুফেৎ কাফেৎপা মঙালনা অমম্বগী ফীরুক হাংদোক্কে তেমশীংলম্মী। নুমিত্তু থোইবগা ইবান্নি খোংমন্দা মিটিং অমা য়াওরুবদগী হল্লকপনি। শীংজম্মে লানথোক্লগা ইম্ফাল তুরেল তোর্ব্বান্দা সাইকল থৌরক্লম্মী। মাগী ময়ূম বামোন লৈকাইদনি।

— "মখোয়না হেক হেক পূনবা মফমদু খঙদোক্লবা হান্না হোৎনসি।" থোইবনা অচীকপা থুগাইরকই।

— চেক্কোন্দনি হায়বদি খঙলে। অকক্লবা য়ূমদুমদি খঙবা ঙমদ্রি। ঙসি হয়েংসিদা খঙবা য়াই, ঐখোয়গী পাউমীনা কন্না হোৎনরি।

— মদু খঙলবা মতূংদা ঐখোয়না করম্না এটেক তৌগদগে হায়বদু লেপ্লবা তাই।

— হন্দক্তি মখোয় ঐখোয়গী খূত্তগী নাম্থোক্তুনা চেনফম লৈত্রবনি ।

— অহানবদা মখোয় খূৎলাইগা কোন্ননা ঐখোয়দা চণ্ডজরক্লবা হায়গদবনি য়াদ্রগনা য়াদবগী থোকপা । তৌবদি য়াম্না চ্যেকশিন্না পাউশিংসি লিক ওইদনবা হোৎনবা তাই ।

— অদুদা ঐনা চিংনবা অমা লৈরে ।

— করিনো ?

— অনৌবা চণ্ডলক্লিবা নহাশিংসে ঐখোয়না চ্যেকশিনবা তাই ।

— মদু চুম্মী । অনৌবা লাম্মী খূদিংমক্তা ঐখোয়না মীৎ থম্ফম থোকই । মখোয়বু তরাই তরাই থাজবা হায়বসে অরুবা ৱাফম্নি ।

— ঐখোয়গী থৌরাং খূদিংমক অরোনবা ওইনা থম্লি ।

— ঐখোয়গী অনৌবা পাউমীনা পীরিবা পাউ খূদিংমকসি খেংনবকান্দা মহাক্কী মরমদা করি খনবগে ?

— 'মহাক্কী তোপ তোপ্পা হৈশিংবা অমা লৈ হায়না খল্লী । পুকচেল শেংবসু মাল্লি । পাউমী হায়বসে খ্বাইদগী হেন্না মরূ ওইবা অমনি ।' ফূরিৎখাউদগী টোর্চ লৌথোক্তুনা ঐনা খূদাং ঘরীদা কাপশিল্লম্মী । অহীংগী পূং অমা তাখ্রে । ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা থোইবগা ঐগগী কন্না ওৎলকপা সাইকল খোঙনেৎ চপ চপ লেপ্পরম্মী । হৌনরুবা তৌদনা ঐখোয় অনীমক সাইকলদগী ফন ফন চোংথনরম্মী । থৌদোক অদু অসুক্কী মতিক থুখি ইশামক ফাওবা খঙহৌরমদে । ঐখোয়গী সাইকল অওম্বা তুরেল মপানগী লৈতোঙ অমগী মরুমদা ইন্থুদুনা লৈরম্লে অদুগা ঐখোয় অনীনা তোৰ্ব্বানগী মোংশোংদা উপ্রাক্লা উপ্তুনা লৈরম্লে । শ্বর পীক্লা হোন্দুনা থম্মোয়গী খোঙজেল য়াঙনা হুল্লিবা মিহুন ফাজিন্দুনা মিনিট অমা অনী লৈখিবদু ঐখোয়গী লম্বীদা শাল্লবা মঙাল অমা পাইশিল্লকপদনি । লোয়নননা ঐখোয়গী থম্মোয়গী মিহুল খোঙজেলবু নম্বাত্তুনা পেট্রোলিং চৎপা আর্মিগী গারী অনী অহুম তোৰ্ব্বানগী লৈমায় থক থক নীকহনবমখৈ থৌরক্লম্মী । ঐখোয়বু উদি উখিদ্রমাল্লে । গারীশিংদু ঐখোয়গী মপা লাম্থোকখ্রে । ঐখোয়না ফুক ফুক হৌগৎনদুনা অথাপ্পদা থৌথ্রিবা গারীশিংদুবু য়েংলম্মী লোয়নননা গারী অতেসু মতুং

ইন্নরক্লিব্রা হায়না য়েংলম্মী। অওম্বা তোর্বান্দা ইন্থখ্রিবা সাইকলদু অমম্বদা মাদুনা ইনখৎকে হোৎনবদা মওায়রি খোঞ্জেল অমা তারম্মী। থোইবগা ঐগা ব্না ঙাঙনদনা মীৎনা হাইফেৎ য়েংনৈ। শ্বর থিংদুনা না থাংগত্তুনা খোঞ্জেলদু লাকশিন্নবা হোৎনরম্মী। চ্যেকশিন্না তারবা মতৃংদা খঙলে মীরা শারা খঙদবা অমগী অব্রা চৈনাখোন্নি। ঐখোয় অনীমক খুরুখুদক কুন্দুনা মোংশোং মরক্তা খোঙকাপ অনী অহুম চঙশিল্লম্মী। শোক্লবা মী অমখক্কী নাহেখোন্নি, মদুসু নুপীগী খোঞ্জেলনি। ঐগী মীৎ খংশিং শিংবগুম তৌরম্মী। ঐখোয় অনীমক খোঞ্জেল লাক্লিবা মাইকৈ অদোমদা খোঙলৈ থুনা হোৎচিন্নরম্মী। অমম্বা মরক্তা ময়োম অমা লৈবা থেংনরম্মী লোয়ননা খোঞ্জেলদুসু ময়োমদুদগীনি হায়বা খঙলে। মচীন পুল্লবা বোরা খাউ অমনি। খুৎলৈ থুনা বোরাখাউ মচীন্দু হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা মশম মনা মফি মরোন মথোঙ খঙদনা শোক্লবী নুপী অমা য়াওরল্লি। মহাক্কী মাইথোংদুবু উরকপদা ঐখোয় অনীমক খঙহৌদনা খোঞ্জেল অমা থোক্লখি। অসুক তমথীবা লীচৎ অসি কনানা তৌরল্লিবা ? নৌজরিবী অসিগী মরালদি করিনো ? মহাক্কী মাইথোঙদু পোমশাৎনবী গুলাবকুম্মী অদুবু য়োংশিংনা খুজিন্না শিক্কাইদুনা শান্নখিবগী ঈখেং শীন্থরি। মমীৎ অনীমক উইশিল্লি। ঙাইহাক্কী মাঙদা মনীং তম্না শীন্থখিবা পিগী ঈচেলগা ঈখেংগনা মাইথোঙদু থুক্কৎলি। মহাক জ্ঞান তাদ্রে হায়বদি মহাক্কী মতৌনা তাক্লম্মী। থোইবগা ঐখোয় অনীনা চ্যেকশিন্না বোরাদগী লৌথোক্তুনা মহাকপু তিংথোক্তুনা হীপহল্লম্মী। মখোঙ মখুৎসু পদ্রাক পদ্রাক তারে ইপোম পোমখৎলে। খোঙ খুৎ লোইনমক মতেক মতেক থুদেকপিখিমাল্লে। খুকউ কাংসু থুগায়বীগ্রমাল্লে চাউনা পোমখত্তুনা লৈরম্মী। মদু মহাকপু শরাক তল্লিবশিংদুনা মখোয়গী অপান্বদু ইব্রা ব্রাদনা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা অরূম্বা নৃংগুম্বা অমনা থাদুনা থুগাইখিবা মাল্লি। লীৎলিবা ফুরিত্তুসু মতৎ মতৎ তৎলে হুইথৌশিংদুনা ময়ানা চীকথৎখিবগী মতাফবী থবাক্তুসু ঈহিং নাইহীং শারম্মী। শেৎলিবা ফনেক অমদি মনুংগী ফীখাদুসু শেগায়রম্মী। খঙলে নৌজরিবী সুপ্নগী চহী ১৭/১৮ তমক ঙায়রিবী পোম্মম্বদগী পোমশাৎনরকপতমক ঙায়রিবী অদুবু মিনুংশি খঙদবা হুইথৌশিংদুনা মখোয়গী অরাম

যৌরাংবা কোক্লনবা হোৎনবদা নৈথেক্লম্বনি । খঙহৌদনা থোইবদি পি শিন্থুরম্মী । ঐগী মীত্তসু পিগী ঈচেল ঈহৌরক্লম্মী । অদুম্না কয়াম কুইনা লৈবা য়াগনি ? মখা ক্রক ক্রক চীক্লদুনা শাউরবা কবোকৈনা তৌবগুম থোইবদু ঙংলদুনা হৌগৎলক্লম্মী ।

— "মসিগী লমন খুমদনা খক তোক্লোই । অসুক তমথীবা অসুক তুক্কচ্চবা শারমচৎ ।"

মহাক্কী ব্রা লোইফাত্ত্রিঙৈ তোর্ব্বান্দা, মফমদুগী খরা লাপ্পা মফমদা মোটোর সাইকল অমা ষ্টার্ট তৌবগী মখোল তারম্মী । ঐবু ফাওবা তাক্লমদনা থোইবদু নুংশিৎকী মমাঙ থানা তোর্ব্বান মথক্তা চেনখৎখিরম্মী । মহাক্কী খোঙজেন্দু অসুক্কী মতিক থুখি মদুদি খঙহৌদনা লাকপা নোংলৈ নুংশিৎকুম তৌখি । মহাক্তি মশা ফবা শান্নরোইনি । পীক্লিঙৈদগী হৌনা মিটর চাম্মা, চামঙা, লীশিংগী লমজেন্দা রেকোর্দ থম্বা ঙম্লক্লবা, কলেজগী পুন্সি ফাওবদা কনামত্তনা মায়থীবা পীবা ঙমখিদ্রবা মীশক্কি । ঐ খঙলম্মী মহাক্না তান্নরুরিবদু মোটোর সাইকলদুনি । ঐ ইথন্ত করি তৌসিগে তৌফম খঙদনা লৈরিঙৈ মিনিট তরামুক্কী মতুংদা মহাক অমুক হল্লক্লম্মী । শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা ঐগী নাক্তা ফমথরক্লম্মী ।

— 'শোয়দনা মখোয়বু ফংলনি । ঙসিদি ফাবা ঙমহৌদ্রে অদুবু মখোয়গী গারী নম্বরদি খঙহৌরে ।' মহাক্কী পোক্কেত্তগী নোটবুক অমা পুথোক্লুনা ইশিল্লি এম. এন. এস. ব্রান থ্রি জিরো জিরো আইট, অমুবা মচুগী বুল্লেট । ঐসু ঐগী নোটবুক্তা নম্বরদু ইশিল্লম্মী ।

— মখোয় অনীনি । লেদর জেক্কেৎ লিৎলি, ব্লু জিন শেৎলি । মমায় উহৌদ্রবসু শাবান মৃত্তীদি খঙহৌরে । অমদি মরু থোই অমনা মশা পারগা ব্রাংই । অচৌ অশাং ইমুংগী মচাশিং মাল্লি ।

— শোয়দনা ওইরমগনি । শা ঙাগী থবক ঙাক্তনি মখোয় অয়াম্বনা তৌরিবসি । মখোয়বু থেংনবা মফমদা লেম্না থাবা য়াদ্রবনি ।

— ঐখোয় হৌজিক করি তৌসিগে নুপীমচাসি কনবা ঙমগদবসু মান্দ্রে। য়েংউ, মহাক জ্ঞান তাদ্রে অদুগা শ্বর খৃৎহোন অসে ?

— 'অদুবু ঐখোয় অমুক্তদি হোৎনদুনা য়েংশি ।' থোইবনা মাবু ফৈবম্না পল্লগা তোর্ব্বান মথক্কী লম্বী তান্না পুখৎলক্লম্মী ।

— "স্বাইসি য়ূমসু লন্না তাই । অস্বাইদা লৈরিবা য়ূম অমা অনীসিদা গারী মচা অমা ফংব্রা য়েংলুগে ।' থোইবনা হায়রম্মী ।

— গারী ফংলে হায়না খল্লো অশোকপসি ঐখোয়না পুদুনা চৎলিঙৈ আমী থেংনরবদি ?

— থেংনরগনা থেংনবগী থোকপা হায়দুনি ।

মহাক চৎকে তৌরম্মী। ঐনা মাগী মখূৎ ফাদুনা খাল্লম্মী । ঐখোয় অনীমক্তা উরম্মী মহাক্কী শকফমদু, শহুম চাউনা চাউনা শ্বর হোল্লম্লগা শ্বর হোনবা লেপখিরম্মী ।

মফমদু অকিবগী মশক ফংনা চীকখ্রে । থোইবনা পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা মখূৎ ওয়থংবগী খূত্তুমনা লৈমায়দা কন্না শুথরম্মী ।

— কান্নররোই হৌজিক্তি মফমসিদা অদুম থনস্বনা ফরনি ।

ঐনা অচীকপা থুগাইদুনা হায়রম্মী । মহাকসু ব্রা অমত্তা ঙাঙদনা থব্রায় য়াওদনা তারিবী নুপীমচাদুগী শকফমদু নীংঙমদনা য়েংলম্মী । ঐখোয় অনীমক সাইকল মথক্তা চোংখত্তুনা মফমদুদগী থৌদোরক্লম্মী । ঐখোয় অনীমক ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনরমদে অদুবু থম্মোয়নদি কপখি পোমশাৎনরকপদা ঙায়রিঙৈ শাহিংচাবশিংগী খূজিন্না শীক্কাইদুনা লৈখোক্তগী চোইনা কেলহনখ্রবী ইচন শক্লবী মাগীদমক । "অপোকপা পালেম পম্বৌনা খঙলকপা মীৎকুপ্তা করি ওইগনি ? করম্বা লাইবক থীবা মমা মপাগী লাইবক থীবী মচানিঙোলনো ? করিগীদমক ফীভম অসিদা মহাক্তা তারিবা ? হয়েং নোংঙাল্লগদি লৈবাক পৃংজাও থীল্লনি। মহাক্কী ব্রারীতনা লম্বী তেন্নরনি । লৈবাক্কী মপী মপা ওইবশিংনা মচীনঙৈদা হৌ হৌ চোংলনি । তোল্লবী মহাক্কী মোংফমগী মৈশা মৃখখিবগা লোয়ননা মহাক্কী ব্রারীসু অসুম অসুম কাউনখ্রনি । থম্মোয়দা কাউঙমদনা কোকঙমদনা মৈফম লিংদুনা মৈশা লাংদুনা লৈহৌগদবদি অপোকপা অপোকপী অমদি মহাক্কী লৈখোঙ শঙজবা মহাক অদুদনি।" ঐগী থম্মোয়না খল্লম্মী ।

অশংবী নহাক ব্রারীসে তারিকো, তারগা করি ওইরিবগে ? নহাকপু তাবা ঙম্লিব্রা ব্রারীসে ? অসিনি অসিগুম্বমক্তনি ঐখোয়গী পুন্সি খোঙচৎ অসিদা থেংনরিবসে । অসিগুম্বা মৈশা মরক্তা তিংখং তুম্বৌলক্তা নঙসু মৈশা লাংনা

হিংখি । তিংখংগী চৈনাতা নত্তে নঙগী খূয়ানা ফংখিবা, ঈখেংসু শীজ্বখি । শীজ্বখিবা ঈখেং অদুগী, শোকফম অদুগী চৈনা অদুনি ঐগী থম্মোয়দসু ঙসি ফাওরিবা । ঐনা হিংলিবমখে কোক্লরোই চৈনাসে । হায়য়ু করম্না কোক্কনি ?

নুংতিগী ফোঙবা পাউচেশিংগী অহানবা লমায়দা লৈমগী পাউনা মপূং ওইনা ফোঙলক্লে। অদুতা নত্তনা মীয়াম্না লৈঙাকপশিংদা মহাক হাৎপা মীহাৎপা পুথোরকউ হায়না অকনবা শাফূ কয়া ফোঙদোরক্লে। অদুবু মতীক চাবা লংলা লংজীন ফংদবনা অরেম্বা তারম্মী। থৌদোক্তুবু খঙহৌই উহৌই হায়বা কনাগুম্বা অমত্তা চোংথোরক্তবা অসিনা মীয়ামগী ব্রাকৎ পূম্নমক অরেম্বা তাহনখ্রে। তমথীবা মীহাৎ অসিগী লংলা লংজিন অমদি শোয়দনা লৈফম থোকই। মীওইবনা মখোয়না তৌরুবা ফত্তবা থবক্কী করিগুম্বা লংজীন অমদি লোৎপা ঙমদনা চোংথোক্তুনা লৈ। মখোয় য়াম্না শিংবা, অকুপ্পা ব্রাখল লৈবা মীওই ওইবসু য়াই । অদুবু মখোয়না তৌরুবা অরানবা অদুদি মীৎয়েং থৌরবা দিকটেটিভ অমগী মীৎয়েংদগী নাম্থোক্তুনা খক লোৎখিবা ঙমদে। শুক্লবা জংগলদা তমথীবা শাহীং চাবা শা অমা লৈরে হায়বসি মফমদুগী মওং মতৌনা তাকই। মফমদুদা শজি শঙাই লৈবগী খূদম ফংদে । শজিনা অনৌবা নাপী মতোন থত্তুনা চাখিবগী খূৎফম লৈরোই লোয়ননা শাহিং ঙাহীংগী মনমসু নমগনি। মহূ পুবা লিন অমগী য়াথোকফম ওইরে হায়বসি উফুল মরক্তা নৎত্রগা লৈখোম মরক্তা মবুক্লা শীত্তুনা চৎখিবগী মমি শোয়দনা তাগনি। নাপী হৌবা মফমদা ওইরগনা মানা চৎখিবা মফমদা নাপীশিংসু শোয়দনা নোম্থগনি। অরানবা তৌবা খূদিংমক্কী ঙমখে লৈ। মখোয়গী শক্তিদি লোইবসু নাই। অচুম্বা অফবা তৌবগী মহৈতনি ঙমখে লৈত্রিবা, লোইবা নাইদ্রিবা। মসিনরা মতম পূম্নমক্তা মীওইবগী থম্মোয়দা, মীওইবগী পুন্সিদা অচুম অরানগী থৌরী-চিংবা শান্নদুনা লৈরিবা। কনাগুম্বা মীনা অচুম্বগী মায়কৈদা নীংথেংননা তুখি অদুগা কনাগুম্বনা অরানবগী মায়কৈদা তুখি। মসি মী মীদুগী অচুম অরানগী খল লেপ্পা ঙম্বা মতীক অদুগী মখা পোনব্রা, নৎত্রগা ফীভম অমদি মতম্নরা ? কনাগুম্বা মীনা মপুন্সি চূপ্না অরানবতা তৌদুনা মপুন্সি হিংই। অতোপ্পবু নমথাক তৌবা; ব্রাহনবা হায়বসিনা মখোয়গী হৈনবী অমদি নুংঙাইজবনি। তাইবঙপাল অসিদা মখোয়দি তিংখংগী মশক্কি। অদুগা অচুম্বতা তান্নজবা, ফংনবা হোৎনবদা অব্রাবা খাঙজবা, তাঞ্জরিবা অচুম্বা অদুগী মরীক অমত্তং

ফংজবদা, মদু ফংনবা হোৎনবদা হকথেংনখিবা অৱাবা খুদোংথীবা পূন্নমকপু কাউথোকচবা ঙম্বা মীসু লৈ। মখোয় অদো অহীংবশিংগী মরক্তা অঙাওবা তাই - মমি শামিবা শক্তম অমগুমসু উই। অদুবু মখোয়গী খোঙচত্তি অরোয়বা নাইদবা মঙালগী লম্বীদনি। অসুম অসুম মরাক পাকথোকখিগদবনি। অদুবু অসিগুম্বা ইরাৎনিংঙাই ওইরবা মীওইশিংদি মশীং য়াম্না য়ামদে। মখোয়দি অমম্বা অতিয়া মালেমদা মঙাল শন্দোক্লিবা নুমিৎ-থা অমদি অরঙবা থৱানমিচাক্কুম্বনি। লাইপোক্লি হায়নরিবা মীশকশিং অসিনি। মহৌশাগী খোঙচত্তসু অহোবা লৈরি করিগুম্বা মতমদা অমঙবা নোংগী মপৈনা নুমিৎকী মশেকপু খুমজিন্দুনা লৈ। অকনবা নোংজুখোল্লাউনা অতিয়া মালেম অনীবু নীকহল্লি। অখাক অরাও তাদুনা থৱায় পানবা কয়াগী পুন্সি মাঙহল্লি। করিগুম্বদনা থাশিগী অহীং ওইরকই। অমম্বগী অমুবা ফীরুক খুন্নবী মালেম্না তমথীবা শাহীংচাবশিংগী য়াকাবূং ওইদুনা থক থক নীক্লা খাঙলি। করিগুম্বা মতমদনা য়ুহা হাবা নংদুনা মালেমগী শক্তম্বু তাইওন্নহল্লি। ৱাংচাউরবা ফূরা দলান, চীংজাউ, উজাউ কয়া সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা য়োৎশিনখি। লৈহাও চেল্লবা তম্পাক কয়া মাঙহনখি। মীওইবা কয়াগী পুন্সি অমদি হোৎনজমন অরেম্বদা তাহনখি। অসিগুম্বা পামদবা তাইয়োন্নবা থৌদোকশিং অসি মহৌশাদতা নত্তনা মীওইবগী পুন্সিদসু হেক হেক থেংনরি। পুন্সিগী অখা অয়াক মহাও শুনা ফংজদ্রিবী, মপূং ফানা শাৎকায়দ্রিঙৈ লৈমন চলহনখ্রবী ইচল শরুবী মহাক্কী লমনদি খুমদনা থক তোক্লোই। লৈবাক্কী মপী মপা ওইবশিংনা লংলা লংজীন ফংলবসু ফংদ্রবসু লমনগী শরী পান্দোন লোম্নবদি ঐখোয়গী শরূক ওইরবনি। থামম্বা অহিংগী, শনম-মিনম তাদ্রবা মতমদুদা মরূপ থোইবগা ঐগতনি থৌদোক্কু হকথেঙনরুবা। অদুনা মীহাৎপশিংদুবু ফংনবা তান্নবসু ঐখোয়গী ইথৌনি। চয়োল অমগী মথং চয়োল অমা, লেপ্পা ঙাইবা হৈতবা মতম্না অসুম হৌজিনখি। লৈবাক্কী খোল্লাউসু নোংমা নোংমগী মমি শামজিল্লকখি। লৈবাক্কী মপী মপা শাবশিংনা নৌরিঙৈদদি মীহাৎপা মী ফাদুনা মতীক চাবা চৈরাক পীগনি হায়না ৱাশকখি অদুবু অচুম্বগী মচীন্দি মেনখ্রমাল্লে। থা অমা হৌজিনখ্রে ঐ অমদি মরূপ থোইবা ঐখোয় অনীনা শীন্দুনা ঐখোয়গী হার্টকোর মেম্বরশিংগী ওইবা মিতিং অমা থোইবগী য়ূম বামোন লৈকায়দা নুমিদাং পূং ১০ তাবদা পাঙথোক্লম্মী। মিতিং অদুগী ৱারেপকী মতুং ইন্না লৈমবু হাৎপা মীশিংদু পুথোক্লবা থিগৎনবা মীশক্কু ঐ অমসুং থোইবা ঐখোয়'নীদা তারম্মী।

থৌদোক অদু অহানবা থেংনরুবা মীশক্তি ঐখোয় অনীনি। ঐখোয়গী খূত্তগী নাঙ্খোক্তুনা মীহাৎপশিং অদু চেনখিবনি। থৌদাং অদু লৌরদুনা ঐনা মথঙগী নুমিত্তা লৈমগী ভারাগী য়ুম থাঙমৈবন্দা চৎলম্মী। মহাক্কী ময়ূম চীংখু শম্ব্রেদনি। মমা মপা অনীগী তাঙনা য়াওজবী মচানিঙোলনি। মহাক্কী মখাদা পীক্লিবা চহী ১২/১৩গী মৌপ্পানুপা অমগতনি। ভারাগী য়ূমদু য়ৌরম্মী। মতমদু নুমিদাংগী পূং ৮ তাখ্রে। ঐনা থোঙদা থীল্লম্মী। মীয়াই চল্লবী নুপী অমনা থোঙ হাংদোরক্লম্মী।

— "য়ূমসিগী য়ূম্বু ওইবীরব্রা ?" ঐনা হংলম্মী।

— মান্নি।

— মনূংদা ঙাইহাক্তং ফমজবা য়াগদ্রা? ব্রারী অমত্তং শান্নজনীংই।

— "য়ানি চঙবীরকউ।" মমিৎ কৌইরুপ কোইরুপ য়েংলদুনা মানা ঐবু ফম্ফম কাদা পুশিল্লম্মী। মানা তাক্লুদুনা য়ূমদুগী য়ূম্বুরেলদুসু খোরক্লম্মী।

— "ঐহাক লালহৌবা কেদর অমগী মীনি। লৈমগী মবমদা করিগুম্বা খ খঙনীংদুনা লাকচবনি।" মখোয় অনীদু মিহুন চেংগুম-চেনগাননা য়েংনখি।

— নুপীমচাদুগী মরমদা পাল্লিবা গোবর্নমেন্টসিনা করিগুম্বা লংলা লংজীন অমত্তা পুথোকপা ঙম্মক্তবসিদা ঐখোয় চোংথোকচরক্লিবনি। ঐখোয়না থিগৎচবসিদা অচুম্বা পাউখুমতমক পীবীদুনা মতেং পাংবীয়ু।

— "ঐখোয়না খঙজবমখৈদি হায়জগে।" য়ূম্বুবদুনা খুন্নকখি।

— নুপীমচাসিনা অদোমগী ভারাসিদা লৈরক্লিবসি কয়াম কুইরবগে করম্না মফমসিদা লৈরখিবনো ?

— চহী অনীগুম্বদি সুরক্লে। মহাক্না মেত্রিক পাস হেক তৌবগা পী.য়ু.সি তম্নবা লাকখিবনি। মহাক্কী অনীসুবা চহীগী পরিক্ষা থাগদবা খজিক্তা ঙায়রবনি।

— "ভারাসিদা কনানা পুশিল্লক্তুনা থমখিবনো ?" ঐনা অমুক্কা হন্না হংলম্মী।

— "ঐগা নুপীমচাশিগী মমাগা খঙনৈ। ঐহাক চীংখু শম্ব্রেগী নিঙোলনি। অদুনা ঐগী য়ুম ভারা শাল্লি হায়বদু খঙবনিনা মমা মপানা হায়নদুনা থমখিবনি।" য়ূম্বুবীদুনা খুন্নক্লম্মী।

— "লৈকায়গী ইপান্নোমগীসু ওইরবনি, অদোমগী ভারাদসু লৈরবনিনা মহাক্কী ঙাক শেনবদি মমা-মপা অমগুম্না অদোম্না তৌবীরেনে ?" ঐগী ব্রাহংদু তাবদা নুপীদুদি থিংবা লাকপা ঙমদনা পি শিন্থরক্লম্মী। মহাক্না ফীজিনা মমায় খুমদুনা পেন্না কপ্লবা মতুঙদা হায়রক্লম্মী -

— "ঐনা ইচানিঙোলমক্কি খন্দুনা লোয়নজবা অঙাঙনি। লাইরিকসু য়াম্না ফবনি। নুমিৎচূপ্পা লাইরিক্তা পাদুনা লৈজবনি। ঐগী অপীকপা ইচা অনীসিবু মনাওমক্কি খন্দুনা মানা লাইরিক তাকপীরিবনি। করম্না তৌখিবনো খঙহৌদ্রে। মমা নাবগী পাউ লাক্কুনা নোংমা নিনিদা যূমদা চৎলুগে হায়দুনা চৎখিবনি। মাদি ঐঙোন্দা ইন্দোমচাসু কৌবনি। মসি থোক্কনি খঙদবনিনা ঐনসু থিনবীবসু তৌহৌদ্রে।" অদুগা মহাক নোংখোংবগুম হৌনা লাউনা কপথোরক্লম্মী। মহাক্কী নুপানা থেমদুনা মাবু ঈংথহল্লম্মী।

— পূং কয়াদা চৎখিবগে ?

— খুমন লম্পাক্তগী গারী তোংগনি ঙন্না চৎখ্রগে হায়দুনা অয়ুক্কী পূং ৬তগী চৎখিবনি। চাক্কা চাখিবা নত্তে।

— মমান্নবীদি কদাই কদাইদগী তিন্নৈ ?

— মখোয়গী কলেজদা তম্মিন্নবী সিদসু হেক হেক লাকপী অমদি খূরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাইদগীনি। অমনা ব্রাঙ্খেদগীনি। মীসু য়াম্না তিন্নজদে।

— নুপাকাদি লাকপ্রা ?

— নুপাদি অমত্তা লাক্তে।

— মহাক্কী অলবমগা দাইরীগদি লৈরিব্রা ?

— অলবমগা দাইরীগদি পুলিসনা পুখিবনি। ময়ূমদা লৈরমগদ্রা, পীথোরক্লমগদ্রা খঙদ্রে।

— মমান্নবী অনীদুগী মমিং অমুক্তা হায়বীরকউ।

— খূরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়দগীদুনা প্রমো, ৱাংখৈ মৈহৌবম লম্পাক্তগীদুনা মেমি।

ঐনা নোটবুক্তা ইশিল্লম্মী অদুগা মখোয় অনীদা নোংমা লাকখিগে হায়রম্লগা হল্লক্লম্মী। নুমিৎসিগী মথংগী নুমিদাংৱাইরমদা ঐনা লৈমগী মমান্নবী অনীদুবু থেংনদুনা ৱারী শারম্মী। মখোয়দগী ফংলকপা পাউ হায়ববু মহাক লাইরিক লাইশুদা থৱায় য়াওজবীনি। মহাক্কী কনাগুম্বা খঙনা চান্নজবা নক্লবা নুপা অমত্তগী ৱারী শারমদে অদুবু মহাক্লা য়াম্না হৈনদবা চাওখত্তবা মওংদা মশক খঙদবা নুপা অনীখক্লা মাবু লক্লরকপগী মতুং ইন্নরকপগী ৱারী তমখিবা অমদি লৈ। থৌদোক্তুসু মহাক শিদ্রিঙৈ থামুক্কী মমাঙদনি হায়বসিনি।

অসুম্না লংজীন পূল্লবা কিশিগুম মরী মখোঙ মখোয়গী মফমদগী খঙবা ঙমদ্রবদা মথংগী নুমিত্তা ঐনা মোটোর বেহিকলদা চত্তুনা থিগৎলম্মী। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদুদা থেংনখিবা ঐখোয়গী নোৎবুক্তা ইশিন্দুনা লৈরিবা বুলেট অদুগী নম্বরনি এম.এন.এস. ৱান থ্রী জিরো জিরো এইট। অদুবু নম্বর অসিমক্তী ফংলবসু অঙাঙবা মচুগী য়ামাহ অমা ওইরম্মী। অদুসু দি.এম. কলেজ ওফ সাইন্সকী কেমিষ্ট্রিগী ওজা অমগীনি। ওক্তবা মীওইশিংদুনা মখোয়গী শিকার চৎলমদাইদা শাজিন্নবা নম্বর অমা শীজিন্নবজাৎলা? মদু শোয়দনা ওইফম থোকই। কয়া কুইনা মখোয়না ঐখোয়গী মীৎমাঙদগী লোৎপা ঙমগনি ? মতমদুগী ওইনা ঐখোয়গী মিশন খর লৈবনা থৌদোকসিগী মরমদা থিগৎপসি খর নমশীন্দুনা থম্বা তারম্মী।

## ১৩

ৱায়রলেসতা পাউ লাক্লম্মী -

— ইয়াম্বা, য়ূমদু ঐখোয় অশেংবা খঙলে । চোক্নোনগী খুন্দোন্দা লৈবা, মনীং পাংনা কাপশিনখিবা লম্বীদুগী খুটি পোষ্ট অহুম সুবগী থোঙগালদা চঙলগা লৈবা, উনা মথক মখা শাবা য়ূমদুনি ।

— মখোয়না পূনফম ওইরিবদি মথক্তরা মখাদরা ?

— মথক্তনি ।

— মখোয়না মিটিং তৌরিঙৈ করি চোকশিনথৌরাং লৌখৎলি ?

— খুৎলাই পায়বা নুপা অনীনা কাগুপ চত্তুনা মপান্দা ঙাক শেল্লি । মনুংদদি থোইদোকপা ঙাকশেনবা মান্দে ।

— মখোয়গী খূৎলাই থম্ফমদি খঙলব্রা ?

— মদুমক তাংদাংবদি খঙজদে ।

— 'ফরে, মফমদুবু খঙলবদি য়ারে ।' মহাক্না সেট থমখ্রে । মহাক থাজবা য়াবা য়াম্না চোকশিনবা পাউমী অমনি । মতীক চানা ট্রেনীং পীরবা মীশক্নি । মহাক খুম্বোংদগীনি । মতীক চানা মহৈ মশিং হৈরবা মমা মপাগী নাইতোম আশা থমজবা মচানি । মঙোন্দগী খঙবা ঙমখি ঐখোয়গী মাইয়োক্তা লেপ্তুনা ঐখোয়গী মিংচৎ থীনবা হোৎনবা, মীয়ামদগী শেন খায়বা পার্টি খূৎপু অমা লৈরে । মখোয়গী লুচিংবা অদু লালহৌলূপ অমদগী সরেন্দর তৌদুনা লৈবা মীশক অমনি । মহাক্কী মমিং অচৌ কৌই ।

খুম্বোং বাজারদা লালহৌলূপ অমগা সরকারগী লাম্মীগা খূৎ থোক্ল খি । হান্না ফীভম শেমদুনা লৈরম্লবা লালহৌবশিং অদুনা লাকচখি । সরকারগী লাম্মী খর শিবা শোকপা য়াওখি অদুগা নহারোলশিং অদুদি মশোং উনা উনা ঈশিংদা মাঙখিবা ঙাশিংগুম থিফম খঙখিদে । মখোয়না খুনগী তুরেন মপান্দা ফাওরগা হৈক্রুজম তারগা নম্বোল্লোমদা নাম্থোকখি । মখোয়না চৎথ্রবা মতুঙদা গারী মপোৎ মপোৎ থোমজীন্দুনা মফমদুদা কোম্বীং চথখি । মরাল

লৈত্রবা মীচম কয়া ফাগৎখি । মখোয়গী মনুঙদা ঐখোয়গী পাউমী ওইরিবা অসিসু য়াওরম্মী । মহাকপু ফাবতা নত্তনা আর্মিশিংনা মহাক্কী মচন্নুপীবুসু ঈজৎ তেমশীংনবীরম্মী । অদুগী মতুঙদা মহাক্কী মচন্নুপী হূ চাদুনা শিখি । মতমদু মহাক বি: এস: সি অরোইবা চহীদা তল্লিবা মতম্নি । ফাখিবা মখোয় খরবুসু শিবা মচেৎ খাক্লা ওৎনৈখি । থিঙেন্দা তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনবা হায়বদুমক থোকখি । থৌদোকসিগী মতুং খর লৈরগা নোংমা ঐখোয়গা মহাক্লা থেংনখি । মহাক্কী য়ূমদা অহীং অমা লেকখি । মতমদুদা খঙখি মহাক্কী পূক্লিংগী ফিরেপ । তুহৎখিবা লাকচখিবা অদুগী লমন খুমদনা তোক্লোই হায়খি । নুমিত্তুদগী মহাকসু ঐখোয়গী ইতুং ইন্দুনা লাকখি ।

নুমিদাং পূং তরা ভাখিরম্মী । থোইবগা ঐগা নংগন্দা খূৎলাই মতীক চানা হাপ্পা খাউ অমমম নম্বো পোদুনা বাইক অমদা চেক্কোন তম্না থৌরম্মী । ঐখোয় অনীমক কম্বেৎ দ্রেস শেৎখি । খোঙদা ফি খোঙউপ অমমম উপখি । ঙকশমদা মোফলা অমমমসু য়েৎলম্মী । মতমদু নিংথমথানি । থাশি ময়া ওইবনা থাসু থোক্লমদে । হায়নখিবা মতুং ইন্না ঐহাক থোইবগী ময়ূমদা মাগা পূনখি । ইম্ফাল তুরেল তোর্ব্বান শমদুনা শঞ্জেনথোং তারগা চেক্কোন তাবা লম্বীদা ঐখোয়গী বাইকতু কন্না চেনখি । ঐনা থৌখি থোইবনা মনীং নপখি । লম্বী লমজাও তারকপদদি ঐখোয় অনীমক মীৎনা শিংবা হেনগৎলক্লম্মী । করিগুম্বা সরকারগী লাম্মী থেংনরবদি ঐখোয়গী অনীংবা পাঙথোকপা ঙম্লোইদৌরিবনি । খুদোংথীবদা তাগদৌরিবনি । মফমদু য়ৌরম্মী । গারীদু মফম চাবা মরুম অমদা কনাগুম্বনা হেক য়েংবদা উদনবা মওংদা খাম্লম্মী । করম্না চঙগনি ? লাপ্না মৈঙালদা পোত্রোলিং চৎলিবা নুপা অনীদু ঐখোয়না মরুমদগী য়েংবদা উবা ফংলম্মী । থোইবগা ঐগা নকশিন্নরম্মী। শম্বল্লে মখোঙদনি ঐখোয়না পাকথদুনা লৈখিবদু ।

— লাইটসি মুখত্তবা য়াররোই ।

মহাক্লা ব্রাহেশি হায়বা লোইফাত্ত্রিঙৈ থোইবনা খোঙলৈ থুনা চৎখি । মহাক্লা চৎখিবদু অসুক্কী মতিক থুখি, খৈরোই অমনা উথক্তা শৎ মাঙখিবগুম্মী । ঙাইহাক্কী মনুংদা মৈ পূন্নমক মমখি । মফমদুদগী ট্রান্সফোর্মরদু নক্লা লৈরে । মহাক্লা তৌরুরিবদু ট্রান্সফোর্মরদা চত্তুনা মৈ ককথৎলুরিবনি । মদুগী খূৎসু খূৎলাই মাঙোন্দা য়াওরিবনি । মহাক্তি মৈগীসু এক্সপার্ট অমনি । ইখং

খঙহৌদনা মৈ মৃৎখিবদুদা মফমদু মীৎকুপ খর নিনখি অদুবু কুইহৌদে মনুঙদা মৈ থানগৎনরকপগী মৈঙাল ফংলম্মী । থোইবগা ঐখোয় অনীদি শম্বল লাম্সিনহৌদুনা ইংখোল মতোন্দা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অচৌবা অমগী মরুম য়ৌরবনি । ইংখোলদু হৈ রা মরাঙ কায়না হৌই । চহী লিরবা হৈনৌ পাম্বী অহুম মরিসু পবেং শানা হৌই অদুদা নত্তনা মনা পূংলবা বোকুল পাম্বী অমসু হৌরি । মফমদুদা শাৎলিবা সনারৈ গুলাবনচিংবগী মনম্না ইংখোলদুতা নত্তনা লৈরক পন্দোল লান্না শন্দোকখ্রি । ঐখোয় অনীমক অসুম অসুম খোঙলৈ থুনা ফীভম লৌ লৌদুনা চঙশিনবনা হৈনৌ পাম্বীশিংদু হেন্দোক্তুনা শূমাং মতোন্দা হৌরিবা বোকুল পাম্বীদুগী মরুম য়ৌশিল্লম্মী । তাঞ্জাদুদা কাগুপ চৎলম্বদগী নুপা অমদি মপান থোক্লীংলক্তুনা য়ুমদুগী মথা থংবদা লৈরিবা শম্বৈল্লে মখোঙলোমদা হোৎনখ্রে । তাঞ্জা অদু ঐখোয়না নাম্থোকহল্লমদে । চবাম্লববা লোংশানা মচীঞ্জাক উবদা তৌবগুম ঐনা চোংশিন্দুনা লৈহৌরিবা নুপা অদুবু মতুংলোমদগী সুপকোন কোল্লম্মী অদুগা ঙকশমদা য়েৎলিবা মোফলাদুনা মহাক্কী মচীনগা মতুংলোমদা ঐনা লৈথেক্লিবা মখূৎ অনীদুগা তনা কন্না পুন্সিল্লম্মী। মঙক্কা মখূৎকা পান্ননা লোংথেক থেকখিবনা মহাক্কী উপাই লৈরমদে । মখোঙনা লাম লামদুনা মতুংলোমদা ঐবু কাওনবদি তোৎনবম্মী অদুবু মহাক্কী যৌনা থোক্লমদে । ঐনা মাবু লাক্তুনা চিংশিল্লগা বোকুল পাম্বীদুগা পান্ননা নংগন্দা পোরিবা খাউদা য়াওরিবা থৌরীদু লৌথোক্তুনা পুন্সিনখি । ঐগী ইথৌ লোইরম্মী । মপান থোক্লিবা নুপাদুমনা থোইবনা পায়খ্রে । মাসু ঐনা তৌবগুম নুপাদুবু মখোঙ মখূৎ মচীন পুন্সিল্লগা হৈনৌ পাম্বী অমগী মখোঙদা পুন্দুনা থম্লম্মী। থৌদোক্তু অসুক্কী মতীক থুনা মায় পাক্লা পাঙথোকখি ইমুংদুগী মী অমত্তনা শমিন ফংলমদে । পোজিসন লৌ লৌদুনা থোইবগা ঐগনা হৌদোংনা চৎপগুম দলানগী থাকশিংদু কাখৎলম্মী । মথক থংবা কাদু য়ৌরম্মী । থবাক্তা য়েপ্লিবা জি ফোরদু লৌথোক্তুনা পায়রম্মী । থোইবসু খূৎলাই পায়খ্রে । কাদু ইহাও হাঙলম্মী টেবল চৌক্রি অমত্তা লৈতে । মোরেগী কার্পেৎ লৈরোং থোকপা অমনা উপাক্কী ফম্পাক্তু থুংনা কূপশিল্লম্মী । ফক্লাংদা ব্রাল পিকচর সিনরি খর থেৎলি । ইংলিস মণিপুরী কেলেণ্ডর অমসু য়াল্লম্মী । মখোয় মগী তরুক ঐখোয়না লুপ্লিবা থোঙনাউ অদোমদা মতূং ওন্সিন্দুনা কার্পেট মথক্তা ফল্লম্মী । ফন্নিবশিংদুদা ঐখোয়রোমদা ওন্সিন্দুনা নুপা অমনা ব্রা ঙাঙলম্মী । মহাক

অদু মখোয়গী লুচিংবনি হায়বা খঙলম্মী। মহাক্কী খোঙমী লাম্মীশিংদা ঐখোয়গী ইথক্তা, ঐখোয়গী খোঙজংদা তিংখং শানবা, য়ৈখায়বা পীনবা পাউতাক পীরিবনি, পোরম শীল্লিবনি। মহাকপু হেক উবদা থম্মোয়দা শাউনীংবা তুকচ্চবা অনীনা পুল্লগা লান্দারক্লম্মী। 'ঐখোয়গী ফজরবা শক্তম্ব মীয়ামদা লান্না উহন্নবা শীল্লিবা, লোয়রং শীংখোং ওইরিবা, ঐখোয়গী লম্বীগী তিংখং ওইরিবা, পুকচেল পীক্লবা, নশাগীতা খনবদা অতোপ্পগী, খুনাইসিগী চাওখৎপগী ব্রাখল অমত্তসু নকোক্তা চঙদ্রবা ফৎত্রবা তোল্লবা নখোয়গুম্বসিদি মালেমসিদগী মরূ ফংনা মূখৎখিবা তাই।' ময়াম মরক ফাওনা ময়ায়দা লৈরিবা লম্বীদুদা খোঙলৈ থুনা ঐনা চেন্সিন্দুনা মহাক্কী নাকুমদা নোংমৈ মতোন্না নম্লম্মী।

— "লেঙগনু, নখোয় কনামতা লেঙবা য়ারোই।" মফমদুদা লৈরিবা মীশিংদু ঙকপগা পাখৎপগা য়ান্নখিদুনা অশাবা মূর্ত্তীগুম লৈনরম্মী। মীওই খরনা হৌগত্তুনা ঐঙোন্দা এটেক তৌগে তৌবকপদা থোইবনা মতূংলোমদগী এস: এল: আরদু শীংলদুনা লাউরক্লম্মী -

— "কনামতা লেঙবা য়ারোই। হেক লেঙবদা নখোয় পুম্নমক লোইগদৌরিবনি।" ঐনা লুচিংবদুগী মশা চোক তৌদুনা মাগী পুকনোংগী য়েপ্পম্বা নোংমৈদুমসু পায়শিল্লম্মী।

— নখোয়গী খূৎলাই কদায়দা লৈ?

ঐনা হংখি। মহাক্তি ঐবু শাউনা য়েংলম্মী পাউখুম পীরক্লমদে।

— হংলিবসি তাদ্রা?

ঐনা পায়রিবা নোংমৈগী মনীংনা মহাক্কী চূবাদা সুরম্মী। চূবা তত্তুনা ঈ তারক্লম্মী। অদু ফাওবদা মহাক করিসু খুল্লক্তে। ঐবু খানা য়েংদুনা লেপ্লম্মী। ঐনা হাইজিন্দুনা মমায়দা নোংমৈনা সুদৎলম্মী। চৈনাখোল খাঙবা ঙমদ্রদুনা মহাক শোক্লবা কৈশালগুম লাউ খোংলম্মী।

— লাঙগনু। ঐখোয়গী লাম্মীনা মপান্দগী য়ূমশি কোয়শিনখ্রবনি। নখোয়গী নানথোকফম লৈত্রবনি। খূৎলাই কদায়দা লৈ তাকউ।

অদুগা ঐনা মাগী মখূৎ লৈথেক্লম্মী অদুতদা মহাক্না তাক্কে হায়রক্লম্মী। তাঞ্জাদুদা হায়নখিবা মতুং ইন্না ঐখোয়গী লাম্মী অহুমসু থুংলরম্মী। লুচিংবদুনা

তাক্তুনা কাদু শো হাংদোক্লুরগা ঐখোয়গী লাম্নীশিংনা খূৎলাই পূম্নমক খূদুম চল্লবা মতূংদা মখোয় পূম্নমক য়ূমদুদগী হোইদোরক্লম্মী। লুচিংবদুবুনা ঐখোয়গী বাইক্তা থোইবগা ঐগগী কারক্তা চপ্তুনা অতৈদুনা ঐখোয়গী লাম্নীশিংদুনা ঙাক শেন্দুনা মখোয়না পুরকপা টাটা সুমোদুদা হোইগৎলম্মী। খূৎলাইশিংদুসু হাপচিল্লম্মী অদুগা থোইবগা ঐগনা মতূংদা ইন্নদুনা নুংশিংৎকী মমাঙ থানা ঐখোয়গী কেম্পতা পুরক্লম্মী। মখোয় পূম্নমক্কী থৌনা থোক্তনবা মখূৎ অমদি মমীৎ পুক্সিল্লিবনি। অসুম্না নুমিত্তুগী লাঞ্জংদু অশোয় অঙাম য়াওদনা ঐখোয়না মায়পাক্লা পাঙথোক্লম্মী।

## ১৪

— মালেমসিগী লালহৌলূপ খূদিংমক্কা মখোয়গী মজাতিবু নুংশিজবা, মরৈবাক্কীদমক কখোকপা ঙম্বগীদমক চাউথোকচৈ । ঐখোয়গী লৈবাকসিগী লূপশিংনা কদায় ফাওবা চাউথোকচবা অদু লৈরবগে ? নোংমা নঙনা হংখি অদুতা নত্তনা নঙগী মতসু পীখি ।

— চাউথোকচবা হায়ববু ঐখোয়গী খোঙজং অসে শোয়দনা নোংমদি মায় পাক্কনি হায়না খল্লীবনি ।

— অদুগা করিগীনো নখোয়না অপূনবা শক্তম অমা শাগৎপা ঙমদ্রিবা ? লালহৌলূপ খূদিংমক্কী পম্বুংফম অমত্তনি হায়বদাই ? ঈরৈবাকপু মীনাই য়োংহ্লীংদগী নীংতম্মন্নবনি হায়বদাই ? অদুগা করিগীনো নখোয়না মচোই মচোই তানরিবা ? অদুদসু নত্তনা নখোয় নশেন মাঙহন্নরিবা ? মসিগী মরুমদা করি লৈরবগে হায়না লৈবাক মীয়াম্মা থম্মোয়নুংদা হংনরিবনি । ঙসিদি লৈবাক অসিদা চোংথোরক্লিবা লূপ অসে কয়াদি য়াম্মে ।

— মী অমগা মী অমগা শকফক খেন্নবগুম ৱাখলসু খেন্নে । মত মান্নদবনা মরম ওইদুনা মচেৎ তাবা অসি থোক্লিবনি ।

— মতাঙ অসিদনি ঐখোয় লৈবাক মীয়ামগী ৱাহংসু । মত খেন্নে হায়দুনু নখোয় নশেন হেক্তা মাঙহন্নগদ্রা ? লূপ অমনা লূপ অমবু মূত্থৎনবা হোৎনবগী মহূত্তা পূন্সিন্নবা হোৎনবনা ফত্রা ? পূন্সিন্নদ্রমকসু মখোঙ শোম্নবনা ফত্রা ? রাজনিতিদদি পার্টি অমনা পার্টি অমবু ইন্থুনবা হোৎনৈ. লাল্লোং কয়াসু শীজিন্নে । লাল হৌবা হায়বসিদি মসিগী ওন্ন তৈনবা অমনি ।

— করিনো নঙনা হায়নীংলিবসে ? নীংতম লাম্মীশিংগী লালহৌ অসিদসু রাজনিতিগী ঈথিল চঙলে হায়নীংলিবরা ?

— চিংনবা অদুমক মীয়ামগী থম্মোয়দসু লৈরবনি ।

— মদু লৈবাক মীয়ামগী ভাব তাদবা, খণ্ডবা ব্রাৎপদগী থোকপনি । খণ্ডদবা মীবু খণ্ডহনবা হায়বসে ঐখোয়গী ইথৌনি । খণনা খণনা ঐখোয়বু ইরাল পীরক্লবদি চৈরাক পীবা হায়বসে ঐখোয়গী পান্দম্নি ।

— 'নখোয়গী নফমদা, নখোয়গী থৌশিন্দা ব্রাহং থাংগৎলকপা মীসু নখোয়গী য়েক্লবরা ?' ঐহাক্কী অশাওবগী মৈরী লাউখোংনা লুতোন য়ৌনা চাকখৎলক্লম্মী ঐগী য়োৎ তোপ্পবা, অশাবা লৈঙোইদা থিংজিন থিংজিন্দুনা শান্নবদগী হৈরবা খূৎশিনা নঙগী থোৎলবী খজাইদা থারসিরা খল্লম্মী অদুবু থৌনা উথোকপা ঙম্লমদে । মরমদু করিগীনো হায়না ইথন্ত হংজরম্মী ।

— অদুগা ঐনা হংনীংবা অমগসু লৈরি নখোয়গী হিংশাসি হেনমন্দ্রা ? মিজোরামদা বোম্বীং তৌদুনা মিজোশিংবু নমথখি । অদুদসু নত্তনা নুপীশিংগী ঈজ্জৎ তেমশীংনদুনা হাইব্রীদ সেমদুনা জাতি অমগী শক্তম অমদি মতীং মাঙহনবা হায়বসিসু লান্মীশিংগী য়েক্লবা মরূ ফংনা ফুক্তোক্ল বা চঙশিনবা লাঞ্জঙ অমনি । অদুগুম্না ঐখোয়গী লৈবাক্তসু থোক্লবদি ?

— অশংবী, নঙ অঙাংমচাগুম্না অপঙবা ব্রাহং য়াম্না হংখ্রে । কয়ামুক ওইরবসু ঐখোয় মাইয়োক য়ারগে হায়না চোংথোরক্লবনি । ঐখোয়বু মরূ ফংনা মাঙহনগে হায়রবসু মাঙহনখিসনু, ঐনা নোংমসু হায়খ্রে । পীক্লবা চীংলৈবাকসিগী মীশিংনা মতীক মঙাল লৈনা, ইজ্জৎ লৈনা হিংলম্মী হায়বসিদি পৃথিবীগী ইতিহাসনা লৈরিবমখৈ লেঙদনা লৈহৌরগনি ।

— লিংজেল মান্নদবা, অপূনবা শক্তম শাগৎপা ঙমদবা হায়বসে মায়থীনবগী অচৌবা মরম্নি । ঐখোয়গী ইতিহাসতসু থেংনখ্রবনি চহী তরেৎ খুন্তাকপা, অব্রা লান । মৈতৈনা অব্রাগী মখূত্তা মায়থীবা, অদুসু শাংলবা চহী তরেৎকী মতম । মসিবু করিগীনো ? ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা ব্রাখল থেনবদগী নত্ত্রা ? ঙসি থোক্লিবা ঐখোয়না থেংনরিবা অসিসু মদুমক্নি । হৌজিক হৌজিক লমদমসিদা মীয়াম্না থেংনরিবসি কৈ কিদুনা চেল্লগা সওম ওক্লবা হায়বদুনি অদুনা নখোয়না তাল্লিবা পান্দমদু ফংলে হায়না খল্লসি মতমদুদা করম্বা অনৌবা সওম অমা থেংনগদগে হায়বসিসু ঐখোয়না খন্দবা ঙমদে। ফি অমা কক্লমদাইদা

অহুম্মক হন্না নাপ ওল্লু হায়বা ব্রাফমদু ঐখোয় পূম্নমক্না মতম পূম্নমক্তা নীংশিংগদবনি ।

— অদুদি হায়য়ু নঙনা পাল্লিবসি করিনো ?

— লম্বীদু থাদোক্কুনা নঙনা ঐগী নাক্তা হল্লকপা ।

— চৎলিবা লম্বীসে ঐখোয়গীদি তঙাই ফদ্রবা ইথৌদাংনি । ইথৌদাংবু থাদোকপা হায়বসে হিংবগী মমল লৈত্রবনি অদুনা ঙম্লোইদবা ব্রানি হায়গনু ।

— অদুবু নখোয়না চৎলিবা লম্বী অদো মোংফমগী লম্বীনি পন্থুংফম অদুসু উবা ফংদ্রি ।

— চুম্মী মোংফমগী লম্বীনি অদুবু মীওইবা হায়বসে লম্বীসিদা চৎলিবমক্তনি । শিবা হায়বদুদি নম্বো পোরিবনি । করম্বা মতমদা নম্বোসি থাগনি হায়বা কনাসু খঙনদে । ইথৌদাং পাঙথোক্লবা হোৎনবদা শিখিবা থোক্লবসু ঐখোয়গী লাইবক ফবনি ।

খঙহৌদনা নহাক্কী মাইথোংদা পিরাংনা ঈয়ায় চোল্লকখি ঐবু চিংনা য়েংলকখি ।

— অদু ওইরবদি অদুগুম্বা মীৎকুপ অদুদা ঐগী পুন্সিগীসু অরোইবা ওইরগদবনি । নহাক য়াওদনা ঐহাক হিংবা ঙম্লোই ।

ব্রাহং কয়ানি ব্রাকৎ কয়ানি নঙনা ঐঙোন্দা থাংগৎখিবদো। থম্মোয়গী নিঙাই কয়াগী মরক্তা মরৈ মরৈ য়েৎশিন্নদুনা চেন্থখিবা অঙাওবা পুন্সি ঈচেল্লক্তা ঐখোয় অনীসু কাওশিংগুম্না চেন্থমিন্নখিবা মীৎকুপশিংদো ঐদি ঙসিদু নীংশিংজরগা নুংঙাইবা ফংলি। ঐগী খোঙচৎ অসিবু মথৌ শঙলকলি ।

নুংত্তিগী ফোঙবা পাউচেশিংগী অহানবা লামায়দা ইকজুকিটিভ ইঞ্জিনিয়ার নিঙ্গোবু লালহৌলুপ অমনা ফারবা মতুং হাপ্তা অমা লৈরগা কাপখিবগী পাউনা মরুওইনা ইনরম্মী। মদুগী মরমদা মীয়ামগী লোইবা নাইদনা পেন্দবা খোল্লাউশিংনা মফম খূদিং লম্মৈ চাকপগুম শন্দোক্লম্মী। লালহৌলূপ অদুগা মীয়ামগা মেদিয়াগী খূথাঙদা অব্রায় অখুম তৌনখিবসি। অমনা মহাক মরাল লৈবা, শেঞ্জা থুমজা তৌবা, মীয়ামগী লম্ভুম মৎপা, হাৎপগী চৈরাক পীবদা মতিক চপ চারবা মীশক্লি হায়বসিনি। মীয়াম্না পেন্দবা ফোঙদোক্লিবনা

মহাক্কী ইমুংদা থা অমগী মমাঙদা হায়রিবা লূপ অদুগী দিমান্দ লেত্তর থারকখিবা লৈ মদুগী মতূং ইন্না ফাখিবনি অমদি হাৎখিবনি। মীওইবগী মফমদা থব্রায়দগী হেনবা লৈতে অদুবু মতীক মপা চাদনা দিমান্দ তৌরবদি মীসু কদায়দগী পীগনি। মসিনি নাকল অনীনা লাউনখিবদো। করিনো চমন্নবা অমদি অদুগী মতাঙদা লৈখি। চমন্নবশিংদু থিদোক্কবা ঐখোয়গী লূপকী হার্দকোর মেম্বরশিংগী মিটিং অমদা ব্রারেপ তানরম্মী। লালহৌলুপ অমগী খোঙথাংদা মীয়াম্না ব্রা ভাঙলকপা হায়বসি ঐখোয় খূদিংমক্কী লাইবক থীবনি। মদুগী মতূংদা করম্বা ফিরেপ অমা লৌগদগে হায়বদু ঐখোয়না চ্যেকশিন্না খন্ননবা শেম গাবম্মী। থৌদোক অদুগী মতাঙদনি নঙনসু নোংমা ঐঙোন্দা নঙগী মত ফাঙদোকখিবদো-"পব্রার লাইজ ওন দা বেরেল ওফ গন" হায়বা মাউগী থাখল্লোন্দু চহী খরসিদা মীচমশিংদা ওইনা ওন্সিল্লকপা ঐখোয়না উরে। মসিনা ঐখোয়গী করম্বা লালওংনো ?" খঙহৌদনা ঐগী থম্মোয়গী কাচিন অমদগী অকনবা অশাওবগী নোংলৈ নুংশিৎ অমা হৌরক্লম্মী। মদুনা ঐবু মওং থীনা নথেক্লম্মী।

— মদু করম্না হায়রিবনো ? নঙগী থৌনা অদু কদায়দগীনো ?

— নোংমৈ চীন্দোন্দা মী ফারগা রেন্সম তানবা পীদ্রগা হাৎপা, কাপ্পা তৌরিবসি লালহৌবগী থৌওংলা ?

— থৌওং অদু করম্বা লূপ্না তৌরিবনো হায়বদুদি নঙ খঙলব্রা।

— মদু খঙবগী থোইনা মথৌ তাদে। লালহৌবা হায়রগদি ঐখোয়না মঙা সুগেরা তরা সুগেরা অমত্তা ওইবা শক্তম অমা ওইনা লৌই। নখোয়গী কাঙলূপ্না ওইদবা য়াই, অদুবু মদুগী মহৈদি নখোয় পূন্না ফংমিন্নগদৌরিবনি।

— চৈরাক পীরিবা মীশিংদো করম্না মীচম্নি হায়রিবনো ? মখোয়দি কা হেন্না লম্ভুম পৈশিল্লবা, মীয়ামগী ঈ চুপ্পা লৈবাক্কী য়েক্লবনি হায়রিবসি তাদ্রা ? ঐনা মওং অমদা অশাওবা পূম্নমক ফাজিন্দুনা হায়খি।

— দিমান্দ লেত্তরগী ব্রাফম লৈরিবসিদি ? করপসনবু নখোয়না শৌগৎলিব্রা নৎত্রগা মূখৎনবা হোৎনরিব্রা ?

— নহাক্কী ব্রাঙাঙদু কা য়াম্না হেল্লে। নশানা নশাবু কন্ত্রোল তৌজৌ।

— ঐনা হায়রিবসে ঐগী লনাই মতনি হায়না খনগনু। মসি মীয়ামগী মতনি। লম্বী অচৎ অথোক্তা মীয়াম্না ঙাঙনরিবসি ঐদি তায়। নখোয়দি তাদ্রা ? মীয়াম্না হায়নীংবা ঙাঙনীংবা কয়া নখোয়বু কিবদগী ফোংনা লাউনা হায়জবা ঙমদে মসিসু নখোয়গী অতোপ্পা শক্তম অমনি। শেল থুমদা মিকাবগুম মীশিংগী থম্মোয়দা চহী খরসিদা মমি তারক্লিবসি খ্বাইদগী হেন্না লাইবক থীবনি। মসি করিদগীনো হায়বসি থিদোকপা মতম ওইরে। অদুগা নখোয়না মী অমবু মরাল লৈরে হায়দুনা হেক্তা কাপ্পা অসিসু মীয়ামগী অপাম্বগী মাইয়োক্তনি। মীদুগী মরুম থূপ্না লৈরিবা মমা-মপা, মচীন-মনাও, নুপী অঙাঙশিংগী মায়কৈদদি ইয়েং য়েংবীরমদবা অসিনি। মসি নত্তবা অতোপ্পা চৈরাক অমা মখোয়দা পীবা য়াদব্রা ?

— মখোয় অদো অতোপ্পা চৈরাক অমত্তা পীবদা কান্নদ্রবা মীমক্তনি।

— মী অমগী পুন্সি লোইশিনববু অদুক য়াংনদি লৌহন্নীংদে। মীওইববু শোয়দবা লান্দবা ঙম্ব্রা ? নখোয়সু শোয়দবদি ঙম্লম্লোই। নখোয়না শোয়রক্লবদি মদুগী দন্দি নশানা নশাদা পীজবা ঙম্লব্রা ? নখোয় সুইসাইদ তৌবা ঙম্লব্রা ? মীয়ামগা নখোয়গগী মরক্তা লিঙ্ক তৎপা অমগী অহোবদি অসুম অসুম পাকথোরক্লে হায়না খল্লী। নখোয়না খুনাইসিগী অনৌবা, অফবা মায়ওন অমা পাম্লবদি মসি থোকহন্দবনা খ্বাইদগী হেন্না অফবনি। হোয়, নীংতম লালহৌদতা নত্তনা লূপ খূদিংমক মপূং ফানা হিংবদা শেল থুম হায়বসি য়াওদবা য়াদে। অদুবু মসিদগী হেন্না মরু ওইরিবদি মীয়ামগী ইমোসন অমসুং ফিল্লিংনি। মদু নখোয়না নখোয়গী মায়কৈদা চিংশিনগদবনি। ভোলসেবিয়ান লালহৌবা চে গুইবরাগুম্বা লুচিংবা অমা নীংতম লালহৌ খূদিংমক্তা মথৌ তাই। খ্বাইদগী হেন্না লুরিবসি মীয়ামগী লালহৌবশিংগগী মরক্তা ভাব তানদবা অসিনি। মসি কোক্লবা নখোয়গী শেল থুমগী বজেৎ অমা মেদিয়াগী খূথাংদা মীয়ামদা খঙহনবা য়াই হায়না খল্লী।

তপ্না তপ্না অসুম অসুম খংহৌ হৌরকপা নোংলৈ অদো ঐগী থম্মোয়দ মমি অমত্তসু লৈহৌদনা মাঙখিরম্মী। মদু করিগীনো ? নঙগী ব্রাফমদুদা অচুম্ব কয়া য়াওখিবননি।

অহীংগী পূংজানা অমা থীংখ্রে থেঙলে মতমসে অদুবু ঐদি তূম্বা য়াদ্রে। ফক্লাং মরিনা কোয়শিনবা অফা অপুন্নরবা কা'সিনা ঐবু করেম্নরি । করেম্নবা অসিবু শীংনদুনা ঐনা নঙ ঐগী হৌখ্রবা চেনাশিং ফাক্তোক্তুনা, ঐখোয়গী খোঙচৎ অসিদা থেংনখিবা থৌদোক কয়া নফমদা পাউদমদুনা মতম লেল্লি, অদুগা নঙনা থম্মোয় শোক্লা কপ্লমগনি মোংফমথক্তা, নঙগী থব্রায়না ঐবু চৈরমগনি তমথীনা, নুপা থোক্তবনি হায়না । নঙ ঐ কয়াদা খেন্নখ্রবা ! লমদমসিগী ঈশিং নুংশিৎলক্তা চাউমিন্নরক্লবা ওইদুনসু, অসুক্কী মতিক নক্লনা ঐখোয় অনী হৌমিন্নরক্লবসু নঙ ঐ কয়াদা খেন্নখ্রবা ! করম্না কাউগনি থৌদোক্তো, ব্রাশক অমগী মৈরীনুংদা তাংগোই তাহনখ্রবা নঙগী পুন্সি ব্রারীদো । কল্লকইদা, নিংঙমহৌদেদা ঐহাক্তি । ঐনা নঙবু কয়াদা লান্না লৌখিবা ! নঙবু নুংশিবগী মৈরীনা ইমিৎ অনীমক তাঙহনখিদুনা কল্লক খম্বনগী মখূনা থৎখিবনা মতমদুদা ঐনা নঙগী থনুংগী ওইবা ব্রাফমদু খঙবা ঙমখিদে, অদুমক্লনি ঐনা নোংমা পিষ্টোল খূত্তা পায়দুনা নঙগী নাক্তা তমথীবা ব্রাখল অমগা লোয়ননা নঙগী কাগী থোঙনাউ মপাদা লেপখিবদো । ঐনা তৌখিবদো ঐগী পার্টিগী ইথিক্সতা য়াওদবা অমনি । অশাউবনা ঐবু অঙাওবা ওইহনখি। অফ ফত্তা খম্থবা ঙমহনখিদে । ঐ খঙখি, অফোংবা লানফমদা ঐহাক নফমদা শোয়দনা মাইথীগনি । কৈদৌঙৈদসু ঐনা নফমদা থৌনা থোকপা ঙমখিদবনি । মতমদু ওল্লাংথানি । থাশি ময়া ওইবনা থা থোক্লমদে। নুংশিৎ ফাওবা চপ লেপ্পুনা ঐগী তমথীরবা ইরমচত্তু য়েংখি । মতমদুদা ঐনা নঙবু শেংলবী মৈতৈ চনুগী লাইবক্তা কারিবা মাইহীংগুম্না খনখি । অদুনা নঙবু মাঙহনবতনা অচুম্বা থৌওংনি হায়না খল্লম্মী । পিষ্টোলগী ট্রিগর চিংলগে হায়না খল্লকপা মীৎকুপ্তা করিগুম্বা অমা থোকখি । হাংদোক্লবা কাগী থোঙনাউ ময়াদুদা থারিবা নঙগী ফমুংদুদা খূরু খুদক কুন্দুনা নহাক করিগুম্বা অমা ইরম্মী । ঐনা মপান্দা তৌরিবদু নঙদি খঙলমদে । অসুম ইনা ইনা নঙগী মিৎলুদগী পিরিকশিং লেপ্তুনা শিন্থরক্লম্মী। মরী মরী শিন্থরিবা পিরিকশিংদুনা ইরিবা ময়েকশিংদু মুখৎপা হৌরক্লম্মী। কাইনথংদা নহাক ইবা লেপ্পুনা নৌরবী খুবাম অনীনা মাইথোঙ খুমদুনা পেন্না কপ্লম্মী । ঐগী থম্মোয় তনিক্লম্মী । ঐগী অশাউবগী মৈরীদুসু নঙগী পিগী ঈচেলদুনা মূৎথৎখিরম্মী । ঐগী খূৎ কনানো অমনা ফাবগুম তৌরম্মী । ট্রিগর চিংবা ঙল্লমদে । মীৎকুপ অদুতদা খল্লক্লম্মী শকখঙদবা য়ুখল অমনা ঐখোয় অনীগী মরক্তা খল্লীবদু । য়ুখলদু

হাইদোকপনা ঐগী তঙাইফদবা ইথৌ নত্তরা ? অসুম্না নহাক্কী মরমদা হেন্না কুপ্না থিগৎনবা অচেৎপা ব্রারেপ পুদুনা মফমদুদগী খোঙ থাংদোরকখি । নুমিত্তুসু ঐহাক মাইথীখি ।

কাউন্টর ইন্সরজেন্সিগী থবক তৌরম্বা খূৎপু অদু ঐখোয়গী কেম্প য়ৌবা মতমদা ইনট্রোগেসন সেলদা পুশিন্দুনা ব্রাহং পাউহংবা লোইরম্মী । মখোয় খূদিংমক্না মশাগী মরাল য়াজরম্মী । মতূংদা অমুক তৌজররোই হন্দক্কী মতাংসিমদি ঙাকপীরো হায়না অচৌনা ঐখোয়দা খুরুমজরম্মী । মখোয়বু ঙাকপীগদ্রা ঙাকপীরোইদ্রা হায়বগী মতাংদা কেম্পতা য়েৎনবা অমা থোক্লম্মী । মরূ ওইনা থোইবনা ঐগা মত খেন্নরম্মী । অদুবু মহাক্না ঐখোয়গী লুচিংবা ওইরিবনিনা মহাক্কী য়াথংদু ঐখোয়না ইকাইখুম্নবা তারম্মী অসুম্না মখোয়বু অকনবা ব্রার্নীং পীবগা লোয়ননা থাখায় অমগী মতূংদা থাদোকপীরম্মী । ঐনা মমাঙদসু হায়খিবদুনী থাজবা য়াদবা মীবু থাজরূবগী ঙসিদি ঐখোয়সু চৈরাক ফংলে । মহাক্তি ঙসি হিংলি, নোক্লি, ফমথোনসু কারি । মাঙজরিবদি ব্রানা থব্রায় খূবাক্তা হাপ্তুনা শাগৎচখিবা ঐখোয়গী কেম্পনি, ঐখোয়গী তাঙলবা লান্মীশিংনি । শেন্নহৌদবা মীৎকূপ অমদা থম্মোয়দা ফাওরকপা মিনুংশি অমনা, থম্মোয়গী অশোনবা অমনা ঐখোয়গী লুচিংবা ঐগদি মরূপ ওইনা লোয়নজরকপা থোইবগীসু অরোইবা মীৎকূপ ওইহনখ্রে । মসিগী লমন খুম্নবগীদমক ঐ হিংলি ঙসিসু । চ্যেকপলসিদগী ঐনা মপান হেক থোকখিবদা অহানবা ওইনা ঐনা থাগদবা টারগেত্তি থাজবা হাৎপা, তৌবীমল খঙদবা শাদুদনি । অদুবু কৈদৌঙে লাক্কনি মীৎকুপতো ঙাইবদা ব্রারেদা ।

## ১৫

অহীংগী পূং ১২ তাখ্রে। হায়নখিবা মতুংইন্না থোইবগা ঐগনা লুচিংবা ঐখোয়গী মী তরুক্লা শাবা তিমদু নেসনেল হাইরে নম্বর কুন্থ্রামাপলদা, মন্ত্রিপুখ্রীগী চুম্ব্রে থোংদা থুংলম্মী। মফমদুগী সোরোক ময়ায়মক্তদা মিটর মখায় অমরোম লুনা মফম অনী পঙলাপ লাপ্পদনা মিটর তরামুক লাপ্পনা শক্তি লৈরবা লেনমাইন অনী ফুমজিল্লম্মী, অদুগা ঐখোয়না সেন্ট্রেল কলেজগী নাকন্দা লৈরিবা হৈঙাং তাবা লম্বীদুগী শরক মপান ওইরপ্পা কূংনা ব্রাংনা হৌরিবা শম্বল্লে পরেংদুগী মরুমদা লৈরিবা খোংবাল পরেংদুদা ফীভম শেমদুনা লৈরম্মী। ব্রায়ারলেস সেত্তা পাউ লাকপা ঙাইদুনা লৈনরম্মী। পাউ লাক্লে - লুৱাংশংবম আর্মি কেম্প কুনমরিসুবা বটালিয়ন্দু লাম্থোক্লগা কোইরেংগৈ তান্না চৎকদবা আর্মিগী গারী মপোৎ অহুম বুলেট প্রুফনা মাঙ থাদুনা চৎখ্রে। হায়রিবা গারীশিংসিদা অমদি খূৎলাই য়াওখি হায়বগী অচেৎপা থাজবসু ফোঙদোরক্লম্মী। ঐখোয় মীৎ না শিংনা চোকশিন্না ঙাইনরম্মী। কুইদে মিনিট কুনমুক্কী মতূংদা গারীশিংদু ঙংদুনা পাইশিল্লক্লম্মী। থোইবনা মমাঙথংবা অহানবা থেংনগদবা মাইন অদুগী রিমোট কন্ট্রোল পায়রম্মী ঐনা অনীসুবা অদুগী পায়রম্মী থোইবনা হুইসেল খোংলক্লম্মী। লোয়ননা অমুবা মচুগী গারীশিংদু মৈঙান্দা মুজাউ চাউরবা হিংচাবা মপৈ অমা পাইশিল্লকগগুম পাইশিল্লক্লম্মী। ঐগী থম্মোয়গী মিহুল য়োৎসুল্লা সুরকপগুম মখোন থোক্লা কন্না কন্না চোংলক্লম্মী। অতোপ্পনা তাখ্রগনি মতাগুম ইথন্তা ফাজরম্মী। থংনবা মীৎকুপ্তা করিথোক্লগনি। তম্বা ঙমদবা লাইবক্কী চক্রনা ঐখোয়গী লানফম অদুবু করম থোকহনগদৌরিবা ? মায় পাকপা নত্রগা মায়থীবা পুক্সিগী হৌনলোনচংনি। থম্মোয় নূংগুম কলহল্লদুনা ঐনা কন্ট্রোলদু শেন্নরম্মী। খূদক্তুদা অতিয়া মালেম অনীবু নীকহনবা খোঞ্জেল অমা তারক্লম্মী লোয়ননা মৈরীক মৈখুনা আতিয়া মালেম অনীমক কূপশিনখ্রবগুম তৌরম্মী। ঐসু ঐগী মাইকৈ তম্না লাক্লিবা মথংগী গারীদুনা য়ৌশিল্লকপদা ঐগী খূৎনা পায়রিবা রিমোৎ কন্ট্রোলদু নম্লম্মী অদুগা লোয়ননা অহৌবা মখোলনা ব্রভ

তাবগুম লৈমায় নীকহনখি । থম্মোয় অমদি হকচাং কয়াৎ পূম্নমক শিংকুপ শানা চাইখায়খ্রবগুম পঙথরম্মী । মথংগী মীৎকুপ্তা মমাঙ ইথং থংনা লাকপা বুলেট প্রুপতুগা অনীসুবা গারীদুগা অহাঙবদা মচেৎ মচেৎ পোকখায়দুনা লেন্দ স্লাইদ নংলবা চীংমাই অমা কিন্থরকপগুম কীন্থদুনা তারম্মীবদু উরম্মী । অহৌবা মখোন্না নাকোং দ্রম শেগায়বদগী কন্ননবা ঐখোয় খূদিং থবক পাঙথোক্লমদাইদা নাকোং লশিং মেনখ্রবনি অদুদা নত্তনা ব্রাংনা কাপখৎলক্লিবা লৈবাক্কী লৈরোল অমদি গারীগী মচেৎ বোম মচেৎনা শোক্তনবা খোংবাল পরেংদুদা চ্যেকশিন্না পাকথদুনা লৈনখিবনি । সেকেণ্ড খরদা থোকখিবা তুজুংলবা হান্না চ্যেকশিনহৌদ্রবা অঙকপা থৌদোক অদুদা ঙকচান্নবা অমদি পাখৎপা অনী পূনখিদুনা মনীং ইথং থংবা গারীদা তোংলকপা আর্মিশিংদু গারী মনুংদগী ফন ফন চোংথদুনা গারী মরুমদা পোজিসন লৌদুনা ইঙাও ঙাওনা টারগেট মথোঙ খঙদনা নোংমৈ চীন্দোন হাই হাইদুনা কাপ্লম্মী । ঐখোয়গী টিম শারিবা লান্মী মরিদুনা এস. এল. আর শীজিন্নদুনা মখোয়দা এটেক তৌরম্মী । সেকেণ্ড খরগী মতূঙদা ঐখোয়না পোজিসন লৌরিবা মফমদু খঙলক্লবগুম উপ্রাক্লা উপ উপ্তুনা নীংহন্ননা মরক্কী মনীংথংবদা লৈরিবা লবুক্লোমদা শম্বল্লে মরুমদা চঙশিনবা হৌরম্মী । অদুবু শম্বল্লে মরুমদা লৈরিবা বার্ব ব্রায়ারদুনা চঙশিনবা য়ারমদে । শম্বল অদু চোংদুনা লাম্থোক্কদবসু মখোয়গী মথক্তা নোংচুবগুম ঐখোয়না হৈথরিবা নোংমৈ গুলিশিংদুনা পানগদৌরিবনিনা মখোয়গী হোৎনবদু অরেম্বা তারম্মী । সরক্কু ঈখেং অমদি অতেক অকায় মপৈ, মৈরীক মৈখুনা অচৌবা লানফম অমগী শক্তম য়েক্লম্মী । পূংখায় অমরোম কাপ্পরবা মতূঙদা মখোয়রোমগী নোংমৈ কাপ্লকপগী খূদম অমত্তা ফংলমদে । লান্মী অয়াম্বা থব্রায় য়াওদনা তাদুনা লৈনরম্মী । অশোকপা খরগী নাহেখোন্না মফমদু নিল্লম্মী । ঐখোয়না মপূং ফানা মায পাক্লম্মী । থুনমক গারীদা কাখত্তুনা য়াওরম্বা খূজু খূৎলাইশিংদু লৌথরম্মী । অফ অফবা মপাল্লমগী খূৎলাইমক্তনি । ব্রাকি টৌকি সেট অমসু য়াওরম্মী । নোংমৈ মরূনা মকোক্তা ফাওদোকখ্রবা লান্মী অমগী মখূত্তগী ফংবনি । ঐখোয়না খূৎলাই পূম্নমক খূদুম চল্লবা মতূংদা চুম্ব্রেথোংদগী হাইজিনখ্রগা লৈরিবা লম্লোংদুদা খামহৌবা ভেন্দুদা ঙাইহৌবা দ্রাইভরদুগা পাউ চৎনদুনা ভেন্দু থৌজিল্লক্লম্মী । খূৎলাইশিংদু মনুঙদা হাপচিল্লগা ঐখোয় মফমদু থাদোক্লম্মী । মথং মথং হৈঙাং ফাওরগা মথং মথং লাম্থোক্লুনা তাংখম

তারগা চীংলম্বীদা থৌরক্লম্মী । নুংশিংকী মমাঙ থানা ঐখোয়গী ভেন্দু ঐখোয়গী চঙজফম য়ূম অমদা তরেৎখুন তান্না চেল্লম্মী । ঐখোয়গী কেম্প তান্না নুমিত্তুদা চৎপা য়াররোই । চেক পোষ্ট খূদিংমক পাউ য়ৌরম্লনি । লম্বীদা কনাসু চ্যেক মুক লাউনরমদে মীৎকুপ নাহুম শিংনা চৎলিবনি । তরেৎখুল য়ৌদ্রিবফাওবা পূক্নিং নৈতারোইদৌরিবনি । মফম অমদা পেট্রোলিং চৎপা লান্মী থেংনবা য়াই । সেত্তা পাউ ফংনদুনা ঐখোয়বু তান্নরকপা য়াই, লম্বীদা থৎলম্বা য়াই । অদুবু পাউ পীগদবদি কনানো ? অতেক অকায় মপৈরক্তা মশাগী ঈখেংলক্তা লুফেৎ লুফেৎ ঈরাক্লহৌবা লান্মীশিংদু ঐগী মীৎমাঙদা ময়েক শেংনা চোংথোরক্লম্মী । মখোয়না তারিবা অৱাফম অদুগীদমক খল্লম্মী । মখোয়গী মরাল করিনো ? সরকারগী মচেঙ চাদুনা ঐখোয়গী মাইয়োক্তা লেপ্লবা অদুরা ? মখোয়সু মীওইবনি, থাপ্লবা মরমদমদা মখোয়গী হকচাং তংখায় শক্লবী নৌজরিবী নুপীশিংনা সিংগ্রেংদা সিন্দুর নমদুনা, লাইবক্তা অঙাঙব বিন্দি নমদুনা অঙাঙবা সারী শেত্তুনা য়াইফমংগলগী ধুব থাউমৈ কত্তুনা ঈশ্বরগী মফমদা মখোয় মখোয়গী মপুরোইবশিংবু তেক্ত কায়দনা মনাক্তা পুবীরক্লবা মীৎকী পিগা লোয়ননা খুরুমজরমগনি । মখোয়গী মপাউ ঙাইজরমগনি । মখোয়গী মায়কৈ য়েংজরমগনি । পীক্লিবা মচাশিংনা, অহল ওইরবা মখোয়বু পোকপা মমা মপাশিংনা, অমুক হল্লকপগী নুংঙাইরবা মঙ মঙজদুনা লেঞ্জরমগনি । খঙহৌদনা ঐগী থম্মোয়দা অৱাবগী লৈচীল নোংফাইনা কূপশিল্লকপগুম তৌরম্মী । ঐসু মীওইবা অমনি । থৌদাংনা পুনখিবনা তমথীবা শাজৎ মখোয়গী মফমদা চৎখ্রবনি । থম্মোয়নদি মায়পাক্লে হায়দুনা মকা লাম্না নোকপা ঙম্লমদে । ঐঙোনদা ফাওরিবা ঈথিলসে থোইবা অমদি ঐখোয়গী লান্মীশিংদসু ফাওবা জাৎলা হায়দুনা ঐনা মখোয়দা মূনা য়েংলম্মী । মখোয়সু তুমিন তুমিন ৱাখল অমমমনা য়োমশীনবগুম চৎনরম্মী । মখোয়সু মীওইবনি মীওইবা অমগী অৱাবা করিগী থম্মোয়দা পাল্লোইদগে ? অদুবু মীওইবা ঐখোয়দি ইথৌদাংগী মনাইনি । ইথৌ পাঙথোকপদা নীংহন্নবা পাঙদবা অয়ম্বগী মতৌনি অদুগীসু মথক্তা য়াওল্লোই ঐখোয়গীদি নুংশিবা মরূপ ওইরবসু, ইপা ইচা, ইচিন ইনাউ ওইরবসু ঐখোয়গী মাইয়োক্তা লেপ্লকপা মীপূম খূদিংমক ঐখোয়গী য়েক্লবনি । মথং মথং অশম্বা লম্বী থি থিদুনা থৌরকপনা তরেৎখুল য়ৌরম্মী । খূদাং ঘরীদা য়েংলুবদা নোংয়াই মতুং পূং অহুম তারম্মী । মফমদুদা ঐখোয়না এম্বুস তৌবদা ফংলকপা

খূৎলাইশিং ঐখোয়গী কম্মান্দোশিংনা মথং মথং কা অমদা হোঞ্জিলম্মী। অদুগা মায়পাকপগী হৃরাওনুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা ঐখোয় ময়াম চাকলেন অমা চামিন্নরম্মী।

"ইচিন ইনাও মঙাগী ঐনা অহন্নি।" থোইবনা সর্জেন্ট ওইরিঙৈদা নোংমা মহাক্কী ব্রারী লীখিবনি। মা ঐ লোয়নরকপা অসুক কুইবসে ঐনা নোংমতা মাগী মরমদা হংখিদে। নুমিত্তুদি মথন্তা মহাক্কী হৌখ্রবা, লোৎশিন্দুনা থন্নুরবা ব্রারীগী লংজিন কাঙথোকচরকখি। মীওইবগী অব্রাবা, থম্মোয়নুংগী ব্রারী কনানসু মতম শাংনা ফুমদুনা লৈবা ঙম্মদে। মৈগী চীংগুম নোংমদি শোয়দনা পোকখায়রকপা হায়বসি হৌনশানি। অদুনা মহাকসু মহাক্কী তুজুংলবা পুন্সিগী ব্রারীশিংদু লীথোরকখি। "ইমা অমদি ববাগী মমীত্তা অহানবা উজবা ওইবগী মখোয়গী মফমদগী মপান্নাইদ্রবা নুংশিবা ফংজখি। মখোয় অনীগী মিনুংশিগী ঈচাউরক্তা ঐগী পুন্সি হাইনা হুম্না থম্বালগুম শাৎচরকখি। ঐগী ববা, ইচম চম্বা জুনিয়র হাইস্কুল অমগী হেদ মাষ্টরনি। চম্না হিংবা অদুগা অব্রাঙবা থাক্কী ব্রাখল চেনবা, অতোপ্পগী মফমদা মীনম শোরি তৌবা পামজদবা মীশক্নি। অদুগা ঐগী ইমাদি ইচম চমজবী লাইরিক লাইশু থোইনা হৈজদবী লায়রবা ইমুংদগী হৌজরকপী নুপীনি। মখোয় অনী পাখং লৈশাবী ওইরিঙৈদগী থম্মোয় থম্মোয় খঙনদুনা লৌনরকপনি। ইমাদি ইঙ-তপচবী মপুরোইববু লাইগুম্না, মথম্মোয়গী নুংশিবা পূম্নমক হৈজীঞ্জদুনা লেঞ্জবী ট্রেদিসনেল ভেল্যুবু চেৎনা থাগোঞ্জবী নুপীনি। নুপী ওইবী খূদিংমক্তা মপুরোইববু নুংশিবগী লমদা অনীসুবা লাইনি হায়না খঞ্জবমক্তনি। মদুগী মমল অদো খঙবীদবা নুপানা অয়াম্বনি ঐখোয়না ঙসি মালেমসিদা থেংনরিবসি! অদুবু ঐগী ববাদি মখোয়গী মনুঙদা চনখিদে। ববানা ইমাগী থম্মোয়গী ওইবা ব্রাথোলশিংদো খঙবীখি অমদি মহাক্কী তৌবীমল অদুবুসু চেৎনা থাগোঞ্জখি। ইমাবু মহাক্তা মান্নবা লাইরিক লাইশু হৈজদবী ওইরবসু মহাক্তা মান্নবা মীশক অমনি হায়না খনখি। অরুবা ব্রাফম খূদিং ইমাগী ব্রা তারগা পাঙথোকখি। মহাক্তা থন্ন নৈনখি। অদুনা মরা তপ্পা ইমুং অমা ওইনা লৈকায়না ইকায় খুম্নখি। ঐগী পীক্লিঙৈ মতমগী পুন্সিদা অপেৎপা লৈখোম্নু ওইহন্নীংবা মওংদা মেত্থুনা শেম্বগুম মখোয় অনীগী খূৎফমগী মমি তাখি। ঐনা ঙসি ওইরিবা শক্তম অসে মখোয় অনীনা পামজনা শেমখিবা শক্তল্লা ? মখোয় অনীগী অরোয়বা মীৎকুপ্তা পীক্লিবা ইনাও মরিগী তুংগী পুন্সিবু মখোয় অনীগী মহুৎ

শিন্না শেমগৎলক্লবা ইফমদা শিন্ননীংলমগনি। অদুবু ঙসি ঐনা ওইরিবা শক্তম অসিদি মদুগী ওন্না তৈনবনি। ঐনা পীক্লিঙৈদা ববানা মালেমগী মতীক ময়াই লৈরবা লুচিংবা কয়াগী ব্রারী লীবীখি। পীক্লিবা ঐগী নৌরিবা থম্মোয়দা মপূং ফারবা, মকা ফন্না শাৎকায়রবা মীওইবগী পুন্সিগী মমিনা লুমশিনখি। মীওইবগী পুন্সি থাদোকপা অমদি কখোকপগী লৌফমনি। লৌফম অসিদা ঐখোয়না মহৈ মরোং থারি। চরোং চূন্নবা মীওইবগী মহৈ মরোংগী লৌবুক্তা ওইজ তানবা হায়বা তীন্না চীকথত্তুনা হেক হেক মাঙহল্লি। মশক মচু থোকপা ঙমহন্দে। ঐনা পীক্লিঙৈদা ববানা হেক হেক হায়খি "মীওইনা পোক্লবদি নীংতম্মা হিংগদবনি। পুন্সিবু মমল কাখৎহনগদবনি। অচুম্বা মশক খঙগদবনি অতোপ্পবুসু নীংতম্মা হিংহনগদবনি, মমল লৈহনগদবনি।" কয়াদা মমল লৈখ্রবা ব্রাফমশিংনো ? মহাক্কী পুন্সিদা ঙাঙথোকখিবা মশাগী ব্রাফমসিংসে ঙাক্লা চৎখি। মহাক্কুম্না ব্রাফমসিবু ঐখোয়না ঙাক্লা চৎচবা ঙম্নবদি হিংবসে কয়াদা মশেক মঙাল নাইরমগনি। মহাক্তি লীশিং অমগী মনুংদা অমত্তং য়াওবা অচঙবা মীনি। মহাক্লা স্কুলগী হেদ মাষ্টর ওইরিঙৈ অখাকপা লৈতনা অহীং নুংথিল নাইদনা স্কুলগী চাওখৎনবা হোৎনখি। ক্লাস খূদিংমক্তা য়াওবা অফবা মীহৈরোইশিংবু ফুরিৎখাউগী পৈশা ফাওবা পুথোক্তুনা বয় মচা অমত্তং ওইরবসু লৈবিখি। স্কুলগী অঙাঙশিংগী হকশেলগী মরমদা মরী লৈনবা লোয়শঙদগী লৌবা য়াবা তেংবাঙসু কায়দনা লৌখি। মতম মতমগী অঙাঙশিংগী লমচৎ শাজৎ শেমগৎনবা থৌরমশিং লৌখৎখি। ববানা ঐখোয়বু নাউয়োক নাউকোনবদা লৌখিবা থৌদাং অদুগুম ইমানসু লৌখি। তূন্নমদাই খূদিংমক্কী মহাক্লা নুংঙাই নুংঙাইরবা ফুংগা ব্রারীশিং লীবীখি। মমা ওইবীগী মিনুংশি ঈথক ঈপোম্নক্তা ইচিন ইনাও মঙানা থম্মোয় পেন্না শান্নজরকখি। ইমাগা ববাগনা ঐখোয়বু মেলা য়েংবা পুবিখি। মেরিগো রাউন্দ তোংহনখি। ইন্দিরা পার্কতা শান্নহনখি। হরাও কুম্মৈ কয়াসু মতম মতমগী য়েংহনখি। অদুবু খঙহৌদনা পুন্সিগী মচু হোংখি। মসিমক্লা লোইরে হায়বা অককবা মরমচৎ অমা পুন্সি হায়বসিগীদি লৈতমাল্লে হায়বদু মতমদুদা ফাওখি। তরু তরুবা ঐখোয়গী অতিয়াদসু নোংলৈ নুংশিৎকী থামম্বা অহীংদু লাকখি । তনৌ তনৌরিবা উচেকশিংগী পুন্সিবু মথানুংদা কোঞ্জরম্না পীক্লবা উচেক্কী মহম্নু ঙমখীবা নোংলৈনা হুমদোকখিবসু কোঙগাইনি। নোংমা অহীং অমা ঐখোয়গী য়ুম অর্মিনা কোঁইশম্নম্মী অদুগা থোঙ কাওখায়দুনা চঙলক্লগা ব্রাহং পাউহং

অমত্তা চৎখদনা ববাবু ফিমুনা মমীৎ খুমজিল্লগা গারীদা হাপ্পুনা পুখিরম্মী। ইমানা চোংজবা লাউজবা খূদিংমক কনানসু তাবীরমদে। মতমদু ঐনা ক্লাস আইট তম্বা মতম্লি। ঐনা "ববাবু ফারিবা করিগীনো? কদায়দা পুদৌরিনো ? মহাকপু পুখিনু" হায়না ববাগী মখূৎ পায়দুনা য়াল্লুবদা,লান্মী অমনা চূবাদা নোংমৈ মনীংনা সুরম্মী অমদি তমথীনা ফূরম্মী। ঐহাক লৌশিং মাঙদুনা লৈহৌরম্মী। সিফাই অমখক্লা ইমাদা হায়রম্বদগী খঙহৌখি। "ববাখোয়গী স্কুলগী ভেরেন্দাগী সিলিংদা লালহৌবা নহারোলশিংগী খূৎলাই লোৎহল্লম্মী। মদুগীদমক মহাকপু ফারিবনি।" থৌদোক্তুগা ববাগা কদায়ফাওবা মরী লৈনরিবা কদায় ফাওবা ববাগী খূৎ য়াওরিবা হায়বদুদি কনানা খঙলুরনি। অহীং অদুনা মহাক্কী মশক উবগী অরোয়বা নুমিৎ ওইখ্রে। মখোয়গী কা হেনবা অওৎ অনৈনা মহাক্কী মমল য়াম্লবা পুন্সিবু খাঙঙুথক্তা মাঙহনখ্রে। থাজবদি ঙমদে অশেংবমক্লা নৎত্রগা কনাগী থৌইনশিন্নো ? থৌদোকসিগী মমাঙদা ইমাগা ঐগনা করিগুম্বা শমিন অমত্তা ফংখিবা লৈরমদে। ফোঙঙমদ্রবা পাউখোঙ ওইনা ঐখোয়গী মীৎমাঙদগী লোৎখিরম্মী। অদুগা মরায়বক থীরবী ইমানা অহীং নুংথিল ৱাখল মতেক মতেক মাঙদুনা লায়কন্নখি। ইমাগী মতৌ উবদা ঐগী থম্মোয় কায়খি। পীক্লিবা ইনাওশিংনা তঙক তঙক থৌদোক্তু য়েংখি থৌদোক্তুনা ঐগী থম্মোয়বু মৈ ঈক্লবা নূংদুমগুম কনশিনহনখি। অদুক তমথীবা শারমচৎকী থৌদোক অদুবু মচাওইবগী থম্মোয়না করম্না খাঙগনি ? ববানা ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চৎখিবা মীকূপ অদুদা হুনখিবা মরূ অদুগী শক্তম্লি ঙসি ঐনা লেপ্লিবসে। অমুবা মথোঙ হুক্তবা আইন্না মনীংতমজনীংলবা মীওইবগী থম্মোয়বু য়োৎহ্লীং চনবা ঙল্লোই। মসি ঐখোয় ইশানা ময়েক লারবা খূদম ওইনা লেপকদবনি। ববাবু হাৎখিবা মীহাৎকী মরমদা পেন্নদ্রবা মীয়াম্না মপী মপা ওইবশিংদা ৱাকৎ থাংগৎলম্মী। অদুবু উপাই লৈখিদে তাবীনবা নাকোং পানখিদে। অচৌবা শক্তি অমা কুয়োম ওইরিবা লৈঙক্লোন অসিনা মীয়ামগী ৱাকৎ পূম্নমক থক্তোকহনখি, মালংদা তিলহনখি। অসুম্না ববাদা নত্তনা মীচম কয়াগী পুন্সি পিখম্নহনখ্রবনি, কয়া অমা শোইনাইহনখ্রবনি । নুপী ওইবীশিংগী ইজ্জৎপু তেমশীংনখ্রবনি। লৈবাক মীয়ামগী পুন্সি ঙায়োক চফূগী ঙাগা পাংখক ওইরক্লবনি। মরূপ, ঐখোয় পূম্নমক্লা খঙই ঐখোয়বু ইকোক হাইগৎপা ঙমদনবা কল্লবা য়োৎকি কোলুনা চপখায়দুনা মাঙহন্নবা শীল্লক্লিবা শক্তি অসে করিসু নত্তে ইং ১৯৫৮দা মরু হুনখ্রবা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিএল পৱারস

এক্টনি। অসিনা অমুক ঐখোয়গী হৌজিক হিংলিবা পুন্সিবু মীনাই নাইথাংগী মপোক্তা লেঙ ওৎপ য়াদনবা, ঐখোয় পূম্নমকপু অচৌবা য়োৎলি ওইদুনা পুন্সিন্নবা হোৎনরি। লোইলম শন্দোকপদা হালেংবা লৈত্রবা ব্রিটিশগী মাইয়োক্তা হৌরকপা ভারত অপূম্বগী ক্বিট ইন্দিয়া মুভমেন্টবু নমথনবা ইং ১৯৪২দা পাস তৌখিবা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিএল পৱার্স ওর্দিনান্স হায়বসিগী অতোপ্পা শাইয়োন অমনি ঙসি ঐখোয়গী ইথক্তা থল্লিবা এক্ট অসি। মসিদা পীবা শক্তিশিংনা মীচম অমবু ফারগা তমথীনা ওৎনৈরি, য়ূমকৈ থুগায়রি, মরাল থিদনা শা হাৎপগুম হাৎলি, নুপীগী ইজ্জৎপুসু তেমশীংনবফাওবা য়াওরি। মীচম অমবু করম্না ঙাক শেনগদগে হায়বা খঙদবা মার্শেল লোনা শম্বল ওইনা কোয়শিনবীরবা মীচমশিংনা অৱাফমদা তারি। শম্বলনা হৱাই মতোল চাবা হায়বদুমক থোক্লি। মসিগী মাইয়োক্তা ঐখোয় খূদিংমক্না লেপফম থোক্লবনি। করিগুম্বা শক্তি অমত্তনা মীওইববু নমথবা ঙম্লোই, মীওইবগী মশাগী ফংফম থোকপা হক মুনবা ঙম্লোই হায়বসি ঐখোয়না ঊৎফম থোক্লে।

ইমাগী ফীভম নোংমা নোংমগী শোকচিল্লক্লম্মী। মমি ইশাম শাল্লম্মী। মহাক্কী পুন্সিদি থাবল্লৈগা পাঙখক্লি। থাবলগী ঈপোম্লক্তা মকা লাম্না শাৎচবী থাবল্লৈনা খল্লুবা লৈতে পামজদ্রবা অয়ুক অমা লাক্কনি হায়বা । থাবলগী ময়ায়না ঙাওরিঙৈ খঙহৌদনা লোইখি অহীংদি। তপ্না তপ্না উমশিনখি শাৎকায়রম্বা লৈরাংগী লৈকাশিং। অহীংগী লীক্লানা চোৎলবা লৈকোরক্তা ইদুনা লৈহৌই থম্মোয়নুংগী ব্রাকৎ কয়ানা। ববা লৈখিদবা থা অমগী মতুংদা ইমাসু ঐখোয় পূম্নমকপু থাদোক্লমদুনা ববানা চৎখিবা লম্বীদা মহাক্কী মতূং ইনখি। শরেপ ফাদ্রিবা ঐখোয় ইচিন ইনাও মঙানা ইপা শক্লবা ইখুরাগী মরুম থূপ্না হিংলকখি! মহাক ববাগী মনাওনি হায়বদা নোপত্রবা পূকচেল শেংবা মীশক্কী। ববানা থম্বীরম্বা লৌ-শীং খরগা পেন্সনদুগনা ঐখোয়বু মী ওইনবা শেম্বীগনি হায়বা ফিরেপ মহাক্কী লৈ। মহাক্কী লমজীং মখাদা ঐখোয়গী পুন্সি ইতিহাসকী অনৌবা চেনা অমা হাংদোকখি। হাইস্কুলদগী কলেজগী থাক ফাওবদা ঐহাক অফবা শান্নরোয় অমা ওইবা ঙমজখি। ইখুরানা ঐবু য়াম্না চ্যেকশিন্না অচঙবা মী ওইনবা হোৎনবীরকখি। অদুবু চিল্লবা পুন্সি থৌগাইরক্তা থম্মোয়দা তাখ্রবা থাঙফম অদুগী চৈনাদি লেপ্তুনা মথি ফোঙলকখি। লাকচথীখিবা অদুগী লমন খুম্নীংবগী ব্রাখলনা ঐবু লৈতাহল্লমদে। অসুম্না লেল্লম্বদগী নোংমা ঐগী বি.এ. অরোইবা চহীগী পরিক্ষা পীখ্রবা মতুংদা মরূপ

অমগী খুৎথাংদা লম্বী অসিদা খোঙ থাংজিল্লকপা হৌখি।”

মরূপ থোইবগী ৱারী তারুরবা মতূংদা ঐনা খনখি পুন্সি হায়বশি তম্বা ঙমদবা ঈথক্লি। ঐগী পুন্সিদসু, কনাগুম্বা অমগী পুন্সিদসু, চৈথেংমক্তনি দাগফম ঙাক্তনি। পুন্সিনা ঐখোয়বু পুরিবরা? ঐখোয়না পুন্সিবু পুগদৌরিবরা ? মসিসু অরুবা ৱাহংনি। পীক্লবা ঐখোয়গী ইরমদম থমখিসি মালেমগী ইতিহাসতা য়েংসি, হিতলরবু কনানো, নেপোলিয়নবু কনানো ? ফ্রেন্স রিভোলুসন্দা অচৌবা পন্দুপ অমা হাংদোকখ্রবা মীওইশিংসি য়েংশি । মখোয়গী নুপাথোকপনা মখোয়গী পুন্সিবু কদায় ফাওবা পুখৎলম্বগে ? মপান্নাইদ্রবা শক্তিবু পায়রগা মখোয়না পুন্সিবু হিমায় চুমগনি খনখিবা মীওইমক্তনি, অদুবু অদুগুম্বা শক্তি অদুনা মখোয়বু লাপ্না লংথোক্তুনা থম্বীরম্মী তান্নবা হিদেন তাফম অমদা । মসিনি মীওইবা, মসিনি পুন্সি। নোংলৈ নুংশিৎলক্তা লম্মাংনরবশিংগী ৱারী।

কুইরে ঐনা য়ুমদা চত্তুনা ইমাগা উন্নরুদবা । ঐখোয়গী হেদকার্টর্সদগী হল্লক্লবা মতূঙ নুমিৎ খরনি মহাক্কা লোয়ননা ঐগী ইখুংগংদা লৈরম্মী । ইথৌনা য়াদবগা ঐগী তুংদা স্পাই ময়াম্না তান্নবগা থুনমক অমুক ঐখোয়গী কেম্পতা লৈবা চৎখিবনি । কুইখ্রে, নহাক্কী নৱা নপাউ তাখিদবসু নঙনা থাংলিবা খোঙথাং, লৌরিবা ফিরেপ অদুগী মরমদসু থিগৎকে খনবা ঙল্লমদে । অমগী মথং অমা থৌশিল ময়াম্না পরেং লেংদুনা লৈখিবনা ঐহাক নাম্মোকপা ঙল্লমদে, অদুনা খাঙঙমদবা চিংনবগী নোংলৈ নুংশিৎ নংদুনা লেনবা তাখিবনি । মসিগী মতূংদা নোংমা, ঐখোয়গী লুচিংবদগী য়াথং লৌরগা ঐহাক য়ুমগীদমক খোঙশাল্লক্লম্মী । খোঙচৎ অসিনা নঙ ঐগী মরক্তা খল্লিবা পার্দাদু হাইদোকপগী খোঙচৎ ওইগে হায়না ৱারেপ লৌরম্মী । ঐনা য়ুমদা লাকপগী লম্বীদনি । য়েৎথংবা নারুমদা ককচেং অকুপ্পীগুম্বনা চীকপগী চৈনা ফাওরকখি । ওয়থংবা খূৎনা ঐনা থৌরিবা মোটোর সাইকলদুগী হেন্দলদু শেন্নরগা খূৎ য়েৎনা চৈনা ফাওরিবা মফমদু নাম্মোক্লম্মী । নাম্মোক নাম্মোক্লা য়েৎলোমদা হাইফেৎ য়েংথোক্লবদা ঐহাক স্বায় লাউরম্মী । ঐগী গাবীগী খোঙজেল খঙহৌদনা তপথহল্লম্মী লোয়ননা ইশা ইথম্ভ থৌদোক অমা নীংশিংবগুম তৌরম্মী । মরুখোইবা অমগা, মশা পারগা ৱাংবা অমগা [illegible] জেক্কেৎ লীৎপা, জিন খোঙগ্রাউ শেৎপা, থম্মোয়দা থাঙফম হক্তুনা থমখ্রবা

করম্না কাউগনি থৌদোক্তো, মশকতি উহৌবা নত্তে মরূপ থোইবনা তম্বদগী খঙবনি। মখোয়গী অকোয়বদা য়েংলুবদা অমুবা মচুগী বুল্লেত্তু উরম্মী। এম. এন. এস ব্রান থ্রি জিরো জিরো আইট। কোক্কী লৈরোন চিংখায়দুনা অশাবা ঈচেল অমা শাফু কন্না চেল্লকলম্মী। দিস্ট্রিক্ত হোসপিটালগী মমাঙদা লৈরিবা লম্বীদুদা কেলিচনা য়োনফমদা লেপ্তুনা মখোয় অনী কেলিচনা চারম্মী। - 'মানি শোয়দ্রে।' ঐনা তোংলিবা মোটোর সাইকলদু মখোয়না লেপ্লিবা মফমদুদা থৌজিল্লম্মী। গারী খাল্লম্মী। অদুগা মখোয় অনীনা লেপ্লিবা কেলিচনা পোৎফমদুদা চঙলম্মী।

— কেলিচনা ময়োম অমত্তা লৌজগে।

মখোয় অনীদু ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংথোরকখি। মখোয় অনীগী মীৎফমদু হূই অঙাওবগী মীত্তা তারম্মী। লোয়ননা মচীন্দগী য়ুনম পাইথোরক্লম্মী। মীৎকুপ অদুদা হৌখ্রবা অদুঙৈগী নোংজুগী অহীং অমগী থৌদোকশিংদু ইমাঙদা খুদক্তুদা থোক্লিবগুম খল্লম্মী। নৌজরিবী, অওৎ অনৈগী চৈনা খাঙবমখৈ খাঙলম্লগা অরোইবা য়াহীপ তানখ্রবী ইচন শক্লবী অদুগী শক্তমদু ময়েক লানা চোংথোরকখি। ঐগী থম্মোয়দা লমন খুম্নীংবগী মৈশানা য়োল্লম্মী অদুবু ব্রানা ফাথজরম্মী।

— ইবুংঙো সোমদা লৈরে।

কেলিচনা য়োনবীদুনা ময়োম অমা পীরক্লম্মী।

— কয়ানো ?

— লুপা মঙানি।

ঐনা ফুরিৎখাউদগী মনি বেগ লৌথোক্তুনা লুপা মঙা চৎপী অমা পোৎফমদা থাদরম্মী। কেলিচনা ময়োমদু থোক্তুনা মখোয় অনীগী মতুঙদা লেপ্তুনা চারম্মী।

— মশক্তি ফনা ফজে হায়ববু ঙকচাও থেকপী অমগুম্নদি উই।

মরেপ ব্রাংবদুনা হায়রকখি।

— উন্নদুনা ব্রারী ব্রাতাই তৌখ্রবরো ?

— উন্নখ্রে মতুংসু ইন্নরুরে। ব্রা হংবদি সুকখুম খুমদে।

— মহারানীগুম নুংঙাইনা লৈজৌ হায়বা য়াদ্রবদি মাঙজরেদনা ।

— ফোটো শিন্দোক্লুরে য়েংগেরা ?

— য়েংগে, করম্বা মতমদা নম্মুরিবা ফোটোনো ?

— কেমেরা পুদুনা থওইনা চৎলিনি । মানা কলেজদগী গেৎ ব্রাংমা হেক লাম্থোরকপদা নমহৌবনি ।

— মাদি খঙহৌদরা ?

— খঙখিদে। ঐনা ফোটো কাপ্পা হেক লোইবগা জীপ অমা লাক্লুনা ঐবু খঞ্জিনখি । তাঞ্জাদুদা ঐনা কেমেরাদু থুনা খাউদা হাপচিলহৌই । খঙহৌদনা মঙাল অমা তাবদুদা চিংনবজাৎনি কোইয়েং য়েংই অদুবু উহৌদ্রবনিনা গারীগী মিংশেলদগী থক্তোরকপা মঙালনি খল্লমাল্লে তুমিন্না অদুম চৎখ্রে ।

— ময়ূম্বু কদায়দনো খঙলব্রা ?

— অয়াংপল্লিদনি ।

— মমিংদি খঙলব্রা ?

— মমিংদি হৌজিকসু খঙবা ঙমদ্রি ।

— ঙসিদি শোয়দনা খঙলসি ।

মখোয়গী অনৌবা শিকার অমগী শরাক শান্নবগী থৌশিলনি । "শারমচৎ চৎপশা, কয়াম কুইনা নখোয়গী থৌশীল চত্থখিগনি ?" মখোয়না মফমদুদগী হেক থোকখিবগা ঐসু ঐনা চারিবা কেলিচনাদু লংথোকখ্রে । পুক্লোপ্তা য়েপলিবা পিষ্টোলদু হাইফেৎ ফীভম চানা য়েপশিল্লম্মী অদুগা ঐ গারীদা চোংখত্তুনা লাপ্লপ্লা মখোয়গী মতূং ইন্নরম্মী । মথং মথং নিত্যাইবাদ চুথেক, সঞ্জেনথোং, কোনুং মমাঙ লাম্থোক্তুনা নোংমৈবুং য়ৌশিল্লরুম্মী । মখোয়নদি ঐবু উখিদে। ময়াই কাবা ব্রারী, ময়াই কাবা নিশানা থুম্মত্তুনা মখোয় চৎখি । খূদাংঘরী থাংগত্তুনা য়েংবদা পূং অহুম মখায় তাদৌরে । মতমদু নিংথমথানি । নুমিৎনা নোংচুপ চীংদোল নপ্পা থোকপা হৌরম্মী । ঐনা গারী খাম্লগা মতা চাবা নূং খূদাপ ফাবা অনী অহুম খূল্লগা ঐনা লীৎলিবা জেক্কেৎ ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লম্মী । লম্বী মী ইতাক তাকখি । অয়াংপল্লি য়ৌশিল্লরুম্মী । ঐনা মখোয়গী মতুং নক্লা চঙশিল্লগা মখোয়বু গারী খান্নবা হায় । মখোয়সু থৌ শাদনা গারী খামখি । চিংনবা অমদি লৈবগুম তৌখি

অদুবু ঐদি ইথন্তনি মখোয়না থোইনা লুনদি খন্দ্রমাল্লে, গারী খাল্লম্মী ।

— “করিগীনো ?” মী ফূল্লেনবদুনা হংলকখি ।

— ব্রারী অমত্তা শাখিসি ।

— নঙ কনানো ?

— অদু শোয়দনা খঙলগনি ।

— ঐখোয় থবক অথুবা অমগী চৎলিবনি ।

— থবক্তুসু ঐ খঙই ।

মখোয় অনী হাইফেৎ য়েংনখি । মখোয় অনীগী মরক্তগী মরেপ ব্রাংবদুনা খঙহৌদনা চোংখৎলগা ঐগী নাখাঙ তম্না কিক অমা পীরকখি ঐনা খূৎলৈ থুনা মখোঙদু খূৎ ওয়না ফারগা লৈথেক্তুনা হাইফেৎচিংবদা মহাক উপ্লা তাখি । লৈহৌরিবা ফূনেম্নবদুনা ঐঙোন্দা তুংলোমদগী এটেক তৌরকপদা ঐগী রাউগু কিক অমনা মাবুসু লৈমাইদা ইন্থুরম্মী । মখোয় অনীবু খব্রাং উপহল্লগা লেংজুম মপা ওইরপ্লা খূত্তুম্না হাইজিন্দুনা অনী অহুম্লক নোৎশিল্লম্মী ।

— নখোয় কনা কনানো ? কদায়দগীনো ?

মখোয় অনী খুল্লমদে চৈনা খাঙবা হোৎনখি । ঐনা অব্রাংবা নুপাদুগী মচুবাদা পঞ্চ অমসু পীরম্মী ।

— নোংমৈবুংদগীনি ।

নাহে নাহেনা খুল্লকখি ।

— নখোয়না ঙসাই য়েংখিবা ফোটোদু কনাগীনো পুথোরকউ ।

মহাক্না ব্রানা লামদুনা বেক পোক্কেত্তগী ফোটোদু পুথোরক্লম্মী । ঐনা ফোটোদু লৌরগা ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লম্মী ।

— নেগেটিবসু পীরকউ ।

— নেগেটিব য়ূমদা লৈহৌরে ।

— ওইদবা ঙাঙগনু ।

হাইজিন্দুনা মচুবাদা অমুক্না থিল্লম্মী । মহাক্না পীনিংদা পীনিংদা নেগেটিবতুসু পীথোরক্লম্মী ।

— নখোয়না মাঙহনখিবা নুপীমচা কয়া সুরে ?

মখোয় অনীমক করিসু খুল্লমদে ।

— ঙসিদগী চহী অনীগী মমাঙদা নোংজুথাগী অহীং অমদা ইম্ফাল তুরেল মপান্দা মোংশোং মরক্তা নখোয়না হাৎলগা লংথোক্লম্বা নুপীমচাদু কনানো ? মমিং করি কৌই ।

ঐনা লুখমলোমদগী মখোয় অনীগী মশমদু খুৎ য়েৎ ওয়না পায়রগা মমায় লোংখৎহল্লম্মী । মখোয় অনীগী শকফম ওল্লম্মী । মরাললৈবা মীগী হৌনশা মমীৎ মনা ইথক থক্কৎলম্মী । থম্মোয়দা ফুমদুনা থম্লিবা ঐগী অশাওবগী মৈফমদগী মৈরী থোক্লা চাকখৎলক্লম্মী ।

— অশেংবা হায়য়ু নত্রবদি নখোয় অনীমক মীৎকুপ্তা লোইশিল্লগনি ।

— "লৈমা কৌই ।" মরেপ ৱাংবদুনা খুম্লকলমই ।

— লৈবাক মীয়াম্না লাউখিবদু ননা তাদ্রা ? মতমদুদা চোংথোরক্তুনা নবাল ঙাকপীনবা হায়জবদি কৈদৌই ? নখোয় কনা কনাগী মচানো ?

— ঐহাক পৱার মিনিষ্টরগী মচানি ।

— 'নহাক্তি ?' ফুল্লেনবদুদা ঐনা হংলম্মী ।

— পৱার মিনিষ্টরগী প্রাইভেট সেক্রেটরীগী মচানি ।

— নখোয়না অদুক য়াম্না মথোই কারিবদি অদুননিদনা ; লৈবাক্কী য়াইে খমদোংবা পুম্নমক্না নখোয়গী নবাল কুপশিন্দুনা থল্লবসু ঐখোয়গী মীওৈ নখোয়না কৈদৌঙৈদসু ঊৎচাইবা ঙম্লোই । নখোয়না ফত্তবা থবক অ পাঙথোক্লমদাইদা ঐখোয় লৈ, লালহৌলুপ ময়াম অমা লৈ হায়র নীংশিংখিদব্রা ? নখোয়বু ঐখোয়না খক ঙাকপীবা ঙম্লোই ।

খূদক্তুদা ঐনা ঐখোয়গী কেপ্টেন থোইববু নীংশিংলম্মী অদুবু ত অদু নাম্থোকহন্বা পামখিদে । ইথকথোংবগী যাথং ঙাইদ্রবসু শাশিংদু নাম্থোকহনবা য়াদ্রে খল্লম্মী অদুনা পুকনোপ্তা য়েপ্লিবা পিষ্টোলদু লৌথোক্ত মখোয় অনীগী লুখমদা নল্লগা লৌবুক ময়াই তান্না হোইথরম্মী । ঐনা মখো অনীমক্না লীৎলিবা জেকেত্তু লৌথোকহল্লম্মী । জেকেট অমনা খ্বাঙদা য়েৎশিল্লে অতোপ্পা জেকেট অমদুনা ঐনা ঐগীদু হুক্তোক্লগা লীৎশিল্লম্মী । মীৎকুপ্তুদা ঐগী মীৎনা মরাইবক থীরবী নুপীমচাদুবু উরক্লম্মী । লাক্লবা য়াবমখৈ লাক্লরবা মতূংদা মতেক মতেক থেক্তুনা তমথীনা হাৎপীথ্রবীদো । ঐনা ঐগী পিষ্টোলদা য়েংলম্মী মদুগী থোইনা মথৌ তাদ্রে খল্লম্মী । হাৎপা তারবসু

মখোয়গী মরালগী চপ চাবা খূজিং লাকখত্তুনা হাৎপা তাই, নত্রবদি থম্মোয়সিনা পেল্লোইদৌরি । পিষ্টোলদু হান্নগী মফমদা য়েপশিল্লে । ঐনা লম্বীদগী খুল্লকখিবা নূংশিংদু লৌথোক্তুনা মখোয় অনীমক্কী মকোক্তু শাফু কন্না মঙা তরুক্লক থোমলম্মী । মকোকশিংদু পূমতোই তোইনা কায়রমই । ঈতনা লৌখোংগুম চেনখ্রে । ঐনা শীজিন্নরিবা নূংশিংদু অনকপদা লৈরম্বা লৌখোং অমদা ঈশিং মনুংদা লংথরম্লে অদুগা ঈ তৈবা মখোয়গী জেক্কেৎশিংদু হুক্তোক্তুনা মফমদুদা থম্লম্মী । মায় মিত্তা চোংলিবা ঈ-শিংদু লৌখোংদুদা চঙদুনা চামথোক্লে খূৎ শা হামদোক্লে অদুগা ঐগী বাইক্তু থৌদুনা লাক্লম্মী । থম্মোযদা লাউখোংনা চাক্লম্বা মৈশাশিংদু নেমথরক্লম্মী । মতমদু পূং মঙা তাশিনখ্রে । অমম্বনা মাইকৈ মরিমক্তগী কূপশিল্লক্লম্মী । থব্রানমিচাক অমা অনী অতিয়াদগী কুফেৎ কাফেৎ য়েংনবা হৌরক্লে । লম্বীদা ষ্ট্রীট লেম্প থানগৎনরক্লম্মী । ঐনা ইম্ফাল টৌকিজ মপাগী গোলাইদু য়ৌরমদাইদা লাপ্লপ্লা কম্মান্দে গারী অমা অনী থাদুনা লৈবা উরম্মী । কম্মান্দোশিংনা লম্বী অংৎ অথোকশিংগী গারীগী চে চাং য়েংবা বোদি সর্সনাচিংবা তৌবম্মী ।

'তৌজিক করম তৌগনি ?' ঐগী পূকনোপ্তু য়েপ্লিবা পিষ্টোলদু নীংশিংলম্মী । কোকচাউবী কাবম্মী ।

করম্না নাম্লোক্কনি ! মায় লৈদুনা থৌখ্রবসু তাংবক্কনি অদুদসু নত্তনা অতে মফমদসু চ্যেক তৌরম্লা য়াই । থোকখিবা অযাংপল্লিগী থৌদোক্তু পাউ থুগুনরম্মনি ।

তৌফম খঙদনা সেকেণ্ড খর লেপ্লম্মী । মতমদুমক্তদা ঐগী মাঙমক্তদা লোঙনা চংলম্লিবা লৈশাবী অনীদু উরক্লম্মী । ঐনা মখোয় অনীগী মনাক নক্লা মীরক নারকয়েংনা চঙশিল্লমই ।

— মাঙদা কম্মান্দো লৈরে, সিমত্তা খাউদা হাপচিনবীয়ু । মতেং অমুক্তা পাংবীয়ু, ইচনশিংগী তৌবীমল কাউজরোই ।

লৈশাবী অনীদু খংপ্রেক খংনা য়েংথোরক্লম্মী মীৎকুপ খরদং শকফম ওম্না মখোয় অনীমক ঐগী মাঙদা লেপ্লম্মী । মখোয় অনীগী মরক্তগী মরেপ ৱাংবী লৈশাবী অমনা বেগকী চেন চিংথোক্লগা মমীৎ কোইরুপ কোইরুপ য়েংদুনা নোংমৈদু য়ারম্মী । ঐনা নোংমৈদু খাউ মনুংদুদা রুমালনা য়োম্লগা থাদরম্মী ।

— মহারানী থোংখোং উরিপোক মচীন্দা ঙাইজরমগে ।

ঐনা খোঙলৈ থুনা মখোয়দগী হাইগৎলম্মী । লম্বীচৎপা অতৈদা তৌবগুম কম্মান্দোশিংনা ঐবুসু চ্যেক তৌরম্মী ।

— কদায়দগী লাক্লিবনো ?

খোন্দাদু কস্থা কলেংনৈ । থনুংদগী তপ্না মচিং ফৎখিদ্রবা মিহ্‌ল অমা হূনগৎলম্মী ।

— ‘বামোন লৈকাইদগী’ । ঐনা পূক্লিং ফাজিন্দুনা তপ্না খুন্নম্মী ।

— যূম্না কদায়দগীনো ?

— কাংচূপ্তগী ।

— বামোন লৈকাইদদি কৈদৌবা চৎলুবনো ?

— ইমান্নবা অমা নাদুনা হংলুবনি ।

— করি থবক তৌরি ?

— ইংলিস স্কুল অমদা ওজা ওইরি ।

মখোয়গী মরক্তগী অমনা গারীগী চে চাং পুথোকহন্দুনা য়েংলম্মী । থোইদোকপা চিংনবা লৈত্রমাল্লে ঐবু থাদোরক্লম্মী । ঐহাক নুংশামপী অমা শাংনা হোন্দোক্লম্মী । তপ্না থৌরগা মহারানী থোংখোংদা মখোয় অনীবু ঙাইদুনা লৈরম্মী । ইথন্ত খনখি - ‘দশা অমদি হৌখ্রে ।’

লৈশাবী অনীদু খোঙলৈ থুনা ঐগী নাক য়ৌশিনলক্লম্মী । ঐনা খূৎলাই শিন্নরম্বী অদুনা ঐঙোন্দা খূৎলৈ থুনা রুমালনা য়োম্বা পিষ্টোলদু বেগ হাংদোক্লুনা ঐঙোন্দা পীরম্মী । ঐনা মীৎ-না শিংনা লৌরম্মী ।

— করি করি মিং কৌবগে ?

— ‘থবা ।’ খূৎলাই পীরিবী অদুনা হায়রকখি ।

— কদায়দগীনো ?

— উরিপোক্তগী ।

— সোমগী ইচনগীদি ?

— ঐগীনা মেমচা কৌজে, ঐসু উরিপোক্তগীনি ।

— অথেঙ অমমদা চৎপা হায়বসে ঐখোয়গীবুদি নোংমা ফাদোক মতেং ওই হায়ববু খর চোকশিনবীয়ু মতম ফৎত্রে । ইচনশিংগী লমন কাউজরোই ।

মখোয় অনীবু মথং অমুক উন্নবদা মশক খঙননবা মমসুক মমসুকপদুদা মুন্না য়েংলম্মী । খঙলে থবাদি মমশিল্লক্লবা নুমিদাংব্রাইরমদা ঈংনা চীক্লা তোমথিন ঙাল্লিবী থবামক্লি । মখোয় অনীসু ঐনা তৌবগুম ঐবু মুন্না য়েংলম্মী ।

— 'ঙসিগী থৌদোকসে কনাদসু হায়দোকপীগনু ইচনশিংগী খুদোংথীবা ওইগনি ।' অদুগা ঐহাক অকনবা স্পীদতা ঐগী গারীদু উরিপোক কাংচুপ রোদলোমদা থৌরক্লম্মী ।

## ১৬

য়ূমদা লৈরকপা নুমিৎ হুম্নি সুরকপদনি । ইমানা ঐবু উজবদা কয়াদা
হরাওজখিবা হায়নীংঙাই, ৱাহৈ লৈত্রবনি । মহাক্না মমীৎকী পি শিন্থনা
ঐঙোন্দা হায়খিবা ৱাহৈনি - 'ইমাগী ইবুংঙো, নঙনা চৎলিবা লম্বীদুদগী
হন্দোরক্লো । ইমাগী নাক্তা লেঙদনা লৈরো । নহাক্না তৌবা য়াবা তৌরে
হৌজিক্তি ইমাসু শোঞ্জিল্লক্লে । শিরমদাই মীৎকুপ নকশিল্লক্লবসিদা ইমাবু ইথন্ত
থাদোক্লম্লনু ।'

ঐগী থম্মোয় কায়খি । ঈ মতূমদগী চাউনবা য়োকপীরক্লে । অহীং মিশেল
কয়া খাঙলক্লবী, নচাবু চাউনবা হোৎনবদা মরু কুম্লবী ইমা, নঙগী থোম্লা
লমন ঐগী পুন্সিনা লৈরিবমখৈদি শিংবা ঙম্লরোই অদুবু "মালেম লৈমন
লূম্বরা পলেম ইমানা মরূম্মী" হায়নবদো পলেম ওইবী নঙোন্দগীদি পো
ফম ইমানা হেনখ্রে । মহাক্কীদমক পুন্সি কৎকে ৱাশকখ্রে । নচাবু ৱারৌগনু

ঐগী থম্মোয়না লোন্না ইমাগী মফমদা পাওমেঞ্জরম্মী । অদুগা
মপান্থোংদা মহাকপু ঐনা থেমজিল্লম্মী - 'ননাক্তা ঐ হেক হেক লাক্লিসি
করিগী ৱারিনো ইমা । নোংমদি ইমাবু নুংঙাইহনখিনি । নিনি মরক হুম্নি মর
ননাক্তা হেক হেক লাক্কনি । মফমসিদা ঐনা লেঙদনা লৈবা হায়বদে
খুদোংথীবা নংলগনি । ঐবু ফাগদবগী আর্মিশিংনা তান্নরি । মখোয়না করিগুম্বা
ফংখিবা থোক্লবদি ঐবু লেম্না থাররোইদবনি ।' ঐনা হায়খিবা ৱাহৈশিং
মহাক্না মশা থক থক নীক্লা তাখি । অদুগা ইঙা ইঙেন নোংজুগুম মীত্তগী পি
শিন্থখি । থিংবা য়াররোই হায়বা খঙলবদুদদি মহাক করিসু হায়রকখিদ্রে
মহাক্কী অৱাবদু তমলকখিদ্রে অদুবু ফোঙদোরক্রবসু খঙই মহাক্কী অৱা
কপমন্দুনা মীৎস্না অনী ইচোৎ চোৎলে, মথৌ হল্লে, অহীং কয়া তূমদবগী
চাদ থক্তবগী চাইরুং ময়েং তারে । অথাপ্পদা নোংমৈ মখোল তাবদা নত্রগ
হূই খোঙবদা, অহীংগী মমৈদা মহাক্না থোঙগাল তম্না চেন্থোক্লমগনি। লৈ
লমজাওদা য়েংলমগনি । ঐহাক লাকপরা ঙাইনা ঙাইনা মীৎ কক্লা অদু
উইশিন্দনা শাংলবা অহীং কয়া লেল্লমগনি । ৱারেদকো ইমা নহাকে

অদুবু নহাক্তা নত্তে ৱারীবসে। লমদমসিগী মমা ওইৱী কয়াসু নঙগুম মচা কায়নবগী মৈচাক খাঙলিবনি।

নুমিৎ হুম্নি মরিনি লৈববু নোংমত্তা নহাক্কা উন্নবা ফংলমদে। অহীং ফাওবা য়ূমদা হল্লকত্রবরা ঐহাক চিংনবা পোল্লক্সী। ইমাদা নঙগী মরম হংসিরা খল্লদুনা ঐনা নোংমা হংখি -

— থরোশংদি সিদকা লাকখিদ্রবরা ইমা ? মাবু কমদৌরিবগে ?

— হেক হেক লাকই। মানা ঐবু য়েংশিনবীরিবনি। মহাক্কী লমন্দি ইমা ইচানা তোল্লবনি কাউগনু। খুনসিগী মী কনামত্তনা ঐবু করি চারি থক্লি য়েংলদে মহাক্তনি ঐগীদমক ৱাবিরিসে। চহী তরূক তরেৎমুক নঙনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবদুদা ঐহাক কন্না নাখি মমা মচানা চঙলক্তুনা ঐবু সেবা তৌবীখি। হীদাক লাংথক লৈবীখি। হৌজিক্তি মহাক্কী মমাসু লৈখিদ্রে। মনাউনুপীদুসু লৈশাবী মচা ফাজরে।

— মচীন মনাওদি কনানা য়েংশিনবীরিবগে ?

— মখুরা মতোনশিংনবুদি য়েংশিনবীরি অদুবু কয়াম কূপ্পা শেন্নবীবা ঙমগনি হৌজিক্কী মতমদা অপোকপা মচাফাওবা শেন্নবা ঙম্লদে। মহাক্লা থবক অমতং তৌহৌবা অসিমক উপাই অমনি।

— হন্দক্তি ইৱাক লাক্তবরা ?

— থবক অচিনবা খর লৈ হায়দুনা তোয়না লাকখিদ্রে অদুগীসু মথক্তা লৈকাইগী মীনোক মৈশাসু লাংলে। কনানো ময়াং নুপা অমগা চৎমিন্নে তিন্নে হায়দুনা লৈকাই ৱা ৱা লাউরে। নুপীনা মপামদা কুইনা লৈশাদুনা লৈবা হায়বসি পাপ্নি অদুগীসু মথক্তা মহাক্তি মমা মপাসু লৈজদ্রবনি। ইচম চম্না তিন্নরম্বা থবক অমগী খঙনরম্বসু য়াই অদুবু মীৱা ঙাঙনবা পাম্বা হায়বসে মীগী হৌনশানি।

ঐগী থম্মোয়দা ফুমদুনা থল্লম্বা মৈশাদু খঙহৌদনা নোংলৈ নুংশিৎ নংলবগুম লাউ খোংনা চাল্লক্সী।

— মীনা ঙাঙনরিবদু অচুম্বনি ইমা। মহাক লমচৎ নাইদবী অমা ওইরবনি। মহাকপু য়ূমসিদা চঙহনগনু, ঐখোয়গী অফবা ওইরোই।

তঙক তঙক ইমানা ঐবু য়েংলকখি মহাক্না ব্রা মখা তারক্লিডৌ, ঐহাক্না মাগী মনাক্তগী থোরক্লম্মী । অশাউবনা ঐগী মীৎ অনীমক মমশিল্লক্লম্মী । 'কদাইদনো অমা অরোনবা হোটেলদরা লম্মাংদরা নঙনা পামজবা নুপাদুগা ননীংতম্না তুক্কচনীংঙাই ওইরবা লমচৎশিং চশ্বরমগনি। অদুননি ঐনা নঙবু উন্নবা ফংদ্রিবা।' অশাউবনা ঐবু হোইদুনা নুমিৎচৃপ্পা অমা কোয়চৎ চৎলম্মী।

থৌদোকসিগী থা তরেৎ নিপানগী মতৃঙদা নোংমা লল্লাইদা লৈবা আর্মি কেম্প অমা থুগাইরুরবা মতৃঙদা ঐখোয়না হল্লকপদা অহীংগী পূং অমা চপ চানা তাখ্রে । ঐখোয়গী থৌরাংদি ঈরৈবাক্কী মচি মচিদা চেংগুমগুম্না শৌগৎলক্লিবা য়েক্লবগী কেম্পশিংবু মাঙহনবনি । কয়া অমসু মাঙখ্রে, হকথেংনবা লানফমদা ঐখোয়না মায় পাকখ্রে । কয়া অমসু মাঙহনখিগনি । অদুবু মীওইবগী পুন্সি হায়বসে অকা অকুম নাইবা সমুদ্রগী ঈথক্লুম্বনি । মায় পাকপা ঙাক্তা ওইয়ু হায়বদি য়াদে । ঐখোয়গী পুন্সি খোঙচত্তসু মদুমক [illegible]ক্লম্মী । মন্ত্রীপুখ্রী কোলদষ্টোরেজ মপাদা ঐখোয় পেট্রোলীং চৎপা আর্মীগা [illegible]নরম্মী মখোয়না ঐখোয়গী জীপসিদুদা নোংমৈ কাপশিল্লক্লম্মী । অহানবদা ঐখোয় খাল্লম্মী লেপ্লুবা য়াবা মতাং নত্তবনিনা ঐখোযনা নোংমৈ কাপ্লম্মী অদুদ[illegible] মখোয়না হন্দুনা নোং চুবগুম ঐখোয়গী জীপসিদা নোংমৈ কাপশিল্লক্লম্মী । ঐখোয়সু জীপসিদগী চোংথদুনা শরক্কী মনীংথংবা কোলদষ্টোরেজ মপা থব হেন্দোকপগী শন্বল্লে মখোঙদা অকুৎপা লবুক্তা পোজিসন লৌদুনা নোংমৈ কাপ্লম্মী । ঐখোয়গী টিমগী লান্মী ফন য়াম্না শিরম্মী । টিমদুবু লুচিংদুনা লাক্লিব ঐগা চীংলেনগদমক ঙায়রম্মী । খৃৎলাইদি অফবমক্তনি। চীংলেনগী মখূ[illegible] এস. এল. আর. অমা ঐগী খৃত্তা কারবাইন অমা য়াওরম্মী । আর্মি[illegible] মতিক চাবা খুৎলাই য়াওরিবনি । মখোয়গীসু ফন য়াম্না শিরা শোকপনবা য়াওরম্মী । হান্না প্লান তৌনবা নত্তে। ঐখোয় শোয়দনা য়েক্লবগী মখূত্তা তারগনি । কুইনা পন্থবা য়াবা নত্তে । ঐখোয়গী ইথক্তা কোলদষ্টোরেজ অমদি পোলট্রি ফার্মদা থানবা বল্বশিংনা মমীৎ লাওথোক্লুনা য়েংথরক্লম্মী মদু[illegible] য়েক্লবদা খুদোংচাবা পীরিবদু খৃদক্তুদা উরকখি । ইকুই কুইদনা আর্মীগী গা[illegible] মরী মরী থুংলরগনি পাউ ফাওনখ্রনি । ঐখোয় মফমদু থাদোক্লুনা মাঙজৌন[illegible] নাম্থোকহৌদবা য়াদে । ঐখোয়গী খুদোংথীবদা তারবা মরূপশিংদি মফমদুদা অদুম্মক থনম্বা তারম্মী । মখোয়দি চৎখ্রে মমা লৈবাক্কীদমক মশাগী ঈ কত্তুনা

লাইবক ফবা ওইখ্রে । মশাগী মথৌদাং পাঙথোকখ্রে । চীংলেন্না মহাক্কী এস.এল.আর.দুগা য়েক্লবগা লম্বা তৌরিঙৈ ঐনা হাই হাইদুনা ঐখোয়গী লম্বী তাক্লিবা লাইটশিংদু কাপখায়রম্মী অদুগা ঐখোয় অনী অমম্বা মরক্তা লবুক ফাওদুনা চীংয়ারোমদা চেল্লম্মী। লৌরী মথক্তা চেন্না চেন্না অঙাং ওইরিঙৈদা ঐনা কাংচ্রূপকি লৌবুক্তা লৌরী মথক্তা চেন্দুনা শান্নখিবশিংদু নীংশিংলম্মী । মফমদুদদি থৱায় খূবাক্তা হাপ্তুনা চেল্লিবনি । ঐগী স্পীদ অঙকপা ফংনা য়াঙলম্মী, থেবনা লম্চাংদা চেনবগুম তৌরম্মী । চীংলেন্দি লৌরীদা চেনবদা কয়া পাঙলমদে মখোঙ নাম্থদুনা তুবসু য়াওরম্মী। অদুনা ঐনা মখূৎ শমদুনা মাবু মতেং পাংলম্মী । খঙহৌদনা চীংয়া য়ৌরক্লম্মী । ঐখোয়দি নোংমৈ কাপ্পা লেপ্লবনি । ঐখোয়গী তুংদদি নোংমৈ মরূগী নোং চুহৌরম্মী । ঐখোয়গী তুংদা তান্নরকপা আর্মিশিংগী নোংমৈ মরূ অমনা হাইজিল্লক্কুনা ঐগী ওয়থংবা খুবোমদা পাল্লম্মী । চৈনাখোলদুনা ঐবু উপথুননা তুহল্লম্মী ।

— “শোক্লবরা ?” চীংলেন্না হংলক্লম্মী ।

— খুবোমদা পানখ্রে ।

— সিদা হোসপিটাল অমদি লৈবনি ।

— মফমসিদা পন্থবা ফররোই ।

মানা ঙাক্তুনা মাঙোন্দা শৌদুনা ঐহাক চেল্লম্মী । ঐগী অনাবদু কাউথোক্লম্মী । ঐখোয় অমত্তা হিংনা ফাখিবা য়াবা নত্তে । অরোয়বা পনখৈদুফাওবদি হোৎনবা তাই । চীংয়াগী খুল লৈ ইংখোল য়ৌরম্মী ।

— “সিদা ঙাইহাক্তা লৈরম্মু ঐ উপাই অমত্তা য়েংলুখিগে ।” চীংলেন্না ঐবু খর সুকপা মোংশোং অমদা থম্বীরম্মী । অদুগা অমম্বা মরক্তা খোঙলৈ থুনা মাঙখ্রে। মতমদুতদা ঐগী খুবোমদা চাক্লিবা নোংমৈ গুলিগী মৈচাক্তু ফাওরক্লম্মী । অশোকপা মফমদগী ঈনা পিচকারীগুম্না কাপথোরক্লম্মী । মতমদুফাওবা নোংমৈগী নোংদি লেপ্তুনা চুহৌরি । খূৎলাই মতীক চানা পায়রবনি হায়দুনা উৎলিবরা ? মশানা কাপথোকচখিবা নোংমৈ মখোলশিংদুদা ঐখোয়না কাপ্লকপনি খন্দুনা তৌরিবরা ? কুইদে চীংলেন্দু মোটোর সাইকল অমা থৌদুনা খুলদগী থোরক্লম্মী মঙকশমদা খূদৈ অমসু য়াল্লক্লম্মী । মহাক্লা খূদৈদুনা ঐগী অশোকপা মফমদু কন্না পুক্সিল্লম্মী । গারীদু মানা থৌরম্মী, মনীংদা

ঐনা নগলম্মী অদুগা নুংশিৎকী মমাঙ থানা চীংয়াগী লম্বীদা থৌরক্লম্মী। ব্রাখলদদি চিংনদবা নত্তে লম্বী সিল তৌরমগদ্রা অদুবু শিরবসু অদুমঙায়রে হায়বা ব্রাখলদা ঐখোয় থৌরক্লম্মী। অশম্বা লম্বী থি থিদুনা লাকপনা ঐখোয় লম্ফেল ফাওদুনা উরিপোক য়ৌরক্লম্মী। লাইবক ফবনা ঐখোয়না লম্বীদা খুদোংথীবা অপনবা অমত্তা থেংনরমদে । তাঞ্জাদুদা ঙসাইমখে খাঙদুনা লৈরম্বা হূগী চৈনাদু মকা ফোংলক্লম্মী । ঐহাক খাঙবদা ব্রারম্মী । ইশা পূম্বা হুমাংনা লুপ্লম্মী।

- নোংমৈ মরূ লৈরজাৎলা ?

ঐগী অব্রাবা খঙলবগুম চীংলেন্না হংলক্লম্মী ।

- লৈরে, ফাওদোক্লুনা চৎখিদ্রে ।
- চীংলেন্না গারীদু বি:ও:সি:গী মাইয়োক্লবা লৈরক অমদা থৌজিল্লম্মী ।
- কদায়দনো ?
- সিদা ক্লিনিক অমা লৈ ।

ক্লিনিক্তু য়ৌরম্মী । চীংলেন্না গারী খাল্লে । ঐদি গারী মথক্তা অদুমং ফমলম্মী। খোঙদা পুল্লিবা ফিদুসু ঈনা পূম্লুপ লূপ্লম্মী। খূৎ অনীমক্তা অশোকপ মফমদুদা কন্না পায়শিন্দুনা চৈনাদু খাঙলম্মী। চীংলেন্না থোঙদা লৈবা কোল্লি বেলদু নল্লম্মী । নুপা অমনা থোঙ হাংদোরক্লে । মহাক্তা চীংলেনগনা ঐরু শৌদুনা ক্লিনিক মনুংদা চঙলম্মী । একজামিনেসন বেদতা ঐবু হীপহল্লম্মী ঐদি মীৎ চেৎনা উইশিন্দুনা চৈনাদু খাঙবা হোৎনরম্মী। লেদি ডোক্তর অম ঐগী শোকফম য়েংলম্মী। মহাক্লা হায়বা মতুং ইন্না থুনমক অশোকপা খোঙদু এক্সরে অমা লৌরম্মী ।

— "নোংমৈ মরূ লৈরে । মাইনর ওপরেসন অমা তৌবা তারে ।" এক্সরে য়েংলগা ডোক্তরনা হায়রম্মী । "মসলগী শরূক্তা পন্দুনা লৈরে শরূদি শোক্ত্রমাল্লে ।"

অদুতদা ঐহাক্কী চৈনা খর ফরবগুম ফাওরম্মী । ওপরেসন হৌরে । অশোকপা মফমদু আইওদিন্না শেংদোক্লম্মী মথংদা স্পিরিৎনা শেংনা চামথোকলম্মী ।

— "হীদাক অমত্তং কাপচগে চৈনাখোল ফাওদনবা" লেদি ডোক্তরদুগী খোঞ্জেলনি । মতমদুতদা খঙলকখি খোঞ্জেলদু ঐনা হান্না থেংনখ্রবা খোঞ্জেল অমনি । অশোকপা মফমদুগী খরা চখৎলগা রবর মচেৎ অমনা কল্লপ পুন্সিল্লম্মী । ঈ থোক্তনবা তৌবা ওইরম্বা য়াই । অদুগা স্কালপেন্না অনী অহুম্লক চিংখিবগুম তৌই নর্স অমনা মহাক্কী মতেং পাংলম্মী । দাইসেক্তিং ফোরসেপ্তু মখূৎ ওয়না পায়রগা অশোকপা মফমদু ফক্কাইরম্মী । নর্সনা মোব অমনা থোরক্লিবা ঈ-শিংদু নপথোক্লম্মী । ডোক্তরগী মখূৎ য়েখুংবনা এলিস ফোরসেপ্তু পায়রগা নোংমৈ মরূদুগী বেজদা চপ্লগা কন্না ফূক্তোকলম্মী । চৈনখোলদি মাঙখ্রে অদুবু মহাক্না শৎপগী শাফূদুদি ঐঙোন্দা ফাওরম্মী । নোংমৈ মরূ শত্তোকখ্রে । মীৎ পাঙথোক্তুনা মহাকপু য়েংলম্মী । ঐনা নীংশিংফম থোক্তবা খোঞ্জেলদুসু নীংশিংলক্লম্মী । নোংমা লম্বীদা ঐবু খুদোং থীবদগী কনবীখিবীদুনি । মহাক্কী ঙৌরবা মাইথোঙদা ঐগী শোকফমদগী চোংলকপা ঈগী মরীক খরনা লৈতেংলম্মী । মোং হাদবী মাইথোঙদুনা ঐগী শোকফমগী চৈনা পূম্নমক কোকহনখ্রবগুম্লম্মী । নোংমৈ মরূলৌথোকখ্রবা মতূংদা শোকফমদু সেলাইন কাপশিন্দুনা শেংনা চামথোক্লম্মী । শোকফম লায়ার লায়ার নাইনা ফোৎপা লোইরম্মী । মফমদুদা বিটাদিন মলম হাপ্লগা স্টেরাইল পেদনা কূপশিন্দুনা দ্রেশিং নান্না তৌরম্মী । মতমদুদা নোং পূমঙাল ঙানখ্রে ।

— 'ঐখোয়গী লম্বী পূম্নমক শিল তৌরম্লনি । ঐখোয় মফমসিদা নোংমা নিনি পন্দবা য়াদ্রে ।' চাংলেন্না ডোক্তরদা হায়রম্মী ।

— অশোকপসি ফত্রিবফাওবা লৈবা য়াগনি । ঐহাক মতেং পাংগে ।

মখোয়না ঐবু ফম্মুংদা হীপথহল্লম্মী । ঐখোয়না পুরকপা খূৎলাইশিংদুসু মহাক্না মফম চানা লোৎশিনবীরম্মী । গারীদুসু থৈদোক্তুনা থমখিরম্মী । চাংলেন্না ব্রায়ারলেসতা ঐখোয়গী পাউমীগা পাউ ফাওনরম্মী । লম্বী খূদিংমক শিল তৌখ্রে । থৌদোক থোকফমদুদা কোম্বীং চখখ্রে । অশোকপা অমা য়াওখ্রে হায়বা খঙলবনিনা অনকপদা লৈবা ক্লিনিকশিংদসু হোসপিটালদসু চ্যোক তৌবা হৌখ্রে । ঐখোয় নুমিৎ খরনিদি ডোক্তর থবাগী ক্লিনিক্তা পন্দুনা লৈবা তারম্মী । ঐহাক ঙাইহাক্তং চৈনাখোল মাঙখিবগা লোয়ননা উররোন তৌরম্মী মতমদুদা ডোক্তরনা মখূৎমক্না চাক্লেন অনী পুশিল্লক্লম্মী ।

— চাকসি চাথোক্লগা হীদাক চানবা তৌরসি ।

চীংলেন ঐখোয় অনীমক চাক্তু চারম্মী । মতম কুইনা চারম থক্লম খওলক্তবগা ইঙ্গ্লাং মথেলশিংদুনগা হাউবগা ঐখোয় অনীমক্লা চাক্তু পেন্না চারম্মী । নীংশিংলি নুমিত্তুগী ইঙ্গ্লাং মথেলশিংদু - য়োংচাক আলু ইরোনবা অমা, মরোয় মপাং সুনা থাকই তিলহৌ অকুপ্পী মনা, ফদিগোম, লোম্বা সুনা থাকই । উকাবী মপীগা হৱাইথরাক্কা আলুগা অমা থোংই । ওমলেট অমসু য়াওই । ওন্থোক্লা চঙখোন্না থৱায় য়াওনা নুমিত্তুদা মহাক্লা ঐখোয়বু পীজখি । অদুক হাউবা মথেল লুকোয় পুন্সিদা অমুক্তা চাখিদ্রিবগুম তৌরম্মী ।

১৭

চীংলেনগা থবাগা ক্লাস মেটনি । লৈকাই মনীং মমাঙনি । চীংলেন্না চাক চানা চানা ৱারী তৌরক্লম্মী ।

— "মহাক পীক্লিঙৈদগী ক্লাস খূদিংমক্কী তোপ্পর ওইরকই । ক্লাস টেন্দসু টুয়েলভতসু পোজিসন লেপ্পকপী ছাত্রিনি । মহাক্কা ঐহাক্কা পীক্লিঙৈদগী হৌনা লুনা তিন্নরকই ।" মহাক্কী ববা দি.এম. কোলেজগী ফিজিক্স দেপার্টমেন্টেকী হেদনি । অদুগা মহাক্কা মখোয় অনী পীক্লিঙৈদা মার্ব্বল শান্নখিবা, যূমশাবী শান্নখিবা অমদি ধমপা স্পাই শান্নখিবা, খেলা থুগাইবী শান্নখিবশিংদু ৱারী লীরম্মী । মীৎকুপ্পুদা ঐনা লমদম তামহৌরবী নঙবু নীংশিংজরম্মী । মহাক্কা লীরিবা ৱারীগী মরক থৎ থক্তুনা নঙগী পীক্লিঙৈগী শক্তমশিংদুনা পর্দা হাইদোক্লুনা ঐবু নোকমি নোকমি য়েংলক্লম্মী । অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিদি শান্নবমক্তনি । লাইরিক পানি খনখিদে, চানি, থক্সি, যূমদা হঞ্জিনগনি খনাখিদে । ঐসু ইমান্নবা তিন্নরমদে নঙসু নমান্নবী তিন্নরমদে ঐখোয় অনীতনি শান্নমিন্নখিবদো । নোংমা নখোয় ইমানা লক্লখি -

-- নহানমক্কী মপোক্কা নখোয় অনীসিবু করি ওইনা পোকমিন্নরমজাৎনো ? হৈ লৈওম উশা অমত্তদা পানমিন শাৎমিন্নরম্বরা ?

মানা হায়রিবদু করি হায়রিবনো খঙলমদে । হুমাং জি জি শৌবমখৈ কালেন নুংশা মরক্তা যূমশাবী শান্নমিন্নখি । লৈমাইদা চৈতেক্লা কা কা খায়না য়েক্লগা চেগায় ফংলে চেগায়, ফংদ্রে কামভীরৈ মপালনা নত্রগা ঙক্তগী লুপাই নরী লৌথোক্লগা লং লংদুনা শান্নখি । শান্নবদু ওহ্নোক্লা নুংঙাইখি । নোংম নখোয়গী যূমগী কাচিন কোয়াদা ঐখোয় অনী ধম্পা স্পাই শান্নখি । নুমিত্তুদি লৈকাইগী ইমান্নবা খরসু য়াওখি । ঐখোয়না নিল খোংবদা নখোয়গী ইমানা হৈ পায়দুনা ঐখোয়বু তানখায়খি অদুদগী কায়দুনা চেম্ফোরকপদা নখোয়গী মখা থংবগী খোংবালদা তাশিন্দুনা মায় মীৎ লৈখোম্না থোমখি । নীংশিংলিবরা নুমিত্তুদা ঐগী ওইরিবা শকওইদুদা শাউবদি লায়রদনা নখোয় ইমানা ঐবু

য়েং য়েংদুনা থিংবা ঙমদনা নোকখিবদো । মাদা নত্তে নঙসু ইমান্নবা অতৈসু ঐবু য়েংদুনা কন্না নোকখি । নখোয় ইমানা শাবোনগা ফদিগনা ঐবু শেংনা ইরুজথোকপীখি ।

ঐখোয়না লৌরকপা গারীদু মপৃদা অমুক থিল্লুনবা তাঞ্জা ফংলমদে অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী লীখুন খঙখিবসু য়ানা লৈ । ক্লিনিকী ফমুংদা হীপ্লদু তিংখং মথক্তা হীপ্লগা চপ মান্নরম্মী । য়েক্লবনা পাউ ফংদুনা মফমদু রেদ চখরক্কদ্রা খনবদা তৃম্ফম চাফম খঙলমদে । অহীং অনী মফমদুদা লেক্লগা হুম্লি সুবগী নুমিদাংৱাইরমদা ডোক্তরনসু খর খর চথোকপা কান্নগনি হায়বদুদা ঐহাক ডোক্তরগী য়ুমগী মনীংদা লৈরিবা লৈকোলদুদা কোয়থোক্লম্মী । ডোক্তর থবাগী য়ুম মথোল মরিগী চাউরবা বিলদিংনি । য়েংবদা খুৎহৈরবা আর্কিটেক্টকী হৈশিংলবা খুৎশেমগী মমি মপৃং ফানা তারম্মী । ইংখোলদুসু য়াম্না চাউই সুমাং থেলোং পৃম্নমক অষ্টর নান্না তৌরম্মী । গেত্তুনা য়োৎকী থো পাল্লম্মী । ক্লিনিক্তু শৃমাংগী মতোন থংবা, ইংখোলগী মমাঙ থংবা শরু শারম্মী । মদুদা মেদিসিন, সর্জরি, গাইনি অমসুং ওবস্ট্রেটিক্স ৱার্দ লৈরি এক্সরে, অলট্রা সাউণ্ড অমদি ই.সি.জি.সু হাংলম্মী মসিদা নত্তনা ঈ, স্টুল, য়ুরিনগী ইভেষ্টিগেসন তৌফম লেবোরেটরীসু লৈরম্মী । লায়না লায়না চান্নবা ডোক্তরশিং কন্টেক্ট তৌদুনা ক্লিনিক অদু নান্না চলাইরম্মী । ঐখোয়না লৈরিবা কাদু ময়ামদগী খর তোপ্পা, ডোক্তরগী মরি মতা, মরু মপাংশিংগীদমক থম্বা কানি ।

লৈকোলদু অঙকপা ফংনা সুম্মৎলম্মী । তারমদাই নুমিৎকী মশেক্ল মফমদুদা শাৎলিবা ঈরৈপাক অমদি মীরৈপাক্কী লৈশিংদা সনা অহীংবা মচু ঈথক্লা হৈথরিবদু য়েংবদা পৃক্লিং হকচাংগী চৈনা পৃম্নমক কোক্লম্মী । নুংশি লৈনম্লা লৈকোলদুবু পৃমকৃপ কৃপশিল্লম্মী । লৈ পুম্নমক ফৈদোম নাইনা শেম্লম্মী নাপৃ মচুগী ফৈদোম, হীগোক মচুগী ফৈদোম, লৈ মচুগী ফৈদোম, অঙৌব অমদি অঙাঙবগী ফৈদোম । লৈকোলগী ময়ায়দা চ্যেক চন্দুনা শেম্বা পৃখ্রিমচা অমসু লৈ । মদুদা থরো অশংবা, অঙাঙবা শাৎলি । মতা চানা চানা মনারৈ চবুন চবুনসু হৌরি । লৈকোলগী মতাই মতাইদা হৌরিবা গোলদ মোহর অমদি জারোন পাম্বীশিংগী কারোংশিংদা খোঙ্গুন মেলৈ, ক্বাকলৈ শমজিরৈ অমদি য়েরুমলৈসু হৌরি, অশাৎপা লৈশিংনা চরোং চরোং য়াম্থরক্লি ।

য়ুকেলিপ্টস, দেবদারুশিংনা চিথেক চিথেক্তা মতোন থিনগৎ থিনগত্তুনা মায়কৈ ঙাকপা লাইগুম লেপ্পি। তশেংনা খূৎ হৈবা কলাকার অমগী খূৎশেম্নি। ডোক্তর থবা অমদি মহাক্কী ববাগী মরমদা হেন্না লাঙতক্লবা অমা ফাওরক্লম্মী। মহাক্না হায়,

— 'ঐগী প্লান পূম্নমক ববানা মহৈ য়ালহনবীবনি। ঐনা মহাক্কী আশানি। পূম্নমক্নি।' নাইতোম পোকচবী মচাগীদমক মহাক্কী ববানা কয়াদা থৱায় য়াওজখ্রবা মহাকপু মপা ওইনা ফংজবা কয়াদা লাইবক ফখ্রবা ? খূৎ য়েৎনা পায়রিবা চৈশূদুনা শৌ শৌদুনা ঐহাক লৈকোলদুগী চিথেক অমদগী চিথেক অমদা চত্তুনা শান্নরম্মী। ৱারক্লগা নূংফাল লৈরিবদুদা ফন্নম্মী। খূদাং ঘরীদা য়েংলুবদা পূং মঙা তারল্লে। পূং অমরোম ফারল্লে মফমদুদা ঐনা হেলোইনা চেনবগুম লৈরিবদু। ঐনা ক্লিনিক্তা হঞ্জিনগে হায়দুনা মায় লৈথোকখিবদা চীংলেন চঙলক্লম্মী।

— ঐদি কদায়দা মাঙখ্রবনো হায়দুনা থিরক্লিবনি।

— তাক্লমগদবদা নহাক টোইলেট চঙখিবদুদা তাক্লমদ্রে।

— দশা অমা হৌখ্রে। নহাক চখোক্লম্বসি লাইনা তম্বনি।

— করি থোকখ্রবগে ?

— ক্লিনিক্তা কমান্দোনা রেদ চখখ্রে। কেসসিট পূম্নমক ফাক্তুনা অমুক্তোইবা লোইখ্রে।

ঐনা মীৎ লাওথোক্তুনা মাগী ৱারীদু তারম্মী।

— "ডোক্তর থবাগী হৈশিংবা তশেংনা থাগৎনিংঙাইনি। মানা ঐখোয়বু কনবীখ্রে। ঐনা টোইলেত্তগী হেক থোক্লকপদা কমান্দোনা খূৎলাই শীংলদুনা পূম্মু মুবমখৈ কাদা লৈরম্বদা ঐ হাইফেৎ তৌফম খঙলমদে অদুবু থবানা 'মহাক ঐগী লৈকাইগী ইবুংনি। এপেনদিকটোমী ওপরেসন তৌগদবনি' হায়খি। মহাক্না টিকেৎ শেম্বা মতমদা মিং লৈফম দাইগনোসিস হাপ্লমদে মানা খূদক্তা মেনশিনবজাৎনি। মখোয় টিকেৎ চ্যোক তৌরবা মতূংদা ঐঙোন্দা ৱাহং পাউহংবা তৌরম্মী। ডোক্তরনা হায়বগা চান্নরবদুদদি থোইদোকপা চিংনবা লৈত্রমাল্লে অদুম চৎনখ্রে। মখোয়না লৈরিঙৈ ঐসু অনাবা শাদুনা শোন্না চঙলগা ফম্মুংদা হীপ্লম্মী।

ইশা পাবনিনা অনাবসু মাল্লবজাৎনি ।" অদুগা মহাক নোক্লম্মী । মফমদুদা ঐখোয় কুইনা লৈবা খুদোং চাররোই হায়বা খঙলম্মী অদুনা থুনমক মফমদু থাদোক্লুনা চৎপা তারম্মী । লৈ ইংখোলদগী লৌরকপা গারীদু তোংদুনা ঐখোয় অশোয় অঙাম য়াওদনা ঐখোয়গী কেম্প য়ৌরম্মী । চৎলমদাইদা ডোক্তর থবাগী মফমদা তৌবীমল উৎলম্মী ।

ঐখোয়না গারী লৌরকপা গারী মপুদু অব্রাফমদা তারম্নগদ্রা ? ঐখোয়গী পাউমীগী মফমদগী পাউ ফংলম্মী খুদোংথীবমক্তি ফংখিদ্রে । ঐখোয়না গারী লৌখি হায়বদু কোম্বীং তৌবদা খঙখিদ্রে । যুম্নুদুনসু গারীগী মরমদা হায়খিদ্রে । নোংমা ঐখোয়গী পার্টিগী নহা অমা থাদুনা গারীদু থিলহল্লম্মী ।

নহাগী থম্মোয়দি ঈশৈগী ঈহৌফম্নি, ফজবা শক্তম্না সুম্হৎপসু মহৌশানি । ডোক্তর থবাগী মপূং ফারবী, নীংথিবী মাইথোঙ, চঙখোনবী শাবান মৃত্তীনা ঐগী থম্মোয়বু লাংগোই চনশিনবগুম তৌরম্মী । মহাক্কী খোংনৌরবী খূৎচানা ঐগী খোঙ পায়দুনা দ্রেসিং তৌরকপা খূদিং হকচাং শীনবা থুংনা মঙাওথীবা ঈচেল অমনা চেনবগুম তৌরম্মী । চীংলেম্বী নুংশিরবী মীৎমা, ঐগী থম্মোয় থোঙবাদা চেপথ চেপথ য়েংবগুম তৌরম্মী । মীওইবগী মরুওইনা নহা ওইরিবঁগী মঙাওথীবা লাকঙম ফাঙমদবা থম্মোয় অমা লৈ. মদু শেন্নহৌদবা মীৎকুপ্তা কনাগুম্বী অমগী মফমদা থোঙ লাওনা হাংদোক্কদবগী শেম শাদুনা লৈ হায়বা ঐনা মীৎকুপশিংদুদা খঙলক্লম্মী । ক্লিনিক্তা লৈরিবঁ মনুংদু মহাক্কী শক্তম্বু তোয়না উনীংবা, খোঞ্জেল তোয়না তানীংবা, মহাক্ক ৱারী শারগা পেঞ্জবা ফাওরম্মী । অদুবু ঐনা তৌরিবদো নঙগী নফমদদি অচৌবা ইরাল অমা লঙশিঞ্জবনি অদুবু ইরাল লঙজবনিমকসু হায়নীংখিদে । 'নহাকসু নঙ ঐগী কুইরবা চেৎলবা মরীবু কোমগোম থাদোক্লমদুনা মশক মতৌ ফজবা কম্যান্দেন্ট অদুগী মফমদা ৱাখল লীশাং থাম্ব্রিবদুনি ।' হায়না মতমদুদা খল্লম্মী। খঙহৌদনা নঙগী ৱাখল লাকপদা থম্মোয়দা যুহা হাবা অমা থেংনবগুম তৌরম্মী। অশাউবগা কল্লক খস্বন মৈশাগনা পূন্না লুতোন য়ৌনা চাকখৎলক্লম্মী ।

ঐগী অশোকপা ফজনা ওইশিল্লম্মী । থা মরিগী মতুংদনি । ডোক্তর থবাগী অরোনবা মীৎয়েংনা ঐগী থম্মোদা লোন্না লোন্না কাইহৌরম্বদুসু মমি শাম্নক্লম্মী । নুমিদাংগী পূং তরা তাখ্রে । মেরাগী পুর্নিমা নুমিৎনি । থাজনা

অতিয়াদা অচৌবা হীরা অমগুম ঙাল্লম্মী। লৈচীল পক্তনা শেংলবা অতিয়াদা থাবলগী ঈথক হৌখি । ঈংলবা মঙালগী ঈথক্লা মালেমথক্তা শরা শন্না চাইথরক্লম্মী । ঐখোয়গী কেম্পকী ফেন্সিং লাম্থোক্তুনা ঐহাক ইথন্তমক কেম্পকা থংনবা চীংদুম মচাদু য়ৌরক্লম্মী । চীংদুমদুগী মতোন্দা ফমদুনা থাবলগী কুম্মৈ য়েংলম্মী । তাইবংগী সনম মীনম তাদ্রবা মফম্নি । অরাপ্পদা তান্না শন্দোক্লিবা নোংপোক সেকমাইগী খুল্লক্তগী হূইশিংনা লাক্লা খোংলম্মী । ঐগী মাঙ ওইরপ্ন া হৌরিবা নেমতক তৌবা চিগোংলৈ পাম্বীশিংদুসু নাপু মচুগী মপালনা য়োম্লম্মী কনানসু থারুদনা মথন্তা হৌজরকপনি । চীংমাইদুদগী খঙহৌদনা চিনিচম্প্রা মনম ফাওরক্লম্মী । ফম্লম্বদগী লেপখত্তুনা ঐনা মাইকৈ মরিদা লৈদুনা য়েংলম্মী । চীংদুমদুগী মনীংথংবদা শত্রং পোগুম্না লৌবুকশিংনা লৌরীনা ময়েক হৎলদুনা শন্দোকখি । অনকপা চিগোংলৈ পাম্বীদা শকখঙদবা উচেক অনী মতুগা মতুগা তক্লরম্মী । নকশিন্ননা চীল্লোক্লরম্মী । খঙহৌদনা ঐগী থম্মোয়না নঙবু নীংশিংলক্লম্মী । অদুগুম্বা নুমিদাং অমদনি নঙ ঐ কাংচূপকী লৌবুক অমদা ফম্মিন্নখিবদো । থাবল্লক্তা নঙগী মুনা রাশি লৈবী মায়থোংদুনা ঈয়াইথক্তা থিনগৎলকপদা ঙায়রিবী থরোনা চরাংলক্তা কেকু লোত্তুনা মশাবী থাজবু কাইহৌজবগুম শম্লাংলক্তগী মূনা মূনা ঐবু য়েংলকখিবদো ।

— কদায়দগী চিনিচম্প্রা মনম্নো ওন্থোক্লা নুংশিখ্রেদা ।

অদুগা ঐনা নঙগী চোইজাইনরবী শম্লাং লৌখত্তুনা মনম নমখি, লৈনমদুগী হৌরকফম থিখি ।

— চিনিচম্প্রাদি চিনিচম্প্রা পাম্বীদা থিগদবনি ।

চাইথোক্তুনা তারিবা শম্লাংশিংদু চ্যেকশিন্না খোমজিল্লগা নঙনা মরৌ লৈনা হায়রকখি ।

— নঙগী শম্লাংলক্তা চিনিচম্প্রা শাৎলমাল্লে হায়না খল্লুরে ।

— নখোয় কলাকারগী হৌনবী তৌরক্লব্রা ?

— ঙসিগী থাবলসি ফজদ্রা ?

নঙনা হায়রিবদু তাদবগুম ঐনা হায়খি ।

— ওন্থোক্লা ফজে ।

— ফজরিবসিগী মরমসু লৈ ।

— করিনো ?

— নঙনা ঐগী নাক্তা ফম্লম্বননি । নঙগী নুংশিবা ঐনা ফংজরিবা অসিননি ।

— অচুম্বা ?

— অচুম্বনি অশংবী, নঙ লৈরম্বা অসিননি ঐগী কল্পনানা ঈথক হৌরিবা । অশংবা চীংশাং, অশংবা আতিয়া, অশংবা মালেম অদুগা হৈরাং লৈরাং উচেক ৱায়াশিংগা ঐহাক্কা ৱারী শান্নজবা ফংলিবা । মখোয়গী ঈংগিং ঐগী থম্মোয়দা ফাওরিবা ।

— করিগীনো খঙদে ঙসিদি ঐসু পুক্লীংসে ইনৌ নৌই । ননাক্তা অসুম লৈজনীংই । নঙনা ঐবু করিগুম্বা মীৎকুপ্তা থাদোক্লমলোইদ্রা ?

— থদোক্কে হায়না থাদোকপদি ওইথোক্তে অদুবু মতুংদা করি থোক্কনি কনানা খঙগনি । পুক্সি চূপ্পা ঐসু নঙগী শন্নাংলক্তা কেকুলোত্তুনা লৈজনীংই ।

ঈংলবী মীৎস্নাদুনা ঐবু নুংশিনা য়েংলকখি । থম্মোয়দা হৌরিবা ময়াইকাবা ঈথিলদুগী মমি মীৎয়েংদুদা তারম্মী । ইশানা ইশাবু কাউজবমখে ঐনা নঙবু চেৎনা কোঞ্জখি । নহাকসু মন্ত্রনা সুন্নবা মীগুম ঐঙোন্দা অথিংবা পীখিদে । শাফু কন্না হৌরকপা অঙাওবা থম্মোয়গী ঈথক্লা ঐখোয় অনীমকপু লেপথুম্না লাকশিল্লকখি । মীৎকুপ্পুদনি ঐনা নঙগী নফমদা ইৱাল লঙশিঞ্জখিবা । মসিগী মতুংদা নঙনা মীৎকী পি শিন্থনা ঐঙোন্দা ৱাকৎ কয়া থাংগৎখি ঐনসু ঐনা হেক ঙল্লিবমখে থৱায়না হৢকচাংগা শেৎনদ্রিবফাওবা নঙগীদমক লেপকনি ৱাশকখি ।

তুংদগী ঐগী লেংবান্দা কনানো অমনা তপ্পা শোক্লকপদা ঐগী ৱাখলগী শক্তমশিং মাঙখি। মায় লৈথোক্তুনা য়েংলুবদা চীংলেন লেপ্তুনা লৈরম্লে ।

— করি ৱাখল খল্লীবনো ?

— ঙসিদি কনাগুম্বী অমবু নীংশিংলক্লে ।

— কনানো ?

— ঐগী খুংগংদা লৈহৌবী অমখক ।

— মমিং করি কৌবগে ?

— থরোশংবী ।

— অসুক কুইবসে নোংমতা ৱারী তৌখিদে ।

— ঙসিগী থাবলসিনা নীংশিংবশিং পুদুনা লাক্লে ।

— অশেংবনি ঙসিগী থাবলসে ওম্ব্রোক্লা ফজে। চীংগোলদা থোকপা থাবলগী ফজবা হায়বদু অসি ওইরমাল্লে ।

— মরূপ চীংলেনগীদি কনাগুম্বীনা ঙাইরমলোইদ্রা ?

— ঐগীদি খূবাক নাম্মতা খূবনি। মাগী থম্মোয় খঙগে হায়নসু হোৎনরুদ্রি।

— পাউ ফাওদোক্লদ্রিবরা ?

— ফাওদোক্লবগী খুদোংচাবা ফংখিদ্রে। মদুনসু ফরে হায়না খল্লে। ঐখোয়গী পুন্সিদি লানফম মক্তনি অদুনা ইথন্তা ৱাজরগে খল্লী ।

— মমিংবু করি কৌবগে ? কদায়দগীনো ?

— ভোক্তর থবা ।

ঐহাক খংপ্রেক খংলম্মী । ঐগী থম্মোয় থোঙজিন্দা মূনা মূনা য়েংগে তেমশীংখিবী মহাক মরূপকী থম্মোয় অতিয়াদা নাইতোম ঙানখিবী নুমিদাংৱাইরম থবারা ?

— "মসিদা করি কায়বগে ? মীওইবা হায়বসিদি আশাগী মখা পোনবনি। মঙ হায়বসি মঙদবা য়াদে মসিনা ঐখোয়বু হিংহল্লিবনি । ঐগী অহানবা মথোৎ কারকপা মতমদা মাবু থম্মোয়দা লোৎনা নুংশিজখি । অদুবু ফোঙদোকপদি ঙমখিদে ।" চীংলেন্না ৱারী হৌরকখি । "মা ঐ মপাম্ব্রোংদা মরূপ্নি, ক্লাস মেটনি, অদুনা ঐগী অরানবা খোঙথাংশিং মাঙোন্দা খঙহনবা পাম্লমদে । অসুম্না মাগী মফমদগী ঐগী পুন্সি নাথৈরকখি ।"

— হৌজিক্তি করি খল্লীবগে ?

— করিসু খন্দ্রে । মঙ মঙলিবা হায়দুনি । পুন্সিসিমদি ইমা লৈবাক্কীদমক কখোক্লগদবনি । অদুনা ইশাগী ওইবা মফম অমা কন্সিল্লুবগী কান্নদ্রে ।

অদুবু মহাক্কী নুংশিবা অসিদি থাদোকঙমদবনা অচীকপদা চৈনাদি হেক হেক ফাওরক্লি।

— অচুম্বনি মরূপ, মীওইবা ঐখোয়সি ইথৌদাংগী মনাইনি । মরূওইনা লালহৌরিবা ঐখোয়গীদি মাইথীবা নৎত্রগা মাইপাকপা হায়বসে খৃৎকী খুবাক খূনম্নি । করম্বা মতমদা ঐখোয় মোংফমদা হীপ্পনি, কনানা খঙবা ঙমগনি ? অদুনা নহাক্না তৌরিবা, নথন্তা ব্রাজরিবা অদুনা ওন্থোক্না হেন্না ফরে অদুবু ঐগীদি শিরবসু শিফম খঙলোইদৌরি । ঐহাক মহাক্কী মফমদা চাউনা ইরাল লংজরবা মীশক অমসু ওইরবনি । মহাক্কী পোৎলুমদি ঐনা শিরবসু পুখিবা তারে ।

ঐগী ব্রারী তারগা চীংলেন্না নুংশামপী অমা শাংনা হোন্দোক্লম্মী । ঙসাইমখৈ ব্রারী তারিবগুম লৈরম্বা উচেক অনীদুসু চিগোংলৈ পাম্বীদুদগী ফ্রৎ লাউনা মসা কল্লম্লগা মাইকৈ অমত্তদা পাইমিন্নখি ।

— "মীওইনা পোকপা হায়বসি ওন্থোক্না ব্রায় । উচেক ওইনা পোক্লম্লবদি ঐখোয়সি কয়াদা নুংঙাইগনি ।" পাইখ্রিবা উচেক অনীদুবু য়েংদুনা ঐনা হায়খি।

— "অদুসু উচেক কাপ্পশিংনা, নাউরী পায়বশিংনা তান্নরক্কনি । হৌজিক্কী মতমদদি করম্বা মপোক্না হেন্না ফরিবা খঙবা ঙমদ্রে ।" চীংলেন্না হায়রক্লম্মী ।

# ১৮

খবরগী অহানবা চেনাদা ডোক্তর থবাগী ফোটোগা কোন্ননা পুলিসনা ফাবগী পাউ ইরক্লম্মী । খঙহৌদনা ঐহাক্কী ব্রাখল চরাঙনরম্মী । মতমদুদা চীংলেনসু কেম্পতা লৈরমদে । মহাক ময়ূমদা মখোয়গী ইমা নাবগী পাউ ফংদুনা চৎখিরম্মী । মহাকসু খঙববুদি খঙলম্লনি । করিতৌশিগে হায়না ইথন্তা খল্লম্মী । ঐগী থম্মোয়দা কাউরগে খন্না লৈরোন চঙ্গিন্দুনা থমখ্রবী মাগী শক্তম্না লৈরোন্নুংদগী ফাওগৎলক্তুনা ঐবু কাইহৌবগুম তৌরক্লম্মী। চীংলেম্বী মীৎয়েংদুনা ব্রারৌনা ঐবু য়েংলক্লম্মী । ঐবু খুদোংথীবদগী থেংখাং কয়াদা কনবীখ্রবী মহাক্কী করিনা লমনশিংসিগে খল্লিঙে মহাক খুদোংথীবদা তারে । মহাক্কী মফমদা ঐগী ইতেং য়াম্নমক মরুওইরবা মতাঙনি । অদুবু ঐনা তৌগদবসি করিনো ? নীংশিংলকই ঈ থাংনা ঙৌরবী সুস্মাৎপী মাইথোং, নীংথিবী মীৎস্না, পুক্লীংতুজুং হরাওহনবী শানৌগী মপূং ফারবী শাবান, মদুনা সাংথাক্তুনা কবাম চাউবশিংগী মখুত্তা তারম্লগদ্রা ? মহাক্কী ইজৎপু তেমশিংনরমগদ্রা ? ফারবনিনা মখোয়গী মখূৎ চল্লে । অদুক সুস্মাৎপী তাঙলবী হীরাগুম্লবী মহাকপু মখূৎ চল্লবদা তরাই তরাইনা লৌরমগদ্রা ? অপাম মিহৌবনা মখোয়গী মমীৎশিং তাঙহল্লমলোইদ্রা ? ঐহাক ফমদুনা লৈবা ঙম্লমদে । হৌগত্তুনা লৈতাদনা কোইচৎ চৎলম্মী । মহাক ফাখিবগী মরমদি সুগাইনা ইরক্তে অদুবু চিংনবা ব্রাফম খরগীনি হায়বদি ফোঙদোক্লম্মী । মহাক্কী ক্লিনিক্তা ঐনা চঙজফম লৌখিবা, ঐগী ইতেং পাংবীখিবা অদুগী ওইরম্বসু যাই৷ খনবমখৈ খল্লগা ঐগী মরূপ কেপ্তেন থোইবগী মনাক্তা চৎলম্মী ।

— মরূপ্না করি পাম্বীবগে ? থোইবনা হায়রক্লম্মী ।

ঐখোয়গী ইতেং পাংবীখিবী ডোক্তর থবা খুদোংথীবদা তারে । মহাক পুলিসনা ফাখ্রে ।

— পাউদুদি ঐসু খঙলে । করি হায়বীনিংবগে ?

— মহাক ফাখিবগী মরমদা অকুপ্পা মরোল খরদি খঙজনীংই । ঐহাক অমুক্তং মফমদুদা চত্তুনা থিগৎচনীংই ।

— ঐখোয়গী পাউমীদগী অকূপ্পা মরোল হান্না খঙবনা ফরোইদ্রা ?

ঐহাক পাউখুম পীদনা তুমিন লৈরম্মী । ঐগী ইতৌ খঙলবগুম মহাক্না ব্রায়ারলেসতা পাউ লৌরম্মী -

— ডোক্তর থবা ফাখিবগী মরমদা করি তাবগে .....? থুনা খঙনবা হোৎনশি । য়াম্না চোকশিন্না থিগৎপা তাই । আর্মি নত্রগা পুলিসন করিগুম্বা লীখুন অমত্তা ফংদনবা হোৎনবা তাই । ওঃ, সেকেন্দ লেফটনেন্টসু পাউ ফাওনরে হায়বা । মহাক্কী ইমাগী পাউদি করি তাবগে ? অদুদি য়াম্না ফরে থন্নগে ।

সেট থমখ্রে ঐহাক ব্রারবসু ব্রানা পাউ লাকপা ফাওবদি ঙাইবা তারম্মী ।

ঐহাক চাবা তূম্বা চঙলমদে । ইথন্ত হংজে করিগীনো ঐগী থম্মোয়না অসুক য়াম্না লৈতাদ্রিবা ? থম্মোয়গী কাচিন অমদগী খোন্থাং য়েরকপগুম তৌরম্মী, থম্মোয়দা মমি তাখ্রবনি । নমদুনা মমিদুবু ব্রাখলগী ফীজংনা কূপশিনগে হোৎনরুবনি অদুবু হোৎনবা অদু মায় পাক্লব্রা ? পূংমুৎ মুৎথৎপদি ঙম্লরোই । মমি শামিদি লৈরগনি । মতমগী কল্লবা খুবাক্না হঞ্জিন হঞ্জিন তকথোক্তুনসু মহাক্কী তৌবীমল অদুদি মূৎপা লৈতনা লৈহৌরগনি । থম্মোয়দগী অমুক অকনবা চৈরাক্কী খোঞ্জেল অমা লাক্লম্মী 'কনাগুম্বগী তৌবীমলবু মূৎনাইদনা হক্তুনা থম্বদি চুম্মী অদুবু তৌবীমল অদুগী মরুমদা ইশাগী ওইজনা থিবদি অহকপা ইরালনি । অদুগীসু মথক্তা মরূপকী আশাদা লোইরং শীংখো ওইবনি অদুগা ঐনা নঙবু নুংশিজবদসু অমকপা অমা লৈহনবনি ।' কয়ারক হন্না থম্মোয়বু থেমজিল্লম্মী অদুবু মমি অদুদি মূখুৎকে হোৎনদুনসু অসু অসুম ময়েক্লাবা হেনগৎপগুম তৌরম্মী । হুম্নিসুবা নুমিত্তা পাউ ফংদ থোইদোকপা চিংনিনিংঙাই ওইবা অমত্তা থোকখিদ্রে থবা থাদোরক্লে । ঐ কেপ্তেনগী য়াথং লৌরগা মহাক্কা অমুক্তং উন্ননবা খোঙশাল্লক্লে ।

ক্লিনিক্কী থোঙজিন্দা ঐবু উবদা মহাক য়াম্না হরাওজরম্মী । ঐবু কৌশিল্লগা মহাক্কী কাদা ফম্হল্লম্মী । মতমদু সেক্যুরিটিশিংনা খোইরেন মশা পাইরম্মী ঐহাক খুৎলাই অমত্তা লোয়নরক্লমদে, মীচম শাদুনা লাক্লিবনি। কনাগুম্ব অমত্তগী মফমদা চিংনবা অমত্তা লৈহনবা য়াদে । লম্বীদা চোক তৌবা, ব্রাহং পাউহং তৌবা য়াম্না থেংনরম্মী । খূদিংমক অদু নাম্থোক্তুনা মহাক্কী মনাক য়ৌরকখিবনি ।

— ডোক্তরবু মখোয়না ফারিবদু করি মরমগীনো ?

— ঐগী ক্লিনিক্তা নহারোল চঙজফম পীরে, ঐনা মখোয়গী লালহৌবা মতেং পাংলে অসিনি মখোয়না ঐঙোন্দা তৌরিবা চার্জসি ।

— করম্না মখোয়গী চিংনবা কোকহনবীরম্বগে ?

— চার্জ সীৎ অমা থাংগৎপীরবনিনা মদুগী করি প্রমান ফংবগে হায়না হংই । মখোয়গী ইন্টেলিজেন্স ব্রিংদগী পাউ ফংই হায়না মখোয়না খুম্মী । ঐনা অমুক পাউ ফংবখক্তনদি মরম চাদে হায়না খল্লী ঐহাক সমাজগী সেবা তৌজরিবী অমনি অদুগীসু মথক্তা ঐগী নাক্তা চঙলকপা অনাবা অমদি অনাবগী পার্টি খুদিংমক মশক মমিং খঙবা নত্তে । ঐগী নাক্তা অনা লাইয়েংবগীদমক লাকপা তারবদি শিনফম্নিনা তঙাইফদনা তৌবা তাই হায়না ঐনা খুম্মী অদুদা মখোয়না  অনাবগী কেস সীৎ শেম্বদা খুদক্তা মিং হাপ্তুনা কোন্না হাপ্পীবা করিগীনো হায়না হংবদা ঐনা কোন্না হাপ্পা থোইনা লৈতে, য়াম্না ইম্মরজেন্সি ওইবা নৎত্রগা মরি মতাগুম্বদদি মিং লৈফম খুদক্তা শেমখিদবসু য়াওরম্বা য়াই মদুনা হেন্না লুবা নত্তে খনবদগী নৎত্রগা লায়থোকপদগী । অসুম্না মখোয়না ঐবু ক্রোস ক্বেসন তৌবদু মায় পাকখিদে। মখোয়না হায়বা হায়ববু মতুংদদি খর চ্যেকশিন্বীয়ুদমক হায়রকখি ।

— ঐখোয়গীদমক কোক শাবা মতাং য়াম্না থেংনবীরে । করিনা লমন শিংগনি ।

— লমনগীদমক্তি থোইনা খনবীরুনু ঐনা ঙমজবা মতেং পাংজবনি অদুবু হায়জনীংবা অমত্তংদি লেপখিবা ফিরেপ হোংদনা পুকচেল শেংনা অচুম্বা লম্বীদা চঙশিন্দুনা ইরৈপাক্কীদমক তুংগী মীরোলগীদমক হোৎনবীরক্কনি হায়না খঞ্জে ।

— মদুনি ঐখোয়না খঞ্জরিবসু । মায়পাকপা মায়থীবা হায়বদুদি অমনি ; ঐখোয়না হৌজিক ঐখোয়বু ফীভম অসিদা থম্বীরম্লিবা হৌখ্রবা মীরোলশিংদা ব্রারৌই । ঐখোয়না ঙসি খুৎ তুংবুন্ননা অয়ম্বা মী অমগুম লৈথোক্লবদি তুংগী মীরোলগী খোঙফম অসি করিনো ? মখোয়না ঐখোয়বুসু তিনশীংনখিগনি ।

— লালহৌলুপশিংগী পান্দম করি করিনো ?

— থোং মান্নবা খুনাই অমা শেমগৎপা। খূরক্কী ঈনা লাই শাবা, ঐখোয়বু শক থীহন্নবা হোৎনরিবশিংবু মরু ফংনা মাঙহনবা। লমদমশিদা উতাংবীগুম মপান-মরা চেৎনা হৌরিবা, শেন্দোংগীদমক মখোয়না তৌবা ঙমদবা লৈত্রবা অচৌবা কারবারব্রালা খরবু পারা তন্নীবা, মীয়ামগী পুন্সিবু সুদৎলিবা করপসন মুখৎপা, মীওইবগী হক খোঙগাউনবশিংবু চৈরাক পীবা।

— করপসন হায়বসিদি শক্তি পায়রিবা অমদি শক্তি পীরিবা অনীমক্কী মখূত্তা লৈ হায়জনীংই মসিদি মীওইবনা হিংলিবমখৈ মূখৎপা ওইররোইদবনি। করিগুম্বা করপসন মূখৎকনি হায়না থাংগৎপিরিবা শক্তি লৈরবা খূৎশিং অদুদা করপসনগী মকোন অমুক শারকপা থোক্লবদি ?

— অদুওইরবদি ঐখোয়না খূৎ থাংগৎপগী মমল অমত্তসু লৈত্রে। ঐখোয় থোক্তুবসু য়ারে হায়বনি।

— করিগুম্বা হীরম অমদা নৎত্রগা পোৎ অমদা কন্ত্রোভর্সি লৈবা হায়বদি মপূঙ ফাদবা হায়বনি। লীশাং শীৎনা চৎথরক্লিবা লালহৌবশিংগী লালহৌ অসিদা লালহৌবশিংগী থবক অমদি থৌশিলদা চষ্টী খরসিদদি মীয়ামগী মরক্তা কন্ত্রোভর্সি খরা লৈরকপা ঐখোয়না থেংনজারি। মসিগী মতাঙদা খঙজনীংই।

— লালহৌবা হায়বসিমক্তি য়াম্না শেংবা পোৎ অমনি। মসিবু ময়েক শেংহনবা নৎত্রগা শেংহন্দবা হায়বসি লালহৌ অসিবু শাগৎলিবা মীশিংদা লৈ। চীংগী ঈফূৎনা হৌরকপা মতমদা তরু তরু তশেং তা হৌরক্লগসু তম্পাক হেক য়ৌরকপদগী মোৎপা হৌবকই। মতাংদা শোয়দনা ওইগনি কন্ত্রোভর্সিগী থোরকফমসু। ঐনা হায়জনিবদি খঙবীরিকো ? মীওই খরনা মসিবু পায়শিন্দুনা লৈবা য়াদে নোংমা নোংমগী মীশীং অসুম অসুম য়ামখৎলকই, মশীং য়ামখৎলকপগী মতু ইন্না অমগা অমগা মোত থেন্নবসু থোক্লরকই অদুগা লোয়ননা মপূঙ ইফা ফাদবা মীসু থেংনরকই। মসিদি হৌনশানি। অদুননি ঐখোয়না অনৌ অনৌবা লান্মী লৌবদা স্ক্রীন্নিং তৌরিবসি। তৌনা তৌনা থাদনা ব্রাৎপা কয়াসু য়াওরক্তবা নত্তে। মখোয় অদুনা ঐখোয়গী লালহৌ চেন্থহল্লিবনি।

— হৌখ্রবা চহী নিফ্‌মুকসি রাজনিটিগী লালওংনা ঐখোয়বু শক চু থোকহন্দ্রে অদুনা ঐখোয় মীয়াম্না লালহৌরিবশিংদা আশা থম্লি । লালহৌবা হায়রগদি ঐখোয়না উজরিবসি অব্রাংবা থাক্কী কখোকপনি । মীরোলসিগী অদুগা তুংগী মীরোনগীদমক হিমায় চুম্বনি । মসিগী ওন্নতৈনবা অমত্তা লালহৌবশিংগী মফমদগী থোক্লকপদা ঐখোয় মীয়াম্না খাঙবা ঙম্লোই অদুনা থাজবা অসে মাঙহনবীরোই হায়না খল্লী ।

খূদক্তুদা ঐনা নঙবু নীংশিংলম্মী নঙনসু ঐবু অসুম্না হেক হেক ঈ শাগৎহনখিবনি ।

— থাজবা মাঙবা হায়বা ব্রাহৈদুদি পনবীদবনা ফগনি ।

— ঐনা হায়জরিবসি সুপ্নগী ওবজার্বেসন অমনি হায়না খনবীয়ু ।

— ব্রাহং পাউহংবা খক্তরা মখোয়না ডোক্তরদা করম্বা কা হেনবা লমচৎ চৎখিবা য়াওবগে ?

খঙহৌদনা লাকপা থম্মোয়গী ইহুল অমগী মমি মাগী মাইথোঙদা লাকখি মদুনা ঐবু পূং য়ান্না য়েংবা ঙমদবগুম তৌখি । হেঞ্জিনবা শাজৎ অমত্তা মখোয়গী মফমদগী থেংনখিদে হায়না খুম্লকখি ।

মহাক্কী মনাক্তগী হল্লকপদা লম্বীদা মানা ঙাঙখিবা ঐখোয়দা চিংনবা মানবা, মকা ফোংনা হায়বসু নুংঙাইতবগুম থয়ায়নবা ব্রাফমশিংদ্ নীংশিং নীংশিং ঐনা খোয়শাওননা চৎলম্মী। করিগীদমক হায়ফম থোক্তবা ব্রাফম মানা ঐঙোন্দা হায়রিবনো ? মহাকপু ঐগী কনানো ? খূদক্তুদা ঐনা থৌদোক অমা নীংশিংলক্লম্মী। থৌপুমগী থৌদোক অমখক। খবরগী অহানবা লমায়দা হেদিংদা চাউনা থাদুনা য়াওরম্মী "থৌপুমগী লৌশঙ অমদা নুপীমচা অমা লালহৌবনি চিংনবা মীওই অমনা ইজ্জৎ মাঙহল্লম্লে।" হেদিংদু কেক্ত পারুবদা থম্মোয়গী মিহুল খোঙজেল য়াঙখৎলম্মী । হেদিংদুগী মখা চত্থরকপদা অসুম্না ইরম্মী - "ঙরাং নুমিৎয়ুংবা মতুং পূং অনীমুক তাবদা থৌপুম ভীলেজগী গাংয়াগী লবুক অমদা লৌতাঙশঙদা চীংদগী শীং চল্লুবা মচীন মৌপ্বা অনী ব্রাদুনা পোত্থারিঙৈ লালহৌবনি চিংনবা নুপা অমখক্লা চঙলক্লগা নুপীমচাদুদা করেম কথায়নরম্মী। নুপীমচাদুগী চহী তরাহুমদোইমুক সুরে। মৌপ্বানুপাদুগীনা চহী মাপলমুক সুরে। নুপাদুগী থৌওংদা শাউরবী নুপীমচাদুনা মহাক্কী মমায়দা

মতীন শীৎচিল্লম্মী। অদুদগী নুপাদুনা পিষ্টোল অমা পুথোরক্লগা মৌপ্পা নুপাদু চৎখিনবা হায়রম্মী। অঙাঙদুনা চৎলু য়াদ্রবদা মকোক্তা নোংমৈ মনীংনা সুদুনা মকোক থুগায়রম্মী অদুদগী নুপামচাদু মাবু চৈ-চৈদুনা কপ কপ্পুনা চেনখ্রে। তাঞ্জদুদা মহাক্লা নোংমৈ উত্তুনা নুপীমচাদুবু মহাক্লা শেৎলিবা মফিশিং মশানা লৌথোকচনবা হায়রম্মী। নুপীমচাদুনা য়াদ্রবদা মহাক্লা নমদুনা মফি-মরোল মুল্লম্মী। ফূরিৎ শেগায়বীরম্মী অদুগা নুপীমচাদুগী ইজ্জৎ মাঙহনবীরম্মী। পাউ অসি ঐখোয়গী পাউমীনা চত্তুনা হংলুবদা মমানা কপ্পুনা তন্নকপনি।"

পাউ অসি পারুবদা অশাওবগী মৈরীনা লুতোন য়ৌনা চাকখৎলক্লম্মী। তাঞ্জাদুদা চীংলেনসু ঐগী নাক্তা থুংলখি। লৈতাদবা পূক্নিংগী মমি মহাক্কী মাইথোঙদসু তারম্মী।

— "থৌদোক অসি ঐখোয়গী লাইবক থীবনি। কনাগুম্বনা ঐখোয়গী মিংচৎ থীনবা তৌরম্বসু য়াই। অমবু ওইরো অমবু ওইরো থৌদোক অসে লেম্না থাফম থোক্কে।" চীংলেন্না হায়রম্মী। মহাক্কী থম্মোয় ঈপাক্ত লাক্ল ফান ঙমদ্রবা ঈথক হৌরিবদুগী মমি মহাক্কী হোন্দোরকপা নুংশাশ্বব অমদি মমীৎ অনীমক্তা তারম্মী। 'পাউ অসি ঐখোয় ইশামক্লা চত্তুনা ভীক্তিম ওইরবী নুপীমচাদুদগী খঙবনা চুমগনি!'

— অথুবা মতমদা চৎলসি। হয়েংমক।

অহীংদু ঐ তূম্বা য়ারমদে। য়াম্না ৱানা য়াওন শাওন তৌদুনা নোংঙানব ঙাইখি। ৱাখলশিংনা তোঙান তোঙানবা শক্তম লৌদুনা ঐবু ওৎলম্মী। অদ ৱাবা, খোয়শাউনবা থৌদোক অমা ঐগী পুন্সিদা থোকখিদ্রি হায়বমক য়াই থম্মোয় শেংবা অমদি ওইজবা থাদোকপগী লৈতৃম লৈতৃম্না ফুরূপশিগী তু মীরোলগী য়ুম্ফম থোনগে খন্দুনা চোংথোকচরকপা ঐখোয়গী হোৎনজমন অমকপা দাগফম থম্নবা মীওই খরনা লেপ্তুনা হোৎনরক্লি। মদুনা শেংলব লালহৌসিগী মায়ওন লান্না পুনবা হোৎনরি। মখোয়গী মশা মরোমদোমগী ৱাখল, থম্মোয়গী অশোনবা মচৎনরা নৎত্রগা কনাগুম্বা অমগী থৌইনশিল্লা মী খূদিমক শানি। করিগুম্বা মতম মতমদা শা-ঙাগী ওইবা লীচৎনা মীওইবগী থম্মোযদা মকা লাম্না শান্নদুনা লৈ। অদুগুম্বা মীৎকুপ্তা মীনা শা ওইদুনা শারমচৎ চৎলি। তাঞ্জা ফংলকপদা মীগী মপোৎ হূরাল্লি, নুপীগী ইজ্জৎ তেমশীংনৈ লনথুমগীদমক মীবু হাৎপা-তূপ্পা কয়া তৌনরি। মশি শা ওল্লবা মীশিংগী

লমচৎনি। মীওইবা হায়বসে অফ ফত্ত হায়বা গুন অনীসিনা পূন্সিন্দুনা শেম্বনি। ইচম চম্বা মী অমগী মফমদদি মখোয়না তমথীবা শাজৎ-লীচৎ চৎলক্লবসু করিগুম্বা মীৎকুপ্তা ঙাকপীবা য়াই, মীদুগী অরানবা শাজৎ ব্বায়েল্লবা মতূংদা পুন্সি চূপ্পা ফাদোক থম্লরি। মীহাৎপা মী অমবু মপুন্সি মাঙহনবা কেপিটেল পনিসমেন্ট পীবগী মায়য়োক্তা মীশিংনা লেপ্পরক্লি। হাৎপা নৎত্রগা কনবা অনীগী ব্বায়েল মীদুগী অহকপা মরালগী মতূং ইন্না লেপ্পরক্লিবনি। অদুবু লালহৌবগী কোর্টকদি খেন্নে। ফত্তবা থবক তৌরুবা মী অমগী মরাল ঙাকপীবা ঙাকপীদবদি মরালদুগী অরুম অয়াঙ খলদা ওল্লি। লালহৌবগী মিংবু মায়খুম ওইনা শীজিন্নদুনা মদুনা ঐখোয়গী নৎত্রগা মীয়ামগী মাঙ তাক্লবা কনাগুম্বনা শীজিন্নরক্লবদি মহাকপু ঙাকপীবগী ব্রাফম ঐখোয়গী কোর্ত্তা লৈতে। চৎকদবা লম্বীনা অসুক য়াম্না ব্বাৎলিঙৈ, খোঙথাং অমা অনীদং থাংদোরকপতমক ঙায়রিঙৈ ঐখোয়গী কাঙলুপ অসিদা মখল মখলগী মীওই থেংনরক্লি মসিমক ঐখোয়গী লাইবক থীবনি। অদুবু নুপা থোক্লা খূদিংমক মাইয়োকনবা তাই। থব্বায়না পোন্থা ওইবা হায়বসে অচুম্বা অফববু কন্নবগীদমক্তনি নৎত্রবদি লালহৌবা হায়বা ব্বাহে অসিমক অর্থ লৈত্রবা পোৎ ওইরমগনি। ইজ্জৎ অমদি নাপল হায়বসিগীদমক ঐখোয়না খূত্তা খূৎলাই পায়দুনা তিংখং তুম্বৌশিংগী লম্বীদা খোঙ থাংলিবনি। শেংলবা লাঞ্জং অসিবু মশক থীহনবা হায়বসে অশেংবা লৈবাক্লীংবা অমত্তনা খাঙবা ঙম্লোই।

মথংগী নুমিত্তা চীংলেন ঐখোয় অনীনা খৌপুম তম্পাক য়ৌবদা অয়ুক্কী পূং ১০ তাখ্রে। তাম্না তাম্না তানরিবা য়ুমদোমপোকশিংগীলক্তা চীংয়া নপ্পা শারিবা খাংপোকশঙ অমনি। তৌনা ফক্লাং খাবা, য়ুমথক চরুনা কূপ্পা অপীকপা ব্বায়ুম অদুদা লৈরিবদু মমা লুখ্রাবী অমগা মচা অনীদুগতনি। ঐখোয় অনীনা য়ুমদুদা য়ৌবদা অহানবদদি ঐখোয়না কৌবদা কনাসু খুল্লকখিদে। হন্না হন্না কৌরবসু কনাসু লৈতবগুম্মী। অদুবু ময়া কারিবা ফক্লোংগী থোঙদু য়েংলগদি ইমুংদুদা মী লৈ হায়বগী খূদম্লি।

— ঐখোয় নখোয়গী নতেং পাংগে লাকপনি, কনানো অমত্তা মপান থোকপীরকউ। ঐনা কৌদুনা হায়রম্মী। ফন কুইনা লৈরবা মতুংদা চহী নিফূমুক্কী ময়াঙ কংলবী অনাবা মাল্লবী নুপী অমা থোরক্লম্মী।

— "নখোয় কনা কনানো?" নুপীদুনা হংলকখি।

— ঐখোয় লালহৌলুপ অমগী মীওইশিংনি।

— "ঐখোয়দগী নখোয়না করি অমুক পাম্বনো?" নুপীদুগী শক্তমদা অশাউবগী মমি তারম্মী

— নখোয়গী নচানুপীগী মফমদা থোকখিবা থৌদোক্তুগী মরমদা অশেংবা খঙবা লাকপনি।

— ৱারীদু খঙলগা নখোয়দা করি কান্ননি। ঙাইহাক লৈরে অমা লাকই। ঙাইহাক লৈরে অমা লাকই। ইচানুপীদি চাকসু চাদে তূমসু তূমদে মহাক নারে। মহাক অঙাওবী ওইরে। চৎলো চৎলো ঐখোয়দগী করিসু ফংলরোই নখোয় লালহৌবনি হায়বদাই ? নখোয়ননি ইচানুপীবু অসুম তৌহল্লিবসি । কোক হাত্তোকপীরম্বা য়াদ্রা অসুম্না তৌহনগদবগী শরুক? মদুনা হেন্না ফৈ। নখোয়গীদি খুৎলাই পায়রিবনি মী হাৎপা হায়বসে নখোয়গীদি শান্নবনি।

অদুগা মহাক অশাওবনা লাকহৎখিদুনা ৱা মখা অমুক তাবা তৌদনা হনগৎ-হন্দা হনগৎ-হন্দা চত্তুনা লৈরম্মী। মরূপ চীংলেনগা ঐগা য়েংনরম্মী। ফীভমদু য়াম্না লুবা ফীভম্নি।

— "ইমা, ঐখোয়দা লান্না খনবীগনু। ঐখোয় নহাক অমদি ইচন্নুপী অদুগা লমন খুমগে লাকপা মীনি। ঐখোয়বু থাজবীয়ু।" চীংলেন্না হায়রম্মী।

— করিগী থাজবা, কনাবু থাজবা। ঐখোয় কনামত্তা থাজদে। য়ূমসিদা লেক চাদুনা লৈরম্বনি অদুগা মহাক্না ইচানুপীবু মাঙহল্লম্বনি। নোংমৈ অমা পায়রে মহাক্না ঙল্লে হায়দুনা তৌরম্বনি। ইচানুপীনা মমায়দা মতৌন শীৎপিখি হায় মদূমত্তংদি পেল্লি। ঐখোয়না মঙোন্দা কৈসু তৌবা ঙমহৌদ্রবসু।

"লৌগনু অতোপ্পদগী লংলা অমা কখোকউ নঙগী পুন্সি মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক" হায়বা নীংতম লালহৌগী ঈশৈ অদুনা ঐগী নাকোংদা নিল্লম্মী। অতোপ্পগী য়ূমদা চঙজফম লৌবা মতমদা য়ুম্লুগী অয়াংবা য়াওদনা চঙবা য়াদবা চরা অমগী মমল হঞ্জিনবা হায়বনচিংবা ঐখোয়গী চৎন লোনচৎশিংদুনা কদায়দা চৎখ্রবা। নীংতম লানমী অমনা নোংমৈ চীন্দোন্দা তৌহৈদবা ময়াম অমা তৌরক্লবা ! অতোপ্পগী হক মুন্দুনা লৌনবা

হোৎনরক্কবা খল্লুবদা ইতোমতা ইকাইজবা অমদি শাউনীংবনা ঐবু লৈতাহল্লমদে।

— নুমিৎ কয়ানিমুক যূমসিদা লৈরম্মী ? মহাক করম্না লালহৌলূপনি হায়? ঐনা হংলম্মী।

— যূমসিদা থা অমরোম লৈরম্বনি। ঐখোয়গা তংখায় য়েন্নদুনা চামিন্নবনি। মানা পৈশা পুথোকপা য়াওই পুথোক্তবসু য়াওই। মহাক মীরোৎনি লালহৌবনি হায় য়াম্না শেংনদি হায়দে।

লাক্লা ফান য়াদনা শাউরম্বদগী মহাক ঐখোয়রোমদা খরলৈশিল্লকপা মওংদু ঐখোয়না উরম্মী।

— "মশক মতৌ কমদৌই ?" চীংলেন্না হংলম্মী।

— মী পংব্রাং ব্রাংদে, কুচু মুই, মশা ফৈ।

— মহাকপু মফমসিদা ফারগা পুরকপা পাম্লা ? কবি পাম্মী ইমানা অপাম্বদু হায়বীয়ু।

— মহাক্তি নখোয়না করম্না মশক খঙগনি? মাবু করম্না মফমসিদা পুরক্কনি?

— মদুগীদমক্তদি য়াম্না লায়বা থবক্নি। ইমানা পাম্বদু হায়বীয়ু।

— মাদি ইচানুপীবু ঙাওহনবা, মাঙহনবা মীনি। মাবু ইখূৎমক্লা হাৎপা পাম্মী।

— মদুদি য়রোই। মাবু চৈরাক পীবা হায়বদুদি ঐখোয়গী ইথৌনি।

অসিতদা ঙসাইমখৈ অশাউবগী নোংলৈ নুংশিৎনা মাইকৈ সলাই শংদনা কোইহুম হুমদুনা পুরম্বী মহাক পূক্নিংগী নোংলৈ নুংশিৎ খরা নমথরবগুম কপ্লক্লে। ঐগী থম্মোয় শোল্লম্মী চৈনাদু থম্মোয়দা পাল্লম্মী। মহাক্কী নাইতোম যাওজবী মচানিঙোলদি মকা লাম্না শাৎচগে হায়না হোৎনরকপদমক ঙায়রিঙৈ লৈকা চোইনা শেত্তুনা মাঙহনবিরম্লে। মচানিঙোলগী নোংমা নোংমগী মপূং ফাগৎলক্লিবা শক্তম্ব পাম্মুনা চোকশিন্না শেন্নজরম্বী মমা ওইবীগী মফমদদি করি ওইগনি ? লমচৎ নাইদবশিংনা নুপী ওইবীগী মফমদা য়েংলিবা মীৎয়েং অসিমক্তি মরু ফংনা মাঙহনবা মতম ওইরে।

— ফত্তবা মাবু মরালগী মতীক চাবা চৈরাক শোয়দনা পীগনি। নহাক কৈসু ব্রাগনু ইমা ঐখোয় লৈরিবসিনি। মীশক্তু ফারবা মতুংদা মহাক্কী ফোটোগা লোয়ননা খবরদা হাপ্লক্কনি। মদু ফাওবদি ব্রারবসু ব্রানা খাঙবা তারে। তাঞ্জাদুদা নুপীমচাদুনা মরোল লোন লোন্দুনা ইমুংদগী কপ লাউবা তৌরক্লম্মী।

— মহাকপু চ্যেকশিন্না শেন্নবীয়ু ইমা।

মমাদু ঐনা হায়বা ব্রাদু তাবোই তাদবোই ইমুংদা চেনশিনখিরম্মী।

থৌদোকসিগী মতুং নুমিৎ তরানিমুক লৈরগা ঐখোয়গী পাউমীদগী পাউ লাকখি "মীশক্তু খঙলে। মহাক ঐখোয়গী লালহৌলুপকী মীওইনি। নম্বোলদগীনি। মমিংনা জেমসন, রোবীসু কৌই। মহাক কবুই লৈশাবী রমদিলিয়ুবু মাঙহল্লম্লবা মতুংদা থিবা ফংখিদ্রে। ঐখোয়গী মীৎমাঙদগী লোৎখ্রে। মহাক্কী মখূত্তা চাইনা মেদ নাইন এম.এমগী পিষ্টোল অমা, কারবাইন অমা মেগজিনগা লোয়ননা য়াওখি। লিথোদ মরূ খরসু য়াওখি। খবরদা ব্রারোলসি ফোঙলকপদগী মহাক লোৎখিবা ওইরমগদবা মাল্লি।" পাউদু তাবদা ঐখোয় খোয়রাঙ খোয়শাউনবা, ইকায়বা পোক্লম্মী। ঐখোয়গী স্পাইশিং থদোক্তুনা মীৎ-নাকোংশিংনা মাবু থিনবা খঙহল্লম্মী। কয়াম কুইন লোৎপা ঙমগনি অপঙবা শা ? খূৎলাই পায়রে হায়দুনা মী কয়াগী পুন্সি তেমশীংনরমগনি। লুট-পাট তৌরমগনি। কয়া অমগী ঈংনা চীক্লা পাঞ্জ পুন্সিদা অকায়বা পীরমগনি। পুন্সিবু ঐখোয়না কয়াদা শেংবা মমল লৈব পোৎশক ওইনা লৌরিবা অদুগা মখোয়গুম্বশিংনা কয়াদা তুক্কচখ্রবা অমো অকায়তনা থল্লবা কোম ওইহল্লিবা। মখোয়গুম্বশিংসিদি হূই অঙাওবগ পাঙখক্লি। কৈদৌঙৈদসু লায়েংবা য়াররোইদবনি। অতোপ্পগী পুন্সিসু খুদো থীনিংঙাইনি।

নুমিৎসিগী মতুং হুম্নি সুবদা পাউ অমুক ফংলম্মী - জেমসন ঐখোয়গী কমান্দোশিংগী মখূৎ চল্লে। মহাক পলেনগী হোটেল অমদা চাক চাদুন লৈরম্বনি। ককটীং পল্লেন অদ্বায়দা মোংদুনা লৈবগী পাউ ফংবদা ঐখোয়গী লাম্নীশিংনা তান্নরকপনি। লোয়ননা মখোয়গী মখূৎ চনখিবনি। ব্রাহং পাউদু তৌবদা মশানা মশাগী মরাল য়াজরক্লে। মহাক্লা খৌপুমগী কবুই লৈশাবী রমদিলিয়ুবু মহাক্কী মৌপ্পা অলেনপাউবু মকোক থুগায়দুনা তান্থোকখ্রগা

লৌতাংশঙগী মনূংদা ইজ্জৎ মাঙহনখি। অদুদা নত্তনা মহাক্না ধমকা তৌদুনা অতোপ্পা মীশিংদগী খোমগৎপা শেলশিংসু ফংবা ঙম্লে। মহাক্কী মরালদু পাউমীশিং কৌদুনা নুংত্তিগী ফোঙবা পাউচেশিংদা ফোটোগা কোন্ননা ফোঙদোকহন্নবা ঐখোয়গী পল্লীসিটি ৱিংদা শিন্নখিরম্মী। অদুগা মহাকপুনা মহাক্কী থৱায়বু ইকাইখুম্নবা ওইনা মানা চানীং থক্লীংবা মনীংতম্না পীজরগা লাইশোন তীনশোন তৌহল্লগা মথঙগী নুমিৎকী নুমিদাংৱাইরম পূং ৪ তাবদা মরানগী মতীক চাবা চৈরাক পীননবা ঐখোয়গী ফায়ারিং স্কাত্তা শিন্নখিরম্মী। পাউ অসি তাবদা রমদিলিয়ু, মহাক্কী মমা, মৌপ্পানুপাদা নত্তনা লমদমসিগী মীপূম খূদিংমক্না হরাওনরমগনি। পোকপদা হরাওদবা শিবদা পাম্মুদবা মীওই চা কয়া মালেমসিদা লৈরি। মখোয়না ফনা য়াম্না ফজবা মাইখুম উপ্পবসু নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মখোয়গী থনূংদা লোত্তুনা লৈরিবা মশাগী অশেঙবা থীরবা, তুক্কচরবা শক্তম অদো লোৎপা ঙমদনা মীশিংগী মফমদা উৎথোরকই। অদুগা লোয়ন লোয়ননা মখোয়গী অশেম্বা শক্তমগী লিলাশিং অদুগী পোলোইসু ওই। থৌদোকসিগী মতূং খরা লৈরগনি নোংমা নঙ ঐ উন্নবদা নঙনা ঐঙোন্দা হায়খিবদো।

— "শম্বলনা হৱাই মতোন চাবা হায়বসে ঐখোয় মফম খূদিংমক্তা হেক হেক থেংনরক্লে। মীয়ামগী সেক্যুরিটি ঙাক শেন্নবা থম্লিবা সরকারগী লানমীনা নুপীশিংগী ইজ্জৎ তেমশীংনরকপা ঐখোয় ঙক্না থোক্তে। মখোয় ঐখোয় জাৎ-কুচু তিন্নবা, লোন তিন্নবা মীশক নত্তে অদুগীসু মথক্তা মতম পূম্নমক্তা মখোয়না ঐখোয়গী লমদমসিগী নুপীশিংবু লমহূইনা অংগুর মিতাবগুম মিতাই। অদুবু হন্দক্কী ৱাফমসিমক্তি ঙকপদা নত্তনা থম্মোয় য়াম্না শোকই। অসিগুম্বা থৌদোকসে কয়াম থোক্লককখিগনি? মসি করিদগীনো ? লুচিংবা নখোয়না মতীক চাদবগী নৎত্রা?" ময়াঙদা তাপ পায়রক্লিবা ৱাফমসি ঐনা তাপ ককপসু ঙমখিদে মরমদি মদুদা অশেঙবা ৱাদি য়াওরি। ওক্তবা মচা অমগী হাক্তক্তা মমা মপা চেম্থবা হায়বসি হৌনশানি। অদুবু ঐনা হায়খি।

— ৱাফম অদু করম্না হায়রিবনো ?

— অসিগুম্বা মীশিং অসিবু করিগীদমক নখোয়গী পার্টিদা রিক্রুইট তৌরিবনো? ক্বালিটিদা য়েংলিবরা ক্বানটিটিদা য়েংলিবরা ?

— নঙনা হায়রিবদো লোইনমক চুম্বদি নত্তে। মীওইবা ঐখোয়সে খৃদিংমক মপৃং ফাবা নত্তে। লুচিংবা ওইরিবা মীওইশিংগীসু অশোনবা অশোয়বদি অদুম্মক লৈগনি। মী অমগী থম্মোয়গী ব্রাফমশিংসে কনাসু শেংনা খঙনবা নত্তে।

— অদুনবু হায়রিবনি চাংয়েং কয়া তৌরবা মতুঙদা কোন্সেং ঙাক্তা খনবা কৈদৌবগে ? মসিগুম্বা থৌদোকসি তোয়না থোকচিল্লক্লবদি কনানা ক্বাক্লো, কনানা ব্রাহোঙনো হায়বগী ব্রাহং অমা লাক্লগনি। মীয়াম্না মুসুক মুসুক হায়নরিবসি ঐহাক তায় অদুনা ঐনা তুমিন লৈথোকপা ঙমদে। ঐখোয় মীচমশিংগী পুন্সিবু হিমায় চুম্বীগদবা তুংগী মৈরা ওইনা ঙালহৌগদবা নখোয়গী নরক্তগী অসিগুম্বা মীশক অমা ঐখোয়না কৈদৌঙৈদসু আশা তৌদে। সেক্যুরিটি লৈ হায়রিবা মফম অদুদা সেক্যুরিটি সুক্লে লৈতে হায়দু নীংশিংলকই। অদুগা মপৃং ফাদবা হায়বদুসু য়ানীংদে। পুন্সিবু কখোক্লিবা নখোয়বু করম্না মপৃং ফাদে হায়সিগে ?

— মসিদি ঐখোয়সু আশা তৌদে। শোয়খিবা খোঙথাং অমা চুমথোকপা হায়বসিদি য়াদবরা ? মরাল লৈবা মহাক্কী চৈরাক পীখ্রে। মতুংগী খোঙথাংশিংদসু অদুম্মক চথখিগনি মসিদা লৌইশিনবা য়াদ্রিবরা ?

— য়াদে। মাঙখ্রবা নুপীমচা অদুগী ইজ্জত্তু নখোয়না অমুক হঞ্জিনহনবা ঙমগদৌরিবরা ? মীয়ামগী থম্মোয়দা লৈরিবা অকিবা নুংনাংবা অসিদি নখোয়গী শক্তিদুদনি। শক্তিনা মীওইববু হুমদুনা পুবা ঙম্মী। মীওইবা খুনাইসে মোৎলে, তাইবঙপান অপৃম্বা মোৎলে, অচুম্বগী শক্তম হায়বদো নোংমা নোংমগী ফেন্টাসি ওইরক্লে। অনৈবা ঈপাক অমদা ওইবা অকা ঈশিং খৃজোক্কী শক্তমদুমক্লি।

— "মদুনা ভাবনা শাবনি, চিংনবা হায়বদুনি। অনৈবা ওইনা উরবসু অরুবা ঈশিংদি অদুম হোংদনা লৈগনি। মীওইববু থাজবা হাযবসিসু কান্নবা ঈদাক্লি। ঐখোয়না ব্রারিবসি মীওইববু খাজদনা হায়বা লায়নাসিনা ঐখোয়গী থম্মোয়বু পায়শিনখিবদগীনি। অদুগা ঐখোয়গী সেন্সিটিভ ওইবগী চাং হন্থরকপা অসিসুনি।" মসিতদা নহাক্লা নুংশাশ্বর শাংনা হোন্দোক্লুনা ঐবু মৃনা য়েংলকখি। নুংশিরবী মীৎম্না থম্বাল অনীদা অয়োৎ-অফোং শান্নরিবা থম্মোয়গী মমিশিংদু য়েংজরগা ঐগী পৃক্লিং ঈংজখি।

# ১৯

খঙহৌদনা খংইঙ ইঙবা অমা ইশাদা ফাওরক্লম্মী । মদুনা ঐবু তূম্লম্বদগী মীৎকপ থোকহল্লম্মী । খঙলে, চীংগী অইঙবা উনপুবা নুংশিৎনি । ঐনা মায় লৈথোক্তুনা য়েংবদা ঐগা ফমুং থংননা থারিবা চীংলেনগী ফমুং হাঙলম্লে । অসুক ইঙখ্রবসিদা কদায়দা চৎখ্রবজাৎনো ? মানা ঙাশিল্লম্বা থোঙবাদু নুংশিৎনা ইম্থোকখিদুনা অইঙবা নুংশিৎনা মাযদা ফূজিল্লকপদগী ঐহাক মীৎকপ থোকপনি । খূদাং ঘরী য়েংলুবদা অয়ুক্কী পূং অহুম তারম্লে । ঐহাক হৌগত্তুনা মপান থোক্লম্মী । ঐখোয়গী কেম্প, নোংপোক শেকমাইগী চীংলোনশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না শুক্লবা উপাল ব্রাপালনা য়োমশিল্লবা চীংদুম অদুদা ওইরিবনি । য়েক্লবনা লান্দারকপদা ঙাকথোক্লবা লৈপাক্লা লৈরং ব্রাংনা তাখত্তুনা অকোয়বদা ঙাক শেল্লি । অরোনবা লম্বী অমসু লৈনুংদা হূত্তুনা ঙারিয়ান চীংজিন্দা ফাওদোকফম অমসু শেম্লম্মী । মদুনা করিগুম্বা য়েক্লবনা লাংগোই চন্সিল্লকপা মতমদা নাম্থোকফম লম্বী ওইরিবনি ।

পুর্নিমা মতূঙ মরিনি কোনবগী থাবলনা নোংচূপ থংবা চীংমাইদা ফীঙ্তে কৌরম্মী । মমাঙচীংদগী চাংখৈ লাইরেম্বীনা শাফোঙলকপব ওক্কদবগী মমাঙথংবদা লৈরিবা চীং মচাদূনা মঙক থাংগত্তুনা লৈরম্লে । মহাক্কী মতুঙদ চাইখরাক্লবা থাবলগী মংশানা তপ্না তপ্না হাইরক্লে । অহীং চাক্তাবী চেল্লাশিংনা তাংলৌ লৈথরক্লে হাযদুনা মহুম তম্না পাইশিন্নখ্রে । উকারক্তা হাইরেকপী চেল্লাচাশিংনা অপীকপা মচাশিংগী মশীঙ্গাক থিননবগীদমক মহুম পাগী পীক্লব মকোক নীথোক্তুনা চীংখৈ লাইরেম্নীগী শাথেক ভীরব্রা হায়না য়েংজনক্লে পীক্লবা মচাশিংগা পাওমেন্নবগী ট্রীক ট্রীক খোঞ্জেলনা নিনবা হৌরক্লম্মী ঐখোয়গী কেম্পকী মনীং থংবদা ফেন্সিংগী ব্রাংমা লাম্থোক্তুনা ঐনা থাবলগী কুম্মৈ য়েংলুবদা চীংলেনবু উরম্মী । মহাক চীংমায়দা হৌবা লৈহাউ পাম্বী অমগী মখোঙদা, নূংপাক অমদা ফমদুনা তাম্লবা লমদমদা থাবলনা চেন চোংনা শান্নরিবদু য়েংলম্মী । মহাক করিগুম্বা ব্রাখল অমদা লূপখিবনা ঐনা মনাক্তা চঙলকপদু খঙলমদে ।

— করি ৱাখল খল্লীনো ?

ঐগী খোঞ্জেল অমদা মহাক খংবগুম মমায় লৈথোরক্লম্মী ।

— খুল্লক্তগী থারকপা ঈশৈ অসি তারিবনি ।

— ওন্থোক্লা ফজে । শৈশকপা অসিগী খোঞ্জেলগা, ঈশৈ ময়েক অসিগা, অচীকপা মফম অসিগা ওন্থোক্লা পক্লে ।

তশেংনমক ওন্থোক্লা সুক্মৎলি । ঐসু তুমিন লেপ্তুনা ময়েকশিংদু তারম্মী । পূক্লিং সুক্মৎপা যন্ত্রগী খোন্থাংলক্তা ময়েকশিংদুনা চীংয়া তময়াদা খোন্থাং য়ৈরম্মী -

মোমোন নোক্লা লেপ্লী নঙনা
সুক্মৎপী নঙগী মীৎস্না অনী
ঐবু লোন্না য়েংলদুনা ।
নঙগী নুংশি ঈরাওখোলনা
ঈথক হৌরি থম্মোয় থূম্না ।
মালংনা চেল্লি থেক্লা খোয়না
নঙগী শন্নাংলক্তা ফাওরদুনা
শান্নজরি কেকু লোৎপী
শমজীগী লৈনমদা ঙাওরদুনা ।
লোৎপীয়ু ঐবু চেৎনা চান্না
শমজিরৈনা তৌবগুম্না
পাম্মুবী নঙগী শন্নাংলক্তা ।

— 'নুংশিবা হায়বসিনা কয়াদা ৱাহল্লিবা !' অচীকপা থুগায়দুনা চীংলেন্না হায়রক্লম্মী । ঐহাক তুমিন লৈরম্মী । মহাক্কী থম্মোয়দা হৌরিবা ঈথিলদু ঐসু খঙলম্মী, ঐগী থম্মোয়দসু ফাওরিবনি ।

— নুংশিবা হায়বসে মৈরীনি । মসিনা ঐখোয়বু চাকথেক্কদবগী কোইতান তান্নরি ।

— কনাগুম্বা কবিশিংনদি মসিবু থাবলগসু চাংদম্লে ।

— মদুদি পুন্সিদা নুংশিববু কোন্সিন্দুনা থম্বা ঙম্বশিংগী ৱানি । ঐখোয়গী ইফমদদি মসি তশেংনা মৈরীনি । ঐখোয়দি ইথৌদাংনা পুনখ্রবা মীশক্তি অদুগা অমরোমদা থাদোকঙমদ্রবা নুংশিবগী চৈনানা ওৎনৈরি ।

— অদুবু চৈনা অসিনা ঐখোয়বু মথৌ শঙলিবনি ।

— ফোঙদোক্তবা নুংশিবগী চৈনাশিদি মরূপতি খঙলিরোই ?

— মদু ফোঙদোকপদা করি কায়বগে ?

— ফোঙদোক্লগনি, থম্মোয় থম্মোয় খঙনরক্কনি । লাঞ্জদ্রবী মঙোন্দা ওইথোকপসু য়ারোইদৌবদা ঐঙোন্দা ফাওরিবা মৈচাক অসি ফাওহন্নীংদে ।

— মঙোন্দসু মৈচাক্তি শোয়দনা ফাওগনি নহাক্কী নত্রবসু কনাগুম্বা অমগী ।

— কনাগুম্বা অমগী ওইরবদি মদুনা হেন্না মহাক্কীদি য়াইফবনি । মহাক্তি অফোংবা সমাজগী ঈচেলদা চেম্থমিন্নরিবনি । করিগুম্বা লৈরম্বা থোক্লবদি নীংবা থুংবা ওইসনু । ঐখোয়গী পুন্সি অসিদি ইরৈবাক্কীদমক কখোক্লবনি । থম্মোয়দা লোৎশিন্দুনা থল্লিবা মৈফমসিনা লাউখোংনা চাক্লক্তুনা পুন্সিসে তাংগোই তাহনগে হায়রবসু তাহনখিসনু ।

মহাক্কী মাইথোংদা তারিবা নীংবা কায়বা অমদি অচেৎপা থম্মোয়গী ৱারেপ অনীদুগী মমিবু ঐনা য়েংলম্মী । তশেংনমক মহাক ইরৈবাক্কী অচঙবা মচানি । মহাক্লুম্বা লুচিংবা ঐখোয়গী লালহৌদা য়াম্লমক মরু ওইরবনি । অদুগা ঐদি ? মহাক্না চাংদম্নবদা নোপ্লগুম থম্মোয়দা ফাওরক্লম্মী । থম্মোয় লাকশিনবা ঙমদবা তয়াং তশোইবা অমগুম ইথন্তা উজরক্লম্মী ।

— "পন্থুংনা ঐখোয়বু ঙাইরি । ঐখোয়দি লমজেন চেল্লিবনি । করম্বা মতমদা পন্থুংফমদু য়ৌগনি ?" চীংলেন্না হায়রম্মী ।

— ঐখোয়গী নীংবগী পাংগলনবু কল্লবদি নোংমা শোয়দনা য়ৌগনি। ঐখোয়গী মীরোলদা নত্রবসু মীরোল কয়াগী মতূঙদা মদুগীদমক্তি ঐখোয়না খোঙফম শেল্লিবা ।

— ঐখোয়গী লাঞ্জঙ অসিদা মোংফম কয়া শেমখ্রে । ঐখোয়গীসু নোংমদি শেন্নরগনি । মথং মথং শনদোকখ্রিবা ঐখোয়গী মোংফমগী লম্বীশিংদা

নেৎ নেত্তুনা তুংগী মীরোলশিংনা চৎখিদুনা নোংমদি শোয়দনা মায়পাকপগী ফীরাল য়ুংলুসনু । মসিনি ঐখোয়গী আশাদি অদুবু তাইবংপালসে হোংবা নাই । মীওইবসু হোংবা নাই । ঙসি ঐখোয়না শেমজরিবা য়ূম্ফম অসিদা করম্বা খোঙফম্নো তুংগী মীরোলশিংনা শেল্লগদৌরিবা ? মদুগীদমকসু খন্দবা ঙমদে। শক্তি পায়নবা হোৎনবা হায়বসে মীওইবগী লমচৎনি। মশাগী ওইজবা থিবা হায়বসিসু মীওইবগী শাজৎনি ।

— 'মরূপ, নহাক নীংহন্নবগুম তৌরক্নে । মদু খল্লবদি করম্না ঐখোয় চঙশিনবা ঙমগনি ? ঐখোয়গী মীৎকি পি অমদি ওইজবা থাদোকপগী লৈতূম লৈতূমশিংনা ৱানা থোনগত্তুনা সেমগৎচরিবা য়ূম্ফম অসিদ মাঙবা নাইররোইদবনি । মসিবু মাঙহনগে খনবা পুকচেল পীক্লবা মহাক অদুদি মথন্তমক মাঙজখিগদবনি । ঐখোয়গী আশা থাদোকপা য়াদে । চীংলেন্না নুংশাশ্বর অমত্তং শাংনা হোন্দোক্তুনা পূক্লিং লূপ্না করিগুম্ব অমা খল্লম্মী ।

চীংলেনগী মমা অনাবা হেঞ্জিল্লম্মী । থম্মোযগী লায়না অমা অসুম তপ্না তপ্না হেঞ্জিল্লত্তুনা মহাক য়াম্পক তারম্মী । মতমদু মহাক রিমসর্কী ইনটেন্সিভ কিয়ার য়ুনিত্তা লৈরম্মী । মহাক মচাগীদমক লায়না পক্লবী, মচা কায়না মৈনা চাক্লবী মমানি । লমদমসিগী মমাশিংগী মফমদা থেংনরিবা মসিগুম্বমক্তনি । কনানা মচা মাঙখিবগী, কনানা মমাঙমক্তদা হিংনা কোইচে চেল্লম্বা মচাবু শিনা ফংবগী, কনানা পাম্মনা থমজগী মচা নিঙোল তমথীবশিংনা শরাক তম্বাখিবগী । তশেংনা মীকপ মীওও অমদি অরাবগী ফুইরবা নুংশাশ্বনা নিল্লে কংলৈবাক । অদুগা ঐগী ইমাসনি । বাজবুক ইমাবু নাংশিংলকপদা ঐগী থম্মোয় কায়রম্মী । মনাক্তা লৈশি লৈঙমখিদে থাদোক্তুনা চৎশি চৎঙমখিদে অদুবু হঞ্জিন হঞ্জিন হন্দোকপিরম্মী । হঞ্জিল হঞ্জিল কায়না মৈচাক ফংহৌই । থদোক্লীংদা থদোক্লীংদা থাদোরকখিবনি মহাক্না ঐহাকপু । পূম্নমক্তগী হেল্লবী পোক্লফম লমদমগী লমনশিংজবনা নঙগী লমনশিংবা শকচগেকো ইমা ।

ঐখোয়গী পাউমীনা সেত্তা পাউ থারক্লম্মী চীংলেন মমাগী মনাক্তা চৎলুরগা হল্লকপদা লম্বীদা আর্মীনা কোয়শিনখ্রে । মখোয়গী আশাদি মহাকপু

হিংনা ফাবনি। মখোয়না পাল্লীবা আশাদু মরূপ চীংলেন্না ফংহনখিদে। মহাক্না পায়রিবা নোংমৈদুনা অফংবমখৈ কাপ্তুনা য়েক্লবগী সিফাইশিংবু হাৎলম্লগা মহাকসু নাম্থোকপা য়াররোইদবা, য়েক্লবগী মখূত্তা শোয়দনা তারগদবদু খঙলদুনা মথন্ত নোংমৈনা কাপশিঞ্জদুনা তাইবংপান থাদোকখিরম্মী। থাগৎনিংঙাইনি মরূপকী থৌনা অমদি কখোকপা। অশংবী, নঙনা নোংমা হায়খিদনা "নখোয়গী লালহৌদা মালেমগী মফমশিংদা তৌরিবা অসিগুম সুইসাইদ স্কোয়াদ লৈত্রি অদুনা নখোয়গী লালহৌ অমদি কখোকপা মীয়ামদা হেন্না ময়েক শেংহনবা ঙমদ্রি।" অদুবু ঙসিদি ঐনা চাউথোক্লা মরূপ চীংলেনবু পুথোক্লি মহাকুম্বা থম্মোয় শেংবা থৌনা ফবা কয়া ঐখোয়গী লাঞ্জংদা থোরকখিগনি। মহাক লৈখিদবগী পাউ ঐখোয়গী হেদ ক্বার্টর্সদা পীখ্রে। থৌনা ফরবা নীংতম লান্মী অসিগীদমক ঐখোয় পূম্নমক মিনিট অনী তুম্মিন্না লেপ্তুনা মদুগী মতুংদা ব্রেক ফায়ার তৌদুনা মহাক্কী মফমদা ইকাই খুম্নবা উৎলম্মী। মহাক্না তৌখিবা য়াওল্লোইশিংগী মফমদা পীরম্বা অচৌবা থাদোকপা অমদি পাঙথোক্লম্বা থৌনা ফরবা থবক কয়াবু মীয়ামদা ফোঙদোক্লুনা মহাক্কী পাউ নুংতিগী ফোঙবা পাউ চেশিংদা ফোঙদোক্লম্মী। পাউ অদু ডোক্তর থবাসু তারম্লগনি হায়না ঐনা খল্লম্মী। মহাক লৈতবগী চৈনাদ্‌ মহাক্কী থম্মোয়দসু ফাওরমগনি অদুবু মরূপকী মফমদা অহীং নুংথিল খায়দনা চাকখিবা মৈচাক অদুদি মহাক্তি খঙখিদে। অদুবু খঙহন্দুনা মহাক্কী থম্মোয়দা মরূপকী মফম অমত্তং পুন্সি চুপ্পা কন্দুনা লৈহনবদু ঐনা পাল্লম্মী মদুনা মরূপকী মফমদা লঙজবগুম থোকখ্রবা ঐগী থম্মোয়গী অরোনবা য়েন্নীং অদুগী ইরাল য়াজবা ওইরগে হায়না ঐনা লেপ্লম্মী। ঐখোয় য়াওল্লোই পূম্নমক্লা মরূপকী মফমদা পাওমেঞ্জরম্মী - 'চৎলোকো থৌনা ফরবা নীংতম লান্মী! নহাক্তি মীওইনা পোকপগী মচৈ য়াল্লবনি। ইমাগী লমনশিংলবনি। ঐখোয়সু অচেৎপা থম্মোয়গা লোয়ননা শক্লখিবা ব্রাশক্তিগী খোঙফম অমা লেঙদনা নতুং ইল্লক্কে।' মহাক লৈখিদবগী মতৃঙ ইকুই কুইদনা মহাক্কী মমাসু অরোইবা শ্বর হোনখ্রে। হিংলিঙৈ মনাক্তা কোন্দুনা থমজনীংবা মচাগী শক্তম্বু য়েংবা ফংজখিদ্রবসু লাইরৈবাক্তা মখোয়গী থরায়শিংনা তৎন থানদনা লোয়নজররম্লনি। ঐখোয়না মরূপ চীংলেনগী ইমুং মনুংদসু অরাবা পাউজেল খারম্মী।

ঐনা ডোক্তর থবাগী ক্লিনিক্কী থোঙজিন্দা লেপ্লুবা মতমদু নুমিদাংগী পূং তরা তাখ্রে । ক্লিনিক থোঙ লোনখ্রে । মফমদুদা পামদবা থৌদোক অমা থোকখ্রবনি । মহাকপু ফাবা পুনবা থোকখ্রবনিনা পঙথেঙ থেঙনা থোঙ হাংদবা ওইরমগনি । ঐনা মপান্দগী কোল্লিং বেল নল্লম্মী । থোঙ হাংদোরক্লম্মী । গেট কিপরদুসু ঐবু মশক খঙলবনি । মহাক্না ঐবু ফম্নাল্লম্লগা ডোক্তর কৌথোকপা চৎখিরম্মী । মফমদুদা ঐনা ফল্লিঁডে মরূপ চীংলেনবু নীংশিংলম্মী । ক্লিনিক্তা লৈরিবা অনাবশিং মাগী মাগী কাদা থোঙলোনশিন্দুনা লৈনখ্রে । অনাবগী হীদাক কাপ্পা, ড্রিপ শিনবা, নর্সিং কিয়র পীনবগীদমক নর্সশিংনা হাথু হাথু চৎপগী কক কক লাউবা খোঙউপ মখোনতমক কোরিদোরদা তারম্মী । মফম অদুদা ঐনা থোঙ শোক্তুনা লৈবা মতমদা চীংলেন্না ঐগী সেবা তৌখিবা, ঐগীদমক ব্রাজখিবা, অদুদগী মরি মরি খুদোংথীবা মফম কয়া লান্থোকমিন্নখিবা মতাংশিংদুনা শকপান্নবা মূর্ত্তী ওইদুনা ঐগী মাঙদা চাইথোক্লম্মী ।

— করি মতেং পাংজৌ হায়বগে ?

থবাগী খোঞ্জেলদুনা ঐবু মঙফাওনহল্লম্মী । মহাক্কী মাইথোং তাইফেং তাইরম্মী । অনাবগী শক্তমগুম তৌরম্মী ।

— করিগুম্বা অমা হায়জগে লাকপনি ।

— মনুঙদা লেঙশিল্লসি ।

মহাক্কী মনুঙথংবদা লৈরিবা কাদুদা ঐবু পুশিল্লম্মী ।

— মরূপ চীংলেনগী পাউ তাবীরম্মনি ।

— তাজরে ।

মহাককী মাইথোং লুকথদুনা লৈরম্মী । অদুনা মহাক্কী মমীৎ অনীমক্তু উবা ফংলমদে ।

— ঐহাক মরূপকী পাউ অমা ডোক্তরদা তম্বা লাকচবনি । মসি ফোঙদোক্লবদি ঐহাক লৈতাফম খঙলোইদৌরে ।

— হায়বীয়ু ।

মহাক্কী মমায়দু নোম্থদুনা অদুম্মক লৈরম্মী । ঐনা মরূপ কায়নবগী মৈচাক ফংলিবা অসিগুম মহাকসু ফংলম্বা য়াই হায়না ঐনা খল্লম্মী ।

— হিংলিঙৈ মতমদা চীংলেন্না ঐঙোন্দা ডোক্তরগী ৱারী খরা শারম্মী ।

— শারমগনি মহাক্তি ঐগী পীক্লিঙৈদগী তিন্নরকপা ইমান্নবনি ।

— পীক্লিঙৈ মতমগী ৱারীতা নত্তনা মপূং ফারক্লবা ইনখৎলকপা মতমগী ৱারীসু শারম্মী । মহাক্লা ডোক্তরবু ওন্থোক্লা নুংশিজৈ মহাক্কী থম্মোয়দা লোন্না য়েকচবা মীশক অমসু অদোমনা ওইখি ।

মহাক শ্বর ফাওবা হোন্দ্রবগুম তৌরম্মী ।

— কেম্পতা ঐখোয় অনী হেক হেক থাবল য়েংমিন্নখি । মতমদুদা মহাক্লা ডোক্তরগী মিং পঞ্জরগা পেঞ্জখি অদুবু ফোঙদোকপদি পামখিদে মহাক্লা মরম ওইদুনা অদোম্বু ৱাহন্নীংখিদে । মহাক্কী থম্মোয়গী মৈচাক অদো ঐতদি শেংনা খঙখি । শিবা ফাওবা মৈচাক অসিমদি পুখিবনি ।

খঙহৌদনা নোন্থদুনা লৈরিবী মহাক্কী মীৎলুদগী পিরিকশিং লেপ্পা লৈতনা খজাই নাপোমদা শিন্থরক্লম্মী । ট্যবকী মৈঙালদা মুক্তা মরীক্লুম লংলবা পিরিকশিং অদো খজাইদগী মরী মরী শিন্থখিদুনা লৈমায়দা তিনখিরম্মী । নূংগুম কল্লবা ঐগী থম্মোয় চিংখায়দুনা থিংগৎলম্বা ঈচেলগী পল নমখায়বা হৌরক্লম্মী ইশামক্লফাওবা থাজদবা মওংদা ঈচেল অদুনা ঐগী মীৎলুসু থুম্মৎলম্মী । মিনিট খর তুমিন্না লৈরম্বদগী থম্মোয়গী অশোম্বা অদুবু লাকশিন্দুনা মহাক তপ্না হৌগৎখিরম্মী । অদুগা থোকখিরম্মী । করিনো তৌরিবসিদি খঙদনা তুমিন্না ইথন্তা ফমদুনা লৈহৌরম্মী । ঙাইহাক লৈরগা মহাক অমুক চঙলক্লম্মী । মখূৎনা ইনভেলব অশাংবা শংবান্নবা অমা পায়রক্লম্মী । মদু ঐঙোন্দা পীরম্মী ।

— নোংমা মহাক শোয়দনা ঐগী নাক্তা লাকখিনি হায়না ঐনা খনখি । মতমদুদা মঙোন্দা পীগে খন্না থমখিবা চিঠিনি । মহাক্কী মহুৎশিন্দুনা অদোম্না চিঠিসি পাবীয়ু অদুগা মহাক্কী মোংফমগী লৈশাদা মদুবুসু তিলহনবীয়ু ।

অদুগা মহাক পন্থরমদনা মাগী কাদা চঙখিরম্মী । ঐনা চিঠিদু পুদুনা ঐখোয়গী কেম্পতা হল্লক্লম্মী । চিঠিগী ময়েকশিংদু পানীংবনা ঐবু ঙাওহল্লম্মী । থৌরিবা ঐগী বাইক্তু চেন্দ্রবোইতা খল্লম্মী ।

কেম্প য়ৌরম্মী । মতমদুদা অহীংগী পূং তরানিথোই তাখ্রে । মরূপ মপাং পূম্নমক নুংঙাইনা তূম্নরম্লে । শান্ত্রি তৌরিবা মখোয় খরদি মমীৎ মনা শিংনা অহীং মিৎশেল খাঙদুনা কেম্পকী অকোয়বদা কোয়চৎ চত্তুনা শঙলম্মী । ঐনা খঙনবী খূদম তৌদুনা লাপ্লিঙৈদগী ঐনি হায়বা তাক্লম্মী অদুগা ঐগী ফম্মুংদা চঙলক্লম্মী । মমাংঙৈদদি চীংলেনগা ঐগা ফম্মুং থংননা কা অমত্তদা তূম্মীন্নখিবনি । মতমসিদদি ইথন্ত ঙায়বগী অচীকপনা ঐবু পূক্লিং নুংশিনা কাইহৌরম্মী । চিঠিদু হাংদোকপা মতমদা খঙহৌদনা খূৎ নীক্লম্মী, থম্মোয় মিহুন চোংলম্মী, খৌজেং ফুনগৎলক্লম্মী । চিঠিগী অহৌবদা অসুম্না ইরম্মী "অথৌবা" মরূপ চীংলেনগা ঐগা নক্লনা ফমমিন্নদুনা চিঠিদু পামিন্নরিবগুম ঐগী ব্রাখলদা ফাওরম্মী । মীৎলুগী পিরাংনা মীৎ অনীমক মশেন মরাংহল্লম্মী ।

"কুইরে উখিদবা নঙবু । কমদৌরি ? নুংঙাইরিবরা নৎত্রগা ব্রারিবরা ? ঐগী ব্রাখলদদি নহাক্কী নফমদা অৱাবা নৎত্রগা নুংঙাইবা হায়বসি কৈস্যু লৈতবা ওইনা খল্লমগনি হায়না খল্লী । ঐগী চিঠিসে থাজদনা ফংবদা নহাক ৬কপ য়াই হায়না খল্লী অদুবু নহাক্লা মুন্না খন্থরবদি অঙকপমক্তনি পুন্সিসে হায়বা য়ানীংগনি । ঙকত্রা পুন্সিসে ? নুংশিদ্রা ? অঙাং ওইরিঙৈ ঐখোয় অনী মীৎকুপ অমত্তা থানখিদে । মপূং ফারক্লবা মতমদসু অদুম থানরকখিদে অদুবু হোংলক্লিবা ঐখোয়গী নুং-পালগী মশক্লা ঐখোয় অনীবু অঙাং ওইরিঙৈ মতমগী চম্লবা শেংলবা পুন্সিদুদগী খরদি নাথৈহনখি । মদু মীয়ামগী হেঞ্জিনবা মীৎয়েংনা ওইহনখি । নীংশিংলিব্রা কোলেজদা নঙ ঐ নকশিন্ননা তিন্নবা মতৌদুদা নখোয়গী নমান্নবশিংনা লক্লখিবদো ঐগী ইমান্নবীশিংনসু লক্লখি নঙনা মাইথোঙ তঙাং তঙাং ঐঙোন্দা য়েংদুনা নোকখিবদো । নঙদি খঙলম্লে মীনোক অদুনা ঐবু লেপথুম্না লুববা ব্রাখলগী ঈরোন্নুংদা পুথবীখি । নঙদি শৈরেংসু মতেক মতেক তেন্তক তেন্তক ইগনবদাই ? নোংমা কলেজগী ফ্রেসার্স মীত্তা নঙনা নশানা ইজবা শৈরেং অমা পাথোকখি । নঙদি কাউবম্বসু য়াবে ঐদি ঙসিস্যু চীনফা পুবি । থৱায়গা হকচাংগা শেৎনদ্রিবমখৈ নঙগী শৈরেংগী মরোকশিংদুদি ঐগী নীংশিংবগী লকানুংদা চেৎনা লোত্তুনা থমজরগে হায়না খল্লী । করিগুম্বা কাউখ্রবসু অমুক নীংশিংনবা হোৎনৌ । নঙগী নাক্তা অইবদুদি লৈরমগনি হায়বা থাজদ্রে । নহাক্তি ইবগী ব্রানি, ইর ইরগা ঐঙোন্দা পাদুনা তাহল্লগা হেক্তমক মাঙহনখি । ঐনা লাইরিক ওইনা ফোঙসি মাঙহনগনু

হায়বসু য়াখিদে অঙকপনি নঙগী ৱাখলদু । করিগী অরেম্বদা মাঙহল্লিনো পুন্সিসে, ঐখোয়না তৌরল্লিবা থবকশিংসে, মমি অমদি তাদুনা লৈহৌবনা ফৎত্রা হায়না ঐনা মত ফোঙদোকখি মদুদা নঙনা খুমখি, 'নীংশিং খূদম অমত্তা থনম্বা ঐদি পামদে । ঐখোয়গুম্বা মীওই কয়া হিংলম্মী, ঈয়াইগী কোংগোল তাকপগুম তাকখি কনানসু নীংশিংবীদনা তাকখ্রবা কোংগোলশিংদুসু পুন্সিগী মরমচৎপু নুংশিনদি কোঞ্জখি ।' নঙগী ফিলোসোফিদু ঐগীগা খেন্নখি অদুনা ঐনা মদুবু মুন্না খঙবা ঙমখিদে । নুমিত্তুদা নঙনা ষ্টেজদা পাথোকখিবা শৈরেংদুমদি নঙনা ঐঙোন্দা হান্না উৎখিদে । পাথোকখ্রবা মতুংদা ঐনা তান্নজদুনা লৌজহৌই । নীংশিংলিব্রা নুমিত্তুদা নঙনা পাখিবা শৈরেংদো 'ঙাইবগী অৱাবা'

থাজবু ঙাইজবি নোংইন চেক্লানা
খঙবীদে ঙাইবগী অৱাবা থাজনা ।
চৎখি লেপ্পাইদা হাঙলা অতিয়াদা
হন্না য়েংলমদা কনাগুম্বা অমবু ।
লৈচীলনা থৎলি থাজগী মায়কৈ
তমজগে হায়না মশানৌগী মপাউ
নুংশিগী ঈচাউনা থূক্কাৎলে মালেমসু
ঈয়াইদা শাৎচবী থরোগী মতৌদা ।
অদুবু চৎলি মাদি পম্বুংগী আশাদা
কনাগুম্বী অমগী নিঙাইবু থওইদা ।
নুংশিবগী অঙাওবা তপথদবা থম্মোয়
খঙবীদে থৌদু নূংগী থম্মোয়না ।

নঙগী শৈরেং পাবা লোইখিবগা লোয়ননা কলেজগী হোলসু খূবাক মখোন্না নিনখি । মরূপশিংনসু হায়খি 'তেনমল্লি পেলহৌদে । জর্নেলগুম্বদা হাপকদবা শৈরেংনি, ষ্টেজগীদমক্তদি তেনমল্লি' অদুবু নঙনা হায়খি - 'অশাংবা শৈরেং ইবা হৈতে ।' মদুনা ৱা পূম্নমক ককশিনখি । নহাকসে অঙকপা মীনি হায়না ঐনা খল্লী । ঐগী পুন্সিদা মরূপ ফনা য়াম্না থেংনখ্রে অদুবু নহাক্কুম্বদি যাওখিদে । নীংশিংলিব্রা নোংমা ঐগী বার্থদেগী কার্দ নখূৎমক্তদা শিন্নখ্রগা নহাক লাকখিদে । ঐহাক য়াম্না নুংঙাইখিদে । নহাক ৱাৎপদুদা মপূং ইফা

ফাদবগুম তৌখি ঐগী বার্থদেদু । মথংগী নুমিত্তা ঐনা করিগীদমক লাক্লিবনো হায়না হংবদা নওনা খুমখি 'লায়রবা ঐগীদি নঙোন্দা পীনিংঙাই মতীক চাবা খূদোল লৈজদে ।' নুমিত্তুদা ঐখোয় অনী অওক অথোম তৌনদুনা খৎনখি। অদুদগীদি কুইখিদ্রে নঙবু অদুম উবা ফংখিদ্রে । নপাউ তাবা ফংখিদ্রে । নঙ য়াওদবা মীৎকুপশিং অদো ঐনা করম্না কলেজদা লেনখিবগে হায়বদো নঙদি খঙলিরোই । কলেজগী মফম খূদিং পূমহাং হাঙই । ক্লাসতা ফংই ইহাঙ হাঙই । ঐগী হৈনীংবা মাঙখিরম্মী । মরূপ মপাং অমত্তনা ঐগী থম্মোয়গী হাঙলবা শরূক অসিবু মেনশিনবা ঙমখিদে । মরকসিদা নঙগীদমক নুংশা থীবা লাঙতক্লবসু পোক্লম্মী । শিগ্গবরা হিংলিবরা হায়বসু খঙলমদে । মরক অসিদা লেপ্পা লৈতনা ঐগী থম্মোয়দা হুনখ্রবা মরূ অমদি মতোন চোংদুনা শরেপ ফানা নোংমা নোংমগী চাউখৎলক্লে । মসিগী মশা মরেংনা থম্মোয়গী কাচিন কোয়া খূদিং থিনগায়বা হৌরক্লে । মরূ অসে, হৌরক্লিবা পাম্বী অসে নুংশিবগীনি । মসিবু থম্মোয়দা য়োক্তুনা থল্লিবা অসিবু ঐগী ইনাল্লা ? তাইবংপাল অসিনা ঐবু তাইয়োন্নবী ওইনা লৌরবসু লৌজসনু, ঐদি থৌনা ফনা হায়রি, 'ঐদি নঙবু নুংশি ।' নুংশিবা হায়বসিবু পাপ্পা ? মসিবু ঐনা কোন্সিন্দুনা থল্লিবা অসিগীদমক নঙনা ঐবু তুক্কচ্চবা পোকপ্রা ? নোংমা নহাক খঙহৌদনা ঐগী থাজবগী ব্রাংমদা অশোকপা মরূপ অমবু পুদুনা ঐগী নাক্তা লাকখি । নঙবু অমুক উজবা ফংবা অদুদা ঐগী থম্মোয়না পেঞ্জখিবা অদুদি নঙদি খঙলিরোই । নঙনা হিংদুনা লৈরম্বা অদুমক ঐনা নঙবু ঙাইজবগী মহৈ মপু মানা পীবিরবনি হায়না খঞ্জখি । নুমিত্তুগী মতুংদদি ঐনা নঙবু অমুক উখিদ্রে । ঐগী ব্রাকৎশিং অসে অরেম্বদা ঐগী নাক্তা তাদুনা লৈবে । থৌনাফবা, নঙগী থম্মোয়গী কাচিন অমদা ঐগী পীক্লবা খোঙফম অমত্তং লেঙদনা লৈহনবিদু মদুনা ঐগী নীংবা থুংবা শকচগে ।"

*নহাক্কী*

**অদুঙৈগী থবা**

তাং ১০/৭/'৯১

চিঠিদু পারুবদা ঐগী থম্মোয় মশুং কয়া খোক্লা চিংখায়বা হৌরকই । লেপ্পা লৈত্রবা পিগী ঈচেলনা পুকচেল চেৎলবী মহাক অমদি মরূপকী মফমদা তুমিন লঙশিঞ্জখিবা ইরালদুবু মপূং ফানা চামথোক্লসনু মতাগুম মীৎলুদগী শিন্থরক্লম্মী । ঙসিদি অমকপা দাগফম অমত্তসু লৈত্রে ঐগী ইফমদা । লমখাঙদা

তৎখ্রবা শাফ্‌ কল্লবা ঈচেল অনীগী অপূনবা ঈরাওখোন্না অতিয়া মালেম অনীমক নিনখ্রবগুম তৌরম্মী । ঐনা চিঠিদু পুদুনা মরূপকী নীংশি খুভমদা চৎলম্মী । অদুগা চিঠিদু মফমদুদা থম্লগা নূঙজাউ অমনা নোংলৈ নুংশিৎনা চেস্থোকপা ঙমদনবা নঙ্গিল্লম্মী ।

— মরূপ নঙনা মীৎকুপ খূদিং কাউবা লৈতনা শোঞ্জখিবী নঙগী থবাগী থম্মোয়গী ব্বারোলসে নফমদা ঐনা শিন্নরবনি । মৈচাক পূম্বা কোক্তুনা নঙগী থব্রায়না ঈংনা লৈবা ওইয়ুকো ।

থম্মোয়নুংদা খঞ্জরম্মী ।

২০

অহীংগী পূংজানা অমা খীংখ্রে । থেঙলে মতমসে অদুবু ঐদি নিংঙাইদনা লৈথোক্লি ফক্লাং মরীনা কোয়শিনবা অফা অপুন্নরবা হিংবগী মৈবা অমত্তংসু ঐগীনি হায়না চূখৎপা ঙমদ্রবা কা 'সিদা । অদুগা নঙনা থম্মোয় শোক্লা কপ্পমগনি মোংফমথক্তা । নঙগী থৱায়না ঐবু চৈরমগনি তমথীনা, নুপা থোক্তবনি হায়না । নঙনা ঐবু চৎলিবা লম্বীসিদগী হন্দোরকউ, মসি মায় পাকপগী লম্বী নত্তে হায়না হন্না হন্না হায়খি । কয়া শাউনখি, মরৈ কয়া য়েৎনখি । নঙগী ৱাকৎ খূদিং অরেম্বা তারবদা নঙনা অঙাংমচাগুম ঐগী থবাক্তা নমায় উপশিন্দুনা থম্মোয় পেন্না কপখি । ঙসিদি মতমদুদা কপখিবা নঙগী মীকপখোন্দুগী খোন্থাংনা থম্মোয়সিদগী পাথোরক্তুনা চীক্লবা অহীংসিদা, চীক্লবা কা'সিদা খোন্থাংয়ৈবগুম তৌরক্লি । ঐগী থম্মোয়সে লৈতাদ্রে। মৈচাকসে খাঙবা ওন্থোক্লা ৱারে। অশংবী, নঙনা হায়বগুম ৱারেপ পূন্নমক ককথত্তুনা ননাক্তা ঐনা হল্লক্লম্বা থোক্লবদি ঙসি ফংলিবা মৈচাকসে ফংলম্লোই । মৈচাক অদুগা চৈনা কয়া কয়া পুন্সিদা থেংনদুনা লাক্লবনি অদুবু খাঙখি, খাঙবা ঙমখি । নহাক কায়নবগী মৈচাক অসিদি, মাইথীবগী চৈনা অসিদি করম্না খাঙসিগে ? নীংতম্বা পান্নবা ঐগী থৱায়নদি লমঙানুগুম মশা খপ্তুনা পাইরি হাঙলবা অতিয়াদা, লশিং মফোল ওল্লবা নৎত্রগা লূমথরক্লবা অমংবা নোং ওল্লবা লৈচীল মপৈরক্তা । অদুবু য়েক্লবগী শারংনুংসিদা ঐগী হকচাংনা নান্থোকপা ঙমদনা য়োৎহ্লীং চন্দুনা থল্লি । ঐহাক মায়থিরবনি অদুবু করিগীনো ঐগী থম্মোয়নদি মায়থীবা অসে য়ানীংদ্রিবা ? মসি নঙনা ঐঙোন্দা নঙগী অরোইবা মীৎকুপ্তা পীরম্বা থৌনাশিংদুনা ওইরম্বা য়াই । অমুকসু হায়রি, হঞ্জিল হঞ্জিল হায়রি নঙ ঐ কয়াদা খেন্নখ্রবা ! লমদমশিগী লৈহাওদা হৌমিন্নরক্লবা, ঈশিং নুংশিৎলক্তা চাউমিন্নরক্লবা ওইদুনসু, অসুক্কী মতীক নরুদুনসু নঙ অমদি ঐ কয়াদা লাপ্নখ্রবা ! কাউবা ঙম্লোই থৌদোক্তো । ৱাশক অমগী মৈরীনুংদা তাংগোই তাখ্রবা নঙগী পুন্সিগী ৱারীদো । অরোইবা ওইনা অমুক্তংগা য়েংলমখিগে লৈকংলাগী মবুক হোগায়দুনা পোমশাৎনরম্লবী

লৈরাংগী লৈচুদো অদুগা খোঙশান্নবা হোৎনখিগে লমনগী অনৌবা চেঙজেন অমা য়োমদুনা লপ্পীদুদা । নঙনা পামজখিবা, হেন্না ঈখাই পীখিবা লপ্পীদুদা মদুতনা নঙগী পিরাংগী লমনশিংবা শক্লসনুকো তামখ্রবী ।

ঐনা পায়খৎলিবসে নঙনা নোংমা ঐঙোন্দা ইরম্বা লামায় মশীং য়াম্লবা চিঠিদুনি । চিঠিসে সনাতোম্বীনা ঐঙোন্দা শিন্নখিবনি । নুমিত্তুগী লানফমদুদা মহাক্তংদি হিংহৌরি হায়না মানা ঐঙোন্দা তমখি । চিঠিসিবু উরুবদা অমুক্কা হেন্না খোঙজেল য়াঙনা চেন্সিল্লক্লবগুম খল্লী অদুঙৈগী থৌদোকশিংদো। পিরাং কংখিদ্রবী মায়থোংদো ইনাক্তা নক্লা লৈরিবগুম, ৱাকৎলিবগুম খঞ্জরি । চান্নথোইরবা,

মতম কুইনগী তুংদা থম্মোয়গী অরোৎ অফোং ৱারীদগী চীথহৌরবা ময়েক অসিমত্তং নফমদা খূৎশিন্নবা ফংলিবা অসিমক ঐগী কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো ! ঐ কৈদৌঙৈদসু খল্লমদে কুইনা হিংবা অসিনা পুন্সিসিগী মশক হেন্না থীহন্নবগী মচাক ওইরবসু য়াই হায়বসে । অদুগা নঙনসু অমুক্কা হেন্না ঐবু থাজবীখিবনি । মসিনা মতম অমগী ৱারীনি । ঙসিদি নঙ ঐনা লপ্পী অমমমদা লেপ্পরগা তোঙান তোঙানবা শক্তম অমমম শাগৎনরক্লবনি হৌখিবা পুন্সিগী শৈরোলবু কাউথোক্লবা হোৎনদুনা । ফরে, ওইনীংবা অদু ওইখ্রবসু ঐ মসিমদি হাযগে, অৱাবা নৎত্রেগা মৈচাক খূদিংমক লাক্লীংবা লাকচসনু খাঙবা ঙমগনি অদুবু ঙসিদি লৈইদুমক্কী ৱাংমদা ঐ লেপ্পরে নঙগী তরু তরুবা পুন্সি অতিয়াদা অমম্বা নোংলৈ ওইনা । ঐদি ওক্তবী লৌনম্বীনি । মীয়ামগী মীত্তা উৎ চাইদুনা ইশামক্কী খুন্নাইগী পুন্সিদা অমকপা দাগ থম্লবীনি । অদুগা নঙনা ঙসিফাওবদা হিংলি নরমদমগীদমক । নখূত্রা খূৎলাই পায়দুনা চোকথবা লৈতনা খোঙশাল্লি পুন্সিবু চেগায় মচেৎকুম মমল হুন্নদনা, মীখা থারবা, নোইহৎলবা কংলৈচাশিংগী অনৌবা শক্তম অমগীদমক । অদুবু লপ্পী অসিমক ঐসু তুক্কচনা য়েংলম্বনি । নঙগুম্না তুহৎপগী চৈনা খাঙগদবগী শরূক শিখিবনা হেন্না ফৈ খল্লম্বনি । ঙসিদি ইশানা লেপচখিবা ৱারেপ্পুগী ৱাংমদা ঐহাক লেপ্পরে । নঙগী মক্তবা নুংশিগী শাইগোন্দা ইপুন্সিনা মকা লাম্না লৈশাৎ তমজগনি খল্লুবদি মঙলান ওইখ্রেদো । খূদিংমক নোংদম্বগী নোংদম হায়বদু তাখ্রে ।

এপ্রিল তাং ২৬, ১৯৮৩ নুমিত্তু ঐ পাৎশোয়দা ঐথোয়গী স্কুলদা ওজা ওইমিন্নবী ইমান্নবী সনাতোম্বীগী ময়ূমদা চাক চানবা অমা য়াওবা চৎখি ।

নঙনা ঐবু থাদোক্কুনা চৎখ্রবা মতুংদনি । দি আই জি কাপ্পুবগী ব্রাহৌগী নহাক্না নখোয়গী হেদ কাটর্সদা চৎখিবা মতমদুনি । নুমিত্তুদা অরোনবা লালহৌলুপ অমগা সরকারগী লান্মীগা কাপ্নখি । থৌদোক্তু নিয়ু কাছার রোদতা থোকখিবনি । নহারোলশিংনা পাৎশোয় ফাওদুনা নাম্ব্রোকখি অদুগা মফমদুদা কোম্বীং ওপরেসন চথ্খিবা সিফাইশিংগী কম্মান্দেন্ট সুরেন্দ্রগী লমজীং মখাদা তমথীরবা ওপরেসন অদু চথ্খি। চমজরবী খুংগং চনুরাশিংগী ইজৎপূ তেমশীংনখি । থৌদোক্তুনা ঐবুসু মখোয়না ক্রোস কেসন তৌখি লোয়নন করাম চাউরবা ওফিসার অদুগী মখূত্তা তাখি, নাম্ব্রোকফম লৈখিদে, খোইদা থূরবা ঙা ওইখি । মীৎকুপ্তুদা ঐনা খঙখি করাম চাউবশিংগী মীৎয়েংদা ঐখোয়দি ঙাদা ঙানি । মখোয়গী হাউরবা মথেল লুকোই অমনি হায়বসে। থৌদোক্তুগী মতূঙদা ঐনা করম্না লেনখিবগে হায়বদো নঙদি খঙলিরোই । ঐহাক লাকচবগী চৈনাদু খাঙবা ঙমখিদে তূম্বা চাবা চঙখিদে অদুবু পাঙদবী অমগুম ইথন্তা শিবসু পাল্লমদে । লমনগী মৈরীনা অহীং নুংথিল নাইদনা কোক্কী লৈরোন্নুংদা চাক্তুনা লৈখি । ঐনা ইথন্তা ব্রারেপচরম্মী লমন খুমদ্রিবফাওবা ঐহাক হিংবা তাই । করি তৌশিগে হায়না অহীং তূমদনা খনখি । ব্রাখলশিংনা ঐবু ওৎলম্মী। ঐহাক কিবা ফাওরম্মী শোয়দনা ঐহাক তাইয়োন্নবী ওইরনি । অদুনা ঐহাক্না ব্রাখলসিদগী নাম্ব্রোক্লবা ঐবু ঙাইহাক পোত্থাফম পীনবা ঈশৈগী তাইবঙদা লূপ্তুনা পুন্সিসে মতম খরা নাথৈরগে হায়না খল্লম্মী ।

অহাঙবা মতমদা ঐহাক ঈশৈ তল্লম্মী । মপান নাইদ্রবা সুরগী ঈথক ঈপোমদা ঙানু কাঙাগুম তাউজরম্মী । তপ্না তপ্না ঐহাক শৈশকপী অমা ওইরক্লম্মী । কনানসু উবীদনা থম্মোয়নুংদা মদোম মকা লাম্না চাক্লিবা লাকচথীবগী মৈচাক্তু খরদি ময়েং তাবগুম তৌরম্মী । চহী অনী অহুমগী মতূঙদা ঐহাক মমিং লৈরবী শৈশকপী অমা ওইরক্লম্মী । মতমদুদা ঐগী মরূপ সনাতোম্বীসু হেদ কাটর্স লাংজিংদা লৈবা শিফাইশিংগী মচাশিংগী ট্যুসন ওজা অমা ওইরম্মী । মহাকসু অদুগুম্বা লীচৎ নাইদ্রবা ওপরেসন অদুনা লুখাককোমদা চিংথবীখ্রবীনি ।

শোক ১৯৮৫গী চহীনা লোইখিবা '৮৬কী চহীনা হৌরকপা অনীগী লোন্নবা অহীংদনি দিসেম্বরগী তাং ৩১ । লাংজিংদা লৈবা শিফাইশিংগী হেদকাটর্সকী হোলদা ঈশৈগী প্রোগ্রাম অমা ফংখি । মদু সনাতোম্বীনা

শীল্লকখিবনি । নুমিৎ অদো পুন্সিদা লমনগী মৈরী চূখৎনবা শেম্বীরকপা মপূনা পীবিরকপা নুমিৎ ওইখি । মচু মচুগী মীৎথকহন্না লংলবা মৈঙাল্লক্তা খূৎশেমগী অমদি অশেংবা লৈশিংগী মোমোন মীনোক্তা অপাম মিহৌনা ময়াই কারবা নুপী অঙাংগা লাপ্নরবা আর্মিগী কম্মান্দেন্ট সুরেন্দ্রগা ঐগা মীৎচান্ননা লেপখি । মহাক মশানা মশাবু কাউজখি । নুমিত্তু ঐহাক ব্লূ মচুগী ময়েক্লাইবী শেৎখি ব্লূ মচুগী সিল্ককী ঝমকিনা ময়েক হক খোৎলবা সারি মতেক অমা শেৎখি ব্লূ মচুগী ব্লাউজ লীৎখি । মচু অদুমক্কী খূজি শিখি, বিন্দি নমখি । থম্মোয়দা ওন্নিবা মৈরীগী মৈশাবু মনুংচন্না লোৎশিল্লগা মাইথোঙদা হরাও তয়াম্বগী মমি ঊৎলদুনা মফমদুদা শৈশক তমখি । ঐগী মীৎ অনীনা মাবু কোয়তান তান্নখি । মহাক্কী মীৎলম থৎখি । মকে শেল্লগা ইশাগী শক্তমসে মিংসেলদা য়েংজরগা ইশামক কাওবা সুক্ষ্মৎপগুম তৌখি । নুমিত্তু ঐহাক কুচু মুবী ওইখিদে । নহাকসু খঙলিবদুনি ঐগী কুচুদি পুলৈ কুচুনি । মমল য়াম্লবা কোসমেতিকশিংনা ঐগী অমুবা কুচুবু লোৎশিনখি । শেৎলিবা ফীজোন্দুনা অমুক্কা হেন্না খৌগৎখি । থংনবা মীৎকুপ্তা ইশানা ইশাবু লুকমায়দা থেন্দুনা য়োল্লিবা, মকে শেল্লবা লাইধিবী অমগুম উজরম্মী । মদুনা ঐবু চৈনা পীরম্মী । অদুবু অচেৎপা লমনগী রাশক অমগা লোয়নননা চৈনা খূদিংমক খাঙখি ।

ঐনা ঈশৈ শক্লিডৈ মীৎকুপ্তু মহাক্তি মশানা মশাবু কাউজখি । ঐগী শকফম শাওং শাদা অমদি মীৎয়েংনা মাবু লাং থাকখিবদু অবেস্বা তাখিদে । ঈশৈগী খৌরমদু লোইনবদা মানা ঐখোয়বু ইচম চম্বা চাগী পার্টি অমত্তং তৌ মিন্নখিনি হায়না খামখি ।

— সিষ্টরগী ঈশৈনা ঐবু সুক্ষ্মৎলে । খোঞ্জেল অসিদি শৈশক অসিদি এক্সেলেন্টনি । অদুগা শকফমসু এক্সেলেন্টনি । ঐনা অদোম্বু কদায়দনো অমা থেংনখিবগুম তৌরে ।

মহাক্না ঐঙোন্দা ওন্সিন্দুনা ইংলিসতা হায়রকই ।

— থাগৎচরি । অদোম্না ঐবু থেংনখি হায়বদু কদায়দবু ওইগনি ঈশৈগী খৌরমদা শোয়দনা ওইরমগনি ।

নিংকোক নিংকোকপা নিংজিং মাংজিংনবা মওংদা মহাক্না নীংশিংনবা তোৎনখি অদুবু নীংশিংবা থোক্তবগুম তৌখি ।

— ঐহাক হেদ ক্বার্টর্স অসিগী অঙাংশিংগী ট্র্যাসনগী ওজা ওইরিবী সনাতোম্বীগী ফাষ্ট ফ্রেণ্ডনি।

— অদোম লুহোংবীদ্রিবরা ?

— "অহোয় ।" থস্মোয়নদি তমথীনা মহাকপু চৈরী, "তোল্লবা, নঙনবু ভর্জিনিতিগী অর্থ খঙব্রা ? নঙদি মোৎলবা অমাংশঙদা মশাবু মশক খঙজদনা লেল্লিবা তীন্দুনি ।"

— মাইন্দ তৌবীদ্রবদি সনাতোম্বীগা লোয়ননা নোংমত্তা ঐগী ক্বাটরদা লাকপীয়ু অদোমগী অনৌবা ওদিও কেসেট খর পামজে। ঐগী ইনাওনুপা ফিল্মগী মীনি, মঙোন্দা থাখিগে । অদোমগী শৈশক অসে ভারতকী ফিল্মগী তাইবংদা পুখৎচনীংই করি কায়বগে ?

— থোইনা কায়বা লৈতে ঐগীদি লক্কীনি ।

— য়ূম কদায়দনো ?

— কাংচূপ্তনি ।

— থবক তৌবীরব্রা ?

— স্কুল ওজানি ।

— আইদিএল প্রোফেশন্নি অদুবু ঈশৈগদি খরা লাপ্লব্রা হায়না খঞ্জে ।

— থব্রায়না পামজরুবনি । পূক্লিংগী পোত্থাফম থিরকপনি ।

— ব্রাফমসিদি মরৌ থাংইদা । করম্বা নীংবা কায়বা অমা থেংনখ্রবগে ?

— পুন্সি হায়বসিদি নীংবা কায়বমক্তনি ।

— অদোম ইচম চম্বী নুপীমচা অমা নত্তে ।

- করম্না হায়বীরিবনো ?

— অদোমগী মীৎয়েংনা ব্রাণ্ডাঙনা তাক্লি আই এম স্যুর য়্যু পোজেস এন এক্সেলেন্ট পারসোনেলিটি ।

— থাগৎচরি অদুবু ঐনা খঞ্জবদি ঐগী মরমদা অদোম্না খনবীরিবা অদুনা হেল্লমাল্লে । তোৎন তিন্নরবা মতূঙদদি ঐনা হায়জরিবসে চুম্মী হায়বা খঙবীরক্কনি ।

— হায়বীরিবা অদুমক অচুম্বা ওইহনবীয়ু। ঐহাক সিষ্টরবু ঐগী নক্লবা মীশক অমা ওইনা মরূপ অমা ওইনা লোয়নবা পামজে। করি কায়বগে ?

— ঐগী লাইবক ফবনি।

ঐগী ঈশৈগী পার্টিশিংনা তৌথোক্কবা ঐগী ঐতৌদুদা ঙক্লা য়েংনরম্মী। মমাঙঙৈগী মতমদা কনাগসু ঐনা অসুম্না নকশিন্ননা ৱারী শান্নবা মখোয়না থেংনখিদবনা, ঈরাং পুবা মীৎয়েং অমদি শাথেক কনানসু উরকখিদবনা। অদুগা কম্মান্দেন্ট অদুনা হরাওমন্দুনা মহাক্কী অর্দালিশিংনা পুরকপা ট্রেশিংদু পায়খত্তুনা মশামক্লা ঐখোয়গী ঈশৈগী কাঙবুদা চা অমদি কেক য়েল্লম্মী।

থৌদোকসিগী মতৃঙ থা'মুক লৈরগা নোংমা সনাতোম্বী ঐগী নাক্তা লাকখি।

— নহা ওইরিবা কম্মান্দেন্ট অসিদি নঙগী ৱাখলদা পৃমঙাও ঙাওরে। মহাক্লা হায় মহাক লবসিক তৌরে, তৃম্বা য়াদ্রে, চাবা য়াদ্রে, অঙাওবগুম চৎকদবা মান্সিল্লক্লে।

— মথম্মোয় ৱারকপা ঙমদবা মীশিংদি অদুম্না হেক হেক তৌগল্লি। অনৌ অনৌবা পাম্বা হায়বসে মখোয়গীদি লায়নানি।

— মহাক্লা হায় নঙগী নখুৎ অমুক্তংবু ফংলবদি মহাক্কী নুপা ওইবা মপোক মহৈ য়াল্লবনি।

ঐগী থম্মোয়না শোল্লি, 'মানা ফংগে তান্নরিবা ঐগী খূৎ অসিনানি মহাক্কী মোংফম শেমগদৌরিবা।'

— মানা নঙবু স্বিত ব্লু থোল্লি। তৌবসু নুমিত্তুগী নঙগী শক্তমদু মপা লৈতনা ফজে। নঙনা শেৎখিবা ব্লূ মচুদু নঙোন্দা ওন্থোক্লা পকচাখি। মহাক্লা হায়, 'ঐগী মীত্তা চুশিন্দুনা লৈরিবা ব্লূ মচু অসে পুন্সিচৃপ্পগী ওইনা কোক্লরোই।'

— সনাতোম্বী, মহাক্কী মনাক নক্লা ঐহাক চঙশিনবা তাবনি।

— পাৎশোয়গী থৌদোক্তুদি মহাক্তি নীংশিংদবা মাল্লি।

— নীংশিংলমদবা য়াই। থৌদোক্তুদি মখোয়দা অনৌবা নত্তে।

— নঙবু খূৎ পায়দুনা চিংখৎখ্রবদি মহাক্কী মরালদুসু কোক্লে।

— ঐগী থম্মোয়নুংদা ওল্লিবা মৈশা অসে কনানসু খঙলোই। নঙসু হায়য়ু নঙসু ঐগা চপ মান্নবনি। ঐখোয়গী হকচাংতনি মখোয়না মকহনখিবা থম্মোয়দি কৈদৌঙৈদসু কনাগুম্বা অমত্তনা মকহনবা ঙম্লরোইদবনি। ঐনা করি তৌরকপগে হায়বদো নহাকসু য়েংউ।

— নঙনা লৌরিবা ফিরেপ্পু চুম্মী। ঐখোয় মৈতৈ নুপীনি হায়বসি নোংমদি মখোয়দা খঙহনগদবনি।

নুমিত্তুদা ঐখোয় অনী মাগী ক্বাটরদা চৎখি ঐগী নৌনা ফোঙবা ওদিও কেসেট অহুমখক মাঙোন্দা পীখি। নুমিত্তুদা মহাক্লা পোমশাৎনবী অঙাঙবা গুলাব অমখক ঐঙোন্দা পীরকখি, মদু চ্যেকশিন্না থমবীয়ু হায়রকখি। ঐনসু চেৎনা থমগনি খুমখি। নুমিত্তুদগী হৌনা অপাম মিহৌগী মৈরীনা লুতোন য়ৌনা চাল্লবা মহাক্লা নোংমা নোংমগী ঐগী নাক নক্লা চঙশিনবা হৌরকখি। মহাক্লা কবম্বা মতমদা ঐগী খূৎ ফংহনগদগে হায়না হেক হেক হংখি। ঐগী নুংশিবনা মহাকপু ঙাওহল্লে হেক হেক হায়খি। মীওইবগী পুন্সিদা নুংশি হায়বা পোৎশক অসিদি অমুক্তং তাঙনা থেংনবা সঙাইশেলগুম্বনি। খূৎনা লাম্বা ফংদবা, শোকপা ঙমদবা থাবলগী ঈপোম্নি। অসূক তাঙলবা মমল নাইদ্রবা পোৎ অসিবু মহাক্কুম্বা থাক নেম্লবা নুপীগী থম্মোয় মশক খঙদ্রবা অমগী মফমদা কবম্না য়াতাদুনা লৈরমগনি? কল্লক মিহৌবগী নেম্লবা থাখলবু মহাক্লা নুংশিদনি হায়রি। মানা ঐবু মাগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইগনি হায়না য়াশকখি অদুবু মদুনা ঐগী থম্মোয়দা হৌরিবা মৈফমসিবু মূথৎপা ঙমখিদে। মাগী ব্রাহ্মৈ কয়ানা ঐগী থম্মোয়বু মৈ ঈক্লবা নুংনুমগুম হেন্না হেন্না কনশিনহনখি।

নোংমা মহাক্লা রাজস্থান্দগী লৈরকপানি হায়দুনা নুংঙৌনা শাবা খূজি জূরা অমা পীরকখি। মদু মহাক্লা মহাক্কী খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজবী অমদা পীগে খন্দুনা লৈবকপনি হায়। মদুদা ঐনা হায়খি, "অদোমগী য়ূমগী নুপীনা অদোমগী পুন্সিদা খ্বাইদগী হেন্না মমল লৈবা মীশক অদু ওইরবনি মহাক অদোমগী অঙাঙ লৈরবীনি। ঐদি খাংতপ্পা থেংনবা লম্বী মরূপনি।" মহাক্লা হায়খি - মহাক ঐগী লবমেরিএজ তৌখিবী নত্তে, হায়না শীংনবনি। ঐগী পুন্সিদা কনানসু ইন্সিল্লুদনা মথন্তা ওইজরকপা নুংশিবা অমগী ঈখৌ লাংদুনা লাকখি অদুগুম্বা ঈখৌ লাংবা অদো ঙসিদি নহাক্লা কোকহনবীরে। নুমিত্তুদা

মহাক্না খূজিদু ঐগী খূত্তা মশামক্না শিবীগে হায়খি ঐনা য়াখিদে । ঐখোয় অনীগী লুহোংবা নুমিত্তা শিবীয়ু হায়না হায়খি । নুমিত্তুদা ঐনা মহাক্কী ঙাইঙমদবা লাঙতক্নবা পূক্নিংগী মচিং মশোল অমা উবা ফংখি তশেংনমক মদুবু নুংশিবগী ওইগদৌরিব্রা হায়না খঞ্জান্নখি । অদুবু ইশাগী অশোনবা মীৎকুপ্ন ী হায়না ঐনা ফাজিঞ্জখি । মহাক্তি ঐগী পুন্সিদা থাঙফম থমখ্রবা মীশক্নি । তনৌ তনৌ লৈখোক্তা হাইনা হুম্না শাৎচরিবী লৈ অমবু হেক্তুৎলগা খোঙপাক্ল । নোইহুৎলগা হন্না য়েংলমদা থৌশাদনা চৎখিবা ঙস্বা মহাক অদুদি তমথিরবশিংগী মনুংদগীসু খ্বাইদগী হেন্না তমথীরবা মীশক্নি । নুমিত্তুদা ঐনা মাগী মফমদা ব্রাহং কয়া হংনিংখি অদুবু হংখিদে মদু খঙলুরগা করিবু কান্নগদৌরিবনো ? নুপা খূদিংমক্কী থম্মোয়গী ব্রাফমশিংসি অমগা অমগা ইমান মান্নব্রা ? নুপীগী মফমদা মখোয়না থল্লিবা নুংশিবগী মীৎয়েং অসি করিনো ? কনাগুম্বা অমনা অশাৎপা লৈ অমবু উরগা হেকপা তৌদনা লৈখোক্তা অদুম্মক শাৎহন্দুনা নুমিৎ খূদিং পেন্না য়েংজে । কনাগুম্বা অমনা ঙাইঙমদনা পৎ থদত্তুনা নাচোম ফাওবা ওইনদবমখৈ মনম নন্নগা উফুল্লক্তা লংথোক্কুনা থনম্মা । কনাগুম্বা অমনা পামজনা হেক্লগা মোন ময়াদা লেন্নদুনা থমজে । ঐনা মহাক্কী খূদোল অদুগী লমন ওইনা ক্লোথ ষ্টিটচতা লোনবা মপান শাত্ত্রিবা কেকেস পাম্বী অমগী ক্রেমিং অমা পীখি । মদু মহাক্না ঙাইঙমদনা ঐগী মাঙদা পেল্লিং থুগাইদুনা য়েংখি । মদুবু উকরগদি নুংশুক নুংজানবা মাইথোক্ত্র পুখি ।

— কেক্কুসানিনা সিদি । লোল্লিবা খূৎলোন, সেট থাবগী আর্ট অসিদি অঙকপা ফংনা ফজে । কনানা লোনবনো ?

— ঐনা লোনবনি ।

— "নহাক ইচম চম্বী নূপীমচা অমা নত্তে । নহাক্কী পূক্লিং হকচাং অনীমক কলাগী তাঙলবা খূদোলনা লৈতেংই । অদুবু হায়নীংবা অমদি ঐগী থম্মোযবু ঙসি নহাক্না পীরিবা কেক্কস অসিগী তিংখংগী চৈনা ওইনা পীরমগদৌবিবরা ?" খূদত্তুদা মহাক্না থাজদনা হংলকপা ব্রাহংদুগী পাউখুম ঐনা তরাইনা থিবা ফংলমদে । মহাক্কী হৈশিংলবা, থৌরবা লানমী অমা ওইবগী মীৎয়েংনা য়েক্লবগী থম্মোয় কাচিন্দা লোত্তুনা লৈরিবা হূ পুবা নোংলৈ অসিগী শর্মিন ফংখ্রবরা ? মদুবু ঐনা পূক্লিং ফাগজদুনা হংখি ।

— কেক্তস অসে লৈ শাৎকদৌরে । করিগীনো খঙদে তিংখং পানবী কেক্তসপু ঐনা ওস্থোক্লা পামজে । অদুনা ঐনা থব্রায় য়াওনা লোঞ্জবা পাম্বী অমনি ।

ঐগী ব্রাহে তারগা মহাক্লা মীৎকুপ খরা অরুবা ব্রাখল অমা খনবগুম তৌখি ।

— নহাক্কী ব্রারী অমা লোত্তুনা লৈ হায়না ঐনা খল্লী । ব্রারী অদু ঐ্বু তাহল্লোইদ্রা ?

— মদু করম্না হায়বীরিবনো ?

— নঙগী ব্রাঙাঙ খূদিংনা তাকই নহাক্কী পুন্সিদা কনাগুম্বা অমা কায়নখিবরা ?

— হোয় মদুমক হায়বা তারে ।

— মহাক অদু কনানো ?

— মহাক ঐগী খুংগংদা চাউমিন্নরকপা অঙাং ওইরিঙৈদগী লোয়নরকপা মীশক অমনি ।

— নখোয় অনী করম্না কায়নখিবনো ?

— লাইবক্লা তম্লম্বা হায়দু তারে । অদুবু হৌজিক্তি মহাক্কী মথংদা অদোম্না ঐগী খ্বাইদগী হেন্না নক্লবা মীশক হায়বদু ওইরেদনা ।

নুমিত্তুদা মানা ফনা খঙনীংদুনসু ঐনা কবিসু হেন্না হায়খিদে ।

অমরোমদা মহাক্তি ঐগী শেমজিন শাজিনবা ব্রাহে কয়ানা পঙথহনখি . নুপাশিংনা খল্লি মখোয়না নুপীদগী হেন্না খঙলবা শিংলবা মীশক অমনি হায়না অদুবু ঐনদি খল্লী কদায়দনো মখোয়না খল্লীবা ব্রাখল অসে । চেৎনা থম্মোয়নুংদা কিশি কিদুনা থমখ্রবা নুপী ওইবীশিংগী পূক্লিংগী অরোনবা ব্রাফম খঙবা নুপাগী মশীং মালেম অসিদা কয়া য়াওরবগে ? মখোয়না ঐখোয়দগী হেনবদি পাংগলনি, নমজা নমথেক্লবনি । নিংথৌরেল কয়া কয়া, মতীক মগুন লৈরবা অথৌবা কয়া কয়া নুপীশিংগী লাংদা থুদুনা লৈখা তাখিবগী ব্রারীদি মশীং লাকঙমদনা মালেমসিদা থোক্লি । নুপী ওইবীশিংনা হৌগৎপা লমনগী মৈরীদা মৈরানবীগুম চোংশিন্দুনা লৌনম চাউবা কয়াগী মোংফম ওইরি হায়বা খঙনা খঙনা মখোয়গী অপাম মিহৌগী লাঞ্জং কয়া নিংঙাইদনা চঙশিল্লিবা

অসিবু অশিংবগী খূদম্লা ? থম্মোয়দা কিশি অমা থমদুনা ঐনা মহাক্কী তিংথোরক্লিবা মখূৎপু ওকখি মসিগীদমক ঐবু ৱারৌনুকো । ঐগী মক্লবা হকচাং অসিদি লমনগী মৈরীদা তাংগোই ওইনা মাঙখ্রসনু শেংলবা থম্মোয় অসিদি সুপ্লগী নঙতগীনি । ঙসিদি নৈহৎপীরবীশিংনা শেমজবা মৈফমসিগী অরোইবা পূংজানি । মৈরীসিগী মৈরানবী ওইরবা সুরেন্দ্র অমদি মহাক্কী মরোই মনাওশিং ঙম্লমক তাংগোই তাশ্রগদবনি । ঙসি অসি নিয়ু ইয়াৱনি। অনৌবা চহী হৌবা, অনৌবা আশাগী লৈরাংনা ফূগাইনা শাৎলগদবা নুমিৎনি । মচু মচুগী মীৎথক্লা লংলবা মৈঙাল্লক্তা মখল মথেলগী ঈশৈগী যন্ত্রগী খোন্থাংলক্তা অরোইবা শৈশক তমগদৌরিবনি । মফম অদুদা অনৌবা চহীবু তরাম্না ওকপগী ঈশৈগী থৌরম অমা পাঙথোক্কদৌরিবনি । ঈথক ঈপোম হৌবা থম্মোয়শিংনা পাউখোঙ চন্নগদৌরিবনি । ঐখোয়না চ্যেকশিন্না হোৎনদুনা লালহৌলুপ অমগা পাউ ফাওনরম্মী । মফমদুদা ঐনা শক্তি লৈরবা তাইমবোম অমা থমগনি । অহীং নোংয়াই চপ চানা লাইট ওফ তৌগনি । তাঞ্জাদু লৌদুনা মখোয়না লান্দাগদৌরিবনি । মফমদুদা ঐনা তৌনীংবা তৌবদা কনানসু অথিংবা পীদে অমদি চিংনবা পোক্তে । মফমদুগী সিফাই খূদিংমক্লা মখোয়গী মেম সাহেবকুম ঐবু ইকাই খুম্নে । মখোয় পূন্নমক্লা ঐবু মখোয়গী কম্মান্দেন্ট অদুগী সেকেণ্ড ৱাইফ ওইরগদবনি হায়না খন্নে । কম্মান্দেন্ট মশানসু মদু ফোঙদোকখি অচৌ অশাং ময়াম তিনবা পার্টি অমদা । খূৎ জূৱা কয়ানা খূবাক খূদুনা হৱাও নুংঙাইবা ফোঙদোক্লখি । মহাক নিয়ু দেলীদগীনি । মহাক্কী য়ূম মফমদুদা চাউনা শাদুনা লৈ । মহাক্কী নুপী অমদি মচাশিং মফমদুদা লৈহৌই । নুপীগী পুন্সিবু শান্নপোৎকুম খনবা, হে লৈগুম হেক্লীংবা মীৎকুপ্তা হেকপা য়াই খনবা, মপূং ফাদ্রবা পূকচেল নেম্লবা মহাকপু পুন্সিগী লোয়নবা ওইনা ফংলবী মরাইবক থীরবী অদুগীদমক ঐহাক্লা ৱাদবদি ঙম্লমদে । নুপী ওইবী ঐখোয়গী লাইবকসে অমগা অমগা ইমান মান্নে। ফনা চাওখৎপা খুনাইগী ওইরবসু, অৱাংবা থাক্কী ইমুংদগী হৌরকপী ওইরবসু, লৈবাক খুনাই অমগী মশক থোকপা মীওই ওইরবসু, য়ূম হেক পানখিবা মীৎকুপ্তগী ঐখোয়গী লাইবক অসি ঐখোয় ঐখোয়গী খূর্জী পায়রিবা মীশক অদুগী মখূত্তা লৈখি । মসিনরা নুপীগী মপোকপু পাপ্নি হায়না খন্নরিবসে ? মসিবু কনানা ওইহল্লিবা ? করম্না ওইখ্রিবা ?

ঐগী ৱাখলদা অফফত্তগী মমল হেক লাকপা মীৎকুপ্তুদগী হৌনা মরূপ অমদি যেক্লবা অনীগী থৌরীচিংবী শান্নদুনতা লাকখি । মরূপ ওইবগী মতৌ,

নুংশি চান্নবনা তাইবংপালশিবু কয়াদা মশক ফজহনগনি খঞ্জখিবা অদুবু পুন্সিদা খক তান্নবা ফংলরোইদবা পোৎশক ওইরক্লে । মীওইবগী চীনবাঙ্গোংদা মরূপ ওইবগী মতৌদা খোয়রুম মীনোক তম্বরগা থনূঙদদি ময়াই কল্লবা হূগী চফু ফুমদুনা চৎনরি । অদুগুমবা চফুদুদগী পাথোরকপা হূগী ঈচেলতনা মালেম অসি থূমগৎলক্লি । অদুনা অশেংবা ফজবগী লৈপালবু অসুম অসুম খুইরুম চলহল্লকই । মসিগী কান্নবা অমত্তা লৈতে, মাঙহন তাকহনবনি হায়বা খঙনা খঙনা কনানসু থৌশানদ্রি । ঙসিদি ঐসু ঐনা মতম কুইনদগী লেপচরকপা ব্রারেপ অদো ককথত্তুনা লেপ্পা তারে । থৌরীচিংবী অসিদা ঐহাক নীংথেংননা তুরে । মীওইনা পোল্লবদি লমন অমদি মমল হায়বসিগা লোয়ননা চৎকদবনি । ঙসিদি ঐগী থম্মোয়দা চাক্লিবা অশাউবগী খাম্বী অসে ফনা হোৎনদুনসু মূৎলু হায়বা য়াদ্রে । ঙসিগী পাকচাওরবা মালেমসিদা পীক্লবা, চৈনাতনা য়োম্লবা, লমদম অসিদা হিংলম্বী ঐগী পীক্লবা খোঞ্জেলসিনা পাউদম অমত্তংদি তমজনীংই তাবীরবসু তাবীদ্রবসু । নুপী ওইবী ঐখোয়বু নুপা ওইবশিংনা মখোয়গুম থম্মোয় পানবা মী অমনি হায়না খনবীবা ঙমদ্রিবা, শান্নপোৎ ওইনা উরিবা মখোয়গী মীৎয়েং অসে, মখোয়গী ব্রাখল অসে, চুমথোকপা ঙমদ্রিবফাওবা তাইবংপাল অসে লমনগী মৈথূনা মমখিগনি । অতোপ্পগী নীংথ তম্ববু, হকপু মুন্দুনা লৌনীংলিবা মীওইবগী করাম চাউবা মতৌসে লৈরিবমখে মালেমসে চায়নপূং ওইখিগনি । পোল্লকপদদি ঐখোয় মীওইর্বসি নুপাগ নুপীগা ইমান মান্নৈ খেন্নবা কৈসু লৈতে, সুপ্লগী হকচাং কয়াত্তা পাংগনগ খেন্নবা নত্তনা । মথং মথং চৎনবী চেক্লোন কয়ানা নুপা নুপী অনীগী মরক্ত পল খাগৎলকই । অমগা অমগা চৎমিন্নদবা ইয়ামক য়াদ্রবা নক্লখ্র মীশকশিং ওইরবসু লাম্বদি খক ফংনহন্দে । মসিবু চুম্লিব্রা ? ব্রাহং কয়ানি থম্মোয়না তত্তনা হংলিবা । মৈচাক কয়ানি নুপীশিংনা ফংলিবা । মসিবু খঙ হায়না হোৎনবা কয়া য়াম্লবগে মীওইবা খুনাইসিদা হিংলিবা মীওইশিং মরক্তা ? পুকচেল চাউবা কনানা ঐখোয়গীদমক পাম্বোম তিংনা চোংথোকপী য়াওরবগে ? লিন্না চীক্তবা মীনা হূগী চৈনা খঙদে হায়বদুনি ।

ঙসি অহীংসি হৌখ্রবদি নঙগী থরোশংবীবু মপাল মরা ফৃক্কুনা পুখিব য়াই তমথীরবা খূৎ অমনা । অদুনা ঐনা হিংলিঙৈ মীৎকুপ অসিদা নঙবু অমুক্ত উজনীংবনি, নঙগী খোঞ্জেল তাজনীংবনি অদুবু ফংদ্রে । ঙসিদি মীৎকী পি অমুক থিংবা ঙমদ্রে, মনীং তম্না শিন্থরসনু । নঙনা ঐগী মরমদা খঙনীংবনা

লাঙতক্লখি খঙনবসু হোৎনরকখি । হোৎনরক্কনি হায়বা ঐনা খঙখি অদুনা নহাক লাকপগী পাউ তাবদা ঐনা লোত্তুনা খাঙখি । মসিগীদমক ঐবু ৱারৌনুকো ।

ঙসিদগী ঐগী পুন্সিগী চেনাসু খুমজিনখ্রগনি হায়না খল্লে । খুমজিনখিবা অদুমক পাল্লে। নঙগী থরোশংবীনা নঙগী নাপ্পগী নাচোম ওইজবা মপোকসিদদি ফংলরোই হায়বা খঙলে । মতুংসিদা নঙগী অশংবীবু নঙনা কদায়দসু থিবা ফংলরোই । অমুক্তদি হায়য়ু ঐনা চৎখ্রবা মতুংসিদা নঙগী লকানুংদা য়েক্লিবা ঐগী মিংদুবু নঙগী নখূৎনা মূখৎপীরোই হায়না, চেৎনা চান্না থম্বীগনি হায়না । মদুনা ঐগী নীংবা থুংবা শকচরগে ।

নঙগী
পুন্সি খোঙচত্তা নোংলৈ ওইরবী
তাং ১/১/'৯২

ফরে, চৎলবদি চৎলো । মথংগী মপোক লৈরবদি ঐবু ঙাইরম্মু, নঙগী নুংশিগী লমন শিংজগে । ঙসিগীদি ঐগী পুন্সিনা মরুদ্যান য়াওদ্রবা লৈকংলাগুম হংহৌরবসু খোঙশাল্লকখিগে লম্বীসিদা । শিংলীগী ঈচেলসিনা কংদ্রিঙৈ নঙগী ব্র ডাক্লমখিগে । নঙোন্দা হায়খিদ্রিমাল্লে ঐগী কাসে মনীংথংবা চ্যেকপল ময়াদনি । চ্যেকপলসিগী ৱাংমদা নম্বুল তুরেল চেল্লি । ঐগী কাগী খোঙনাউগা মাইয়োক্লবা মফমসিদগী খর শেল্লেননা শন্থোংলোমদা সন্থ্রি তৌবা সিফাই অমগী সগাই লৈরি । নঙসু খঙলিনি জেলগী চিথেক মরিদা সগাই শাদুনা থাক শেল্লি হায়বসে । ঐনা জেলসিদা লৈরক্লিবসে চহী নিপাল সুরক্লে । মতম শম্বদা লাই য়েক্তুনা, নোভেল ইদুনা নত্রগা লাইরিক পাদুনা লৈবনা সন্থ্রশিংনা ঐবু থোইনা নাচুংলক্তবগুম তৌরক্লে । ঐনা নোভেল ইবা হায়বসিদা নঙ চক্লমগনি অদুবু শাংলবা জেলগী এক্সপরিএন্স অসিনা ঐঙোন্দা তেংগৎহনখিবা চাংয়েংনি । মসিমক্লা ঐবু পোথাফম পীখিবনি। অদুবু ইবা হায়বসে অৱাবা ওইরি। লাই য়েকপগুম খূৎলোইবা ঙমদ্রি । ঐনা ইরিবা নোভেল অসিমক ঐগী পুন্সি ৱারীগী মিহুন্নি । নোভেল অসে মপূং ফানা ইবা লোইরবনি ।

চ্যেকপল্লোমদা ফাৎলিবা থোংঙনাউসি য়োৎচৈ পাল্লি, লোইনা কোষ্টীং ইকা কারে । হৌজিক্তি মুকথোক মুকশিন তৌনবগী খুদোং চাবসু ফংলে । থোঙনাউ অসিনা ঐগী অরোয়বা আশানি । সুপ্লিবা, থারিবা কম্বলশিংসি শেগায়রগা মসিনা থৌরী শেম্লগা চ্যেকপলসিগী ৱাংমা লানগে হায়না খল্লী। কাসিদগীবু নাম্থোকপা ঙমখ্রবদি য়াম্না লায়রে । ঙসি নোংমা নিনিসিদা থোঙনাউগী য়োৎচৈশিংসি লৌথোকপা য়াগনি হায়না খল্লী । মায়থীবা য়াই মায়পাকপা য়াই । আশা হায়বসিদি হিংলিবা মীওইবগী খৌরীদা হুনবা মিহুন্নি । জেলরসিনা শীনবীদুনা হন্দক্তি আর্ট একজিবিসন্দা উৎনবা অয়েকপা লাই অমা থাগৎকদৌরি । মদুনি হৌজিক য়েক্লিবসে । ঐনা হান্নসু হায়খ্রে, মহাক কলাবু পামজবা মীশক অমনি । জেল মনুংসিদদি ঐগী খ্বাইদগী হেন্না ফরবা মরূপ অমসুনি । ঐনা য়েক্লিবসে নোংমা নঙনা ইনাক্তা চেল্লক্তুনা য়েকপীয় হায়না নিংঙাই তৌখিবা শিন্দুনি । নুমিত্তুদা ঐনা য়েকখিদে, নঙবু লক্লনীংদুননি

— করি শিন্নো নঙনা পাল্লিববো ?

নুমিত্তুদা ঐনা হংখি ।

— মুশুক মুবা অতিয়া, থাশিরমদাই থা মচেৎ অমত্তং, মমি শম্লব মঙাল্লক্তুদা কোম্বীরৈ চরোং অমা শাৎকাইনীংনা খাঙহল্লু ।

নঙনা হায়খিবনি । নুমিত্তুদা ঐনা য়েকখিদ্রবসু নোংমা শোযদনা য়েং হাযনা খনখি । লাইদুমক্লি ঐনা য়েক্লিবসে । য়েকপদি লোইরে অদুবু নঙনা পামজবা অদুমক্তি থোকখিদ্রে মসিগীদমক ঐবু ৱারৌনুকো । অহীংগী শক্তম লৈরে, থাসিসু থোক্লি । মুশি মুশিবা মঙাল্লকসিদা হীগোক মচুগী কোম্বীরৈ লৈরে, অমুক্তং মুন্না য়েংউ উগনি । অদুবু খেন্নবা অমদি চ্যেকশিনহৌদ্রবা ঐগী তুরিগী খূৎচিংনা শেমখ্রবা নোংলৈ অসিনি । কয়াদা মঙাও থীখ্রবা, কয়াদা থম্মোয় কায়হনখ্রবা নোংলৈ অসে ! পোমশাৎনরকপমক্তনা তমথীবা নোংলৈগী শাফু নংলবী কোম্বীরৈ অমে লৈচা শেংনা তাখ্রে লৈমায়থক্তা । লৈয়োন্দমক ঙায়হৌরে লৈথোক্তদি ঐগী থম্মোয় লৈকোলদদি, ওম্থোক্লসু পাম্মূইদা ।



## অইবীগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং :

১. শিঙ্গারৈগী লৈকাদা (নোভেল) ১৯৮৩ ।
২. লোইনাইদ্রবা থবায়গী ঈশৈ (শৈরেং) ১৯৮৮ ।
৩. উতোল অমদি উচেকশিং (শৈরেং) ১৯৯১ ।
৪. শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা (শৈরেং) ১৯৯৫ ।
(খাইদেম প্রমোদিনী গোল্ড মেদল ১৯৯৮, ফংলবা)
৫. মৈরী (উপন্যাস) ২০০৩ ।
(মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী এবার্দ ২০০৫, ফংলবা)

## ইবা লোইরবা লাইরিকশিং :

১. ন্যাকেন্থাগী মেরীং (উপন্যাস) ।
২. য়েথ্রীংথা নঙনা লোঙদোই খুন্‌কংপসিদা (শৈরেং) ।
৩. লোয়্রোক্তবা থৌদু নুঙ (বারী মচা চপুন) ।
৪. পুন্সিগী হিরেন হিদেন্দা (মেমোবা) ।